# ডাঃ কমলগী খোম্মজিনবা

# লাইরিক

পোক্ফম পব্লিকেসন, ইম্ফাল

Dr. Kamalgi Khomjinba Lairik

( A complete work of Dr. Kamal Singh )
Published by Poknapham Publications ; 1993



অহানবা ফোঙবা : ১৯৯৩

মশীং : ১০০০

অফোঙবা : শামুরাইলাৎপম গোপাল শর্মানা
পোক্নফম পব্লিকেসনশকীদমক ফোঙবা

ফংফম থোকপা : অফোঙবা

মথুম : থোইদিংজম তোম্বী সিংহ

নম্ফম : পদ্মা প্রিন্টর্স, পাউনা বাজার ইম্ফাল

মমল : লুপা ৫৫/-

য়াওরিবশিং

# ৱাহৈ থরা

মণিপুরদা হৌজিক থেংনরিবা অৱাবশিংগী মনুংদা লাইরিক ফংদবা হায়বসিমু অমনি। মরু ওইনা মণিপুরী সাহিত্যগী লময়ানবা ওইখিবা অঙাংহল, চাউবা, কমলনচিংবগী লাইরিক হৌজিক্তি ফংবদা ৱারে। মণিপুরী সাহিত্যদা অচৌবা দান তৌবিরম্বা অমদি হৌজিক্কী মীরোলনমু পান্নহনা লৈরিবা লময়ানবশিংগী লাইরিকশিং অসি ফংহন্দুনা মণিপুরী সাহিত্যগী মগুণ হেনগংহনবা হায়বসি তঙাইফদ্রবনি। অৱাংপা অসি মেনখংপদা খজিক্কুং ওইরবসু মতেং ওইগদ্রা খন্দুনা 'ডাঃ কমলগী খোমজিনবা লাইরিক' অসি পুথোক্লবা হোংনজখিবনি।

হৌজিক্তি মণিপুরী লোলনা ভারত সংবিধানগী ৮শুবা সিডুলদা চনথ্রবনিনা ইনাকখুল্লবা মণিপুরী সাহিত্যগী পোখোকসু মরাং কায়হনবা তঙাইফদ্রে হায়না খল্লে। লময়ানবা অইবশিংগী মনুংদা ইহান হানবা ওইনা ডাঃ কমলগী লাইরিকশিং খোমজিন্দুনা অপুনবা লাইরিক অমা পুথোক্লবগী অয়াবা পীবিবগীদমক অইবা অসিগী মচাইবুঙো শ্রীলমাবম ব্রজেন্দ্র সিংহগী মফমদা থাগৎপা ফোঙদোকচরি। অইবা অসিনা ইহুনা থম্বিরম্বা মমল য়াম্লবা লাইরিকশিংগী অপুনবা মশক অমা পুথোকপা হায়বসি অৱায়বদি নত্তে। মসি পুথোক্লবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌবিখিবা শ্রীথাংজম ইবোপিশক, শ্রীয়ুমলেম্বম ইবোমচা, শ্রীরাজকুমার ভুবনসনা অমসুং শ্রীশরতচান্দ থিয়ামগী মফমদসু তৌবিমল খঙবা উৎচরি।

ডাঃ কমলগী "লৈ-পরেং" কৌবা শৈরেং লাইরিক্তা য়াওদবা অচোইবা শৈরেং কয়াস্থু খোমজিন্দুনা পুথোকচরিবা লাইরিক অসিদা 'ডাঃ কমলগী অচোইবা শৈরেং খরা' হায়ন্থনা তোঙাম্না হাপচরি। শৈরেংশিং অসি মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীনা ফোঙবা য়াকাই-রোল অমস্থং মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা ফোঙবা মণিপুরী শৈরেং-দগী লৌথোকচবনি। ব্রজেন্দ্রগী লুহোংবা হায়বা রারীমচা অসিস্থ পরিষদকী থনগৎলবা রারীমচাগী লাইরিক্তগী লৌথোকচবনি মসিবু লৌথোক্তুনা ফোঙবা য়াবগী অয়াবা পীবিবগীদমক্তস্থ সংস্থান অনীবু থাগৎচরি। অতোপ্পা জর্নেল মেগাজিন্নচিংবদা ফোঙখিবা নত্রগা ইত্থনা থনম্বা ফোঙদ্রিবা কয়া লৈরম্নবস্থ থিজিন্দুনা মথংগী খুৎনমদা হাপচিন্নবা হোৎনজগনি। লাইরিক অসিগী মখুম য়েকপীরকপগী-দমক্তস্থ শ্রীথোইদিংজম তোম্বী সিংহবু থাগৎপা ফোঙদোকচরি। বনানগী মতাংদস্থ মান্নদবা কয়া য়াওপ্রে। মসিগীদমক্তস্থ পাবিরি-বশিংনা ঙাকপীগনি। পুথোকচরিবা লাইরিক অসিগী মতাংদা অফ ফত্তা অরাৎ অপা কয়াস্থ পাবিরিবশিংনা তাকপীরকনি থাজজৈ।

আগষ্ট, ১৯৯৩ শামুরাইলাৎপম গোপাল শর্ম্মা

# কবি কমল

'মাধবী' হায়বসি হেক পনবদা কবি কমলবু নীংশিংলোইদবা কনানো ? অমুকস্লু 'ডাক্তর কমল' হায়রকপদা মাধবী নীংশিংলোই-দবনা কনানো ? 'মাধবী' কৌবা উপন্যাস অমখক্তনা মণিপুর শীনবা থুংনা মমিং চৎপ্রবা লমাবম কমল ১৮৯৯ গী মার্চ ৭ থাঙজ মুমিত্তা লংথবাল কুণ্ডদা পোকখি ; ১৯৩৫ গী ফেব্রুরারী ৬ তা তাইবংপাল থাদোকখি। অপোকপীগী মিং লৈরিক দেবী। অপোকপনা, লাইরিক হায়বা-থীবগী শিনফমদা মমিং চৎখিবা লমাবম যাত্রা সিংহ।

কমলগী পীথোরকপা মগুণশিংগী মনুংদা মহাক্কী কবি ওইবগী গুণ থোইদোক্লা শীংথানীংঙাইনি। কবিতাগী মহাও চেন্নবা মহাক্কী উপন্যাস 'মাধবী' অমসুং শৈরেংগী লাইরিক 'লৈ-পরেং' দা কমলগী কবিত্ব গুণ উবা ফংনরি। কবি কমল রারীমচা অমসুং লীলাগী লাইরিকক্তসু খুং থারম্মি। মহাক্লা ইরম্বা রারীমচা 'ব্রজেন্দ্রগী লুহোংবা' মণিপুরী সাহিত্যগী ইহান হানবা রারীমচানি হায়না য়ানরি। 'দেবযানী' ( নাটক ) কবিনা লৈখিত্রবা তুং ১৯৮৪ দা মচামুপা ব্রজেন্দ্র সিংহনা ফোঙলকই। মসিগী মথক্তা চোইনা চোইনা থেংনবা মহাক্কী কবিতা কয়াসু লৈরি। চহী ৩৬ খক্তং হিংলম্বা কবিনা মহাক্কী তেন্নবা পুন্সীদা মণিপুরী সাহিত্যগীদমক তৌরম্বা খুদোল অমসুং মহাক্কী কবিত্ব গুণবু শকখঙজবা ওইনা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা 'কবিরত্ন' হায়বা উপাধি পীহনা ইকাইখুম্মখি।

শিলোং হিন্দু স্কুলদা ইহান হান্না মহৈ তম্বা হৌখিবা কমলনা পীক্লিঙৈদগী অপোকপগী তুংইন্দুনা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী ফজবা অথোৎপা অমেংবা কয়াবুস্থ শকখঙবা ঙমখি। মহৈ তম্বগী লম্বীদা নাওরেম লৈকাই নিম্ন স্কুল, মোইরাংথোম উর্চ্চ স্কুল অমস্থং জোনষ্টোন স্কুলদা মথং মথং তম্লকখি। লাইরিক ফবগীদমক্তা স্কোলারসিপ কয়াস্থ ফংখি। জোনষ্টোন স্কুলদগী ক্লাস নাইন পাস তৌরবা মতুংদা মণিপুর সরকারগী স্কোলারসিপকা লোয়ননা মখা তমথনবগীদমক মণিপুর থাদোকখি। ১৯২২ দা কলকত্তা বিশ্ববিদ্যালয়গী মখাদা শিলং হায়স্কুলদগী মেত্রিক ফার্ষ্ট দিবিজন্দা পাস তৌখি। মণিপুরগী ওইনা অহুমশুবা পোজিসন ফংহুনা মণিপুর সরকারগী স্কোলারসিপকা লোয়ননা দিব্রুগরগী বেরী হ্বাইট মেডিকেল কলেজদা লাইসেন্সিয়েৎ মেডিকেল প্রাক্তিস্নর (এল. এম. পি.) তমখি। অহুমশুবা চহী তম্লিঙৈদা মহাকপু পোকপী লৈরিক কোলেরা লায়নাদগী লৈখিদে।

চহী মঙাগী এল. এম পি. কোর্স মপুং ফানা তমহুনা মায় পাক্লা মণিপুরদা থোরক্লগা মেডিকেল প্রাক্তিস্নর (ডোক্তর) ওইনা সরকারগী থবক্তা চঙখি, তমেংলোংনা ইহান হানবা থবক মফম ওইখি। ডোক্তর অমা ওইনা লায়েংবগী শিনফমদা অমস্থং মীওই-বগী সেবাদস্থ পুক্নীং লুপলম্মি।

ফুট মঙামখায়রোম রাংবা মুনরং তৌবা কমল চীংলেম্মি। নোকমি নোকমি তৌবা মহাক্কী মায়থোংনা মহাক্কা উনবা পুন্নমকপু শুমহৎলম্মি। করিগুম্বা মতমদস্থ ফাগী তৌহুনা মীবু নোকহল্লি। স্কুলগী পুন্সীদা হোকি ফুটবোলনচিংবা শান্নরকই। ঈশৈ নোংমাইদস্থ থরায় য়াওরকই। দিব্রুগরদা লায়েংবগী মহৈ তম্লিঙৈদা দিব্রুগরদগী প্রভা দেবী কৌবী মৈতৈ নিঙোল অমগা য়ুম্বানবগী লম্বীদা খোঙ-দামিন্নখি।

কমলগা প্রভাগা লুহোংবত্থ মতমত্থগী দিব্রুগরদা লৈবা মৈতৈ শিংনা য়ানীংখিদে। মহারাজ চুরাচান্দগী মফমদা কমলবু ইথোক্লবা

চে থারকখি। অতুবু মতুনা কমলবু নীংহন্নহনবদি ওমখিদে। লান্না থাজনবা সম্রাজগী চৎনবীবু শেমদোক্লীংবগী রাখল মাগী মকমদা লৈখি। ডোক্তর য়াম্না তাওবা মতমতুদা ডোক্তর অমনি হায়বগী চাউথোকপা অপোওবা মতৌ কমলদগী উখিদে। মহাক্না হেক ওম্বমথৈ অচান-মীয়াই নাইদনা ময়ামগী সেবা তৌখি। এসকোরি-দিস লুমত্রীসাইদনা (তিল অশাংবী) নাবগী মরমদা মহাক্না য়্যারেং অমা ইংগ্রাজী লোন্দা ইখি। য়্যারেং অদু ইন্দিয়ান মেদিকেল গেজেত্তা য়াম্না পাম্না ফোঙখি, মতমতুগী মেদিকেল সার্কলনসু য়াম্না থাগৎনখি। অসুম্না ষ্টেট মেদিকেল দিপার্টমেন্টতা থবক তৌরকপা চহী নীপাল শুরকপদ্বাইদা ইখঙ খঙহৌদনা তাইবংপাল থাদোকখি।

লায়েংবগী শিনফমদা মীওইবগী সেবা তৌনা তৌনা মণিপুরী সাহিত্যগী অরাংপা কয়াবু মেনখৎনবা হোৎনরম্বা কবি কমলনি। মশীং য়ামদ্রবসু মহাক্না ইরম্বা লাইরিকসিং ওসিফাওবা হিংলি। মতম পুম্নমক্কী ওইনসু হিংহৌখিগনি।—

# রাহৌদোক

অতোপ্পা জাৎকী লাইরিক কয়ামুক্তী অনুবাদ তৌদুনা মৈতৈগী াহিত্য শেম্বা হাঙ্গৈবা অসি অশম্বা পাম্বৈনিদি হাইববু তৌইগুম্বনুং াহু মীগী মপোৎ রাইদুনা শীজিন্নবগুম্বনি, মাদুনা মৈতৈ জাতিগী মনুংদা ংনরা সাহিত্যগী ভাব, রুচি অমসুং চৎনবী কদৌঔদস্সু মপুংফানা কাংদোকপা ঙমদে। মরম অসিনা মৈতৈ সাহিত্য মপুংফানা চাওখ- ংনবগীদমক মৈতৈ মচানা লেংবা লাইরিক শোঙ্গদনা চংবা তাই।

কনা কনাগুম্বনা খল্লি মৈতৈ লৈবাক্তা লৈরিবা মৈতৈ অসি াক্ষ অনী মখাইরোমতনি, অমুক য়ামদবা জাতি অমগী মনুংদা াহিত্য চাওখৎনবা হোৎনবা অসি মহৈ য়ানবা ঙম্মোই; তৌইগুম্বনুং াসিদা ঐনা হাঙ্গজনিংই, মৈতৈ মচানা তারিবা অসি মণিপুরতা ত্তে,— আসামগী মফম অতৈ অতৈ ডিব্রুগড়, শিবসাগর, শ্রীহট্ট, িলচর অমসুং তখেল, ঢাকানচিংবা মফমদস্সু মৈতৈ অমসুং মৈতৈ- ান লোনবা জাৎ তাখ্রি, অদুগা মণিপুরগী অকোইবদা চীংদা লৈরিবা াংশিং অসিনসু মৈতৈলোনদু, অনীগুবা লোল ওইনা শীজিন্নরি। রম অসিনা মৈতৈগী মরক্তা সাহিত্য চাওখৎনবা হোৎনবা অসি ইথোক্তবা নত্তে।

অদুগা চহি অনী অদুমতগী মনুংদা মৈতৈলোনগী ইশৈ, অভি- য়নচিংবা কয়াথুনা চাওখৎলকলিবা; অমসুং অহল লমন, ফুপীনহা, রাই পুম্মকনা কয়াতা পামনরকলিবা। ময়াংলোনগী লীলানচিংবা ামবদা মরোম্মি খংদনা লেংবা, হাইবতা য়েংদুনা তোকপদু হৌজিক্তি য়োল খংলদুনা থরাইনা কয়া পামনরবা।

মৈতৈলোন্না চাওখৎলকপা মতম অসিদা মৈতৈ সাহিত্য মন্দিরদা লৈতেংনবা মতিকচাবা কবিগুম্বা কৎনবা লৈরাং অমতা লৈজদে অহুম ওইনমক ছাত্র ওইরিঙৈগী মতমদা মৈতৈ লৈকোন্দা হোৌবা লৈরাং অমমম অনিনিতং থিজহনা লেংহৌবা 'লৈ-পরেং' অমতং লৈজ্রে, লৈ পরেং অসি ভক্তিগী খেম্পাক্তা হাপচঃনা মৈতৈ সাহিত্য মন্দিরদা কৎশিনজরবনি।

মমাংঙৈগী 'লৈ-পরেং'গী কপি অহু মাংখিবা মরমদগী, কোংদোক কোংদোকখিবা পত্রিকাশিংদগী পত্থগী শরুকশিং অহু থিহনা অমুকঙ্ক পূনশিন্দুনা 'লৈ-পরেং' শেমজরে।

গ্রন্থকার,
ডাক্তর, শ্রীকমল সিংহ

ভমেল্লোং
ইংশোক ১৯১৯, মেরাগী পূর্ণিমা।

# হীরমগী লামাই

# মৈতৈচনু*

মতমকুইনগীতুংদা,
লেংশিল্লক্কে ইমা মৈতৈচনু,
মৈতৈ-সাহিত্য-মন্দির-মনুংদা ;
য়েন্দাই থন্না লৈহাপ্তুনা,
কংলুসি ইমাগী খুয়াদা ।

লৈ থিননবগীদমক্তা
নত্ত্রে অথাপ্পা উমংদা চংকদবা,
নত্ত্রে অরাংবা উপাল কাগদবা ;
ইনকনকপদা, খুংনা লাম্বা ফংবা,
থিরুসি পুক্লিংলৈকোন্দা ।

পুক্লিংলৈকোন্দা শাংপা লৈরাং হেক্তুনা,
লিংজেল মান্নবগী লংনা লেংহনা,
খাংবা কনবগী য়েন্দাইদা হাপ্তুনা,
কংলুসিনে ইমাগী খুয়াদা ।

লৈগী মন্দির শারুসি ইমাগী,
পামদে য়োংকী মন্দির,
মাংগদবা কোহিনুর কারগা ;
পামদে নুংগী মন্দির,
লুপকদবা মতমগী ঈচেল মনুংদা ।

---

[redacted] ইংশোক ১৯২৪ দা 'মৈতৈচনু' কৌবী মেগাজিন্দা কোংদোকখিবা

পামদে চেক্কী মন্দির,
ৱাংনা শারগা অমুক্তং,
মন্দুনা লৈবা মতমকুইনা ;
শারুশি লৈগী মন্দির,
তাউখৎনবা মতমগী ঈথক মথক্তা ।

কংশ্রগা চোংলকপা অমুকহন্না,
অতুগুম্বা লৈগী চারনা,
মন্দির য়ুম্বী য়ুংলুসি ;
চাউখৎনবা মশা মরেং,
মতমনা অম্ম কুইরকলগা ।

কুম্বী কালেন নাইদনা শাৎপা,
লৈগী চার থিরুসি,
থারুসি মন্দিরগী অকোঙবদা ;
মখোং ইংহনসি মিৎকী পি ইফুৎনা ।

কংশ্রবসু অমাংবা হকচাংনা,
লৈহৌসনু পুক্নিংগী লৈরাংতু ।
শাৎহৌসনু তগুপ তগুপনা,
মাতৃমন্দিরগী অকোঙবদা ।

মাতৃমন্দিরগী লৈনম মুংশিবা
তপনা লিরি শিৎপা মুংশিৎনা
হুমখিসনু মৈতৈ লৈবাক খুদিংদা ;
তেকথৎসনু শিরুম নারুম্বা মৈতৈ ।

পুকনিংগী অশোংবা উমং ককথত্তুনা,
থাসনু তরু তরুবা লৈগী চার

মাতৃমন্দিরদা কৎননবা ;
শেমসন্নু নিংথিবা নিকুঞ্জবন ।

অথাপ্পদা লৈবা অনকপদা লৈবা
অচৌবস্নু অপিকপস্নু
নিংনসি মৈতৈ চন্নুগী মচানি ।
লৈগী পরেং তত্তুনবা ।

হে লৈবাকমচা মাতৃসেবক !
স্বার্থত্যাগকী শিদহিদাক,
থাবিয়ু মন্দিরগী অকোঙ্গবদা,
পুনশিবা পামলবদি মৈতৈ চন্নুগী ।

মাতৃমন্দিরদা হৌবা লৈপালগী,
কেল্লকপদা লৈরাং মখোক লোঙ্গইত্নুনা,
পুখিত্নুনা মতমগী ঈচেন্না,
তাউরুসন্নু সমক্রু শীনবথুংনা ।

মাতৃমন্দিরদা হৌবা লৈপালগী,
চাউখৎলকপা মশামরেংনা,
অত্যাদা থৎসন্নু নোংগী লম্বী ;
পোত্থারসন্নু মীরৈবাক্কী চেক্লা ।

মৈতৈগী তম্পাক্তা হৌবা লৈরাং,
থাক্রুসন্নু সমক্রু রাংমদস্নু
শাৎলুসন্নু ভারতকী বিশ্ববিদ্যালয়দা ;
করি ওমলোইদগে 'লৈ পরেং' না তত্রবদি ।

# থোংগমমেলৈ

ঈশিংদম্মু চাউদবী, কংফান্দম্মু হৌদবী।
উদা তাংলে উতাংবী, রাদা তাংলে রাতাংবী।
পরেং লেংসি পেদংনবী, নাচোম শাসি নাওথী শাবী।
মুংশিং শিংলে মিপাইথীবী, খোইমু লাকলে ইকাইথীবী
মুমিং থোকলে ভকনৌবী, মুংশা য়ৈরে পশ্বগনবী।
উরী হাঈসি হাঈভমদবী, পাম্বী কৌসি কৌনিংদবী।
সনারৈ চুদা য়েংলে, য়েরুমলৈ ওংদা য়েংলে।
কাম্বাংমাল নউ উরে, কবাকমাল* ননা হাঈরে।
ঈপাকথক্তা শাংত্তবরা, ঈরাকনবগী কিবনা?
কংফানদম্মু শাংত্তবরা, নেথংকনি নিংহুনা?
খোইমু পাইরক্কনি কিহুনা, মুংশি ননম লোংপরা?
হেক্কনি হাঈনা চিংনহুনা, উথক্তা কাহুনা লোংপরা?
তোমশাংনবা কিবনা, পরেং ওইনা শাংপরা?
মালংবমু কিবনা, ন-না ন-উ পিকশিনবরা?
অরুম্বগী কিবনা, ফজবা নহৈ য়াম্রবরা?
নোকনগনি খন্দুনা, নকাফম্না শাম্রবরা?
ওইসম্মু তিংখংমরক, ওইসম্মু নারক অশোংবা;
মিংয়েংকম ওইরেদো, মফমদা শাংলু শাংলুবা।
লোত্তুনা করি কান্নগনি? নশকনা নঙগী য়েকনরবদা;
হৌজক লাইশং নাক্তা, শাংচক কবিগী পুক্লিংদা।

---

* কবাকমান = কবাকথাং মানবা।

অকি অথং লৈরবোই করিগুম্বা মতমদা ;
শান্তি ফংগনি নপুনশি চুপনা নপুকনিংদা ।

# লৈশক থংদবা লৈপাল

ভারতকী লৈকোন্দা লৈতেংলিবা,
বকুল পাম্বীগী মমিংচৎলবা,
চার অমখক্তি নিংথিজরবা
থারুদুনা লৈকোন্দা উরুমলাংবা
পোমখিদরে মকুম'থা য়ৌবদা ;
য়েনিং হুনখিদরে বসন্ত ঋতুদা ।
নিংনথরে উতাংবীনি হাঙইদুনা,
লৈশক থংদবা লমলাম্বশিংনা ।
নোংচুপলোমদগী তপনা শিংলকলবা,
থোগন্দুনা মালংবনা ইংলবা
লৈপাল অসে লৈশক থংদবা,
লৈরাং পোমলকলে তনৌ তনৌবা !
বসন্তগী অয়ুক্তা শাৎলমলবদি করিগুম্বা
কিদুনা মৈশা লাংলকনি য়াকলবা,
পোমহৌদ্রিবা ওইরবোই মতমচানা !
লৈরমলবোই কালগী মঙাক্তবু ভাইদুনা !
হে লমলামবশা লৈশক থংগনবা !
উতাংবীনি থম্লিবরনে হৌজিক ফাওবা ?

## লৈপাকলৈ

নারক্তা শাংপী খোংনেম্বী, লম্মাংদা শাংপী পাঙনবী।
কালেন-মুংশা থাংজরবী, ইঙাগী নোং নংজরবী।
ইঙেলগী লেন থাংলবী, মুংশিং থেংনরিবা শজিবুগী।
কনাগী পুকচেল থংবগে, শকফম য়েংহুনা মপালগী ?
মাগী নৌরবা মনানা ইঙাগী নোং কল্লিদো !
মাগী থোংলবা লৈনানা কল্লবা মালেম থিনগাইদো !
মাগী নেমলবা মউনা, মুংশিং থাংইদো শজিবুগী !
নিংত্রবীনি উপান্দা তাংগে, কিত্রবীনি নেথংপগী।
পাঙরিবী লৈপাকলৈনি, মথম্নতগী মথৌনানা;
হে পাখংশা ! থৌওইদবা ভোগম্মু পাঙল শোনবীনি হাঙ্গীহুনা।

## খোইমু অমসুং লৈ

( অংপোম্বা লৈ য়েংহুনা )

খোইমু। নৌনা পোমলকলিবী লৈরাংশা !
কনা য়েংহুনা হৱাওবগে ?
মাইথোংফল্লা নোকলিবীশা !
করি খন্দুনা মকাম্লম্বগে ?
তমথীরবা ভীম্না চিক্কুনা,
অরেম্বদা কংগনি খল্লবোই !

মালংবনা হুমদোক্তুনা,
লৈখোক্তগী কেন্নি কাউরবোই !
ত্তয়াংতশোইবা উত্তুনা,
মীনা নোকনগনি খন্দ্রবোই !

অপোম্বা লৈ । তেংবানবদা পানবনা খ্বাংজেংবা !
কয়াগী মতিক মুংডাইবা,
মাত্থু করিস্থু খংজদ্রবীনিনা,
মুংশিতৈত্তবা তীন্না চিক্তুনা,
থারবস্থু য়াইবী থরাই
নিংঙমদবা লৈহৌরোই ।
মুংশিবা ইনম য়াওদবনা,
হূখিনি চিংনদে মালংবনা !
পুকমুংদা লৈহী লোক্তবনা,
চুপকনি কিরুদে খোইমুনা ।
ফজবা অথীবা অমতনি ইমিত্তা ;
চৈবা থাগৎপা অন্ধানি নাকোংদা ।

( পোমশাৎনবা লৈ য়েংতুনা )

খোইমু । পোমশাৎনরবী শিংঙেল্লো !
ওয়্খোকনস্থু ইকাই থীব্রেদা !
থুনমক শাৎকাইরকলো,
ঙাম্লরো উনা মরক্তা ।
মরুমদা উনাপুংবা,
করিগী লৈরি লোক্তুনা ?
লৈরাংনা ওরাংতা পোম্বা,
চোংলি 'ইমা' হাঙুনা ।

মখোইগী খোঁরাংসি উবদা,
পোক্ত্রা পুকনিংদা হুংশিবা ?
পোকলকপগা তেংবানবদা,
সমাজগী করি পাংথোকলবা ?
কংখিবা থোকলবদি করিগুম্বা,
হৈদোকপ্রনি লঙ্কাংদা,
মনম হুংশিবা নশক ফজবা ;
লৈমন চনপ্রনি অরেম্বদা !
পোমশাংনবা লৈ। খ্বাংজেংবা! পোমশাংনবা হাঙ্গবসি,
মতমনিদা খুদোংথীরবা !
খল্লবস্থু হৌজিমক শাংসি,
মপুং ফাত্রি ইনম নুংশিবা।
শাংতহুনা লৈসি হাঙ্গরবস্থু,
চনগনি অপোম্বশীংদা !
খোইমু পাইরকপা উরবস্থু,
পুকনিংগী আশা থুংদ্রিবৈদা,
মপুং ফাত্রিবা লৈহিসি,
চুপথোকখিত্রা খল্লিদো !
নৌনা চোংলকপা লৈনাসি,
চন্নদনা কংখিগত্রা ঝাইদো !
শাংসি কিরে পোমসি চিংনরে ;
'নুং অনিগী মরক্তা হা' ওইরে।
পুকনিংগী রাখল পুকহুংদা কংলে,
পুনশিগী আশা পুনশিদা তিনখরে।
খোইমু চন্দন পাম্বী কয়া কয়ানা,
চীং-মাল-নারক-শীংলক্তা,

ডাঃ কমলগী খোমজিনবা লাইরিক

মাং'গুম অরেম্বা উকং ওইহুনা,
পুকনিং লৈকোলগী অথুপ্পদা,
থারিবা চন্দন পাম্বীহু চেকশিন্না,
কংগ্রনিদো অরেম্বদা !
পুকনিং হকচাংগা লোঙ্গননা,
খংহৌররোইনে কনা'মতা !
রাখল পুম্নমক থাদোক্তুনা,
হুন্দোক্তুনা ইকাই-ইকি,
শাৎলোনে লৈকা ফম্না,
অয়ুক অঙনবদা চাওখৎপগী ।

## চন্দ্রনদী

থাপনা উরিবা চীং অসি ওন্থোক্লা ফজৈদা !
নৌনা পুক্লিং হূনা নিংথিদা,
ইংনা লিক লিক লাউইদা ।
শংবানবা অতিয়ামকপুস্থু নক্সৎলিদা !

মাসি শংবানবা অত্যাগা শমনগ্রবরনে ?
অমুক্তং য়েংঙুরবদা,
মিৎফম হোংবা য়াদেদা ;
অহুবু অওইবমক মাসি মাগী মচুরনে ?

নত্তে,—মখোংদা চংলবদি উবা ফংগনি,
শোংলবা শা-কৈনা থল্লবা,
নারকনি, তিংথংতুম্বৌ হৌবা ;
তিংখৌ হৌবা লৈতেম মান্নবা লম থরতনি ।

অরাবনি অনকপা চন্দ্রনদীগী দৃশ্যদি !
তোর্ব্বানস্থু নারক ওইগ্রে,
মন্নুংস্থু নাপীনা থনগ্রে,
ভৌইগুম্বস্নুং ইতিহাসকী ঈচেল চেল্লি লৈন্নুংদদি।

মতম অমদা মহাক্কী অকনবা ঈচেন্না,
তোর্ব্বান্দা হৌবা উপাল রাপাল ফুক্তোকলমই।
হৌজিক্তি ফল্গু গঙ্গাগুম্না,
লাইজ্জা ঈচেল থাদোক্তুনা,
পুক্লিংগী অথুপ্পা মফমদা, মন্নুংদ-মন্নুংদা,
অরাবগী ঈচেল চেল্লি লোন্না লোন্না।
অতুগুম্বা ঈচেন্দা কনানস্থু উবা ফংদেদো !
কাঞ্চিপুরগী অরাবা পাওবু পুখিতুনা,
অহিং নুংথিল নাইদনা,
চেন্থরি অমম্ব-সমক্র তমনা।

লোক্তাকলোমদা তম্নমই, লাইজঈচেল চেল্লিঙৈদদি,
মপালনাইদবা অমম্ব সমক্র তমগ্রে হৌজিক্তি।
কনানো শকহেনবা মীগী তোর্ব্বান্দা লেপ্তুনা,
ঈরুজগে খোরাংলিবা, খোরাংবা মিৎয়েংনা য়েংতুনা ?
ইরৈপাক্তস্থু তুরেল লৈ, ঈচেল কংগ্রে খল্লিবতু,
ভৌতুনা য়েংসি অমুক্তা, য়েংসি থোরকপা লাইজতু;
লুরবা লাইজ ফংগনি, ঈরুজরবদি ঈশিংতুদা,
ইংগনি পুক্লিং হকচাং, কয়া নুংঙাইগবা পুক্লিংদা।
লৈ-স্থু থাসি তোর্ব্বান্দা, য়ৈসি হিদেন্দা চেকী থাক,
ঙমজরনি ঈরুজবা অশোন অনা পুম্নমক !
পোক্লকম লমদম থাদোক্তুনা হাপ্তুনা থম্নাই খুবাক্তা,

লনতানবা চৎনৈ খুদোংথীরবা মফমদা।
ইরৈপাকী মন্নুংদসু মিংচং মমল য়াম্নবা,
ফুমহুনা লৈরি লৈন্নুংদা, তান্নুসি শকহেনবা!

## চীংয়া-লৈহাউ

মোইরাং লাঈজীদা কাঞ্চীগী
ল্লাংলবা লৈচিন থেৎনা,
মখোংদা চীং নাপোম অমগী
পান্থী'নি হৌরি থাব্রাংনা।
পরিজা তকুম্না অমরাবতীগী,
শীঙেলসি মমিং চৎলি।
লৈকোন্দা কাঞ্চীপুরগী,
লৈহাউ লৈরেন' শোন্নরি।
লৈহাউ লৈরেনসিদি,
হাকনা চাউদে হাকনা পিক্কে;
চুথ্রবদি কোক্কে মনমদি,
য়েংবগী পেনবসু নাইদে।
লৈ-না পুম্নম তারিবা,
লৈখোক মনা'ম য়াওবা
লৈনম, চুথ্রবদা কোক্কবা,
বিধাতানা করমনা শেমলম্বা!
লেপ্তুনা চীংয়া তময়াদা,
অরেপ্পা নত্তে মুংঙাইবা,
খংহল্লি লম্বী চৎপদা,

পাউতাকসি মমল য়ামলবা ।
মতম অমদা খুৎলাই পাঙ্গবনা,
ঙাকলমই লৈখোংদা,
অপোম্বা লৈ অনৌবা মনা
মাংহল্লমদে অ়রেম্বদা ।
হৌজিক্কি লৈপাক্ল অসি,
মতমগী ঈচেল হোংবনা,
হোংগ্রে মুঙাইবা পুনশি,
য়েংবিহৌ পুকনিং চংনা !
শাৎকাঙ্গবা লৈ'মগী দমক
অপোম্বা তরা মাংনরি ;
ফজবা মনা'মগীদমক,
মশা তরা থুদেকপিরি ।
মনা, মশা, অপোম্বা লৈনা,
ইচাই চাইরে লৈখোংহু ;
লৈহেকপা লাকইবশিংনা,
নেথৎলি কেল্লবা লৈশিংহু ।
লৈশাৎপা মতম য়ৌবদা,
ফজবা হেনগৎলি খ্বাইগীদি,
কপপু কপনিংই খল্লুবা,
অরাবা মতমনি মহাক্কীদি ।
থরনা পোমশাৎনবা,
য়েংজরি মূনা মূনা
মরুমদা উনাপুংবা,
হেক্কনি হাঙ্গরগী কিবনা ।
মশা থুদেকমনখিবদা,

লৈপালসি মনা পুংবা
পুঙকোক কোকলে য়েংবদা,
মতৌ মাল্লে মরু কোকপা।
কিবনা মীনা নৈথংপা,
লোংলমলিবোই চীংয়াদা!
—ঙম্বগে কয়া কুইনা লোংপা?
মীনা থনগ্রেনে লৈখোংদা
পামলবদি মীগী কান্নবা
খাংগদবনি মীনা ওংপা!
কনানা কান্নবা তৌখিবা,
খাংখিগদগে মীনা ওংপা!
কংলো কংলো লৈহাও লৈরেন!
মিংচং উরোং খিল্লমত্নুনা।
থাদোকলমলো অরেম্বা তাইবংপান,
হৌরুরো শান্তিগী লৈকোন্দা।

## বিশ্ব-প্রেম

হে পাখংশা! বিজ্ঞান হৈরবা,
করিগীনো মন্ত্রবু থাজত্রিবা?
পাল্লবদা মুংশিগী মন্ত্রনা
মিং তাংগনি পাংনা পাংনা;
না পংগনি তা-না তা-না;
পংগনি লৌশিং থৌনা থৌনা।
লৈনম হুহুনম্ মলয়ানা,

"মুংশি" "মুংশি" হাঙ্গইহনবগুমনা,
পুকনিং হুহুনসু মুংশিবা মীনা
মথনগনি 'মুংশি' 'মুংশি' হাঙ্গবা ।
তিংখং পাল্লবসু কেতুকীনা,
মনম মুংশিবগুম অহোইনা,
নিঙাই চাউর চাউরগা মুংশিবনা,
"মুংশি" মথনগনি থোইনা হেন্না ।
চৈ থাংলবসু মুংশিবা মীনা
হিদাক অখাবা চাবগুমনা,
হেন্না তেকখৎকনি নশাহু,
হেন্না মুংঙাইগনি পুকনিহু ।
নাওথী শারে মমুংশিনি ;
গুগৎলে নোকলকলে নীংগনি ।
শনরিক পরেং মুংশিবগী,
হুক্তোক্তুনা মুংশিবগী ঙকশমদগী,
য়েকনবদা শিবিবা ঙমলবা,
প্রেমিক কৌই মুপাহু অশেংবা ।

## নিরব রজনী

থাবল ফবী অহিংগী মতম য়োরকলে,
মুংথিলগী লাউখোংবা নেমথরকলে ।
ইচীক চীকথরে মালেম পৃথী'সি,
থেংজিল্লকলে অহিংগী মতমসি ।
ফীরুক খুমথরে চীংয়া তময়া,
থা-থরাম্মিচাকনা লৈতেংগ্রে অতিয়া ।

পোম্বী-চেকলা য়াহিপগ্রে মহুমদা,
শজী-শঙাই য়াতাগ্রে তিঙ্গোইথক্তা
নিংথৌ কোম্মুং পৌরোল লোনগ্রে,
লাইরা থাংপোকস্থ থোং থিংগ্রে !
চপ লেপনগ্রে উরী রারী তুমিন তুম্বিন্না,
শংলেল শেংগ্রে চীংশাং নাপোমনা।
তুমখিবা উরহুনা মলয়া পর্ব্বতনা
হুরাল্লকলে হৈনম লৈনম মলয়ানা।
মনম মুংশিবা হুখিগত্রা কিহুনা
মিশেং খাংগ্রে থরো থারিকথানা।
উইরকলে উপাল মহৈ মুল্লকলবা,
'তুপ' 'তুপ' কেনগ্রে উহৈ অমুনবা ;
শেগাদগী হিরানবীগী মচা নাম্থখিবগুম,
অমদি—তম্পাক্তগী উইরিঙৈদা ওম্থখিবগুম।
মীচিকপা তাঙ্গা ফংজরহুনা,
কল্লকচাউবা তুরেনগী লৈরাইনা,
ঈচেল থক্তা 'ঝম' 'ঝম' চোংথরকলে।
শাউহুনা ঈচেল্লা ঈথক হোরকলে।
করিগুম্বা হানগ্রবদি নোংঙানবন্না
তমথীবা খোইমু পাইরক্লনি কিহুনা
লৈখোক লোঈরবা লৈরাং কেনগ্রে ;
ওল্লা খোইনা উফুল থক্তা খাংগ্রে।
হুগে তৌবদা লৈশী লৈনম মলয়ানা,
'তুমদ্রি' 'তুমদ্রি' লাউরকলে উনা অকংবনা।
য়েংউ ! প্রকৃতিগী মূর্ত্তিসি ইংলবা,
ফমহুনা লমদমদা মীচিকপা,

অশংবা থাকল মথাদা অতিয়াগী,
থাংমৈ থান্দুনা থা থল্লানম্বিচাককী,
থাবলগী অঙৌবা লমথাং থোনগ্রে ;
থোং থোংনাওগী মিৎ লীশীং উইশিনগ্রে।
পুন্নী পাংপু লীক্লাইগী পাত্র শেমখরে,
লৈরাং নিংথিজবা হাপকৎখরে,
লৈচিন নোংফাইগী ধুপ থারকলে,
অহিং লিকলাগী পি তরং তরং শিম্বতুনা
খুক্লমজরকলে পুকচেল অনি লোংদনা
তেংবানবা শেম্বিবা মবুঙৌবু।
ঈচেল নাইবা তুবেল খিবিকনা,
য়াকাইরোল শকলকলে খোঞ্জেল পিকনা।
উনা পুংবা উপাল খিবিকনা তপনা তপনা
চামর থৌগল তৌরকলে হাই-হুমহুনা।
অমুনবা উহৈ থাদরকলে হৈপাল খিবিকনা
তেংবানবা মপুগী খুয়াখাদা।
লৈগী পরেং কৎশিল্লকলে শিংগারৈনা
তেংবানবা মপুগী খুয়াখাদা।
প্রকৃতিগী লাইনিং কাইনি কিহুনা,
নিদ্রা শান্তি মচিন মনাও অনিনা
মাইকৈ মরিদা মিকুপ নাহুম য়েংগ্রে ;
কৌজেং হারৌনা তেংবানববু নাউগুমগ্রে।
'ঝম' 'ঝম' কিম্বরকপা লৈরাইনা,
ঈথক হৌগ্রে তুরেন্না মুংশাথীহুনা।
উবদা কেল্লকপা অকংবা উনা,
তপনা হুমদোকগ্রে মলয়ামা।

য়াওল্লক্কনি চিংনত্থনা উচেক্করায়ানা,
মুনা মুনা য়েংখ্রে থাগী থাবন্না।
শুকলবা চিকলবা চীংমুং মান্নুংদা
করিগুম্বা লমলক্কী শানা খোংলকপদা,
চীংলাইনা খামজিল্লকলে প্রতিধ্বনি তৌত্থনা।
করিগুম্বা নোংইন্না পাইরক্কব্রা কিত্থনা,
তাল্লুমখ্রে চীংয়া তময়াদা লৈচীন্না।
অপামন্নুংশি কাঙ্গনরবা কনাগুম্বনা,
লাউখোংত্থনা কপথোরক্কনি থন্দুনা
তেন শংখ্রে তেন্দোংদগী নিদ্রা দেবীনা।
অহিংসিদা অমুক্কী মতিক চিকলবা,
অনুতাপনা চাকলবা থম্মোঙ্গিসিবু ইংহন্নবা,
নিদ্রা কদাই—শান্তি কদাই-কদাই থাবল ?
খংলে অনাবনা হেঞ্জিল্লকলবদা,
অরেম্বনি হিদাক অরেম্বনি সেবা,
মৃত্যুমুক্তি মতমতনা হিদাকনি অথোইবা।

## নির্জ্জনতা

মুমিদাংন্নাইরম য়োরক্কুনা,
সনা অহিংবা মশেকনা,
উতোল রাতোল লৈতেংত্থনা
পোখারকলে অঙানবা নোংচুপ্পা।

পোম্বী চেকলা অয়াম্বা,
পাইরকলে মহুম তান্না,

য়ুমশা, ষণ শগোম্নচিংবা,
মমাই লৈনগ্রে খুল্লকতমনা ।

ব্রহ্মচারী অমসু কনাগুম্বা,
থাদোক্কুনা তাইবংমীগী অপাম্বা,
'পুক্লিং তপনা লাইনিংগে' হাঙ্গনা,
চঙগ্রে অচিকপা লমদম তমনা ।

উখোং অমদা ফমহুনা,
য়েংলক্লে মিৎ কুপ্তুনা,
অচিকপা লমদমগী ফজবা ;
খল্লকলে পুক্লিংদা মওল মওল ।

হৈনম লৈনমনা চূরবা,
মলয়া নুংশিৎনা ইংলবা,
শিৎলক্লে তপনা তপনা,
য়াচংবগী অমম্বা মরক্তা ।

উনা-রানা লৈ-সু খিবিক,
হাইহুমলক্লে তপনা তপনা,
নুংশিবা খোঞ্জেল অমথক,
পোকলক্লে উমং'হুদা ।

খোঞ্জেল্দুগা তিম্নহুনা,
মিরবা খোঞ্জেল অমা,
তারক্লে শেংফাত্তনা,
ব্রহ্মচারীগী নাকোংদা ।

"তাও ব্রহ্মচারী ঙসিদি,
ফোংদোক্লগে রা পুক্লিংগী,

'অচিকপা' কৌই ইমিংদি,
মবেম্মনি লমদমসিগী ।

ঐদি সহর অচৌ অচৌবা,
লৈরক খুল্লক মী তাবা,
লমদম মীয়াম তিনবা,
হন্না য়েংদে থাপনা চেম্থোকই ।

ইতিহাস নিংথৌরেল খুদিংগী,
ৱারী অকন অথৌশিংগী,
থাবল চোংবী শাবী শানৌগী,
তাজনিংদে, তাজনিংদে ।

ইংলবা উমং ময়াইদা,
চিক্লবা চীংয়া-তময়াদা,
শোংলবা নারক শীংলক্তা,
লৈফমনি লাইবকথীবীগী ।

হৈ-রা হৌবা হৈকোন্দা,
লৈ-স্নুনা লৈতেংবা লৈকোন্দা,
অচৌবা চীংগী চীংদোন্দা,
শান্নফমনি পাঙ্গল শোনবীগী ।"

"মথন্নতা হৌরকলগা,
কংজথিবা মথন্নতা,
উরী-ৱারী-লৈ-সুগী পুনশিনা,
পুনশি-লৈ-পরেংনি ঐহাক্কী ।

সমাজগী ইতিহাস,
মপূংফাদে মপূংফাদে ।

খুল্লক্তা শানবা ৱারী,
মরীক চুমদে মরীক চুমদে।

তেংথাত্নুা কপ্লতনা,
থম্মোই শোক্তে থম্মোই শোক্তে।
তুমিন্না লৈবতনা,
ৱাদবা নক্তে ৱাদবা নক্তে।

মীওইবগী লাইবক থীবনা,
ফোংদোক্লবা অৱাবা খংবিদে কনানা।
মরোল থোক্তবা কনাগুম্ববু,
'উকংনি' খল্লি মীওইবনা।

খজিক্কুং শোকপদা তিংখংনা,
কপলিবী তেংথা নাওইত্নুা,
মুপীসিগী ৱাখোং ৱারীদি,
শকনা শোম্নগ্রে মী খুদিংনা।

নৌনা মপুরোইবা খাইনরবী,
ইকাইথীবনা কপখিদ্ৰবী,
লকামুংদদি ৱামৈ চাকলবী
শকনা শোম্নবগে কনানা?

মশক থীরবী লাইররবী,
মরোল থোক্লুবী লৌশিং থেল্লবী,
মথরাই থাপ্রবী নিংবা থুংদনা,
শরুশোম্নবগেনে কনানা?"

"তীর্থস্নান তৌরিবা চহি খুদিংগী
পূণ্যগী ৱারীদি মুপা'সিগী

নিম্নথ্রে লৈরক খুল্লক্তা
শকনা শোম্নথ্রে মচী মচীদা

অতুগা মপি তরং তরং চেন্দুনা
'তীর্থ দর্শন ফংদ্রে' হাঙ্গৈনা
ফমুংদা লোংনা হিপ্তুনা
কপলিবা মুপাসিগী রারীদি,—

মীপূমতিংনা হংলুতুনস্তু
'খংই' হাঙ্গৈরমদে কনানস্তু
চেনা খুদিং হাইদোক্তুনস্তু
য়াওরমদে ইতিহাসতা।

মিংকুপ পুংজা খুদিংগী
পাক-চাউরবা তাইবংসিদা
অরা-অনা কয়া অস্তুম তৌনা
মাংথ্রবনো খংহৌদনা!

কাব্য কয়াদা ইনরিবা,
পুনশিত্তুদগী হেন্না রাবা,
হৈদোকথ্রেনে পুনশি কয়া
মী উদবা লন্দ্মাংদা!

ইতিহাসদা শীংথানরিবা
অকলঅথৌশিংত্তুদগী
থোইনা হেন্না কনথৌরবা,
কেমথ্রে খংহৌ উহৌদনা!

জাতিগী ইতিহাস হাঙ্গৈবসে
মিৎনা উহৌবা, নাকোংনা তাহৌবা

মরিক চুমনা ইবতনি রারী খয়া।
ফোংদোক্লবা পুকনিংগী রাদি
করমনা খংগনি মহাকনা ?

কাব্য হাঙ্গনরিবা অসিসু
উহৌবা, তাহৌবা, কল্পনানা ফংবা
হিরম খরদং লৈতেং হাপ্তুনা
ইজবতনি পুকনিং হুনা।"

"বিজ্ঞাননা মমিং তাংলবা
ইতিহাসনা মনা পংলবা
হিরমশিংছু অচুগুম্বা
তাদবা উদবা লৈতে ঐহাকনা।

হে ব্রহ্মচারী নৌনা লাকইবা !
পোংকী মনমবু অচুম্বা,
খংহৌবা, উহৌবা তাহৌবতনা
লেপনবরনে চাংদমনছুনা ?

অচুমনা চৎনরবদি সমাজদা,
ফরে—চেক্কী সিড়ি মথক্তা
গামলা মথক্তা লৈতেংলিবী,
লৈরাংসে ভাব্বিনা কৌবী,

মথক্তনি শকক্কজবদা,
মথক্তনি মনমঙ্গুংশিবদা ;
অচিকপদা শাংগী কেতুকীসি
অরেম্বনি মাগী পুনশি।"

"ইথক্তা অত্যাগী মকোঈদা
নোংথাং কয়া কুপপ্রবা !
নোংমৈ শীংজং কয়া ভাগ্রবা !
নোংশা কৈ কয়ানা কোঈপ্রবা !

ঐগী চিক্লবা তম্পাক্তা কুন্দুনা,
লাইনিংবা সাধু কয়ানা,
ঈশ্বরবু উপাসনা তৌজহনা,
সিদ্ধি ফংপ্রবা নিংবা থুংনা !

মুংশিহৈত্রবা মীহাৎপা কয়ানা,
মাগী মকোক পুশিল্লক্তুনা,
লোৎলরিবা ঐগী ইরুমদা !
তুজুংইদকো থল্লুবদা !"

"ইচিকহল্লকলবা অহিংদা
মীনা তুমনহিপনগ্রবদা
ইংলবা থাবলগী অঙৌবা ফিজংনা
কয়া কুপপ্রবা ঐগী ইথক্তা !

ঐনা রারী অমতম্মু নীথোক্তে।
কনাদম্মু পুক্লিং ফোংদোক্তে।
মী থংহন্দনা মরুমদা লেপ্তুনা
হিরম পুমনমক য়েংই মুম্না মুম্না।

ঐবু শেম্বিরম্বদা বিধাতানা,
পীবিরমদ্রবোই কাউহনা,
পাম্বৈদি পুক্লিং ফোংদোকনবা।
পুক্লিং পীবিরমই থম্নমা।

মীনা ঐবু হেক য়েংবদা,
নিংনৈ শান্তি লাইরেম্বীনি।
অহংগা কনাগুম্বা অমনস্তু
খয়ে অরাবা লাইরেম্বীনি!"

ব্রহ্মচারীনা হায়রকই,—
"মীনা শান্তি লাইরেম্বী কৌসন্নু
অরাবা লাইরেম্বীস্তু হাঙ্গীসন্নু
ঐগীদি ইমা শকপী লাইরেম্বীনি।

ইমাগী তম্পাক্তা তুম্বগুম
তুমজগে নংগী তম্পাক্তা।
শান্তিগী মশক ওইবা অমৃত
চুপচত্না হিংজগে য়াইবা থরাই।

লিক্লাগুমনা থম্মাথক্তা পকপা
পুনশিসি তয়াংতশোইবা
থমনা খেঙ্গোংনা ওমথবা মতমদা
তিনজগে নংগী পুক্লিং পুশ্রীদা।

সমাজগী মরক্তা লৈবস্তু
লাংতক্লরকই পুক্লিং য়ামনা,
পাইনিংলকই ইশা পান্দুনা,
তেংথানিংলকই লোল থোকুনা।

হৌথিবা শরুক্তা ইপুনশিগী
পারুরে ইতিহাস সমাজগী
লেমহৌবা পুনশিগী শরুকসি,
পাজগে নংগী জীবন ইতিহাস।"

# মৈতৈ—কোকিল

( কনাগুম্বা কবি অমদা )

হে মৈতৈ লৈবাক্কী কোকিল !
মতম কুইনা তাখিদ্রে নংগী খোঞ্জেল।
পাইথ্রগে নিংলবরা শাওড়না,
নপিজ্ঞা কোকিল লৈতে উত্না।

লোংপা য়াররোইদনে হৌজিক্কি,—
নোংমা তাহৌরে নংগী খোঞ্জেল,
নোংমা খোংখি নখৌ পোংনা,
মৈতৈ উমংগী উশাদা লোংহনা।

নংগী মিরবা খোঞ্জেল্দু তাগদবগী,
নাকোং থাঙ্গৎলে মৈতৈ কয়াগী ;
পাইরকলো মৈতৈগী লৈকোল্দা অমুকহন্না,
খোংলরো নখৌপোংনা হান্নগুমনা।

লৈকোল কোকিলগী খোঞ্জেল তাদ্রিবা
তাজনিংবনা খৌরাংনা ভাইজরিবা ;
পঞ্চমস্বরনা খোংহনা তাহল্লোবা
চত্তনবা মীরৈবাক্তা কোকিল থিবা।

কাইদোংফম উশা থাদোক্তুনা,
চাক্তাফম লম্ফাং হুন্দোক্তুনা,
করিগীনো য়োংকী শারং পামলিবা ?
ওমলোইকো হয়েংতুংদা পাইথোকপা।

কোকিল অমা খোংখি কুইগ্রবদা,
উজ্জয়িনীগী উনাপুংবা উমংদা,
ইংহন্দুনা থমখি ভারতকী লৈকোল,
শুমংখি পৃথ্বীপুম্বা মিরবা খোঙ্গেম্মা।

তামনা অমসু খোংখি থাইনঙেদা,
নোংচুপকী সমুদ্রক্লাংমগী চীংমুংদা ;
চীংমুং কয়া সমুদ্র কয়া লানংথাক্লুনা,
ইনিল নিলহনখি নোংপোক্কী ভোর্ব্বান।

উশা খুদিংদা ভারত লৈকোলগী
চেক্লা চামা চামনা তোংছুনা,
খোংলি পুকনিংহুবা খোঙ্গেম্মা :
পুকনিং ইংহল্লি মী লিশিং লিশিংগী।

মৈতৈগী লৈকোলসে অস্মুক ফজরবা,
তারবদি কোকিলগী খোঙ্গেনতগা,
নিংথিজগবনো কয়াগী মতিক !
ইমিত্তা উরখিদ্রা দৃশ্যতু অমুক !

কোকিল লৈতবনা মৈতৈ লৈকোন্দা,
কেনশ্রে হৈনৌ ময়োল অরেম্বদা
তমাল মশা কংশিল্লক্লে অরেম্বদা !
ময়াং কাকনা চাগ্রে উহৈ অরেম্বদা !

মৈতৈ লৈকোলগী হৈনৌময়োল,
খোম্থাং হেনগদবনি চুপলবদি কোকিল্লা,
'থাঈদা' 'থাঈদা' খোংলে কাকনা চুপ্তুনা
তাহৈদ্রে খোংবসি 'পাহাড়ী' 'পাহাড়ী'।

কোকিলগী খোঞ্জেন তান্ত্রিমখৈ,
কোকিলগী মশাক উম্রিনখৈ,
মেনশিল্লগে নাকোংসি নৈংখামনা,
তুশিল্লগে মিৎসি য়েত্তুমনা।

কোকিলনা উয়ে উমলগা খোলোম থন্না,
খোংলকই 'কুও' 'কুও' পুকনিং হুনা ;
কাকনা মপুক থল্লগা অমুনবা উইনা,
হুন্দোকলমই অমাংবা মৈতৈ নৈকোন্দা।

খোংলরো কোকিল নিকুঞ্জনা চীংলুংসি,
শেমলরো নিকুঞ্জবন তম্পাকসি।
চেঙ্গল্লো ঈচেল কংথবী চন্দ্রনদীবু।
কৌশিল্লো উমংসিদা বীন পাণিবু।

তাগদবগী নংগী তুংশিবা খোঞ্জেল,
পোংগারি লম্খাদা মখল তুরেল ;
ভাইরি চন্দ্রনদী লেপ্তুনা ঈচেল,
পাইরকপ্রা য়েংলি হৈনৌপাম্বী চীংথক্তা।

অপিকপা তুরেল অপিকপা পাংকী ঈশিংনা,
নংগী খোৱাংবা কোকলোই থন্দুনা,
কাইদোংফম রাদে—পুকচেল নেমই নিংহুনা,
পাইরক্রবরনে কোকিল তৌজিক ফাওবা ?

অমদি চীংনা কোঈশিনবা লৈবাকনি,
লাংদা থুরবদি অমুক্তংবু করিগুম্বদা,
পাইথোকপা ঙমলোই অমুকহন্না,
পাইরক্রবরনে কোকিল রাখলসি তৌত্তুনা ?

কিগনু কিগনু কোকিল পাইরকউ,
লাং নত্তে—লাম্বন্নি প্রকৃতিনা পীবা,
শম্বন্নি মৈতৈ লৈকোল অসিগী,
কোঙ্গশিল্লিবসে চীংলোল মাপন্না ।

হে অচিকপা পাম্বা কোকিল !
নিলখোংবা তাডুনা মৈতৈ লৈকোল্দা,
পাইরক্রবরনে হৌজিক ফাওবা ?
অমুক্কদি খোংলখো নখৌ পোংনা ।

ঋতুরাজ বসন্ত কৌবা মতমসে
নংগী চিরসহচরনি হায়না তাই ;
য়েংউ বসন্ত য়ৌরক্লে মৈতৈ লৈকোল
পাইরকপা মতম য়ৌরকলে কোকিল ।

## কনাগুম্বা স্বদেশ ভক্ত অমদা

নোংজুথাগী অহিংদা নোংনা রারা চুপ্লবদা
তুই হৌদোং ফাওবা মপাল থোকনখিদ্রবদা,
মুৎলি মুৎলিবা তন্দনগুমনা
অমম্বা লোকন্নুংদগী পাইথোরক্ক না,
লম্বী লম্মুকনরবা ভারতকী লম্বী চৎপশিংবু,
খুদোম্বী থিন্দুনা লম্বী তাকখি মুপা অমনা ।

থাংবা কনবগী ছি অমতং তোংজহনা,
কলমগী মশক ওইবা নৌ অমতং পাঙ্গহনা,

কনানস্থ মতেং পাংবিদনা,
চেংজেল করিস্থ য়াওদনা,
ঈথিল-ঈরৈ কল্লবা ভারতকী অচৌবা তুরেন্দা,
হি হোনগংগ্রি হঙ্গৎনা অঙম্বা লোকচপ তমনা।

নিংথমথাদা উন্না গ্রং গ্রং তাগ্রবদা
মুংশিৎনা ময়া পান্দুনা চিক্কে তাল্লবদা,
নিংথম চাউবা ভারতবাসীনা,
খাংনখি "ত্রাহি" "ত্রাহি" হাঙ্গৈনা ;
ফেৱাং ফেৱাং শাবা ফৈজুপকী মরুমদা লোত্তুনা,
হকচাং কায়াৎ অপূম্বা থমখি থুপচিন্দুনা।

লুমলবা ফৈজুপকী মুংশিবা থাদোক্লুনা
থৌনা ফবা লৈবাকমচা অসিনা
অঙংবা তুরেন্দা চোংথখি ;
মরৈবাকপু মুংশিবা উৎখি।
অপংবনি খন্দুনা হী হী নোকখি ভারতবাসীনা।
মিৎচিনবু হন্না য়েংখিদে অথৌবসিনা।

য়েংউ লৈবাকমচাশা ! হিহোনবা মুপা'সে
হোল্লুরে মরুভুমি কয়াগী মথক্তা,
মায়া মরীচিকাগা থেংনহুনা ;
থেংলুরে অঙম্বা লৈরাই কয়াদা,
ইরাকনরুরে অরুবা হিদেন কয়ামুক্তা,
নল্লুরে চীং নাপোম কয়া নিঙ্খাঈহুনা।

হিমালয়দগী চেন্থ্রকপা ব্রহ্মপুত্র তুরেল্লা,
চীং কয়া মরুভুমি কয়া তরাইনা লাম্ফোক্তুনা,

বঙ্গ সমক্রদা তাবগুম,
মহাত্মা অমগী কনাগুম্বা,
থম্মোইলকাম্নুংদগী চেপ্ত্বরকপা স্বদেশ প্রেমগী ঈচেল,
ঋৈথাই থিনগাই চামা লান্দুনা তিনথি স্বদেশ সমক্রদা।

থৌরবা তাগী মতোন্না ভূরেনগী ঈচেন্দা থিনবগুম,
অপংবা কাংবুগী থারবা মিংয়েং, নোকনবা রাহৈদা,
স্বদেশ প্রেমগী ঈচেন্দা,
মশক হোংদে করিগুম্বদা।
কংহনবা ঙমদে ঈচেন্দু মায়াগী মরুভূমিনা;
ময়েং তাদে থত্তুনম্ম লমলক্কী শা শঙ্গনা।

খোইহী চেন্দ ঐগী লৈংথন্দা চিবোল তৌনবা
প্রতিভা লৈতে ইশাদ, প্রতিভাবু থাগৎনবা,
ইনাক খুনে ঐগী ইবোল,
ইনাক খুনববু থাগৎনবা;
লম্বীচিংবা অথোবা হিংহানবা মুপাসিত্তবু;
"নংতনি মুপা" হায়বা থোকই থারবা লৈসিনা।

# থাইনগী মৈতৈ সাহিত্য

কদাইদা লৈপ্রে ইমা!
কেতকীগুম্না লৈনম চাউরম্বী!
নংগী পোমশাংনবা মতমদা,
ঙাওখৎলকপা নচাশিংনা,
শাম্নরম্বা মনিংমথা তৌনা।
কদাইদা লৈপ্রে ইমা!

থেংলবা অঙ্গিংদা খোংলকপা,
বাঁশিগী সুংশিরবা খোঞ্জেনগুমনা,
'ইমা লাকলে' হাঙ্গৈনা কৌবদা,
চেনশিল্লকপদো নখোং থম্বাল তমনা,
পুকচেল অমতা ওইনা তিন্দুনা
'অমৃত থকলগে' হাঙ্গৈদুনা ।

মোইবুং খোঞ্জেল তাবদা,
সঙ্কীর্তনগীদমক চরৈফি শেমনবা,
অতুগুম্বা নচাশিংবু রারকপা রাহৈ,
পুকনিং থৌগৎপা খোঞ্জেন,
কদাইদা লৈরে ইমা !
অমুক্তা রারকপিখ্রা নচাশিংবু ।

মোইরাংপুর্বগী মতৌগুমনা,
নিংথিজবা শঙ্গাই হুন্দোক্লুনা,
তুমলিবরা শেগাইরবা লুপাক মনুংদা ?
কাং হয়িনা চিক্লুনা,
তুমখিগবা কয়া কুইনা ?
কদাইদা লৈরে ইমা !

ফদিফরানা কুপ্তুনা,
উতোং মনুংদা থুপ্তুনা,
লোৎখিগদগে চহি কুমজা কয়া ?
কাউগদগে করমনা পুকনিংগী অরাবা ?
কদাইদা লৈরে ইমা !
অমুক্তা কোনশিনবিরখো নচাশিংবু ।

ইমা নংগী লাইশংদি নিঙ্খাঙ্গৈরক্লে,
শক্তিবুগী মুংশিংনা হুমদোকখরে,
তিংখৌ-তিঙ্গোইনা কুপখরে,
কৌজেং-হারৌনা শান্নখরে,
নোংজুথাগী নোংনা থুমখরে।
কদাইদা লৈগ্রে ইমা!

ইমা নংগী নপান্দগী,
ইরোল্দি খরা খরা থোকচহৌরে;
নংগী চেংলৌ শকফমদি উজহৌদ্রে!
তেংথানবা রাহৈস্নু তন্দ্রোদ্রে।
কদাইদা চৎগ্রে ইমা!
অমুক্তদি কোনশিনবিরখো ইমা।

পাংদ্রবা নচাশিংনি খন্দুনা,
তুংগী আশা পুন্নমক থাদোক্তুনা
চীংলোল মাপন্না কোঈশিন্দুনা,
য়োৎকী পৌরোল লোল্লমলব্রা?
কদাইদা চৎগ্রে ইমা!
অমুক্তদি কোনশিনবিরখো নচাশিংবু।

নংগী অশাউবা খোঞ্জেল তাবদা,
সমদ্রুগী ঈরাউখোল নেমখিবা,
হাওনা চীংদা চেনখিবা,
মীরৈবাকী লাইথুং চংঙমদবা,
অহুগুম্বা অকিবা খোঞ্জেল্না,
অমুক্তদি রারকপিখো নচাশিংবু।

নংগী মিরবা খোঙ্গেল তাবদা,
কোকিলনা মনিপুর থাদোকখিবা,
অদুগুম্বা মুংশিবা খোঙ্গেল্লা,
অমুক্তদি থেমজিনবিখো নচাশিংবু।
কদাইদা চৎখ্রে ইমা !
কাউথ্রবরনে নচাশিং লৈহৌরি হাঙবা ?

নংগী অমৃত চেনবা য়াহৈনা খিক্তুনা,
পাম্বীদা মহৈমরোং চুম্ধনবা,
লৈপান্দা লৈ মকারামনা শাৎহনবা,
অদুগুম্বা থুমলবা য়াহৈনা,
অমুক্তদি থেমজিনবিখো নচাশিংবু
কদাইদা লৈখ্রে ইমা !

নংগী পুকনিং ফাজিনবা য়াহৈ তাবদা,
ঈচেল পিকলবা নম্বুল তুরেল্লা,
অথাপ্পা সমক্রুতমনা চৎনিংদতুনা;
লোক্তাক্তা আত্মা সমর্পণ তৌখিবা,
অদুগুম্বা পুকনিং ফাজিনবা য়াহৈনা
থেমজিনবিখো নচাশিংবু।

# হৌজিক্কী মৈতৈ সাহিত্য

শাৎলরে তামিল, শাৎলরে তেলেগু,
ভারতকী লৈকোনম্নুং অসিদা,
অথাপ্পা সমক্রু মপান্দগী লাক্তুনা।

অরাংবা উনগী মপৈ লান্দুনা,
থুংখরে নেপালী ভারতকী লৈকোন্দা
পোমখরে ঙরাংতগী খাসি ভারতকী কাচিন্দগী।

করিনো ইমা মাইথোং লাংশিনবা নমান্নবা মরক্তা ?
করিগী য়েঙ্গিং হুন্দে অনৌবা মনা ?
করিগী পোমদে অনৌবা লৈরাং ?
করিগী নশানরেং ফজ্রিবা ?
মতিক ওকপা ঈশিং চাইদবনা,
কংবনা ফরে থল্লবরা পুকনিংদা ?

খংলে ইমা নংমঙাইরে লাইরবা লৈরাং,
ভারতকী লৈকোনম্নুংসিদা।
য়েংউ, ইমা অপংবা নচাশিংনা,
ঈশিং চাইদহুনা নংগী নখোংদা,
লাকনরি পুথ্রী তৌবা মরুভূমিদা !
তান্নরি ফাগদগী মায়া মরিচীকা !!

## মাতৃ তর্পণ*

অথাপ্পা মীরৈবাক্তা লৈহুনা,
ব্রহ্মপুত্রগী তোর্ব্বান্দা লেপ্পুনা,
পোকনফম লমদমদা মাই ওন্দুনা,
চেং থোইদিং কংচরি ইমাগী খুয়াদা।

লৌবিয়ু ইমা খুৎথেংননা,

* ইংশোক ১৯২৬ কী জাগরণ পত্রিকাদা ফোংদোকখিবা।

মিৎকী পি মরিক মরিকা লোঈননা,
ঈশিং খুজোক থন্না শোকুনা,
কৎচরি ইমাগী খুয়া থম্বান্দা।

সনা লুপা কয়া কৎচনিংই,
লৈত লাইরা কয়াবু পিজনিংই,
বখী কয়া দান তৌজনিংই,
করি অমতা ওমজদ্রেকো লৈজদবনা।

ইমাগী নিংশিংনবগীদমক্তা,
মুংশিরবা মোংফম মথক্তা,
ওমজদরে স্মৃতি মন্দির শাগৎচবা,
ওমজদরে স্মৃতি সভা লিংখৎচবা।

মিৎকী পিনা কংদ্রিমথৈ,
কাউজররোই খুয়া থম্বান্দো ;
লাৎচগনি নংগী প্রতিমাদো,
থম্মোইগী স্মৃতি মন্দির মনুংদা।

অরেপ্পা নাইদনা চেল্লিবা,
হে ব্রহ্মপুত্র পুকচেল তপল্লবা,
কৎচরিবা হৈ-লৈসি নংগী গর্ভদা,
শিন্নবিরম্মুকো ইমাগী খুয়াদা।

ইখুৎনা থিজবা ফংজবা,
লৈকোন্দগী লৈ-সু খরদং হেকচত্তুনা,
কৎচরি ইমাগী খুয়া থম্বান্দা,
লৌবিয়ুকো ইমা খুৎথেংননা।

তোর্ব্বান রাংমরোমদা লৈহুনা,
মশেন মরাংনা উরিবা,
লৈচিন নোংফাই মরক্তগী,
খুৎ তিংথোক্লক্লবরনে ইমা !

থাপনা উরিবা চীংয়া তময়াসিদগী,
উরে মশেনমরাং ইমাগী মূর্ত্তিগুম,
তেংথাবগুম তারে 'ইমা লৈরি' হাঙ্গৈনা,
খুৎ তিংথোক্লক্লমাল্লে লৈ-স্নু লৌগে হাঙ্গৈনা।

পাক-চাউরবা ঈপাকথক অসি,
লানবা ঙমলরোই খন্দুনা,
থৌরাংবা মিৎয়েংনা য়েংহুনা,
ফ্রীং ফ্রীং চোংহুনা লৈরবরনে ইমা !

ঙাইরমখো ঙাইরমখো ইমা,
লাল্লকলগন্নু অসোমদা অমুকহন্না,
অথাপ্পদগী পাইথরক্লিবা হি অসি,
ঙাইরগা মতম খরদং লানজরক্কে খুয়া তমনা।

মী চিক্লবা লমদম'হুদা,
দ্বীপ মচা অমতং থিহুনা,
শান্তি মন্দির অমতং লিংখত্তুনা
লাই নিংমিন্নসিকো ইমা ইচা।

হে ব্রহ্মপুত্র নংগী ঈপাকথক্তা,
স্মৃতিচিহ্ন ওইনা য়েক্তুনা,
লৈহৌরসন্নু মতম কুইনা,
ঐগী মিত্তগী শিন্থরকপা পি'সিনা।

মীগী স্মৃতিমন্দির কয়া কয়া,
নংনা থৃদেকই তরাই তরাই,
মুথৎপিন্নুকো ঐগী স্মৃতি চিহ্নসি,
কংদ্রিমথৈ নংগী ঈচেন্না।

স্মৃতিসভা কয়া লিংখত্তুনা
স্মৃতিগীত শকনৈ অয়াম্বনা,
ঐগী লকান্নুংগী ফোংদোক্তবা স্মৃতিসি,
কনাবুম্নু খংহন্দনা, তিনখ্রো নংগী জীবন সঙ্গীত্তা।

লৈবাক কয়া লাম্থোক্নুনা,
চীংনাপোম কয়া থুগাইহ্নুনা,
চেন্থরো সমদ্রুতমনা ;
অত্যাদা তিলহনখ্রো নংগী ঈশৈ।

অতৎপা লৈতনা শিন্থরিবা পি'সিগা,
অতৎপা লৈতনা চেন্থরিবা নংগী ঈচেলগা,
ঈচেল অনি তিন্নহ্নুনা,
সঙ্গমস্থল অমা শেম্বিয়ু ;
'স্মৃতিসঙ্গম' থোনজগে মহুগী মমিং।

পলেমগা খাইনরবা,
তীর্থ যাত্রিকনা কনাগুম্বা,
লুপলসন্নু মফম অহুদা ;
অরাবা খরদং কোকচগে মতম'হুদা।

নংগী ঈচেলগী মশক ওইবা তারবদা,
পিগী মশক ওইবা মেজরাপনা থেংবদা,
থোরকসন্নু 'ইমা' 'ইমা' হান্নরা ;

অত্যাদা পাইখৎসন্নু খোজেন্দু ।

কনানসু খংদবা পুকনিংগী স্মৃতি,
কনানসু য়োঁদবা লমদমথুদি,
তিনসন্নু কনানসু খংদনা,
'মাংদবা' ওইসন্নু মতম লৈবা খিবিক্তা ।

## কাঞ্চীপুরগী লেমহৌবা মথাক *

( থাইনগী কোন্নুংনা হোংখিবা অমসুং হৌজিক্কী অনৌবা কোন্নুং শেমজ্রিঙৈগী মরক্কী অবস্থা । )

চীংনা কোঙ্গনা ফিরুক খুমলিবা,
হাওনা কোঙ্গনা পলঙাকলিবা,
ঋতু তরুকনসু লৈতেংলিবা,
মালেম পৃথিগী লৈকোলগুম্বা.
মনিপুর সনা লৈবাক্কী লৈময়োন্দা ;
থমচেংকুম থম্বালগী মন্নুংদা,
শালগ্রামগুম লৈপরেং মন্নুংদা,
ভাম্বোইরি থাইনগী কাঞ্চীপুর ।
লৈময়োলসিগী নিংথিজবা ম্নিংচত্তি,
মতমগী কল্লবা ঈচেল ঈরৈনা,
অহিং মুংথিল নাইদনা পুথোকখিদ্রুনা ।
লুপখিগদৌরে অমম্বা ঈপাকথক্তা !
মুংশিরবা লৈগী লৈনমনা,

---

* The name 'কাঞ্চীপুর' was recently introduced but it sounds so sweet that I wish it to have been from the ancient.

নুংশিৎকী মকোঙদা তিনবগুম ;
চীংনুংদা খোংবা তামনাগী খোঙ্জেল্লা,
পাক্লবা অতিয়াদা মাংখিবগুম ;
মনম নুংশিরবা কালিন্দীগী ঈশিংনা,
য়াক্লবা থুমহীদা তিনখিবগুম,
নিংথিজবা মিংচৎ কাঞ্চীপুরগী,
কাউশিল্লকলে নোংম-নোংমগী।
অমদি কাঞ্চীপুর লাইরেম্বীগী,
মরাইবকথীবা মরমদগী,
মবুংঙোম্মু মাই লৈথোকপিখরে ;
পাউতম্বীনস্মু লৈরকতরে ।
অমদি অরা পোত্থানবা য়াবা,
মচাস্মু য়াওদ্রে তৌবিম্লল খংবা,
ঈরাকনরে চিন্তাগী ঈপাকথক্তা,
'হা ওইজরে নুং অনিগী মরক্তা' ।
মচাফাগ্রবী শজী অমোমনা,
মৈচাক খাং'গুম চেনচোংদুনা,
উনাথক্তা তা'গুম অহিং লিকলানা,
অরাবা পি শিন্থরি ওল্লা থোইনা।
শঙ্গুদগী চিত্থহৌরবী তেনরাগুম,
মীচিক-মীরাওখোল তাখিদ্রবা,
উমং-উখোং-রাখোংনাক্তা কমদুনা,
অরাবা-ঈশৈ শকচরি মথল্লতা।
থৈবোং হৈনৌনচিংবা হৈপাল,
লৈহাউ, শিংঘারৈনচিংবা লৈপাল,
মশাগা মশাগা লোনশিন্নদুনা,

অরাবা কোংদোকলি তুমিন তুমিন্না
উরীরৈ, কুন্দরৈ বসন্তীনচিংবা,
উরীগী কাংলুপনা মরী চৎপা,
থাদোক্কুনা তুংনফম হৈপাল লৈপাল,
ওম্ভোইরি, তৈত্থনা উফুল রাইফুল।
লংখুম্নু, লাংমৈনচিংবা উচেক,
তেংথারি কাঞ্চীপুরগীদমক,
মনাপুংবা উশা খুদিংনা তোংত্থনা,
তৌবিমল খংবা চেক্লাগী কাংলুপনা।
হৌজিক ফাওবা কালিদমনগী,
পিকলবা ঈশিং ঈচেল অত্থনা,
চীংগী চীংখোংদা ঙাথেংত্থনা,
চামথোকলি খুয়াথম্বাল কাঞ্চীগী।
কাঞ্চীগী হৈকোল লৈকোন্দা হৌবা,
হৈ-লৈ পাম্বীগী মরুপ খিবিকনা,
নিংথিজবা মহৈমরোং লৈ-শু কত্তুনা,
পুকনিং ফাজিল্লি কাঞ্চী লাইরেম্বীবু।
মতা কাঞ্চীগীদমক রাবনা,
শ্রীরাসমণ্ডল পুশ্রী অসে
লৈতেংখরে অমোৎপা ফিজেৎনা
লু হেন্দরে মহৌশাগুমনা।
অত্থম ওইনমক চাকতাররি,
ঙাম্নুথঙ্গোংনচিংবা চেকলানা,
ঋমিদাংরাই য়োরে হাঙ্গত্থনা,
পুকনিংগী অরেপ্পা কাঙ্গদনা।

# চিরবিদায়*

শরৎকী অহিংদা থাবল ফরবী,
নূরা অমনা কনাগুম্বী,
মপাল থোকলকলে ইমুংদগী,
অকলা'মা পায়দুনা তেনরাগী।
অহিংতাংলৌ থেংজিল্লকলে,
মীচিক মীরাওখোল তাশিল্লক্রে;
নোংচুপ অত্যাদা ইংলবা থাবল,
লৈতেংলকলে চীংগী চীংদোল।
উরিবা চীংশাংদো অরাপ্পদা,
লৈচিন্না পানা কুপখিবদা,
তুম্বগুম নিংথিরে চীংলাইনা,
অপাবা ফিডৌনা কুপ্তুনা।
পাত্তা শাৎপা থরো কয়ানা,
মলয়া নুংশিৎকা থেংনদুনা,
অত্যাগী থরাম্নিচাকপু য়েংদুনা,
নোকফেৎ তৌরি করেমনগুমনা।
অত্যাদা থোকপা নাপল চাউরবা,
থরাম্নিচাকনা তয়াংতশোইবা,
মতিল শিংথরি থরোতমনা,
পুকনিংদা উশিত্তবগা লোইনন্না।

---

* ইংশোক ১৯২৬ কী জাগরণ পত্রিকাদা কোংদোকখিবা

থরো খিবিকনা শাউরকলে,
পাৎয়াইদা হাইহুমলকলে ;
ঈথক হৌরকলে পাৎকী ঈশিংনা,
খামজিনবা লাকনরি চাংজোনা।
থরোগী মাইথীবা উবদা,
লৈথগ্রে অঙানবা চীংমরুমদা ;
থরান্মিচাক মাইথোং লাংশিনগ্রে,
চন্দ্রমুখীনা কল্লক পেনজরে।
প্রকৃতি কৌবী লাইরেম্বীনা,
কুম্মৈ য়েংবা মুঙাইরহুনা,
মালেমথক্তা শেতারগুম্বা
তুরেল তিংহুনা তারগুম্বা,
তপলবা মলয়াগী খুৎখৎনা,
খোংগৎলকলে পুকনিং হুনা।
চিকলবা অহিংদা অসিগুমনা,
প্রকৃতিনা থোরক্কুম মুর্ত্তি ওইনা,
নুরা অসে ইংনা থোকলকলে,
হৈনৌ মথোং অমদা চংশিনগ্রে।
তপনা থাঙ্গৎলহুনা অকলাহু,
কোনশিল্লে থম্মোইদা তেনব্বাহু,
মিৎতগী পি তরং তরং শিন্থহুনা,
হাঙ্গিরকই তেনব্বাবু য়েংহুনা, —
"খাইনরসিকো পাম্মুবী,
পাইথ্রকো ইতাশকপী,
ঙসি অহিংদগী হৌহুনা,
অপাম্বা উমং য়েংহুনা,
থাদোকলমলো মুংশি লমদম,

শান্নরো মুঙাইনা নহুম ;
পুকনিংচাবা উশাথক্তা,
তোংলুরো চান্নবী ইতা ।
খোংলুরোনে নখোপোংনা,—
নংগা ঐগা জাৎ তিন্নদবনা,
মুংশিজহুনসু ঐনা ফনা,
নপুকনিং থুংলোইকো চেক্লা ।
নংনা ঐগী প্নকনিং হুখিবনা,
ঐগী ইথৌদা .থৌশান্নদহুনা,
নংবু, নরোল থোক্তবা চেক্লা,
ইকোই কোইথ্রে য়েক্লবনা ।
চেক্লা মাংগবরা নথন্নাই,
চিংনরেনে ঐগী থম্মোই,
নথন্নাই হিংনবা উপায় থিথ্রো ;
মুংশি লমদম থাদোক্লমলো,
হয়েংমুক্কী মপোক অহুদা,
চেক্লা ওইনা পোকমিন্নহুনা
তোংমিন্নসিকো উশা অমতদা
চাকতামিন্নসকো পাৎ অমতদা,
মীওইবগী মপোক অসিদদি,
পোকচৈদ্রে অংগানবা জাংতি !
সমাজদগী তাম্ভোরক্কনি,
হাঙ্গিহুনা 'অমাংবা জাংনি' ।
বিচার লৈতবা জাতিগী,
মপোক্তা পোক্তুনা লৈরাংগী,
শাৎমিন্নসি লৈথোক অমত্তদা,
কাউনহুসি চান্নবী ইতা ।

হন্দক্ষী মপোকসিগীদমক,
মতমকুইনা কাউদনবা,
লৌরেকো নংগী ফোটোসি ;
থাদোক্লমলো মুংশি লমদম ।
নিংঙোলকাগী লুখুমদা য়ান্দুনা,
মু মিংখুদিংগী মিৎকী পিনা,
নংগী ফোটোসি চামথোক্কেকো ;
ইতাশকপী হৌজিক্তি পাইথ্রোকো ।
পাইখরোনে অপান্বা উমংদা,
চাক্তারুরো হৈকোল লৈকোন্দা ।
নংগী ঐগী পুনসিগী শান্নবা,
রাখৈরসি মিৎকী পিনা ।”
অসি হাঙ্গনা পি তৈথোক্তুনা,
মখোংদগী য়োংহ্লিং থাদোক্লে ;
—পাইদ্রে চেক্লাসে,—লেংবান্দা তোংলরে ।
অরাবা খোঞ্জেন্না খোংলরে ।
খোঞ্জেন্দু তাবদা অরাবা,
পি শিন্থ্রে উরীরারী ফাওবা !
অরাপ্পদা লৈবা চীংশাং পরেংনা,
নুংশামপী হোল্লক্লে ফুইনা ফুইনা !
পুকনিংগী অরাবা ফোংদোক্তুনা,
প্রতিধ্বনি তৌরক্লে অত্যানা ।
নুজাবু য়েংদুনা চেক্লাদুনা,
হাঙ্গরকই অরাবা খোঞ্জেন্না—
“কুটিল ওইরবা সমাজদো,
লৈখা তাবনি উরীগুমন ;
পুকচেল চাউরবা জাতিদো

চাওখৎপনি উপালগুমনা।
মীওইবা ! বিজ্ঞানগী পাম্বৈনা,
প্রেমরাজ্যগী ফোটো নমত্থুনা,
ঙমখৈ লেপকে খোঁরাংলবোই ।
তারেম্বনি কান্নরোই কান্নরোই।
অঙকপা পাম্বৈগী বিজ্ঞানগী,
নুংওনথ্রবোই নংগী থম্মোই !
শেগাইথ্রবদা ফোটোনা,
স্মৃতি ঙাকনি করমতৌনা ?
মিৎতাংলকলবদা মীওইবনা,
ফোটো য়েংগদগে করমনা ?
মুংশিবা থোক্লবদা পুকনিংনা
করি কান্নে ফোটো চামা থেত্তুনা ?
অমরোমদা হাঙ্গৈরুরগা, —
মাগী পুকনিং ঈচেল হোংলকপা,
চেংলৌ শকফম হোংলকপা,
ঙম্বরনে ফোটোনা মত্থুংইনবা ?
ঐখোইদি জাৎনি তোল্লবা,
লৈজদে যন্ত্র, লৌশিংনা শাবা ;
মন্নুংদা থম্মোইগী উফম,
মমি তাথ্রে নংগী শকফম ।
মীওইবগী মরক্তা হৈ-শিংলবা,
লৈবরা ফোটোগ্রাফর অসিগুম্বা,—
মাংহন্দুনা ঐগী অস্তিত্বসি,
ফোটো ওলহনবা ঙম্বা ইশা'সি ?
মাতু লৈরবদি, ঐগী হকচাংসি,
ওলহনবিরো ফোটোগী মশক ;

নংগী লুখুমগী ফকলাংদা য়াম্নুনা,
অহিং মুংথিল মিংকুপ্তনা,
লৈজগে নংগী নশক য়েংহুনা,
খাংলগে অরাম খোঁরাং চপমান্নবা !
অথাবা মিংয়েং য়েকনবগী,
অশাউবা রাহৈ কল্লকপগী,
খাংজরগে লকান্নুংদা তুমিন্না !
মথরাই পান্দবা উকংগুমনা ।
নত্রগা পুরকউ অসিগুম্বা গ্রাফর,
মাগী মপাল নাইদবা ফোটো মন্নুংদা,
নিংথৌ, প্রজা, চাকনিবা, ইনাকখুনবা,
চপমান্নপ্রে মতিক মগুণ ।
নত্রগা থাদোকপিয়ু অসিগুম্বা উমংদা,
চাদথক্তবগী অরামখোঁরাং লৈতবা,
কল্লকপা য়েংথীবা লৈনদবা,
অমাংবা অশেংবা চপমান্নবা ।
অহু ঙমদ্রবদি মীওইবা !
হুন্দোকপ্রো নখুৎকী ফোটোহু,
কদৌঙৈদম্নু পাইথোকলরোই,
নংগী থম্মোই অকলাদগী ।

# অতীতের স্মৃতি

চাওখৎলবা সহর কয়া কয়া,
কোমুং, নিংথৌরেল কয়াগী,
থুগাইহ্নুনা মতমগী ইচেন্না,
লুপখ্রে অমম্বা সমক্ৰু মনুংদা !
ফুরা-দলাল, হৈকোল-লৈকোল,
লৈ-শু-উরী-রারী কয়া কয়া,
অমম্বনা কুপ্তুনা থম্বগুম ;
অমদি চাউরবা চীংমান কয়া,
হীরা মণিমুক্তা মপৈ মপৈ,
লুপ্তুনা লৈ'গুম সমক্রুগী গর্ভদা,
হৌখ্রবা মতমগী মিংচৎ কয়া,
লুপ্তুনা লৈখ্রে অকাউবগী গর্ভদা !
মমথ্রবা অহিংগী মতমদা,
মুৎলি মুৎলি পাই'গুমনা তন্দম্না,
অমদি অথাপ্পদগী খোংলকপা,
বাঁশীগী মিরবা খোঞ্জেলগুম ;
থেংখ্রবা অহিংদা, অথাপ্পা চীংদা,
মুৎলি মুৎলি চাকপা লম্মেগুম,
হৌখ্রবা স্মৃতি কয়া পুকনিং অত্যাদা,
পাইরিনে মশেন মরাংনা !
রাংখ্রবা চীংগী চীংদোন্দগী,
য়েংথরকপা দৃশ্যনা পুকনিং হু'গুম,

মতমগী অরাংবা চীংদোন্দা লেপ্তুনা,
য়েংথরকপা, হৌগ্রবগী দৃশ্যাবলী,
মধুর ওইখ্রেদা ওন্থোকনস্ু !
পি নাম্থখিবা খংহৌদে মিংলুদগী।
শান্নখিবা কয়া অঙাং ওইরিঙৈগী,
রারী কয়া শিগ্রবা শাগৈনাতৈগী,
লৈরাং কয়া চিন্নদনা কেমগ্রবা,
পাইরি মশেনমরাং অকাউবগী গর্ভদা।
তাবা ফংলরোইদবা রাহৈ অমুক হন্না,
উবা ফংলরোইদবা দৃশ্য অনিরক শুনা,
থম্মোই কাঈগদৌই নিংশিংবদা !
পল্লেমগী রাহৈ খাইনরমদাইগী,
শিরমদাইগী দৃশ্য কনাগুম্বগী,
কাঈখিগদৌই থম্মোইসি খল্লুবদা।
অহৌবা-মুংঙাইবা, অরোইবা-অরাবা,
খংলে শান্নগ্রমাল্লে চান্নবা মরুপ।
নোংমা নত্রগা নোংমদি শোইদনা,
চোংথগদমক লৈরে অকাউবগী গর্ভদা।
হৌগ্রবা অকাউবগী সমক্র ময়াঈদা,
মিংচৎকী দ্বীপ শারম্মিবা মুপাশা,
য়াইফৈদকো ওন্থোকনসু।
ঈরাকনরবদা থুপচগে নংগী দ্বীপ্তা।



# ৱাহৌদোক

নাটক, কাব্য, পত্রিকা অসিনচিংবা মখল মখলগী লাইরিক্লা ৱাই চাইরবা মতম অসিদা মৈতৈ লৈবাক্তা মৈতৈলোনগী লাইরিক পাননবা ফংদবা অসি য়াম্না অৱাংপা অমনি। মৈতৈমচাসিংগী পুক্লিংদা হৌজিক ফাওবা লাইরিক লেংবগী 'নেশা' অদু পোকত্রি, মরম অসিনা হৌজিক ফাওব মৈতৈলোনগী লাইরিক অস্ক তাঙলিবনি। পঙলবা গ্রন্থকার অসিনা মেডিকেল ছাত্র ওইরিঙৈদা 'মাধবী' কৌবা নভেল মচা অমতং ইজহৌই; খুদোংচাদবনা মতু হৌজিক ফাওবা ফোংদোকপা ঙম্নকত্রি। হৌজিক্তি মসি ফোংদোকচরে খ্বাই পুন্নমক্লা মসি মৈতৈরোনগী লাইরিক অমনি হায়না খর খরতং মিয়েং তাবির-বদি ঙমখৈ লৈতনা মুঙাইজগনি।

তমেংলোং,
ফেব্রুয়ারি ১৯৩০ ইং।

মিয়েং তাবিবা নিজরিবা—
শ্রীলমাবম কমল সিং,
সব এসিষ্টেণ্ট সার্জ্জন।

# কথোকচবা

'মাধবী' কৌবী লৈরাংসি, শাংলরী কাঞ্চী লৈকোন্দা'

সাহিত্য শেম্নীবা কাঞ্চী লৈকোলগী মবু:ঙোদা,

কচ্চরি, হাপচহ্না নোংলুকপগী শেম্পাক্তা ;

নিজরি স্নামিয়েং তাবিবা অনৌবা লৈরাংসিদা।

স্নাখুয়াখাদা চংজরি-মনাই,

ডাক্তর কমলসিং।

অহানবা পন্দুপ

# থোৱাং

নমুল তুরেনগী থোয়রবা ঈশিং ঈচেম্না মখাপাংনা চেম্বরকতুনা কাঞ্চী চীংগী চীংখোংদা ঙা-থেংহুনা ঙাইহাক্তুং পোথাবা মফম অহুগী নোংচুপ থংবদা তরুতরুবা য়ুম মচা অমা লৈ। য়াচংবা মতম য়োৱরক্লহুনা লাইরিক তম্লিবা চাত্র অমনা থাওমৈ থাঙ্গত্তুনা মাঙ্গোল মচি অমদা লাইরিক ঔরাইরি। "রাজকুমার বীরেন্দ্রসিং বারুণী খুরু মুসি" অসি হায়রুনা লাইরিক তমদবা পাথং মচা অমনা চাত্র অহুগী মনাক্তা ঙেক হেক ফমথরমই। মতম অহুমক্তি য়াচংবগী মরাং সরাং তৌবা মতম হেম্বথিহুনা লাইরিক তম্বা অঙাংশিংনা চাক-শংলোমদা মুনা মুনা য়েংশিনবা মতম য়োৱরক্লে। চাত্র অহুনা পুক্লিং চংনা লাইরিক ঔরাইরম্বদগী য়াক্লবা খোঞ্জেল অহু তাবদা হঙ্গংনা হেক য়েংখংলকই: মাহাক্কী মরুপ শশীবু মনাক্তা ফমহুনা লৈবা উরে; শশীদসু নত্তনা অতৈ পাথং মরি মঙাসু মাহাকপু ইকোয় কোয়শিন্দুনা ফম্বা উরে। "বারুণী খুরু মুসি হায়বনি, চংনিংদমাক্লে মীনা হায়বসু খুমদে" অসি হায়রুনা শশীনা বীরেনগী মমাংদা ফাক্লিবা লাইরিক অহু লৌথংতুনা চেনা মণীং থীবা হৌরক্লে অমসুং "লাই-

অমতা য়েক্কে" হায়দুনা থাপ্লা হন্দোকখরে। বীরেন্দ্রসিংহনা করিস্থ তৌনিঙাই লৈত্রদুনা লুখম খোংল-খোংলদুনা হায়রকই :—"ইতাও! ঐখোইগী পরীক্ষা নকশিল্লক্লে হন্দকমুক্তি লাই খুরুম্বা চংপা ওয়রোই।" শশীনা খুয়কই "নংদি মুমিং চুপ্পা 'পরথা' তৌরনি হায়দুনতা মরৈ, মীনা কোয় য়াওদে, হরাওকুম্মৈ তৌই য়াওদে; পরথাস্থু তৌনি, লাইস্থ খুরুমগনি মীনা কোয়বস্থু য়াওগনি; নংবু তাইবংপানবগী হরাওকুম্মৈ ইউ উদনা লৈরাংগুম্বা নপুনশি অদু অরেম্বদা লৈমন চনগ্রনি হায়বনি।" অতৈ অংস্থ শশীগী মতেং পাংদুনা য়ৌ য়ৌ ঙাংবা হেক হৌরকই,—অমনা মথুত্তগী পেন্সিল মুন্দুনা মাগী তরু-তরুনা থমজরিবা নোটবুকী মথক্তা খোরি খোরাং খোংচিনবিরে,—অমনা ইঙ্গ্রাজিনি হায়দুনা লাইরিক হৈত্তবগী হৌনবা লাইরিক মমৈ মকোক ওন্ননা ফাকদুনা শেরান তুরান পাবা হৌরক্লে। বীরেন্দ্রনা খল্লকই—"ঐনা চংলাই হায়দুনা অস্থম খাংদুনা মলৈরবদি, মহৌশানা লাইরিক তন্নকত্রবা কাংবু অসিদগী লানথোকপা ওয়রোই।" অসি খন্দুনা হায়রকই—"করে ঐস্থ লাই খুরুম্বা চংপা তারে, হৌজিক্তি চাক লাম্নে চাকুরগে খ্বাইস্থ হন্নো, হংচিং চংলমদাইদা ঐবু হৌবিরকউ।" অসি হায়দুনা লাইরিক, থাওমৈনচিংবা পুশিন্দুনা ইমুং মঙ্গুংদা চংখ্রে। ময়াম অদুস্থ "হিদাক ওাস্থক অমা থকখিনি" হায়দুনা মরি মরি বীরেনগী মতুং ইন্নরক্লে। খোং হেক হাওদোকপদা, তুঙ্গা মনাক্তা অহল মরিমঙা ইকোয় কোয়না ফমদুনা লৈবা উরবদা মখোই অদু 'চংলগে' হায়দুনা তুমিন তুমিন্না হন্নখরে। বীরেন অদু উচিন নাচিন্না নাম্বোকচহৌরে। চাক লোইরত্রা য়েংগে হায়দুনা চংখিবদা চাক্তি লোইরমত্রি। মচন থম্বাল-সনানা চাক খোংলগ্লি। অসাইমখৈ মৈদি মুংলি মুংলি থারদুনা, মাঙ্গোন্দা লাই খুরম্বা চংনবগী রা ঙাংনবা অদু পুক্লিং চংনা তারমই, অমস্থুং মমাসিজরোমদা ওনশিন্দুনা লাই খুরম্বা চংকে হায়না ডক্করি।

মমাসিজনা—"নংগী য়াম্বুং চৎলবদি নংবুম্ চৎহনগনি" হায়রি। মতু তারবদা খরা হরাওহনা চাক থুনা- লোইননবা মৈথৌ কলহল্লি। বীরেন্না চাক ঙাইবা ওইনা লাইব্রিক খরা পাখিগে হায়হনা মাগী ফমুংদা লোংথাক লোংনা হিপতুনা "ফোক টেলস ওফ বেঙ্গল" ফাকতুনা তুমিন্না পাবা হৌরক্লে। ফুঙ্গা মনাক্তা ফম্লিবা অহল ময়াম অহুগী মরক্তগী অমনা ইংরেজী পাবা তানিংলহনা হায়রকই— "লাইব্রিকপু তুমিন্না পাবা হৌনব্রা? লা উ-না পা উ-না।" অসি হায়হনা হিদাকফু প্রোক প্রোক চিংলক্লে। বীরেননা উরে, "কৈ কি হায়হনা চেল্লগা শংম ওক্লরে"। অহল অহুনা হায়বা ইন্দ্রবদি হিদাক মৈ চাকত্রে মৈ হাপউ হায়রকদৌরি। মরম অহুনা তঙাইফদ্রহনা মহাক্লা মখোল থোক্লা ইংরেজী পারক্লে, তৌইগুম্বমুং মপুক্লিংদদি য়াম্না নোক্লিংগ্রে। ঙাইহাক তারগা পেল্লহুনা অহল অহুনা হায়রকই— "লোন্দি ফনা মফমে হায়ববু থবক্তি ইফং ফংদে, কাম্নরোই লাই-রিক তম্বা তোক্লো, থবক শিংনবনি। এখোইগী তোমালম্ চহি ও পুরা থবক মনা অমতা শুহন্দনা স্কুল তমহনববু পৈশা অমতা ফংদহুনা হৌজিক্তি তোকহনগ্রে।" অহুগী মতুংদা স্কুল মচাগী মরৈকনবা থবক শুনিংদবা, শমখাক থীবা অসিনচিংবা রা মপাং মপাং য়াম্না ঙাংনরক্লে। চংউ চংউবা মফম খুদিংদা বীরেনগী মীচং অমতা লৈখিদ্রে। মাগী মীচং হায়ববু মাগী পাবুংতা মঙাইরে।

বীরেন্দ্রসিংহগী পাবুং সনাখরা অসি খুল্লক্তা পোকতুনম্ অহুক য়াম্না পংদে, খরাইগুম্না রারেম ঙাংদে, করম তৌরগা মচাগী মহৈ চাওখৎকদগে হায়বা অসি অতৎপা লৈতনা থল্লি। মরম অসিনা বীরেননা অমুক য়ামনা য়ৈথাই খিনগাইবা নমহংতুনা মহৈতম্বা শুমলিবনি। মুমিৎ অহু সনাখরা অসি থবক অমা লেংথোকখি, তাঙ্গা ফংলহুনা ময়াম চংহুনা বীরেনবু মহৈ তমহল্লোইদবগী য়ৈথংপা লাক্লরি। ময়াম্না ঙাংশিল্লকপদা বীরেন অহু মকোক ঙাওরহনা

চাকখুমদা চংখরে। চাক খিবা লোইরম লোইকাত্রিবৈনা পুখম চিংখোকল্লুরে, অশাবা চাক অহু ফু-ক্ষা ফু-ক্ষা কামহুনা চাবা হোৌরক্লে। থম্বালসনানা ( য়েনশাং খর খর হাপলহুনা ) "য়াম্বুং ঐবুম্ন লাইখুরুম্বা পুবিয়ু" হায়রকই। বীরেন্না খরা শাওনিংলহুনা চখোম চাওনা "ঐদি চৎস্নু চৎলোইদবদা করি কান্নবা ইরাঙ লাঙই" হায়না খুমলকই। ময়ান্না ঙাংবগী নুংঙাইতবা অহু মরাল লৈতবী মচন্দা তাইনখি। মচনগী অয়ুক অঙনবগী থম্বালগুম্না মকা কল্লম্বা মায়থোং অহু মিকুপ অমগী মম্নুংদা ইমক মকশিনখি।

## চীংয়াগী লৈকোল

শজিবুগী হোগৎলকপদা হৈবোক চীংগী দৃশ্যদি পুক্কিং হুনবগী মশকনি। নোংচুপথংবদা নম্বুল তুরেন্না ঈচেল খোয়না চেল্লি। নোংপোকথংবদা পাৎ মচা লৈ। পাৎ অসি মতম লৈবা খিবিক্তা লুরবা ঈশিংনা চাংজো মান্নবা লৈ। থরো-থম্বাল থারিকথা খিবিকী অনৌবা চোংখৎলকপা মনানা পাৎ অহু ঈশিং শঙগ্রে। চীংগী চীংখোং অহুদি শংত্রিক শংলবা, চাং মান্নবা নেম্লবা নাপীনা পুমকুপ কুপগ্রি অমস্নুং লোরোইনা খজিক খজিক ঙমখখিহুনা পাংকী ঈশিংন্না থম থেংনগ্রি অমস্নুং চীংখোংগী নাপী অশংবগা, পাংকী মথক্তা কুপ্লিবা থম্না, থরোমনা, থাংজিং মনাগী অশংবগা অমতা ওইনা তিন্নগ্রি,— চীংথক্তগী য়েংথরকপদা, চীংখোংদগী পাৎ ফাওবা অশংবা করাংজি থাদুনা থম্বগুম্না নিংথিজরি। চীংগী লোকন্নুংদগী চেম্থরকপা ঈফুৎ মচা মচানা মতম লৈবা খিবিক্তা পাংকা ঈশিং মপুং ফাহল্লি। চীংখোংদা, পাৎ মপান্দা, লোকন্নুংদা লম্না লম্না হৈনৌ পাম্বী, থৈবোং পাম্বী অমমম অনী অনী হোরি। শল, শগোল, হামেংনচিংবা য়ুমশান্না মচী মচী খুদিংদা শরূপ-শরূপ শজিক চারি, থরনা ঊনা পুংবা উরুবারা পোথারি। পাংকী ঈশিং মরিক মরিক্লা ইংলবা পাত্তা হোৌবা থম্না

অমস্নুং চীংখাদা হৌবা হৈ-লৈনা মনম মুংশিহল্লবা মুংশিংনা হুমখিহুনা চীং নাপোম পূম্নমকপু থোইদোক্না মনম মুংশিহল্লি। চীংথক্তগী ঙান্নুথংগোং পরেং পরেং পাম্ভা চাক্তাগে হায়না পাইরক্লি। মরক মরক্তা শঙ্গেন্নহাশিংনা চাংদা হৌবা হৈজান্বৎ হেকতুনা চারি। কনাগুম্বা পাখং অমস্নু মথুংতা লাইরিক অর্মা পায়হুনা মনা পুংলবা হৈনৌ পাম্বী অমগী মখোংদা ফমহুনা নিংথিবা দৃশ্য পুম্নমক অসি য়েংলি, মরক মরক্তা মখুত্তা পায়রিবা লাইরিক অহু অমুক য়েংলি। অস্নুম তৌরিঙৈদা কনানে অমনা ইখঙ খঙহৌদনা তুংলোমদগী খুবাক অনীনা পাখং অহুগী মমিং অনী অহু খুমজিন্দুনা চেৎনা ফাজিন্দুনা থমগ্রে, হান্নগী পাখং অহুনা অমুক্তং মকোক পায়হুনা য়েংববু খজিক্তা য়ৌনা লেঙবা ঙমখিদ্রে – অহুদগী মখুৎ অস্নুম মা-শিনখিবদা অকোন-বগী মুপা অহুগী লুমাংগী 'ঘুমটি' শম অশাংবা অহু পায়রুরে অমস্নুং হায়রকই—"শশী! খঙলে খঙলে কান্নররোই থাদোক্লো" অহু তারবদা মুপা অহুনা ফারম্বা অহু থাদোকতুনা "রাজকুমার নং অসিদি ওম্থোক্না শিংইদা" হায়হুনা ঙৌরোক ঙৌবা ময়া থিন্দোকতুনা ইশিশিনা নোকতুনা বীরেনগী মমাংদা থরো থরো ওল্লরে। হায়রকই—"করি খল্লি নথন্নতা, অপাম-মুংশি থুংনদবা করম্বা লৈরে?" "অচিকপদা কনাবু ঙাইরিবগে?" "নাকোং রাইচিল্লে অহুগুম্বা রা হায়গনু" অসি হায়হুনা বীরেন্না লাইরিক পায়খত্তুনা চৎকদবগী থৌরাং তৌরে। অহু উবদা শশীনা "তাৎ তৌশিন্নবনিদা। হায়হুনা বীরেনগী মখুৎ ফারে। "হয়েংদি চীংখৈ হুল্লক্লিঙৈদা হৌগৎতুনা লাই খুরম্বা চৎকদবনি, লাই কৎনবা লৈ-স্নু লৈরব্রা? লৈ থিরুসি।" অসি হায়হুনা বীরেনগী খুজেং পাইহুনা পুজল্লে। চীংখৈ পাংনা চৎখিহুনা কাঞ্চী লৈহাও—লৈরেন মখোঙ তান্না চংগ্রে; হায়রকই—"লৈহাও লৈরেন অসি লৈরোন শাৎলমাল্লে মনম তারে, ঐহাক কাখত্তুনা হেকলুরগে—নংদি উ কাবা হৈতবনিনা মফম

অতৌদা শাৎলিবা খুংনা লাম্বা ফংবা লৈ হেকলু" অসি হায়দুনা চীংগী চীংদোনগা মান্না ৱাংলবা মী মরিনা খুংশন্নদুনা কোনবা থুংগ্রবা লৈহাও পাম্বী অছু তাপ তাপ কোন্দুনা কাখংগ্রে। মহাক্কী য়াথং মতুংইন্না বীরেনস্থু অরাং পাংনা চংখরে।

খরা চংলগা উরীরৈ পাম্বী অমা য়েংনকম উপাল ফংগ্রদুনা, লৈপাক্তা মরী চংতুনা মথন্নতা ইকোয় কোয়না য়েংশিন্দুনা লৈবা উরে। উরিরৈ পাম্বীগী মরক্তা মাধবীনা অমুক হন্না য়েংশিন্দুনা মফম অদো উরি-উনাগী থাংপোক্কা্ন্না নিংথিজগ্রে। "লৈনম তারে লৈ শাংলমাল্লে" হায়দুনা মায়কৈ অদোমদা থুনা য়াংনা চংশিনগ্রে। তৌইগুম্বসুং নিংথিনা মপুংফানা শাংপা লৈ চরোং অমতস্থু য়াওরমগ্রে। লৈ চরোং অমা লৈখোক্তা খরা শাংলি মতোন্দদি অপোম্বা খরা য়াওরম্মি। "অপোম্বদি হেকপা হৌনদে" হায়দুনা পুম্নশাং শাংপা চরোং থিরকই। মমৈথংদা ফংলকত্রবদা "অপোম্বা য়াওগে য়াওরসম্ভু ইমাংদা লৈরিবা অসি হেক্তা মহেক্লগে" হায়দুনা মথুং হেক তিংথোকরকপা মতমদা অথাপ্পদগী খোংলকপা বীণাগী খোঞ্জেনগুম্না কয়া শেংফাত্তবা, নৌরবা মুপীগী খোঞ্জেল অমা হেক তাই। [illegible] মাইকৈ মরিমক্তা কোয়েং য়েংবদা কনাস্থু উদে। "ঐনা লৈ হেকপদা খোইমুশিংনা ওংদুনা পাইথোকপগী খোঞ্জেল অসিস্থু মুপীগী খোঞ্জেল ওইনা তারমাল্লে" অসি হায়দুনা অমুক হন্না হেকে হায়না মথুং তিংথোক্লক্লে। হন্দকমুকস্থু হান্নগী খোঞ্জেল অছু অমুক হন্না তারে—মরোংদি অস্নুম হায়বগুম তৌই—"মুপুক্লিংগী আশা থুংদদুনা মকাক্কা শাংত্রিবা অপোম্বা লৈ হেক্কদবগী শরুকপুদি পোমশাংনবী ঐখোইদুম হেকপিরো।" মী চিল্লবা লমদম অছুদা মুপীগী খোঞ্জেল অছু

Note—লাইরিক অসিগী মমুংগী বারুণী হায়বা ৱাহৈ অসি মাগী চপচাবা অর্থগী মতুংইন্না শিজিন্নদনা থুলক্তা শিজিন্নবগী মতুংইন্না করিগুম্বদা মহাদেববু করিগুম্বদা নোংমাইজিং খংনরি।

কদাইদগী লাকইবনো হায়রকুনা বীরেন অহু পুমওক-ওকথরে, অমস্তুং খল্লকই —"ঐনা লৈ অপোম্বা হেকে হায়না থৌরাং তৌবা অসি উবদা বনগী লাইরেম্বীন। খাংবা ওমত্রহুনা ঐবু খাল্লবরা? নত্রেগা বারুণী খুরুম্বা চৎপদা পুননবা কনাগুম্বী লৈশাবীশিংনা লৈথিবা য়াওরিব্রা?" অসি হায়রকুনা অপুংবা উনা অহু মথুৎনা হাইদোক্কুনা লতাকুঞ্জ অহুগী মনুংদা চংশিনগ্রে। অমস্তুং সমত্রুগী ময়ায়দা লক্ষ্মী সরস্বতী অনীনা খাত্রাংনা লৈবগুম্না লতাকুঞ্জ অহুগী মনুংদা মুপীমচা অনীথক য়েন্দাই অমদগী লৈ লৌখংতুনা পরেং লেংলিবা অহু উরে। মুপীমচা অনী অহুগী মশক ফজবা অমস্তুং কুচুগী মঙাল অহু থাগী মঙান্না রারক্তা থিন্দোরকপগুম্না, অপুংবা উনাগী মরক্তা ওাম্বোল্লক্লে। বীরেন অহু ইওক ওক্লতুনা মিং কুপতনা শংত্রিক য়েংতুনা লৈগ্রে অমস্তুং মওগী লৈবাক ওইরমাল্লে হায়না মপুক্লিংদা খল্লক্লে। ওাইহাক য়েংলগা অচীকপা অহু থুগাইহুনা হায়রকই—"লৈখোক অমতদা উরীরৈ মাধবী অনী খাত্রাংনা শাৎলে; য়াম্না ফরে,—লৈকোন্দা শাৎপা উরীরৈ মাধবীদি নিংথিনা শাকাইবা ফংত্রে, য়ুম্নক্তা শাৎপা উরীরৈ মাধবী অনী অসি পুহুনা বারুণী মহাদেবদা কংলুরগে" অসি হায়রকুনা উরী উনা থদংতুনা বনুংদা চংশিল্লক্লে। "বারুণী মহাদেবদা লৈ কংত্রিবৈগী মমাংদা মপু তাক্তনা লৈকোন চংবগী অমস্তুং পাজল শোনবীশিংগী লৈফম খাংপোক্কী উরী-উনা থদংপগীদমক পুল্লবনি" অসি হায়রকুনা মুপীমচা অনী অহুগী মরক্তুগী অমনা ফুক হৌগংতুনা লৈ পরেংনা বীরেন্দ্র সিংহগী মঙকশমদা কোয়েং য়েংশিনগ্রে। বীরেন অহু মল্লনা গুর্জাংলবা মীগুম্না অমদি ফিনা শাবা লাইফদিবীগুম্না করিস্নু ওাংবা লৈখিত্রে, চপ লেপতুনা লৈগ্রে। লৈ পরেং অতৈ অম্না ওইরবদি ইরাই লাইনা থদংপা ওমগদবনি তৌইগুম্বস্নুং ওসিগী লৈ পরেং অসি বীরেননা থদংপা ওমখিত্রে। মশাদা নত্তনা পুক্লিং ফাওবা পুনশিনখরমাল্লে। "মফম অসিদগী লেংবা য়াদে" হায়রকুনা

মুপী মচা অহুনা য়েন্দাইদগী লৈ লৌধত্তুনা বীরেনগী মকোক্তা চাইখৎপা হৌরক্লে। বীরেন অহু করি অমতা হাই-হুম্বা লৈতনা নুংগী মূর্তিগুম্না তুমিন্না লেপতুনা লৈখরে।

মুপীমচাশিংবু করম্না পাঙ্গল শোনবী কৌরিবা ! করম্না লৌশিং থেনবী হায়রিবা ! য়েংউ, লৌশিং শিংলে, মহৈ হৈরে, পাঙ্গল কল্লে হায়রিবা বীরেন অসে লৌশিং অমতম্মু পুথোকপা ঙমখিদ্রে,—পাঙ্গল অমতম্মু থোকপা ঙমখিদ্রে: মাগী পাঙ্গল, মহৈ, লৌশিং পুম্নমক মুপীমচাশিংগী মমাংদা লেম্না মুংশা মঙান্দা তুম্বগুম্না তুমখরে। মথিং কুপখিদ্রে, হাই ভুমখিদরে রা ঙাংখিদরে- থাঙ্গৈশেংবা নুংগী মূর্তি-গুমখরে।

বীরেননা নুংগী মূর্তিগুম্না লেপতুনা লৈখিবা অহু উরবদা অতোপ্পা মুপীমচা অহুনা হায়রকই—"ইতা উরীরৈ ! নংনা হয়েং বারুণী খুরুম্বদা পুবিনবা মী লৈতে হায়না রাবদি নংগী পুক্নিং খংবিহুনা মহাদেবনা নুংগী মূর্তি ওইনা ফাওবিরে, খুরুমজহুনা নংনা নিংবা নিজরো।" রা অসি তাবদা "চুমই ইতা মাধবী" হায়রুনা মুপীমচা অহুনা হৌজিক্তা ফাওরিবা মহাদেব অহুগী খুয়াদা লৈ-মু কংখরে, তৌইগুম্বমুং করিগুম্বা বর অমতং নিনিং নিনিং তৌনা মচিন্দা হায়-দোকপা ঙমখিদরে। হৌজিক্তি পেনবিহৈবা মহাদেব অদো মতম কুইনা নুংগী মূর্তি ওইরকত্রে, "স্বয়ং ওইনা নংনা নিংবা বর থুংজরো" হায়না বর পীথোকখ্রে। উরিরৈনা মপুক্নিংদা খল্লকই—"বর পীনরিবা মহাদেবম্মু নহাক্তি নিরিবা বরম্মু নহাক্তি।"

মাধবীনা হায়রকই—"ইতা উরীরৈ, মহাদেবনা স্বয়ং ওইনা বর পীবীরে নংনা নিংবা থুংলগনি লাকও হৌজিক্তি চৎসসি" অসি হায়হুনা মখোই অনী য়েন্দাই পায়খৎতুনা খাংপোক্কগী মপাল থোরক্লে। বীরেন্না মাগী থম্মোয়দা মুংসিগী থৌরিনা পুন্দুনা উরীরৈনা চিংহুনা চৎখরবা অহুদা খাংপোক মনুংদা মথন্নতা মহাদেব

শাহুনা লৈবা ওমলকত্রে,—কৌহুনা হায়রকই—"লৈ থিরিবিশা। মহাদেবনসু নাখোয়বু চানবিথরে হোক্তিক্তি ঐবু পুন্নিবা অসি থাদোকপীরয়ো।" উরিরৈ কৌবী মুপীমচা অহুনা খুমলকই— "ঐখোইনা হায়জবা রা অমতং য়াবিগে হায়না রাশকপীয়ু অহু নত্রবদি থাদোকপা ওম্মোই। "করি রানো ঐঙোন্দা হান্না খঙহনখো।" "ঐখোইবু হয়েং লাই খুরম্বদা পুবিনবা ইবুং ইপরানচিংবা কনা অমতা লৈজদে অহুনা ঐখোয়বু পুবিগে হায়না রাশক-পিরবদি থাদোকপা ওমই" "মহুগীদমক করিসু রারুগনু; তৌইগুম্বসুং চিংনবা অমতং লৈ, ইথঙ খঙনদবা লমলাম্বা ঐগী ইথুত্তা অহল লম্মন্না কয়রা চংমিন্নরু হায়হুনা থাদোকদগে মহু থন্দুনা য়েংউ।"

শশীনা অশাইমথৈ লৈহাও পাম্বী মথক্তা তুমিন্না য়ৈশিন্দুনা য়ান্না মুংঙাইনা থিয়েটর য়েংবগুম্না য়েংহুনা লৈরম্মী তৌইগুম্বসুং বীরেম্না "হোই পুবিগে হায়দহুনা রাকোই ঙাংহুনা লৈবা অহু তাবদা য়ান্না শাউনিংথরে অমসুং তুমিন্না খাংবা ওম্নকত্রহুনা উথক্তগী নোং খাকপগুম্না লাওথরক্লে—"হোদোং লম্বোইবা! হোয় পুবিগে হেক্তা হায়মুনে করিগী রারেম ঙাংহুনা লৈবগে?" অতোপ্পা মী অমসু থুপতুনা লৈরম্লে হায়বা খঙলবদা উরীরৈ মাধবী অনীম্নক ইকাইরহুনা রা ঙাংনবা লোইফাত্তনা থুনা য়াংনা চংখরে। শশীনা খল্লি ঐনা কমথরিঙৈদা য়োখিবনা হানখিবা তারে অহুনদি লৌশিং অমা তৌবা থোকই খন্দুনা হায়রকই—"লৈ থীরিবীশা! ফংঙমত্রবা লৈহাও লৈরেন অসি য়েন্দাই থন্না পুজখো" উরীরৈনা খুম্নকই—"শজিবুদা শাংপা লৈহাউদি অচম্বা লৈহাউ নত্তে. পুক্লিংগী লৈহাউনি, য়েন্দাইদা হাপত্রবসু থম্মোয়দা থম্বা য়াই" অসি হায়হুনা থুনা য়াংনা চংল্রে। খরা চংলগা মাধবীনা হায়রকই—ইতা উরিরৈ ঐগী হকচাং অসিদি মী অমগী মফমদা কখোকখরে, মরম অসিনা ইনিং তৌনা চখোকপা ওমত্রে, ওসিদগী হোনা ঐগা উনবা ফংলরোই, করিগুম্বা অরাবা

তারবা মতমদা উনসি” অসি হায়রেনা ময়ুম পাংনা চংখি। উরিরৈস্থ ইঙ্গক ওক্রুনা নুংশিরা অমসুং ইকাইবগা লোয়ননা ময়ুমদা হল্লকই। মুমিং অহুদগী হৌনা মাধবীবু অমুক হন্না উখিদরে।

# চীঙ্গোই বারুণী

থা শিরমদাইগী অহিংনি। মহৌশানা থা শিরমদাইগী অহিং অসি য়াম্না শুকই অমসুং চীকই, তৌইগুম্বসুং ওসিগী অহিং অসিদি, অমুক লাইরেম্বীনা ওম্না হৌগংতুনা বারুণী মহাদেবদা লৈসি লৈথোনবা হৌরমাক্লে অহিংগী শরুক থুনা হৌখরে। নোংপোকথংবা অতিয়াদা চীঙ্গা হুন্দোক্লক্লবা থাবা কৌবা থরানম্বিচাক্পা অমম্বগী শরুক খন্না কোকহনবা হৌখরে। অহিংগী অচীকপা নমথন্তুনা, লৈরক খুন্নক পুম্নমক্কা'ম্না রা নিম্নরক্লে। য়াহৌওনবা উচিন্নাওনচিংবা উচেক খোংবা হৌরক্লে। মী পুম্নমক লাই খুরুম্বা চংকদবগী ওমনা খৌরাং তৌনক্লে। কনানা মরুপ-মপাং কৌরি। ময়াম্না লাংবদা তুম্বা কায়রম্না অঙাং পিশকশিংসু হৌগংখরে অমসুং “ঐসু চংকনি” হায়দুনা কপ্পা হৌরক্লে। মতৌ অসুম্না মকম পুম্নমক্তা পুমনিন নিন-খরে। লম্বীদা মীনা ক্রক ক্রক ইম্নখরে। মতম অসিদা শশীনা তুম্বদগী ইফিং ফিংনা হৌগংতুনা থেংখরে হায়না বীরেনগী ময়ুমদা চেনখরে। মতম অহুদা বীরেনদি নাখোক্তুনা তুমতুনা লৈরম্মী। শশীনা থোংদা হন্না হন্না দং দং থীনবা হৌরক্লে। মথং মথং হৌগং-নরক্তুনা ইরুমাইথজবা লোইনখরে। বীরেননে, শশীনে, থম্বালম্নানে অহুম্বক নোংমাইজিং তম্না যাত্রা তৌরক্লে। মতম অহুদদি নোং-পোকথংবা মাইকৈদা নোংমাইজিংগী মরুমদগী মুমিং তরং তরং হুন্দোরক্লে। লম্বীদা অসুম অসুম চংপদা মী পুম্নমক্কি পুক্লিং মকারাম্বই তৌইগুম্বসুং বীরেনগী পুক্লিংদি কয়া মকারাম্বশিন্ত্রে, করিগুম্বা পোং অমতং চিথহৌবগুম, তাহৌবগুম, রাংপগুম নিংকোক

নিংকোক তৌবা হৌরক্লে, অমরোমদা শশীনা চংপা পাংদে চেনখৎ-লকউ হায়না চৈবা লাক্লরি। অস্নুম তৌনা নোংমাইজিং চীংশা পরেং নকশিল্লক্লে। অশংবা–হুপ্পা কুপ্পবা-পোৎ, লোক্তগী থাক থাক নাইনা চেনথরক্লিবা ঈশিং ঈচেল, মচী মচী খুদিংদা বসন্ত হৌগৎ-লকপগী নৌনা য়েঙ্গিং হুল্লক্লবা থৈবোং হৈনৌনচিংবা উপাল লৈমাই-থক্তা নেম্না নেম্না হৌরিবা লৈপাকলৈ, কোনবীরৈ, লম্মৈ চাকখরুকপী তুংদা ইনৌ নৌনা চোংখংলকপা অশংবা হানৌ মরক্তা উথুম্না 'তুম' 'তুম' খোংলক্লিবা, মুংশিংনা লিরি লিরি শিংলকপদা খরা খরা হাই-হুমহুনা লেঙ লেঙ চংপগুম্না উরিবা চীংমাইথক্তা হৌরিবা হাউনা, দৃশ্য পুম্নমক অসিনা বীরেনগী পুক্লিংদা মুংঙাইবগী মহুত্তা অরাবা হাপকংখরে। অস্নুম তৌনা মাইথোং লাংশিন্না তুমিন্না চংলকপদা খঙহৌদনা কৈজোমগী মচী খরদা তিংখংনা পনখরে। হন্না য়েংলকপদা ককয়েল-খুভিল মরক্তা জাতি অকুপ্পী শাংলম্মী। তাংজবা হায়বা অসি উরীগী মহৌশানি হায়বা খলনুহুনা মবুংমপরা কনাম্বু লৈত্রবী উরীগী পান্দমগুম্নবী উরীরৈগীদমক মপুকনিংদা থোইদোকনা রাখরে। "তিংখং পাম্বীমকনম্বু জাতী কুপপী য়েংহল্লি ঐদি মীওইনা পোকহুনম্বু চঙজরক্লবী মুপীমচা অমবু মনিং থুংহনবা ঙমদ্রে" হায়না মথন্তবু নিন্দা তৌরকই। চুম্না হায়রবদা বীরেনগী লৈগুম্না থোংলবা থম্মোয় মমুংদা মুংশিবা তীল অহুনা চংহুনা চীকপা হৌখরে। বীরেননা খললকই—"ইকাইথীবীগী মরক্তা পোক্লবী, অয়ুক অঙনবদা শাংপা মাল্লিকাগুম্না নৌরবী উরীরৈ অহুবু লাই থুরম্বা লাক্লিগদ্রা লাক্লি-লোইদ্রা পুবিনবা লৈতহুনা শংগুদগী চিথহৌরবা উচেক লাংমৈগুম্না মথন্নতা কপহুনা লৈহৌরবব্রা অমদি অরেপ্পা খঙদবনা থৌনাফবা ঙমদ্রবা বীরেন ঐবু ঙাইহুনা লৈহৌরবরা? লম্বীদা অম্নুক য়াম্না চৎলিবা পাখং মুরা ময়াম অসি উনমকম্বু ঐগী ইমিত্তা ইহাঙ হাঙনা উরি অমমুং কৈথেন্দা লাইফদিবী ময়াম য়োনবগুম্না উরি তৌইগুম্বমুং

উরিরৈ অহুতং য়াওরবদি লম্বী অসি ইথন থনগদবনি !" রাখল পূম্নমক অসি তৌনা তৌনা চীঙ্গোই তুরেল য়ৌরক্লে ! লাইখুরম্বা চৎনরিবা মী পূম্নমক অহু চীঙ্গোই তুরেনগী মফম মফমদা ঈরুজনরি। কনানা ঈরুজবা লোইরহুনা চেং থোইদিংনচিংবা তর্পণ কৎলি। নুংগায় মরক্তা রা-রা লাউনা চেল্লিবা তরু-তরুবা চীঙ্গোইগী ঈশিং অহু পুম্নৈ নৈখরে। ময়াম্না তর্পণ কৎলকপগী চেং থোইদিং লৈ-মুনা মচীদা পৈখরে। চীঙ্গোইগী পিক্লবা ঈশিং ঈচেল অহু লৈগী ঈচেল ওইখ্রে। মপান্দা শীংনাংনচিংবা হৌরম্বা অহু পুমকোক কোকখরে। খোয়না চেল্লিবা চীঙ্গোই অহুগী মপাল অনীমক্তা মীনা খোয়না পরেং লেংখরে। মতম অহুদা বীরেনখোয়সু ইরুজহুনা তর্পণচিংবা কৎপা লোইখরে। মফম অহুদগী খুরনা লম্বী অমা মৈরমপাংনা হাইজিনখরি। লম্বী অহুগী মতুংইম্না মী পুম্নমক চংশিন্নরি। বীরেনগী কাংবুনা চীংখোং হেক য়ৌবদা। মুমিৎমুংবা মতম য়ৌরক্লে। মফম অসি য়ৌরকপদা, মুমিৎকী মৈশানা য়ৈরকপনে লম্বী শাংনা চৎলকপগী রারকপনে অসিনা অয়াম্বা পাঙ্গল শোনবী-শিংদি মৈশা লাংলবা অনৌবা উনাগুম্না পথবা হৌরক্লে। থরা চংশিল্লগা যাত্রীশিং অহু 'বম' 'বম' হায়না লাউনরক্লে। বীরেননা হঙ্গৎনা য়েংখৎখিবদা লম্বী অহু গুম্নবা চীংথক্তা হাইগৎখরি হায়না উরে অমসুং মহুগী মতুংইম্না মী পুম্নমক উরী-রারী পায়হুনা কাখৎ-নরি। খুদোং থীরবা লম্বীনি; রারে হায়হুনা ঙাইহাক্তং পোখাবা য়াবা মফমসু লৈতে। চীংগী চীংখাং য়ৌশিল্লরুবা মতমদদি, অগুম্বা চীং কাবদা চোকথরবী পাঙ্গল শোনবীশিং অহু ইকাই-ইকি হুন্দোক-তুনা, মবুং মপরা নত্তে হায়বগী রাখল তৌদনা উরীনা নরুবা উপান্দা য়েৎচবগুম, মনাক্তা লৈরম্বা পাখৎশিংদা ফিজি ফিনা য়ানবা হৌরক্লে।

বীরেন অমসুং শশীনা থম্বালম্নাগী খুজেং নাম নাম পায়হুনা অগুম্বা চীংথক্তা কাখৎলিঙৈগী মতমদা কনাগুম্বা মুপীমচা অমত্তং

বীরেনগী তুংওইননা ফিজিদা হেক য়াল্লকই। বীরেন্না হন্না য়েংখিবদা, ইন্নফিনা মমিৎ মমাই ইথুম খুমজিন্দুনা নুপীমচা অমনা মীগী ফিজিদা য়াল্লিবা অদু উরে। বীরেননা য়েংথোরকপা উরবদা, মহৌশানা ইকাইথীবী ওইবনা ঙমখৈ লৈতনা রাহুনমু ফিজি অদু হেক থাদোকই। অদু উরবদা বীরেননা হায়রকই—"মহৌশা৺া তাংজবী ওইনা পোকলবদা তাংজবগী করি ইকাইরিবগে? চংশিল্লকউ নংগী খুজেং পায়দুনা ঐনা ঙম্মখৈ অঙম্বা লম্বী অসিদা চিংখৎকে।" নুপীমচা অদুনা খুম্নকই "লেংদবা উপাম্না লেঙলে, তাংজবী উরীনা লেপতুনা লৈহৌরে। তাংজবীনি হায়দুনমু মতম লৈবা খিবিক্তা তাংজত্তুনতা লৈবা নত্তে। য়েংবিয়ু অঙম্বা চীংগী লম্বীদা হৌরিবা উরীশিং অসিগী মতেংনা অম্মুক য়াম্বা যাত্রী পুন্নমক মহাদেবগী খুরা ফংগদৌরি।" অসি হায়রম্লগা নুপীমচা অদু মীয়াম মরক অদুদা মচা অমদা লৈশিনখ্রে। বীরেননা মশক মুন্না উদ্রবমু মখোল তাবদা মীশক খঙলদুনা কদাইদা লৈখরে হায়দুনা ঙাইহাক্তং লেপতুনা য়েংলিঙৈদা মী মরোল মরোল হেনগৎখিদুনা শশী অমমুং থম্বাল-সনাবু উবা ফংখিদ্রে, অমরোমদা নুপীমচা অদুবুসু উবা ফংখিদরে; মথন্নতা লেপতুনা লৈহৌরে।

## কাঞ্চীপুর *

"য়েংউ কাঞ্চী লাইরেম্বীগী মচাশিংসে,
মমাই মাইথোং লাংশিল্লিবা অসে!
মমাগী মিত্তগী পি শিন্থবা মরম্না,
মপানা কুইনা ছন্দোকপিবনা!"

ব্রহ্মারোডকী মতুংইন্না মখা পাংনা কুমথখিবদা, চীং নাপোম

* হৌজিক্কি কাঞ্চিপুরদা মণিপুরেশ্বর শ্রীযুৎ চুড়াচাঁন্দ মহারাজগী অনীশুবা কোন্নুং শেমলে।

অমনা থা-মচেৎশানা ময়ায়দা খললিবা, নম্বুল তুরেলগী খোয়রবা ঈশিং ঈচেল্লা ময়াদা চেল্লিবা, চন্দ্রনদী, কালিয়দমনগী পিরবা ঈচেল্লা চীংখোংদা ভা-থেংলিবা, থাঙ্গবাৎ অমনবা অমনা নোংপোক্কী ভমথৈ ওইরিবা মফম অমা উগনি,—মহু কাঞ্চীপুরগী লমদম্নি। মফম অসি মতম অমদা মণিপুর স্না লৈবাক্কী কোন্নুং ওইরম্মী। মতম অমদা কোন্নুং ওইরমহুনস্থু হৌজিক্তি অশোংবা নারক ওইহৌরে—অচৌ-অশাং ইনাক-কৈরাক খুনবা মীশিংনা লৈরমহুনস্থু হৌজিক্তি লন্নক্কী শা-উচেক্কী তুংনফম ওইহৌরে,—অতৎপা লৈতনা নিলখোংবা সহর ওইরমহুনস্থু হৌজিক্তি কৌক্কেং হারৌনা খোংলিবা লম্মাং ওইহৌরে, —লাইশং মাগুপ ফুরা-দলাল শারম্বা মফম অহু হৌজিক্তি পুংকাইনা কুপলবা অতোঙবা লৈপুং ওইহৌরে—অচৌ অচৌবা পুখ্রী, গুহান-চিংবা লৈরম্বা মফম অহু হৌজিক্তি লম্মাং পুখ্রী, লৈকুৎ-কোন্নুং ওইহৌরে—চেকশিন্না থারম্বা হৈ-লৈ পাম্বী হৌজিক্তি পোম্বী চেক্লাগী শাগাইদোং অমস্নুং শঞ্জেন্নহাশিংগী পোত্থানফম ওইহৌরে—করিগুম্বা ফুরা দলাল নিংখায়খিবগী অরেম্বা মখাক লৈহৌবা, মফম খুদিংমক্তা ইচাই চাইনা তারিবা চেক্কী মপৈ উরগা, মতম অমদা কোন্নুং ওইরম্মী হায়বগী খুদম ফংবমথৈ মঙাইরে। শেম্বা হৌগৎলকপগী রাখল অহু হুংঙাইবগী মশক্নি। তৌইগুম্নুং নিংখায়রকপা অমস্নুং মহুরকপগী রাখল অহু অরাবগী মশক্নি। মহৌশানা নারক ওইহুনা লৈবা মফম অহু অচৌবা কোন্নুং ওইরকসনু, মহৌশানা লাইরবদ্বা মী অহু কুবেরগী মতোগুম্না ইনাকখুল্লকসনু করিস্নু অমাঙবা লৈতে তৌইগুম্নুং কোন্নুং ওইরম্বনা নারক ওইখরবা নিংথৌ ওইরম্বনা মফম তাহুনা নারক শীং-লক্তা/ লৈখিবা, ইনাকখুল্লম্বনা নংথনরকপা কয়াদা রাখরবা মতৌনো।

অম্নুম তৌনা নংথরক্কবা নিংথায়রক্কবা, উমংগী মশক ওইরক্কবা কাঞ্চীপুরগী মহুংদা, র্খারুনী হুমিংকী অমুক্তা, নিংবা কায়রবী কনা-গুম্বী হুপীমচা অমা মাল্লিকা পাম্বী অমগী মখোংদা কমণ্ডলা মিংসনা

থম্বান্দগী পি তরং-তরং শিংথ্রি ! হৌজিক্তা শাংপা মাল্লিকানা কেন্দুনা মখোংদা তারমাল্লে। (পাঠক) উরীরৈবু কাউবিররব্রা ? মুপীমচা অসি, মী চিক্লবা লম্নাং পুব্রীদা মথল্লতা তোমশাংনরবী থম্বালগুম্না কাঞ্চীলমদমদা তোমশাংনরিবী উরীরৈনি। বারুণী খুরম্বা চংপা ফংদ্রেকো হায়না খনবদা মথরাই ব্লারবী অমদি মবুং মপল্লা কনা অমতা লৈতে মথম্ভনিকো হায়না খনবদা মপুক্লিং মুংশিরবী অমদি বীরেননা মাবু গৌবিরত্রবদা নিংবা কায়রবী উরীরৈনি। পুক্লিংগী অৱাবা হায়বা অসি ফোংদোকত্রবদি অৱাবগী চাং অহু মিকুপ খুদিংগী হেনগংলকই। পাঠক! নংনা নখাপোনবা কনাগুম্বা মী অমদা অথীবা রাহৈনা চৈবদা মানা করিগুম্বা পাওখুম অমতা খুল্লক্কে হায়তুনা মাগী অৱাবা ফংনবা থংম্নায় লৈত্রমাল্লে হায়না খক খল্লুগনু। লাউখোংতুনা কপ্লিবা মী অসি মথল্লতা ব্লারমাল্লে হায়বসু খনগনু। মৈশা লাংতুনা পথৱবা উনা অসি লিক্লা তারক্লগা অমুক তেকখংলকনি,—ময়োল চিকথংখরবা, মনাদি তেক্লা উরিবা উপাল অসিনা মনা খুইরকপা মুমিং অহুদা মাগী অরোইবনি। মীওইবগী লাইবকথীবনা ফোংদোক্লবা অৱাবদি কনানসু খংবিদে,—ঐখোয়না মী অহুবু মুংহুমগী মতৌগুম্না করিসু অৱাবা খংত্রমাল্লে নিংই !

উরীরৈনা মতৌ অমুম্না কনাদসু ফোংদোক্লনা মথল্লতা ব্লাহুনা লৈব্লিভৈদা ভুবন কৌবা কাঞ্চীগী পাখংমচা অমনা, লাইখুরম্বা মী খর লোয়নতুনা, উরীরৈখোয়গী থোঙ্গান্দা লেপতুনা, মাঙ্গোন্দা ফি শাহুনা লৈব্লিবী উরীরৈগী মমাবু কৌহুনা হায়রকই—"ইন্দোন ! উরীরৈবু লাই খুরম্বা চংহনগদ্রা ? চংহনগদবা লৈরবদি ঐখোয় পুখিগে।" থম্বাল (উরীরৈগী মমা) না খল্লকই—"ভুবন হায়বা মুপামচা অসি মহৌ-শানা লমচং কয়া ফজদে, মাগী মখুত্তা করমতৌনা ইচা শিম্নশিবা ! অমরোমদা লাইখুরম্বা চংনিংবনা ইচাগী মিত্তা পি শিংথ্রিবা অসি করম্না য়েংতুনা লৈসিবা।" অসি পুম্নমক খন্দুনা মচাগী পুক্লিং খঙগে

হায়দুনা হংলকই—"ইবেম্মা ! নংগী ভাদা ভুবনগী মতুং ইন্দুনা লাইখুরম্বা চংকেরা ?" উরীরৈস্তু ভুবনবু ফত্তবা মীনি হায়না চিংনরকই অমস্তুং মমাংঙৈদগী হৌনা ভুবন্না লাইখুরম্বা চংসি হায়না তক্লরকপা অদু মানা খক য়াখিদে অদুম ওইনমক তাঞ্জা অসি নাম্বোকখরবদি বাকী খুরম্বা ফংলবোই হায়না খন্দুনা অকবা ফত্তনা পুন্নমক ঈশ্বরগী খুযাদা কংথোক্তুনা "চংকে" হায়না খুন্নকই। মমানা ভুবন্দা য়াম্না লুনা শিন্নহনা "চংলু" হায়না য়াথং পীখ্রে। চেং থোইদিং লৈ-স্তুনচিংবা পুজাগী পোং পুন্নমক হান্ননা তৌরাং তৌহনা থমজবী উরীরৈ অদু অমুকহন্না পুক্লিং থৌগত্তুনা ভুবনগী কাংবুগা লোইনদুনা নোংমাইজিংরোমদা মায় ওনখ্রে।

ভুবনগী পুক্লিং মকারামথরে ; মানা নিংবা থুংজরদুনা লম্বী চংপদা ঈশৈবু শকপানা পুংবু থংপানা অমুক্তং পুম্নিন নিনখরে। লম্বী অম্মুম চংপদা মমাম্নবী মুপীমচা অমনা লোম্না তাকতুনা লাইখুরম্বদগী হম্বরকপদা ভুবন্না উরীরৈবু ফাগাদোবি হায়বা অসি উরীরৈনা খঙখরে। শাতানবগী লাং উগবদা শক্তী অমোমনা মামং তথক তথক য়েংবগুম উপায় লৈত্রবী উরীরৈ অদু তুংদা থোককদবা অরাবগী রাথল খনবদা থোইদোক্না মিপাইখরে। চীঙ্গোই তুরেন্দা ইরুজদুনা চথোক চংশিনগী মরাং মবা' তৌরিঙৈদা উরীরৈনা ভুবনবু হন্দোক্লমদুনা থুনা রাংনা-চীং কাখবে অমস্তুং মিপাইথীবনা মপোকঙৈগী কাম্রিবা অঙম্বা চীংগী লম্বীদা চেন্না চেন্না কাখংখরে। অমস্তুং চীংথোংদা বীরেনগী ক্ষিজি য়াম্নদুনা কারম্বী মুপী মচা অদু উরিরৈনি।

## লম্মৈচাকপা

"খরনা পোমশাংনবা,
হেক্কনি হায়বগী কিবনা
মরুমদা উনা পুংবা,

                                   

য়েংজরি মুনা মুনা।"

বীরেন্দ্র সিংহনা চীংথক্তা কাথংলকপা মতমদা উয়ে-উজ্রাও কন্না কয়ানা কংহুনা তাহুনা লৈরি; নোংপোকথংবা মাইকৈদা নাপীশিংবীনা লেপথুন্না হৌখরি, খুরবা লম্বী অমা, অশোংবা নারক অহুগী মমুংদা মখাপাংনা চংখরি, মহু নত্তুনা লাইকম য়োনবা লম্বী অতৈ লৈতে। লম্বী অহুদগী খরা চথোক্লগা নোংচুপথংবা মাইকৈদা লোকচপ অমা লৈখরি; মফম অহুদি লম্মে চাকথরহুনা ইকোক কোকই। বীরেন্না নাগী কাংবুদগী চিথহৌহুনা মপুক্লিং মওল মওল খন্দুনা অন্নাংবা চীংথক্তগী তম্পাক্লোমদা য়েংথরকই - অচৌ অচৌবা খোংনাং পাম্বী, হৈনৌ পাম্বীনচিংবা হৌরিবা অহু মনাপুংবা তুলসি পাম্বীগী মতৌগুম্না উরে, চুমথ্রিং চুন্না লৈরিবা লম্বীশিং অহু খুদৈ-ফিশাং তাহুনা লৈবগুম্না নিংথিজরি, করিগুম্বদা লম্বীশিং অহু অশংবা উ-রাগী মরক্তা মাঙখরি—মফম অমদা অশংবা চীং নাপোম্না ঙমথৈ ওইখরি। চাংদগী রা-রা চেম্থরকপা, ইচেল খোয়রবা তুরেল মচা মচা অহু উরগা, চীংলাইনা লোকমুংদগী তমদা মচিঞ্জাক থিবা পাই-থবগুম্না উরে। অশংবা উ-রাগী মরক্তা ফুরা দলালশিং অহু ইঙৌ-ঙৌনা উরি। অশংবা নাপীনা কুপ্পবা পাংশিং অহু ফরাংজি অশংবা থাহুনা থম্বগুমনা নিংথিজরি, লৌরিনা ঙমথৈ ওইরিবা লৌবুকশিং অহু কৈয়েনগী পোরম য়েকপগুমনা ফজখরি। নিংথিজবা দৃশ্য পুম্নমক অসি য়েংহুনা মপুক্লিংদা মওল মওল খন্দুনা লৈরিঙৈগী মতমদা ইখঙ-খঙহৌদনা অশোংবা নারক অমরোমদা ভুং-ভুং লাউনা লম্মে চাক্লক্লে। মুংশিং কন্না শিংল.ক্ল মুংশিংনা মৈরী অহু পুহুনা পাইহুনা চাক্লক্লে লৈরম লৈরম্বা উ-রা, নাপী শিংবী উংকী মপৈ ওইনা তুম-হনখরে। অত্তিয়া মৈথুনা পুমকুপ কুপথরে—মমুংদা লৈরম্বা শা-ঙা চেনবা নংহৌদনা চাকথেক পনা হানখরে—উচেক রায়া পুম্নমক লাউ খোংবা কোইপাই পাইবা হৌরক্লে। লম্মে অহু মতৌ অমুন্না তাংথক

নাইদনা মীয়াম তন্না পাইশিল্লক্লে। মীয়াম পুন্নমক অহু মথরাই খুবাক্তা হাপতুনা অঙম্বনা ঙম্না, ঙমদবা মপাঙ্গল শোনবা কাংবু অহুনা অকনবা পাথংশিংনা মতেং পাংহুনা মমাংঙৈদা লম্মৈ চাকথ্রবা লোকলুং অদোমদা চেম্থনখরে। অরাপ্পদা লৈহুনা বীরেননা উরে—মুপী মচা অমদি খুদোংথীরবা চীং কারকপদা রারহুনা, মুংশাগী মৈশানা রৈকদা অনৌবা খুজংঙুমনা পখরহুনা, খরা হেক চেনবগা খুদি হেক থী, খরা হেক চেনবগা উরীনা হেক য়েংশিন তৌহুনা লৈহৌরে,— তুংলোম দদি অকিবগী মশক ওইরবা লম্মৈনা লাউখোংহুনা চাকশিল্লক্লে। অহুক য়াম্বা মী পুন্নমক অহু মশা হিংলগা লোইরে হায়রহুনা মাইকৈ অদোমদা চেনশিনগ্রে।

পাঠক! মুপীমচা অসি অতৈ কনাস্থ নত্তে, উপায় লৈত্রবী উরীরৈনি। বীরেননা চেনশিল্লকপা অহুবু ভুবন্না তানশিল্লক্লিবনি খন্দুনা মতুংদা শাতানবনা তাল্লক্লবী মাংদা লাংনা থংলবী শজী অমোমগী মতৌঙুমনা মুংশা থবেৎ থবেৎ হোন্দুনা চপ লেপ্লে, লম্মৈ-রোমদা মমাই ওনশিন্দুনা চেং থোইদিং অহু পায়রহুনা হায়রকই— "ঙসি ঐগী মুমিৎ শুরমাল্লে, তুংদা লম্মৈ নংনা তানশিল্লক্লে, মাংদা তমথিরবা ভুবন্না থংতুনা লৈরে, য়াম্বনা ফরে, ভুবন্না ফাবগী শরুক্তি লম্মৈ নংনা চাকথোকপিররো, হুয়েংমুক্কী মপোক্তা নিংবা থুংজগে" অসি হায়হুনা মমিং উইশিন্দুনা লৈগ্রে। বীরেন্না থুংলবা মতমদদি লম্মৈনা হান্না য়োশিনগ্রে—মৈশানা শাবী শানৌ অনীমক অমুনবা উইহেংঙুমগ্রে। বীরেননা 'মাঙলে' হায়হুনা মুপীমচা অহু চিংহুনা চেনবদা মখোঙ নামা পুথগ্রে—পুঞ্চীরা করিনো হায়না য়েংথরকপদা ফুন্না কুপ্না পুঞ্চী অমগী ঈশিং তরং তরং উবা অহাঙবা মচা অমা লৈরে। খুংলৈ থুনা মুপীমচা অহুবু শুপকোন কোনশিন্দুনা বীরেন্না ঈশিং মন্থুং অহুদা লুপথখরে।

হায়শ্রিবা থবক পুন্নমক অসি মিকুপ খরদংগী মন্থুংদা থোক-

খ্রিবনি। লম্মৈ অচুম্ভু ভাংথক নাইদনা পাইখিহুনা মফম অচুদগী লাম্হোকপ্রে। ডাহাক লৈরগা ঈশিং মনুংদা লুপথখ্রিবা পাখং লৈশাবী অনী অচুম্ভু ফাওগৎলক্লে। অশাইমখৈ শাবী শানৌ অনী অসি মশক খঙনরমগ্রি। ফাওগৎলক্লবা মতম অসিদা মমাই মমাই ওনশিন্নহুনা বীরেননি অমস্নুং উরীরৈনি হায়বা খঙনরে। উরীরৈনা ভুবন্মি নিংহুনা শিনিংলম্বা অচু হৌজিক্তি শিনিংদ্রে অমস্নুং শিরম্বা থোক্লবদি মথুৎকী মণি মশক খঙদনা শিরমগনি হায়না খল্লকই অমস্নুং লৈগী দোলাই তোংববু য়েক্লবগী লাংনি নিংহুনা শিরমগনি হায়হুনা মুংশামপী হোনখরে। বীরেনসু মিকুপ অমতং থিল্লমলবদি মাগী থম্মোয়গী লন মৈনা চাক্লমগনি হায়হুনা মুংশামপী হোনখরে। মতম খরদং ব্রা মচেৎ অমতা ভাংনদনা মহৈ মহৈ য়েংনহুনা লৈনখরে। মিত্তগী পি তরং তরং শিম্হনখরে। মখোয় অনীগী পুক্নিংদা পুম্রি অচু মহৌশা লৈরম্বা পুম্রি ওইনা নিংখিখরে, বারুনী মহাদেবনা মখোই অনীবু কনবিগে হায়হুনা পাইরক্তা পীবা পুম্রিগুম নিংখরে। ঈশ্বরগী মফমদা হান্ননা থাজবগী মথক্তা অমুক হেন্না থাজখরে অমস্নুং শাবী শানৌ অনীমক পুম্রি মপান্দা খুরুখুদক কুন্দুনা মহাদেবগী খুয়াদা হন্না হন্না লৈশি লৈথোনখরে। মফম অচু তুংফাওবা অশেংবা তীর্থ স্থান অমা ওইহৌরে।

ডাইহাক লৈরগা বীরেন্না হায়রকই —"ইবেম্মা! বারুনী খুরুমনিংবনা পোন্দগী নাম্হোক্লবা তেনবাগুমনা নথল্লতা পাইরক্লবী! লম্মৈনা চাকনি হায়বগী পুক্নিংদা চিংনদ্রবী! হোগৎলে। মতম খরা লৈরবদি ঐখোইগী চাকথেক্লবা হকচাং থিগদবগী মী ময়াম লাকলগনি। ময়াম্মা লাকত্রিঙৈদা মফম অসিদগী খোংশাল্লসি ঐখোইবু কনবিরিবা মহাদেব অচু দর্শন তৌরুরসি ভক্তিগী লৈনা মহাক্কী খুয়াদা কৎলুরসি। মিৎকী পিনা শঙ্গোম ওইহুনা হৈরুরসি।" উরীরৈনা খুম্নকই—"মাগী মাগী ফননবতা য়েংবা সংসার অসিদা অমুক হন্না মায় উৎলুহুনা কান্নবা লৈত্রে। ডসিদগী হৌনা নংগী তুং

ইনজবী ওইরগে, মী চীকপদা নারক শীংলক্তা কোয়না কোয়না চৎলসি, ঈশ্বরগী নাম শোনবনা থরাই হিংনরুরসি, উফুগ রাইফুল তৈবনা ঐখোইগী ফিজেৎ লৈতেং ওইরুরসি। লম্মৈনা চাক্তনা মাঙলমগদোরবা ঐগী হকচাং অসি নহাক্না কনবিরে ঐগাক অমুকহন্না হকচাং অসি পামত্রে নংগী খুয়াদা ঙসিদগী হৌনা কৎলবনি।"

বীরেননা হায়রকই—"ইবেম্মা! নংগী থরাই, হকচাং কনবদি ঐ নত্তে, বারুণী মহাদেবনা ঐখোই অনীমক্কী থরাই কনবিবনি, ঐখোইবু থৌজানবিরিবা ঈশ্বর অতুগী খুয়াদা হুংঙাই য়াইফবা বর নিরুসি।"

উরীরৈ—"ঐগী কান্নবগীদমক ঈশ্বর খুরুম্বা লাকপা নত্তে, নিংবা থুংনবগীদমক ঈশ্বরদা চীরোন তৌগে হায়দুনা লাকচবসু নত্তে, মহাদেবগী খুয়াদা থোইদোকপা বর নিজরোই, চুম্না খুরুম্বা লাকচবতনি। ঐনা পামজরিবা বরদি (থম্মোয়গী থুপ্রবা কাচিন্দা য়েক্লুনা থমজরে, করিগুম্বা ইথুত্তগী নাম্থোকপ্রবসু ঐগী লকান্নুংদা য়েক্লিবা অসিদি কদৌন্নুংদসু মুৎলরোই)।" অম্সুম তৌনা রা অমা অনীদং ঙাংনদুনা শাবী শানৌ অনীমক মহাদেবনা লৈবা মফম অতু তান্না চৎপ্রে অমসুং উরে,—মফম অতুদা লাইশং মণ্ডপ অমতসু লৈতে চাউরবা উপাল অমগী শন্দোকপ্রিবা মশা-মরেং অমসুং অপুংবা উনাশিং অদুনা মণ্ডপকী মতৌগুম্না থন্দুনা কাতু কারল য়েংপা উরী-রারীনা লাইশংগী মতৌগুম্না খন্দুনা প্রকৃতিনা শেম্বা মণ্ডপ অমসুং লাইশংগী মথাদা পুক্লিং হুংঙাইনা শিবলিঙ্গ অদু ঙাম্থোইরী। মীওইবগী অমকপা ফুরা দালালগী মমি পামদদুনা মীনা য়ৌবা ঙমত্রবা অচৌকপা মফম অসিদা ঙাম্থোইরিমাল্লে! তৌইগুম্বসুং মতম কয়া কুইনবু চীকপগে? মাগী ফংঙমত্রবা খুয়া তানরকপদা মীনা পুমথন থনপ্রে।

শাবী শানৌ অনীমক মহাদেবগী খুয়াদা থরো থরো ওন্দুনা

লৈশি-লৈখোনবা হৌরক্লে সিন্দুর লৌহুনা লাইবক্তা নম্নগ্রে অমসুং উরিরৈনা অসি হায়না বর নিরক্লে :—

“পোকমিন্নরগা লৈগী জাৎতা,
শাৎচগে লৈখোক অমদা।
পোকমিন্নরগা উচেক্কী মপোক্তা,
তোংমিন্নজগে উশা খূদিংদা।
হৌমিন্নরগা পাম্বী ওইনা,
য়েৎচগেনে উরী ওইহুনা।”

## থুদোংথীবা

বাক্লগী মুমিংকী সন্ধ্যানি। পাকচাউরবা অতিয়াদা থন্নানমিচাক্লা মুংলি মুংলি থোকতুনা থরা থরা ঙানফুং ঙানফুং তৌরি। অমম্বা হিংচাবীনা তাইবংপানবু য়োংলগে হায়বগুম্না থুনা য়াঙনা পাইশিল্লক্লে। নোংমাইজিংগী চীংমায়দা হৌরিবা উজাউশিং অহু অকীবগী মশক ওইবা হিংচাবগী মতৌগুম্না মুশিন মুশিন মুনা তুমিনা তুমিন্না লেপতুনা লৈরি। মুংথিন্দা, চীংথক্তা মীনা পিক থন্নবা অহু হৌজিক্তি মী মখোল অমতা তাখিদ্রে। মতম অহু শা ঙাওই হায়হুনা মী পুম্নমক থুনা হমথরে।

খঙহৌদনা মুংশিং শিংপা হৌরকলে ৮/ চীংথক্তা থোইদোক্লসু মুংশিং কয়া শিংকল্লি। নোংলৈগী লোয়নদা মুংশিংনা অমুক অমুক হন্নবাদা উ-না পুম্নমক মতোল লৈপাক শোকপগুমনা হাইহুমথরে, উশা [illegible] অসংগা থেংনহুনা, উনা অপুংবা মরক্তা হুমজিন্দুনা মচি-মচি খুদিংদা খাই খাই লাউথরে। অকংবা উশা কয়া তেকতুনা তারক্লে [illegible] উপান্দা মহুম শাগিবা উচেকী মহুম হুমদোকথরহুনা উচে[illegible] শকিবা থোনজেম্না লাকনা লাকমা থোংবা হৌরক্লে। ল[illegible]দংলকলে। শজীশিংনা লৈকম লৈত্রহুনা তুবৎ তুবৎ

চেনবা হৌরক্লে। লোকমুং খুদিংদা 'প্রোক' 'প্রোক' 'খাই' 'খাই' লাউবা খোঞ্জেলতা মঙাইখরে।

অসিগুম্বা খুদোংথীরবা মতম অসিদা রাজকুমার বীরেন্দ্রসিংহনা উরীরৈগী খুজেং নামা পায়রম্নুনা অমম্বগী মরক্তা চীংথক্তগী চীংখাদা কুমথরক্লে। মুংশিং নোংলৈনা অমুক অমুক হুমজিল্লকপদা মুংশাখোর হেক থিংহুনা চপহেক লেপই অমুক মা-হুনা মা-হুনা খরা হেক কুমথৈ। লম্বী নিংথিনা লৈবা মফমস্তু নত্তে খোংকাপ অমা হেক থাংবগা মুংজাও অমদা বম হেক থেংই, খরা হেনদোকপদা উজাও অমদা হেক থেংই। চীংনাপোমনা মরোল মরোল খনজিনখিবনে, থা শিরমদাইগী অহিং ওইবনে মনাপুংবা উপাল খিবিক্লা ক্রক ক্রক ইম্লনা হৌবনে, উরী-ৱারীনা য়েৎশিনবনে মফম অহু মিং উইশিনখগুমনা মমথরে। নাকয়েত্তা ফক্লাংগুমনা চপ ঙমখরবা গুকলবা লোকচপ লৈখ্রি। খোংফম খজিক্তুং নানথোকতুনা লোকমুংদা হেক নাম্বখিবদা মিকুপ অমগী মনুংদা থরাই মাংগদৌরিবনি। চীং লৈপাকী মুহুম মচা মচা অমস্তুং মচিনতুম্বা উচুক্তা নেৎলুবদা খোঙ থিনগাইহুনা খোঙ থাবা য়ারকক্রে! নাকয়েত্তা শা খোংবগী খোনজেল তারকলে; ইনক-নক্লা শাহিং ঙাহিং মনম নমলকলে-য়েংখিবদস্তু অমম্বা নত্তনা করি অমত্তা উবা লৈখিদ্রে, তাইবংপান অসি অমম্বগী উ লাংনা পুমকুপ কুপখরে, উপাল, উরী, মুংপাক, শা, উচেক অমম্বদা লোইম্না তিনখ্রে।

বীরেন অসি হুমাং মরিক মরিক-শোরক্লে, মশা অহু খাই [illegible] পাখৎপা হৌরক্লে। মপুক্লিংদা অকীবা পোক্লরা? [illegible] [illegible] তৌইগুম্বস্তুং মুংশাথীবা পোক্লে। মশা মথম্তা [illegible] [illegible] খোকপা উপাই অমা তৌহুন্না মমুম য়োবা ঙমগদবনি, [illegible] মহাক্লা খুজেং পায়মুনা পুরিবী উরীরৈগীদমক খোইমোক্লা [illegible]। খল্লকই—"অমম্বদা করিস্তু খণ্ডনা চংল্লিঙৈ অসিদা করি[illegible]

অমা হেক থেংনহনা ঐবু থনমহনা উরীরৈবু মথল্লাই মাংহনঞ্রবদি,— অহু নত্রগা করিগুম্বা খোংফম নাম্বোকখিহনা লোকখাদা হাইথঞ্রবদি করম তৌনি। ফরে লাইগী নোংদমনি উরীরৈনা মথল্লাই থাবা মফম অহুদা ঐসু থল্লাই থাগনি।" রাখল অসি তৌহনা খজিক খজিক কুমথরকই। মুমিৎ লৈরিঙেদগী হৌনা উরীরৈ অহু. চল্লা হেন্দুনা অঙম্বা চীং কারকপগী রাবনা চোকথরহনা অহানবদা উখোং খুদিংদা ফমহনা পোখারমই, হৌজিক্তি খুদোং থীরবা মতম অসিদা চীংমাইথক্তা হাইথহনা রাম্বা হৌরক্লে। ভুবনবু কিহনা মাংদা চৎলম্বা মী পুম্নমক হেনগৎহনা ওমলবা চীংগী লম্বীদা য়াক্লবা মুংশাগা মায়োক্নহনা চেন্না চেন্না কাখৎখি, মতম অহুদদি মুংশা থিবনা অরাবা খঙলমদে হৌজিক্তি মুংশিগী মনাক্তা য়ৌজরহনা শরুক চামা হেন্না অরাবা কোংদোক্লে। অপংবা অঙাংনা মমাগী তম্পাক্তা লৈরিঙেদা, মমাংদা লাক্পা শঙম, কৈ, শামুনচিংবা করি অমত্তা কিদবগুম্না বীরেনগী মনাক য়োজববদি তাইবংপানগী মমুংদা কনাবু কীবা লৈ-খিদ্রে অমরোমদা মাগী পাঙ্গলনসু করি অমতা লৈরকদ্রে, বীরেন অরাবদা তাদ্রে। খুজেং অনী পায়হনা খোংকাপ অমা অনীদং চিংহুদা পুজেমই অমুক হেক রাম্বখি। বীরেনগী গতি লৈখিদ্রে। তম্পাক য়োগদবসু কয়া রাংলিবা অমম্বদা করিসু খঙবা লৈখিদ্রে।

উচিন্নাচিন্না তম্পাক য়োরহনা বীরেন অহু মুংশাশোর খরদং হোনফম কংজরে তৌইগুম্বসুং হুমাংমক্তা তৈথোকপা লোইফাত্রিঙেনা "ঈশিং-ঈশিং ঈশিং খজিক্তা পীয়ু, খৌরি চরম কংগ্রে, খৌরাংবনা থল্লাই থাগদোরে" অসি হায়হনা উবীরৈ অহু অমুকহন্না রাম্বগ্রে। শোংলবা নারক অহুদা মীচীক মীরাউখোল তারকত্রবা অমসুং হুন্না য়েংবদা কনাসু উখিদ্রবা মফম অহুদা উরীরৈনা নিংশিংবা লৈতনা রাম্বখিবা উরবদা বীরেন ওমখৈ লৈতনা রাগ্রে। খুদোংথীরবা মতম অসিদা খুদোংথীরবা মফমদা ঈশিং কদাইদগী থিকসিবা, থিবা চৎল-

বস্থ ৱান্থতুনা লৈয়িবা উরীরৈবু হন্দোক্তুনা করম্না চৎসিবা অসি পূম্নমক খন্দুনা চিনবান মথক মথা এক এক কংগ্রে ; অনকপদগী উনা হেকতুনা ছমাই ওইতুনা উরীরৈগী কোকথক্তা ছখা হৌরক্লে। মতম অদুদা মথারোমদগী তপ্না হুন্নকপা মুংশিংকা লোয়ননা চীংগী লোকচুং অমদগী 'ত্রোং' 'ত্রোং' লাউবা খোঞ্জেল অম্না য়াম্না নক্না তারে। মখোল অদু তাবদা, লোক্তগী ঈশিং চেম্থরক্লিবনি হায়বা খল্লদুনা তপ্না তপ্না উরীরৈবু কৌদুনা হায়রকই—"ইবেন্মা অনকপদা ঈশিং লৈরে ঈশিং শোকলুগে ঙাইহাক্তং হৌগৎতুনা কমউ।" অদু তাকপদা উরীরৈ অদু খোৱাংবগী মৈচাক্না য়াম্না ৱানা হৌগৎলক্লে। অদুগী বীরেন্না খোঙকাপ মরি মঙাদং চখোকখিবদা "হন্না হন্না য়েংখিবু খা কৈনা থল্লবা শোংলবা নাৱক অসিদা পাঙ্গল শোনবী এবু ইথঙতা হন্দোকতুনা চৎলগেন্না ; নংগী চেংলৌ উদতুনা শিবগী থক্তি ঈশিং কংদতুনা শিবনা ফে" অসি হায়রতুনা অমুক হন্না লৈমারুথক্তা তুব্রে। বীরেন্না খল্লি "মতম মাংহল্লুনা কান্নররোই, ঙম্বমথৈ থুনা ঈশিং শোকলুরগে অদুপকী মতিক খেঙজিল্লরগা অদুপকী মতিক থুদোং-থীবা হেল্লক্কনি!" অসি খল্লুনা 'ত্রোং' 'ত্রোং' লাউবা খোঞ্জেল তারকপা মাইকৈ অদোমদা থুনা য়াঙনা চংশিনখ্রে। থন্না চৎলগা য়ৌগব্রা মনিংই থক য়োবা নাইদে। অহানবদা খোঞ্জেল অদু হুনশিংনা হুন্নকতুনা য়াম্না নক্না তারমই—হৌজিক্তি থন্না থন্না লাপথোক্লকখিবতম তৌরে। মরুভূমিগী ময়ায়দা মারীচিকানা ঈশিং খোৱাংলকপা মীবু ঈশিংগী মপৈগুম্না উহন্দুনা ঙমথৈ লৈতনা অন্নাবদা তাহনবগুম্না 'ত্রোং' 'ত্রোং' লাউবা খোঞ্জেল অদুনা শুন্নাংতুনা বীরেনবু থন্না থন্না লাপ্না পুখোকখ্রে। মঙলা তাইবংলা মফম থংথিত্রে। হনসি কদাইনো, চংশিনসি কদাইনো মফম থঙজ্রতুনা ঙাইহাক্তং চপ লেপ্তুনা লৈরে অকোনবদা উরীরৈনা হায়হৌবা ৱা পূম্নমক অদু হন্না হন্না নিংশিংবা হৌরক্লে। "চীক্লবা মতম অসিদা অমুত্রভৌন্না হুন্দজিনবা

হৌনদে, হায়দুনা অমুক হন্না চংশিন্নরক্লে। অস্সুমতে না খন্না খন্না চংশিনখিবদা ওন্থোকপনি উন্নীরৈবু য়ান্না থাপনা হন্দোক্লক্লে! অমরোমদা ঈশিং চেনবগী খোঙ্গেল তারম্না অদুস্সু তাখিরে। উন্নী-রৈনা লৈহৌবা মাইকৈ অদোমদস্সু শানা খোংবা খোঙ্গেল তাররক্লে। অদু ক্লাওবা বীরেননা অভংপা লৈতনা মাংলোমদা চংশিন্নক্লি। খন্না চংশিন্নগা উ, রানা কোয়শিনবা খ্বাইদগী হেন্না শুকপা মফম অমা লৈ হায়বা খঙলে। চীংদগী চেন্থরকপা পিন্নবা ইফুংকী খোঙ্গেল অমা অনাম্নদগী তারকপা বীণাগী খোঙ্গেলগুম্না খেংলবা অহিং অদুদা বীরেনগী থ্নরবা খম্মোম অদুবু 'রাগন্ন, রাগন্নু' হায়না খেমজিনবা হৌরক্লে, খোঙ্গেল অদু অমম্বদা, উমংদা অভিয়াদা তিনথ্রে। ঈশিং লোয়দনা লৈরে হায়বা খঙলদুনা খোঙ্গেল অদুগী মতুংইন্না মা দুনা ক্লাদুনা অমম্বগী মরক্তা চংশিনথ্রে অমস্সুং উচিন নান্নিন্না ঈশিং খোং অদু স্নৌথ্রে। ঈশিং খোং অদুগী মচী অমদা 'চোপ, চোপ' লাঙনা করিগুম্বা জীব অমনা ঈশিং থকপগুম তারে। য়েংথোকখিবম্বা মৈবুনগী মতৌগুম্না ইরং লংবা মিং অনী উরে। মদু কৈ নত্তনা অতৈ করিস্সু নত্তে হায়বা খঙলে। মদু উবদা বীরেন অদু কোকচাউবী ক্লাথ্রে মরাই লেম্ফুগী শম চপন্নুংখংথ্রে। ঈশিং শোকশি কদায় শোকদুসি কদায় অরেপ্পা খঙখিদ্রে।

"ঈশিং কংদদুনা উন্নীরৈনা থরাই থাবগী শক্তি ঐবু কৈনা চারগা চাসন্নু" অসি খন্দুনা ঈশিং শোকে হায়না কুমথররক্লে তৌই-গুম্বস্সুং পাত্রদি কদাই? উন্নীরৈগী অরাবা উদুনা ঈশিং শোকনি হায়দুনা হেক্তা মলাকই পাত্র লৈ লৈতে হায়বা রাখলস্সু তৌরুদে, হৌজিক ঈশিংদা কুমথরবা মতম অসিদদি পাত্র য়াওদে হায়বা খঙলে। মমাংদদি কৈজাও অমমা মমিং কুপতনা ভাইদুনা লৈরি; পাত্রগী রাখল তৌদুনা লৈখিগদ্রা? পাইন্নকী লৌশিং অমা লাকুনা গুন্না চিংথোকদুনা মদু ঈশিংদা লুপশিল্লে, মখুৎ অনীনা গুন্না অদু

পায়গনা মমাই ওনল্লে। মথুং অনীগু গুম্মা পাইদুনা লৈরে, খরা চংলা মুংদা হেক থেংই, খরা চংলা তিংখংদা হেক পাম্মি—তুমিরা চংনিংবা মকম অহুদা খাই খাই লাউরে। চংনা চংনা তুংলোমদা শোংপেক লাউবা শানা তুংইল্লকপগী মখোল তারে, অহুম তৌনা চেন্না চেন্না তুরা হৌগংলা তৌহুনা লাকপদা লম্বী লম্বুরুহনা ওহোক-পনি উরীরৈনা লৈহৌবা মকম অহু থিবা কংখিরে! মতম খরা কোইচং চংলবগী তুংদা উরীরৈনা মখোংদা হিপতুনা লৈহৌবা উপাল অহু মুত্তক মুনা উবা কংলে, উরীরৈদি লৈরমরে! খরাই ম্রাওবা হকচাংনা অকীবগী মশক ওইবগুম্মা উরীরৈ লৈরবা উপাল অহু অকীবগী মশক ওইরে অমসুং হিংচারাইতম্বা অমনা উরীরৈবু চাথোক্লগা উগী মশক লৌহুনা মুত্তক মুনা লেপ্লমারে হায়না চিংখ-রকলে। অমদগী মথক্তা থোইনা মমরে। মকম লায়রমাক্তা হায়রনা রেংবদা হান্না উরীরৈনা মোন থাংহৌবা মুংপাক অহুম উথোং মনাক্তা অহুম মরৈ। মশা মথন্তবু মথন্তনা থাজরহনা উপালগী মাইকৈ মরিমক্তা কোইচং চংপা হৌরক্লে অমসুং করিগুম্বা শৃংনানবা পোং অমা মখোঙগা থেংনরে। খুনগংতুনা রেংবদা মখুম ম্রাওবা থাংশাং অমা ওইরম্লে। অহুদম্মু নত্তনা অনকপদা শা অমা মুত্তক মুনা কয়হুনা লৈরে। “কৈ অসিনা উরীরৈগী খরাই মাংহনখিবা তারে, মীগী ঈ থকপদা মন্নাই কারহুনা ঐবুম্মু ডাইহুনা লৈরিমারে, করে ঐবুম্মু হাংলসনু, তৌইগুমসুং নিংথৌমচা ওইবা ঐহাক্লা ইথুং-চাবা থাংশাং অমা পায়রবদা কন্না ইচম চম্না শিশিগে, মপা মচা থৌদাং য়েংগে” অসি হায়রহনা মকৈজোম মরৈ মরৈ তাথলে মুংপাক অহু থাক্লংহুনা কৈ তম্না হনজিনরে। কৈ অহুনা ওং ওুং অহুনা চীংমুংহু খ ক খ ক নিকহনুনা থুবাক্তা ইরাম্ন লাইনা খত্তোকরে। বীরেন্দ্রসিংহনা খিন্দনা থাংগী কদম তৌহুনা মশা অহু থাওনা পুন-য়োম য়োমরে; শাওনিংবনা হাকমনখিহুনা কৈ অহুবু অচম্বা করিমু

লৈত্রবা লমহাইগী মতৌগুম কিখিগ্রে। তাজা অহুলা কহিবী কিখবা? মীতৈ মচাদা য়েক্লবগা হাকথেংনরবা মতমদা কহিতরক্লি কিহুনা চেন্দে। বীরেনদি খোইদোক্লম্লি রাজবংশনি। ভারতকী মহুংদা অথোইবা রাজবংসগী ইনা চাওরক্লবা বীরেনগী মপুক্লিংদা অকিবা পোকখিদে। খুদোংথীবা তারবদা, য়েক্লবগা হাকথেংনরবজা মথরাই হরাওজবা রাজবংশেনি। অঙুগুম্বা অকনবা অথৌবা রাজবংশদা পোক্লবা বীরেনগী মখুৎচাবা থাওশাং অহু পারহুনা, থাওগী কদম্বা মশা অহু পুময়োম য়োমহুনা মৈবুনগী মতৌগুম্বা কৈগী মাইকৈদা পাইশিনগ্রে। ওঃ কদাইদগী লেম্না মাংগদগে য়েংউ—কৈজাও অসি মশাগী মকোক্তা তোঙান তোঙান তাগ্রে।

পাঠক! য়েংবিয়ু—চীংথক্তা লম্মৈনা তানশিল্লক্লহুনা চংজকম কৈত্রবী মুগীমচা অমা শিগদোবা মতম অহুদা বীরেননা হকচাংগী পাজল শীজিন্নবা রাখিদহুনা পুক্লিংগী পাজল শীজিন্নগ্রে, মশা শিনাই হায়বগী পান্মুবা লৈতনা মুগীমচা অহুবু কনখি, হৌজিক্তি কৈগী মমাংদা পাজল থোকপা মতম য়ৌরহুনা মাগী থাওদা হৈশিংবা শী-জিন্নহুনা কৈবু ইরায়-লায়না হাৎখি।

কৈ হাৎলবা মতুংদা বীরেন অসি মুংপাকথক্তা ফমহুনা ওাই-হাক্তং পোথারে। মতম অহুদদি অভিয়াদা নোংমংলম্বা কোতুনা থরারমিচাক পরেং পরেং থোকতুনা থজিক থজিক্তং ওানবা হৌরক্লে।

চীক্লবা মকম অহুদা মথন্নতা কল্লহুনা শিরবস্থ শিন্নিক্লরসি হায়না লাকমিন্নক্লবা উরীরৈবু মকম থওদনা মাওখিবা অহুদা ওমথৈ লৈতনা রাগ্রে। উশা অমতদা তোংমিন্নবা চেক্লা অনীগী মরক্তগী অমা কাগ্র-বওম লৈথোক অমতদা থাত্রাংনা শাৎপা লৈ অনীগী মরক্তগী অমা হেক্তরবওম হৌজিক্তা থৌরাংবগী মৈচাক্লা জোহুনা লৈহৌরিবী উরীরৈ অহু মাওরবদা নিংবা পুক্লমক কাক্লরহুনা হায়রকই—"কৈনা ঐবু হাংত্রা হায়রবু ঐনহুম কৈ হাৎলে; হৈ থাংশাং নীহাক অসি অচম্বা

থাঙ নত্তে লাইনা পীরবা থাঙনি, নংগী নপাল্লা কৈ হাৎলে। নঙোন্দা কৎনবা ঐগী কল্লিঙবা পোৎ অমতা য়াওজত্রে, ঐগী ঊ তৈহনা নহাক পেনবিরো। পাঙ্গল শোল্লবী, মিপাই থীরবী উরীরৈ অহ্ স্বর্গগী লম্বীদা লোয়নবা মী লৈত্রহনা মথমক্তা ক্রিং ক্রিং চোংহনা লৈরম্লিশনি; ঐহাক মাগী মতুং ইনগ্রগে. চংজররবা মীবু কনবা ঙমজ্রবা ঐগী পুন্সী অসি অরেম্বনি।" অসি হায়রহনা মথন্তগী মঙকশম ঙম্না থাঙ অহ্ হাইগৎত্রে অমম্তুং কল্লগে হায়না থোরাং তৌবমক্তদা মথাম্রোমদগী শিংলকপা হুংশিংকা লোয়ননা "হাৎলে হাৎলে ঐবু কনবিয়ু" হায়বা মুপীগী খোঞ্জেল অমা য়াম্না য়াংনা অচিকপা থুগাইহনা হম্না হম্না তারক্রে। খোঞ্জেল অহনা মচিন থোরবা তাগী মতৌঙম্না বীরেনগী থম্মোয়দা থিনবা হৌরক্রে। বীরেন্না "মসি হান্না কল্লুখিবা থোকই" হায়রহনা থাঙ অহ্ শেগাদা য়েপশিনহনা খোঞ্জেল লাকপা মায়কৈ অকোয়দা কম্না চেনশিনত্রে। থম্না চৎলগা মুপা মরি মঙানা মুপীমচা অমা চিংহনা পুবা অহ্ উরুরে। বীরেন্না থুনা য়াঙনা চেনশিল্লক-হনা লম্বীদা কৈগাক কৈনা থৎহনা হায়ররকই—"কনা অমতা চংপা য়াদে, লমহেনবা অমতং য়াওবদা থাংশাং অসিনা নকোক কল্লানি। চৎনিংলগা নখোয়না পুম্নিবী মুপীমচা অহ্ থাদোক্লমঙ।" য়া অসি হেক তাবদা মুপীমচা অহনা হেক চোংথোক্লকহনা বীরেনবু কোল্লহনা হায়ররকই—"পাম্মুবা! নহাক্না ঈশিং শোকখ্রিঙেদা। মুংশি হৈঙবা কাংবু অসিনা ঐবু কাহনা পুরক্লিবা অসিনি।" অসি হায়রহনা মুংশা থবেং থবেং হোল্লক্রে। শিত্রে হায়না নিংলদবা উরীরৈবু অমুকহন্না কংলবদা বীরেনগী মুংঙাইবা হায়নঙাই লৈত্রে! অহ্দগী মুপা মনিমঙা অহ্ "মুপী হৱানবা কাওরক্রে" হায়রহনা কন্তবা থোরাংগী-দমক শাক্কেন তৌহনা পুরকপা থাংশাং অহ্ থিনরক্রে তোইঙবম্মুং মথোইনা থিন্নিবা থাঙ অহুদি বীরেনগী মথুক্তা লৈরে। থাঙ থিবা কংত্রনদা চৈব্ন অমমম পায়হনা বীরেনবু অমুকহন্না কোয়শিনথরে।

বীরেন্না উরীরৈবু মনাক্তা থম্নত্থনা থাওগী কদম ভৌত্থনা উরক লৈবা হৌরক্লে অমম্বুং উরীরৈম্বু অরা অনা হুন্দোকতুনা "পাম্বুবগী মতেং পাংগে" হায়ত্থনা খাংজেং লাকশিনবা হৌরক্লে। মতম অত্থমক্তদা য়োখোক অমমম পায়ত্থনা মুপা তরামুক মুংশা ফুইনা হোন্দুনা মকম অত্থদা চেনশিল্লক্লে। মখোই অত্থগী মরক্তগী মুপা অমা চেনশিল-লক্তুনা উরীরৈগী খুজেং পায়ত্থনা "ইবেম্মা! মুপীমচা অমা লম্মেনা চাকখরে হায়বা পাউ তাবা অত্থ ইচাবু ওইরমাল্লে খন্দুনা ইপাদি ওম্থোক্লা থরাই রাক্লরেদা! ইচা শিরমদবা অসিদি মহাদেবনা কন-শিরবনি" অসি হায়ত্থনা অকোনবগী কাংবু অত্থনা উরীরৈবু পুত্থনা চংখরে। মুম্নরিবা পোৎ অত্থ পুত্থনা চংখরবা অত্থদা বীরেন অমম্বুং মুপী চিংলম্বা কাংবু অত্থ ইঙক ঙকতুনা ঙাইহাক্তং তুমিন তুমিন্না লৈনখরে। মুপী চিংলম্বা কাংবু অত্থগী মরক্তা ভুবন য়াওরি। উরী-রৈগী মপা লাকতুনা উরীরৈ পুখিবদা ইঙক ঙক্লরিডৈগী মতমদা ভুবন্না বীরেনগী মখুত্তগী থাঙ মুনখরে। ভুবন্না হায়রকই—"ঐগী কাদা য়েংলিবা মুপা অসিগী মথরাই লৌরসি" অসি হায়ত্থনা ময়াম অত্থ বীরেনবু ইকোয় কোয়শিনখরে। বীরেন অত্থ তৌফম খঙত্রত্থনা তুমিন্না ময়ায়দা লেপতুনা লৈখরে। মতম অসিমক্তদা "ইতাও ইবুংঙো করি অমতা রাগম্নু ঐখোয় ময়াম লৈরি" অসি হায়ত্থনা নারক্তগী মুপা অনী চোংথোক্লক্লে। অত্থ উরবদা ভুবনগী কাংবু অত্থ মী ময়াম লাক্লে হায়ত্থনা অমম্বগী মরক্তা মহৈ মহৈ মাঙনখরে। বীরেননা য়েংলকপদা মাগী মরূপ শশী ওইরমলে। বীরেননা হায়রকই "শশী! নংদি অমুক থেঙলবা ফাওবা কদাইদা লৈরুই? নংগা লোয়নরক্লিবা মুপা অসিদি কনানো? ইচন য়াওরকত্রবদি কদাইদা লৈহৌরে?" শশীনা খুম্নকই—"রাজকুমার! নংগী কাদা ঐনা থরাই থাগে হায়না লেপ্লিবা অসিগুম্না লোয়নরকপা মরূপ অসিনা ঐগী কাদা থরাই থাগে হায়না লেপ্লি। নহাক্লা নচনগী রা

হংবদি থুমবু থুমনিংদে। নহাক্না ঐবু হন্দোকতুনা চৎথরবগী মতুংদা নংবু কয়া থিরে, ফংলকত্রবদা থুনা য়াংনা লাই থুরুমহুনা চীংখা-রোমদা কুমথরকপদা লমখাংদা পাখং মঙা তরুক্না ঐবু য়ৈথুরমহুনা নচন পুখরে। ঐনা তুহুনা লৈরিঙৈদা লাকমিন্নরিবা মরূপ অসিনা ঐগী সেবা তৌহুনা মহাক্না লম্বী চিংহুনা কুমথরক্লিবনি। নংগী পুকচেল পূম্নমক ঐ লোইনা খঙই—চীংখাংদা নংগী ফিজি য়াম্লবী মুপীমচা অহ্গী মতুং ইন্নরুরিঙৈদা নচন মাঙথরবনি। নচন অমা হন্দোক্লমই হায়বা ইতৌ তৌদনা মুপীমচা অমগা লোয়ননা নাপল তৌহুনা চংলিঙৈদা ডাকুগী খুৎপুগা থেংনহুনা কয়া নংলবনো! ঐখোয় লাক্লম-ত্রবদি নংগী নথল্লাই মাংলমগনি! কেগা থেংনহুনা নহাক্না কৈ হাংপা নথল্লতা শিজগে তৌবা পূম্নমক ঐখোই লোৎতুনা য়েংই। থৌনা ইফং ফত্তবদি নত্তে নংগী কুম্মৈ মুংঙাই। নিংথৌমচা ওইনা পোকলবা হায়বা অসি নংনা থোকপা অমদি মতৌই। অহ্দগী নংনা হৌগৎ-তুনা চেনগ্রবদা ঐখোয়সু নংগী নতুং ইন্নরক্লি। নংনা অন্নাবা তারবদা কনগে হায়হুনা তুংওই তুংওইননা চংলিবনি। নংনা কৈ হাংকে থৌরাং তৌবা মতম অহ্নমক্তদা ঐখোই চীংখোংদা হেক থুংবদা মঙাইরি, মহ্গী মমাংদা করি করি থোকখিবগে মহুদি ঐখোই করি অমতা খঙত্রে।"

"ব্লারম পূম্নমক অসি শুগাইনা, মরিক চুম্না সনাখরাদা তম্নগনি নংবু মতিক চানা ব্লারকহনগনি।" অসি তারবদা বীরেননা ( মমিত্তা মপি তরং তরং চেল্লহুনা ! হায়রকই—"ইতাও ইবুংঙো নংগী থুয়াদা থুরুমজগে পাবুংদা অহ্মা তম্নবদি ঐবু চংহল্লরোই ঐখোই অনীবু য়ৈথুরমহুনা পুখি হায়না তম্বিয়ু। হৌজিক্তি ঐহাক ইচলগী খোঙ্গুল লিরুখিগে। ইচনগী লৈকম অরেপ্পা খঙত্রিমথৈ ঐ য়ুমদা হল্লিল-রোই। হা ঈশ্বর ওল্লোক্না অন্নাবনিদা! মপোকতৈদগী নাওখি শাহুনা মনিংমথা তৌহুনা লৈজরবী ইচল অহ্ কয়াদা অন্নাবা ফংল-

য়িগবা !" অসি হায়রূনা বীরেন অহ্ন মমিস্তগী মপি তরং তব্বং শিদ্ধরক্লে। শশীনা হায়রকই—"রাজকুমার নং য়াম্না য়ারমাল্লে য়ারুগন্নু, লাইনা তমগ্গবা হায়বা অহ্নি। কপতূনা কান্নররোই। য়ুমদা চৎলসি। করিগুম্বা লাইগী নোংদম্না নচনবু পুহ্নুা চৎপ্রিবা কাংবু অহ্ন লম্বীদা থেংনরবদি নহাক কয়ামুক মুংঙাইগনি !" বীরেননা "ইতাও মহুদি ওইররোইদবা থবক্নি, মহ্ন থেংনরবদি মুংঙাইমনখীহ্নুা ইথন্তুনা মখোই পুন্নমক মকোক থুগাইবা ওমগনি, হরাওমনখীহ্নুা ইচন ফাওবা নঙোন্দা কখোকপা ওমগনি।" য়া অসি তারবদা শশীনা বীরেনগী খুয়াদা শাংজ্রোংশাংনা খুরুমহ্নুা হায়রকই—"লেপ্লিবা মরুপ অসে মুপা নত্তে, নচন ইবেম্মা থম্বালসনানি। মুমিং তারমদাইদা, চীংথক্তগী কুমথরকপদা ভুবনগী কাংবুনা থম্বালসনাবু চিংহ্নুা পুগে তৌরবদা ইনাক্তা লৈরম্বা পাখং খরনা ইতেং পাংবিহ্নুা ঐনা মখোইবু ফুহ্নুা তানখরে অহ্নদগী থেংজিল্লক্লবদা ইথন্তুনা মুপীমচা অমা পুহ্নুা চৎপা অসি খুদোংথীবনি থন্দুনা থম্বালসনাবু মুপাগী ফিজেৎ শেৎহল্লে। হৌজিক্তি নচনবু ইবেম্মবু উরেদো। য়্রাজবংশনি হায়নখরবা য়া শোয়নমুশি।" বীরেননা মিকুপ অমগী মমুংদা অরাবা মুংঙাইবা ইকাইবা অমুমুং নোক্লিংবনা পুল্লপ তিন্দুনা নুখম খোংলা খোংলহ্নুা হায়রকই—'হুরানববু হুগ্গানবনা ফারবদি কনানা বিচার তৌবিনি।'

অনীশুবা পন্দুপ

## ধীরেন্দ্রসিংহগী অগুকপা

নোংপোকথংবা অতিয়াদা মুমিংনা তরং তরং হুন্দোরক্লে। মতম অসিদা হৈ্বোকচীংগী নোংপোকথংবা চীংয়াদা লৈরিবা পাংকী ফজবস্তু ওমখৈ লৈত্রে। মুমিংকী মঙাল ফংলদুনা থম্বাল কয়া কয়ানা মকা ফন্না শাকাইরক্লে। ওরাং শাংখিবা থম্বালশিং অহু ওসিদি লৈথোক লোয়রদুনা, নিংথায়দুনা লুববা ঈশিং মথক্তা তাউরি। অহিংগী লিক্লা মরিক অমমম অনী-নি অশংবা থম্না মথক্তা তাবা অদু পুনশিন্নকুনা মণি-মুক্তাগী মতৌশুন্না ইরংলংনা উরি অমসুং থম্না খেঙ্গোংগী মখোক্লা অরুবা অহু খাংবা ওমদহুনা, ওামথদুনা পাংকী ঈশিংদা হৈথরি। থম্বালতা নত্তুনা থক্লো থারিকথা কয়াসু শাংলবা! খোইমু কয়ানা ওংদুনা ওংদুনা লৈগী লৈহী চুপ্লিবা! চীংদগী পাই-থরকপা ওাসু কয়া কয়ানা হুরাওনা পাত্তা ইরুপতুনা মচিঙ্গাক খুল্লিবা! লোকসুংদগী চেম্বরকপা ঈফুংমচা কয়ানা 'ত্রোং' 'ত্রোং' লাউনা পাংকী ঈশিংদা তারিবা! দৃশ্য পুম্নমক অসিগী ফজবা হেনগংহন্দুনা থাপনা হি অমদা পাখং অমগা লৈশাবী অমগা তোংদুনা

মমায় মথাপাংনা শেম্বাং পাইবগুম্না হোন্থরক্লি। শাবী শানৌ অনী অসি অশাইমথৈ রা মচেৎ অমতা ঙাংনরক্কে। পাখং মায়াই য়ৌরবা মতমদা পাখং অহূনা নৌ অহু হি মথক্তা থন্নহূনা থরো মরা অমা থৎলা থৎলহূনা হায়রকই—"ইবেম্মা ঙসিদি অরেপ্পা রা অমতং খঙহনবিদবা য়াদ্রে। ঙসিবু অরেপ্পা রা অমতং খংহনবিরবদি হয়েং-দগী হৌহূনা লাইবকথীবা ঐগী খোঙ্গুল অমুকহন্না ইবেম্মগী শঙ্গাইদা তাদ্রে হায়না খঙবিয়ু।"

মুরা। মুপা ওইবনা ঙাংবা রা হায়বা অসি করি অমতা থাজদ্রাই নৈতে। পাখং কয়া কয়ানা লৌশিংথেনবী মুপীমচাশিংবু লৌনম তৌহূনা মুংশিহল্লগা হুন্দোকপিহূনা কয়া অরাবদা তাখিবা য়ান্না উজরে!

পাখং। অহূবু ইবেম্মা মী থরনা ফত্রগা খ্বাইমক ফৎলোই হায়বগী অরেপ্পা করি নৈবগে। মীগী রাদি ঙাংহূনা কান্নদে ঐগী রাগী অরেপ্পা খঙহনবিরো।

মুরা। ঐহাক হৌজিকমক্তি অরেপ্পা হায়জবা ঙম্মোই।

"অহু ওইরবদি ঐহাক হি হোল্লরোই" অসি হায়হূনা পাখং অহু হি মমুংদা খোল্লাই চন্দুনা হুই খোংহূনা লৈখ্রে। হুই খোংনা খোংনা মুংশিং শিংলকতুনা হি অহু উরুক নৈবা হৌরক্কে। নৈ-না নৈ-না চীংগী চীংয়া য়ৌশিল্লক্কে। মুরা অহূনা "অরেপ্পা রাদি হয়েংমুকী মপোক্কা খংহনজরগে" অসি হায়রল্লগা ঈশিং মমুংদা ঝম লাউনা চোংথখ্রে। পাখং অহূনা হুন্না য়েংখিবদা হি মথক্তা কনাসু নৈরমদ্রে, খাম্বসু ঙমহৌদ্রে। থরাই রাবা, অকিবা অমসুং অঙকপনা পুল্লপ তিন্দুনা পাখং অহূসু ঈশিং মমুংদা ফল চোংথহূনা কোয়খি-খিবা হৌরক্কে তৌইগুম্বসুং থক ফংবা নৈখিদ্রে। অমারোমদা মুপী-মচা অহূদি ইরুপতুনা চৎখিহূনা উ-রা থরগী মরুমদা কাওগৎতুনা চীংথক্তা কাখংখ্রে অমসুং পাখং অহূনা মুংশা য়ান্না থীনা কপ্লিং কপ্লিং

তৌহ২না মাবু থিরিবা কুম্মৈ অহ২ য়েংহ২না লৈররে। ঙাইহাক ইরুগা "ফংলরোই ফংলরোই," হন্দক মপোক্কী থীবা ফংলরোই" অসি হায়রমলগা মজায় ওন্দুনা চেনখরে। পাখং অহ২না মানা ঈশিং মন্থুংদা থিরীবা মী অহ২ চীংথক য়োখিবা উরবদা ঙকপগী হায়নিঙাই লৈখিত্রে খল্লকই—'মঙাও থীনা ঙাওরেদা। মুপা ওইনা পোকদবা মীবু মুপী ওইনা পোক্রেদো! অসুক নিংথিজরবা নৌরবা শক অসিনা অসুক অঙাওবা পুকচেল চেনগনি হায়না থাজরমদেদো! ঙাওরবসু ঙাওসনানি। অহ২বু হন্দক্কী মপোক অসিদা মাগী খৌজানগী মরিক খজিত্তং কংহ২না, মুংশিগী মৈনা চাল্লবা ঐগী থম্মোয় অসি ঈংগনি হায়বা থাজত্রে, অহ২মকপু মানা চেল্লমদাইদা মুংশিবগী মিংয়েংনা য়েংহ২না নোক্লম্মি। অহ২না মানা ইমুং-মুংশিদবদি নত্তবা মাল্লে" অসি হায়২না মাগী পুকচেল ফাজিনবা হৌরক্লে। মুংশিবনা ঙাওরবা মীগী পুকচেল্দি অসুম তৌবা মাল্লে। শাউনা ঙাংলে মুংশিরে থীনা ঙাংলে মুংশিরে—ফজনা ঙাংলে হেন্না মুংশিরে! ওঃ অঙকপনিনা!

মুপীমচা অসি মমাংঙৈদা চীংয়াগী লৈকোন্দা উরীরৈগা লোয়ননা লৈ থিরম্বী মাধবী কৌবী মুপীমচা অহ২নি অমসুং পাখং অসি বীরেনগা ক্লাস অমতদা তম্মিন্নবা ছাত্রনি। মমিং বীরেন্দ্রসিংহ কৌই। মখোই অনী অসি মমাংঙৈদগী হৌনা মুংশিনরকই তৌইগুমসুং মুপীমচা ওইবগী হৌনশা মুংশিরবমক্তদা মুংশিদবা শাশিন্নরি। 'মুংশিবা' হায়বা লাই অসিবু অসুমতৌনা লৌনম তৌহ২না উং চাইবদা মানসু মরক মরক্তা লম্মন থুমদনা তোক্তে। মমাংঙৈদা খম্বনা খোইবীগী মুংশিবগী চাং য়েংবদা মখোই অনীমক মহা ওইনা মথম্লাই খাখি। চহি খরগী মমাংদা নিংথেম মচা অমসু মহাক্কী চান্নখোইবীগী পুকচেল য়েংবদা চান্নখোইবী অহ২ মথম্লাই খাখি। অসিগুম্বা থুদম মরক মরক্তা কংই। অওইবমক্তি মাধবীনা বীরেনবু মাগী খম্মোয়দা চেংনা কোনশিন্দুনা থমত্রে।

# অরাবা পাও

খঙহন্নিংদবা থবক, তাহন্নিংদবা পাঁও, উহন্নিংদবা পোৎ হায়বা অসি মতমকুইনা থক থুপতুনা থম্বা য়াদে। থোইদোক্লস্লু লাইরিক তম্লিবা ছাত্রশিংনা অহল-লম্মনগী মমিংতা উৎ চাইহুনা লাইথুরুম্বা চৎশিন্দুনা অরেম্বদা কোয়বা, মমাম্লবগা লাইরিক ঔরাইমিন্নবা শাহুনা ৱাচোই ঙাংবা অসি পূম্নমক থুনা ফারকই। বীরেনগীস্লু মহুমক থোকখ্রে। মাগী লমচৎ, ৱারী পুম্নমক মাগী পাবুংগী নাকোং য়ৌখ্রে, মরম অসিনা মাগী পাবুংনা চিংনরহুনা বীরেনগী লমচৎ মুম্না য়েংবা হৌরক্লে। লাইরিক ঔরাইকম শংদা চংহুনা য়েংবদা লাইরিক অয়াম্বা কোকফাই কাহুনা লৈবা উরে। বীজগনিত, পাটিগনিত-নচিংবা লাইরিক থরনা টেবিল মথাদা তাহুনা লৈরে। শকুন্তলা, কাদম্বরী সেক্সপিয়ারগী ড্রামানচিংবা লাইরিক থম্লদি মাগী মোন মথাদা চেকশিন্না থম্বা উই। মাগী নোটবুকী মচি মচি খুদিংদা প্রনয়সঙ্গীতকী কবিতা মচা মচা য়াম্না ইহুনা লৈ। পরিক্ষাদা চহি খুদিংগী মকোক ওইহুনা ফাষ্ট প্রাইজ ফংলম্বা অহু হন্দক্তি ফংখিদ্রে। মমাংঙৈদদি মাগী লাইরিকশংদা লাইরিক তমদবা মমাল্লবা অমতং চংবদা য়াম্না শাওরমই হৌজিক্তি মহুগুম্বা মীতা লাক্লগা তরাম তরাম্না কৌশিনবা উই। চাকশংদস্লু মাগী শরুক পুথমগী চাক অহু চাথোম অমা অনী হুক্লগা ঈশিং থর থকতুনা হেক মতোকখি। পূম্নমক অসি য়েংহুনা সনাথ্বা অসিনা বীরেনগী লমচৎ হোংলে হায়বা খঙলে অমস্লুং অথাপ্পা মীরৈবাক্তা থাত্রবদি বীরেন অসি মহৈ মপূং ফাদনা লমথাংদা মাঙবা তারে হায়না খনখ্রে।

নোংমা বীরেন্না মাগী লাইরিকশংদা মথল্লভা ফমহুনা হুরান-বঙ্গা তুং হন্না হন্না য়েংহুনা উরীরৈদা পীনবা চিঠি অমা ইনবা লাক্করি, মতম অহুমক্তা মাগী পাবুংনা খংহোদনা চঙলকতুনা হংলকই -"করি লাইরিক ইরি ?" বীরেন্না—"ঐগী ইরুপ অমা কলিকাতাগী প্রসি-

ডেন্সি কলেজদা তম্লি মাঙোন্দা চিঠি [illegible] ইগে তৌরিবনি" হায়না খুমই। মপাবুংনা তাঙ্গা [illegible] য়াম্না ফরে প্রেসিডেন্সি কলেজদা নংগী মকম লৈ [illegible] অংস্থু হয়েংমক কলিকাতাদা চংলো; মকম অহুদা লাইরিক তম্বা তারে থৌরাং পুন্নমক লোইরো" অসি হায়রম্লগা খুনা মপান থোকখরে। রা অহু হেক তাবদা বীরেন অহু মকোক উরুর লৈখ্রে। ফননবা হায়তুনা খুমলুবা পাওখুম অহু হিগায়রা ওইখ্রে। মথন্নতা ফম্বা ভমজ্রহুনা মকম অহুদগী চথোকখ্রে।

## থাইনবা

"মচা ফাখরবী শক্তি অমোম্না
মৈচাক থাংবগুম চেল-চোংহুনা,
উনাথক্তা তা'গুম অহিং লিক্লানা
পি শিম্বরী; মৈচাক থাংলি ওম্না থোইনা।"

কালেনগী পুনিমা য়োম্রক্লে। মরক মরক্তা নোং চুহুনা পুম্রী খোংবাল পাংনচিংবা ঈশিং তুংফম পুন্নমক ঈশিংনা চাংজো মাম্লনা লৈবা হোৌরক্লে। থরো থম্বালনচিংবা ঈশিংগী লৈ খিবিক মরক মরক্তা শাংকাইবা হোৌরক্লে। উরীরৈ, লৈহাউ, নাগেশ্বর, মাল্লিকান-চিংবা কংফালগী লৈ খিবিক্লা, লৈকোন্দা গুমাং ময়াদা, শম্বন্দা মনিং-থুংনা শাংপা হোৌরক্লে। মুংখিলগী মুংশা মৈচাক পুন্নমক কোকহম্নুনা অহিংদা থানা ঈংলবা মঙাল পীবা হোৌরক্লে। অনৌবা উনা য়েনিং হুম্রকপনা মনা পুংলবা উপাল, মকাক্ম্না শাংকায়রবা লৈ-শু ঈশিংনা চাংজো মাম্নরবা পুম্রী, পাং তুরেল অসি পুন্নমক থাগী থাবম্না য়েহুনা ইঙৌ ঙৌখ্রে। লৈনম পুরবা লিরি লিরি শিংপা মুংশিংনা মীওইবগী হকচাংদা য়েহুনা মুংখিলগী মুংশা মৈচাক কোম্নখ্রে। থাবম্না চাম-থোক্লবা অশংবা উনাশিং অহু ভপনা শিংলকপা মুংশিংনা য়েবদা ইলংলংনা উখ্রে। অসিগুম্বা মুংঙাইরবা অহিংগী মতম অসিদা

রাজকুমার বীরেন্দ্রসিংহনা মাগী মরুপ শশীগা লোয়নহুনা যুমদগী মপাল থোরক্লে অমসুং মথংশিংদা চুপ্লিহুনা উরীরৈথোয়গী থোজান্দা হায়জিনখ্রে।

ঙমাং মতোন্দা মনা পুংলবা মাল্লিকা পাম্বী অমা হৌরি। বীরেন অমসুং শশীনা ইমুং মনুংদা হেক চংশিনবদি ইকাইরহুনা লৈ হেকশিল্লবা শারহুনা লৈপাল অহুগী মরুমদা লৈগে। মতম অহুমক্তি. উরীরৈসু ইমুংমনুংগী থবক-থনা গুরকপদগী, হুমাং শৌরহুনা হকচিক লাংগে হায়বগীদমক হুমাই মচা অমা পায়হুনা মপান্দা হেক থোরকই। থাবন্দা মাল্লিকানা ইঙৌ ঙৌনা শাংপা অহু উরহুনা লৈ হেকে হায়না লৈথোং তাম্না চংশিনখ্রে। বীরেন অমসুং শশী মথোয় অনীসু ইমুং মনুংদগী কনাগুম্বা মী অমা থোরক্লে হায়বা খংলহুনা লৈথোংদা পিশক পিক্লা থুপচিনখ্রে। উরীরৈনা লৈ মথং মথং হেক্লক-পদগী লৈথোংদা মী থরা লোংতুনা লৈরে হায়বা খংলবদা কিহুনা ময়ুমদা চেনশিনগে হায়না মমাই হেক ওল্লকপমক্তদা বীরেন্না ফুক হেক হৌগংলক্তুনা "তপথবিয়ু তপথবিয়ু হাক্লা ফিংবিগনু" হায়হুনা উরীরৈগী থুজেং তাপ পায়খ্রে। হন্না য়েংলকপদা বীরেন ওইরম্লবদা খংহৌদনা মুংঙাইবগী চাং হেনমনখিবনা হুমাং মরিক মরিক শৌপ্রবী উরীরৈ না ঙাংথোকপা ঙমখিদ্রে। অমহেক্তি মুংশিনরবা শাবী শানৌ হায়বা অসি উনদ্রিঙৈগী মতমদা না অসি হায়গে থনবা অহু উনরবা মতমদা হায়দোকপা ঙমদবনা, অমদি অহুগুম্বা অচিকপা মতমদা বীরেনবু উপনি হায়বা থাজদবদগী শেম শাহুনা লৈহৌদবনা, থোইদোক্লা ময়ুম হায়বা অসি মুপীমচা ওইবিশিংগী ইকাইকম ওইবা মরমনগী উরীরৈ নক্ল লুকথদুনা তুমিল্লা লৈখ্রে। বীরেনসু তুমিল্লা লৈখ্রে—শশীনসু ঙাংথোরকপা লৈখিদ্রে। মতম থরদং মকম অহু উনমুক চিকথরে। মাল্লিকাদা লৈহৌ চুপথা থোইমু অমা নোক্লিংবনা থাঙবা ঙমত্রবঙমা ঙুং ঙুং ঙংহুনা পাইথোকখ্রে। মুংশিংনা তপ্না

তপ্না শিংলকপদা হাই হল্লিবা উমাশিং অহু অমগা অমগা থেংনহনা খুরাক খুহনা নোকপগুম তৌরে। মরানমিচাকশিংনা অমগা অমগা মমিং থংনবগুম্না তগুপ জঙনা থোকত্রে—অহু ফাওবদা উরীরৈ মমাই হঙথিত্রে। বীরেন্না তপ্না তপ্না হায়বা হৌরকই। "ইকেম্না ওস্থোক্রা থুনা কাওবিখরেদা। বারুনী খুরুম্বদা উনখিবা, হৈবোকচীংগী লৈকোন্দা হায়নখিবা অমস্তুং উনখিবা পূম্নমক মুমিং খরদংগী মতুংদা কাওবিখরবোই। অম্বক থুনা কাওবিরমগনি খঙলম্ববদি অরেম্বদা মুংশি-কাথল তৌহনা হকচাং মাংহল্লম্লোইদবনি।" মা অসি তারবদা উরীরৈগী পূক্লিংদা শোকহনা তপ্না তপ্না খূম্নকই— "করম্বা মতমদা অমুক্তং সেংবিরকদগে হায়না ঙাইজরিবী ঐহাক্লি, মা ঙাংথোকপা হৈজদহনা তুমিন্না লৈজবতনি" অসি হায়হনা মরু লুকথহনা থোঙবীনা লৈপাক্লম তকপা হৌরক্লে। (অহু তারবদা শশীকুমারসিংহ (থরাইনা কৌবা মিংদি শশী) না হায়রকই—"ইবেম্মনা মা ঙাংবা হৈতে হায়বগী সাক্ষী ঐ লৈ—হৈবোকচীংগী লৈকোন্দা অহানবা বীরেনগা উনবদা মা অমতা ঙাংথোকখিদমাল্লে।" (অসি তারবদা অমুক হেন্না ইকাইখরহনা হাল্লদগী হেন্না মরু লুকথখরে। উরীরৈগী কন্নাগুম্বা মচেং পাংবিনবা অমা লৈরমহনা "ময়ুমদগি মুপীমচাশিংদি মরোল থোক্কে" হায়না খুম্বিরবদি মতিকচাবা পাউথুম ওইগদবনি। হৈবোকচীংগী লৈকোন্দদি উরীরৈগী মতা অমম্তু মাওরমই—বীরেন্না মথন্নতা মঙাইরম্মি, হৌজিক্তি বীরেন্না মরুপ অমগা লোয়নরক্লে উরীরৈনা মথন্নতা মঙায়রক্লে মরম অসিনা ইকাইখীবী উরীরৈগী ইকাইবা অম্বক যাম্না হেনখিবনি হায়বা অসি উরীরৈনম্ব হায়দোকপা ঙমখিত্রে।—বীরেন অমস্তুং শশীনম্ব খঙখিত্রে। বীরেন্না মাবু কাউরে, থৌওইত্রে অমস্তুং ভুবনগা মুংশিনরম্বা য়ারে হায়না খন্দুনা মপুক্লিংদা থোইদোক্লা মুংঙাইতবা পোকখি। বীরেন্না হায়রকই—"ইবেম্মনা কাউবু কাউবিরবম্ব কাউবু কাউবিত্রবম্ব

হায়নখিবা মতুংইন্না করিগুম্বা রা খরদং নিংশিংজগে হায়হুনা লাকচরি, হয়েংদগী হৌনা ঐহাক মীরৈবাক্তা চৎত্তুনা চহি মঙা তরুক লৈরুবা তারে। ঐনা হল্লকপা মতমদা ইবেম্মবু ঙসু অসিদা অমুক হল্লা উবা ফংজগনি হায়বা কয়া থাজদে, অহুম ওইনমক লাইবকথীবা ঐবু করিগুম্বা মতমদা নিংশিংবিরক্লবদি, থেংথরবা অহিংদা পুথ্রী মপান্দা হৌথিরবা লৈছাউ পাম্বী অসিদা তোংহুনা খোংবা কোকিল অহু ঐনি হায়না নিংবিয়ু।" "হয়েংদগী হৌনা মীরৈবাক্তা চৎলনি" হায়বা রা অসি অম্বদা রাথিবনা মুংশামগী ফুইনা হোন্দুনা করিগুম্বা রা খরদং হায়জগে মায়না হেক তৌরকপদা ইমুংদগী মমানা "উরীরৈ" "উরীরৈ" হায়না তোয়না তোয়না কৌশিল্লক্লে। বীরেন অমসুং শশীস্থু থুনা চংখরে। উরীরৈ অহু বীরেনবু খাম্বসু নংহৌদ্রে,—খাইনমৈচাক্পা লকাগুংদা চাকশিল্লকতুনা মথন্নতা তঙক তঙক য়েংহুনা লৈহৌরে।

মমানা তোয়না তোয়না কৌশিল্লকপনা চংদবা য়াদ্রহুনা, মিংলুদগী শিল্লরকপা পিনা চোঙলবা চাইরুং অনী অহু মমাবু খঙহনশিংদবনা হুম্না হুম্না তকথোকপদগী পোল্লবী উরীরৈ অহু ইমুং মনুংদা চংদ্রে। "থেংলক্লে চাক থোংলুরো" হায়বা মমাগী রা তারবদা থুনা য়াংনা চাক থোংহুনা লোইদ্রে। মমানা মহৌশানা মচাগা চাক চামিরৈ অহু নত্রবদি মথন্নতা খক চাদে মরম অসিনা উরীরৈবু কৌশিল্লক্লে; চারুক মপান্দা ফম্লে হায়বা মহু মঙাররে, চখোন অমতসু নিংথিন। হুকখিদ্রে। অমতা পোকপী মচাগী মতৌ অসি উবদা মপামমা অনীমক মথরাই রাদ্রে। মথল মথা অয়াম্বা অহাঙ অথুমনচিংবা পুথোকতুনা পীবা অহু "হকচাং ঙমদে" হায়হুনা য়াতোন অংখিদ্রে। "হকচাং ঙমদে" হায়বা রা অসি তারবদা মুমিং-থা য়েংবগুম্না য়েংজহুনা লৈরিবা মচানিনা মপামমা অনীমক মথরাইদা ঙমথৈ লৈজনা রাখরে। মপামমা অনীমক্না মচাগী নাকল অমমমদা ফমহুনা হুমাই হুক্না অমসুং হকচাং নোইবনচিংবা হৌরক্লে। হকচাং

নোইবা অসিনদি কোকপা ওয়া লাইথুং নত্তে হায়বা মপামমানা খঙথিগ্রে। উরীরৈনা "মসিগুম্বি ঐহাক অচিকপদা পাম্মুবগী রাখল তৌবা য়াররোই" হায়লা কমুনা "হকচাং থরা মুংঙাইরে ঐগী কমুংদা তুমলুরগে" হায়হুনা ফুক হোৌগংহুনা মাগী কমুংদা কাথংগ্রে। মপামমা অনীমকস্তু ফদ-ফরবোই নিংহুনা মহৈ মহৈ তুমগ্রে।

অহিং নোংশোয়বা উরীরৈ অমুক্ত। মিং উইশিনখিগ্রে খল্লকই,—"মুপীমচা ওইবা ওস্থোক্না তৌল্লিদা! করম্বা কান্দা অমুক্তং উনবা ফংগদগে হায়না নিংলবা মী অহ্ মখোঙনা থোংনা লাক্লবদা, পুক্লিংনা নিংবা য়া অমতস্তু হায়দোকপা ওমহোদে। হৌজিক্তি অমুকহন্না উনবা ফংলরোই,—মতুং ইনসি হায়রবস্তু পাঙ্গল শোনবী ওইবনা ওমদ্রেদো। পাম্মুবনা থনখিবা রাখল মতা অহুনদি মীরৈবাক্তা লৈরিঙৈদা লাইবকথীবী ঐবু কাউবিরগনি হায়বা অসিদা চিংনবা লৈতে। ইকাইথীবা! নহাক অসি ওস্থোক্না তমথীদা। মীনদি ইকাইথীবা নংবু মুপীমচা ওইবীশিংগী লৈতেংনি হায়নৈ,—ঐগী থম্মোইদা রামৈ চাকপগুম্না চাক্লিবা অরাবা অসিগী মরমদি ইকাইবা নংনিকো!" রাখল পুম্নমক অসি তৌনা তৌনা মিত্তগী শিন্থ-রকপা পিন। মোন অহ্ পুমচোং চোংগ্রে,—কমুং অহ্ তিংথংগী মথক্তা হিপ্লগুম্না মুংঙাইখিগ্রে। মুংশি মৈচাক্না অস্থুম অস্থুম হেনগংলক্তুনা কমুংদা কম্লে, থল্লু থল্লুবদা মিকুপ অমতং পোখাকন লৈখিগ্রহুনা কল্লি-গুম্বা মালিকা মখোংদা লৈরমখিগদ্রা হায়না থোঙগী পোরোল তুমিল্লা হাংদোক্তুনা থেঙগ্রবা অহিং অহুদা মপাল থোক্লক্লে। মতম অহ্ ফাওবা থাবল্লা ইঙাল ঙাল্লম্মি,—মাইকৈ মরিমক্তদি উনমুক চিকগ্রে। উরীরৈনা থুনা য়াংনা মাল্লিকা মখোঙদা চংশিনগ্রে তৌইগুম্বলুং বীরেনদি লৈরমদ্রে। ইহাঙ হাঙবা মালিকা-মখোঙ' অহ্ উরবদা, মুংশি মৈচাক্না হেক্লিলতুনা হায়রকই—"হে মাল্লিকা! নহাক অসি ওস্থোক্না মুংশিহৈত্তেদা! ঐনা লাওহুনা, ইকাই খীন্থুনা পাম্মুবগু পুনবা ওমহোল্লবস্তু নংদি কল্লি তৌহুনা লৈহোবগে? ঐনা মুমিং

খুনিংগী ঈশিং চাইবা অমসুং নখোং রাইতৈবগী তৌবিমল অসিরা ? হে মালংবা অরেম্বদা, নারক্তা শাৎচবা নৈপী নৈনম পুহুনা শিংলিবোই ! লাইবকথীবী ঐগী অরাবা পাউ পুহুনা পাম্মুবগী মফমদা অমুক্তম্ সু শিংলুবা !”

অসি হায়রুনা উরীরৈনা লৈমাইথক্তা ওয়াথোইনা লৈরম্বদগী লোশিং তারকত্তুনা করিংগম্বা মপা-মমানা খঙপ্রবদি হায়না হেক খরকপঞ্জা অরাবা খরদং কোকত্তুনা ইমুংদা অমুক চংশিনখ্রে। ইকাইবা ! নংগী পাঙ্গল অসিসু কল্লিদা ! নিত্রা কৌবী লাইরেম্বীনা মিকুপ অমতবু পোথাহনবা ঙমত্রবা অরাবা অসে ইকাইবা নংনা মঙেং তাহল্লেকো। উরীরৈনা অমুক খল্লকই—নোংতবু হেক ঙাল্লবদি মুপীমচা ওইবগী ইকাইবা পূম্নমক হুন্দোকত্তুনা পাম্মুববু অমুক্তং য়েংজহৌগে। আশা অসি তৌহুনা নোংঙানবা ঙাইরক্লে। ফরে ইকাইবা নহাক্কা মুংশি মৈচাক্কা নখোয় অনীগী মরক্তা কনান্না পাঙ্গল থনবগে ঐখোইসু য়েংহৌরসি।

## ‘নুং অনীগী মরক্তা হা’

মী-চিক-মী-রা ওখোল তাখিত্রবা,
উচেক-রায়ামরুবু খোংখিত্রবা,
উমং উখোং রাখোং-নাক্তা ফমহুনা,
চীংমুংগী তাম্না মানবী খোঞ্জেল্লা,
মথল্লভা অরাবগী ঈশৈ শকচরি।

মতমগী ঈচেল ওল্লোক্লা কল্লিদা ! অকনবা মুংশিংকী পাঙ্গল, চীংনা থংপা ঙমই, অচৌ অচৌবা তুরেনগী ঈথিন-ঈরৈ, সমত্রুনা থংপা ঙমই—মতমগী ঈচেলবু থংপীরবা কনা লৈবগে ? করম্বা হিমালয়, করম্বা সোরারেন, করম্বা রাবন নিংথৌনা মতমবু ঙাই-হাক্তং খিংহুনা থম্বা ঙমখিবগে ? অচৌ অচৌবা নিংথৌরেনশিংগী

অচৌবা বৈভব, মত্তিক মগুণ য়েংনা য়েংনা মতমগী ঈচেল চেনখি,—ঙাইহাক্তংবু লেপ্তুনা লৈরমদে; লাইরবা অরা-অনংবা মীশিংগী অরাবা মতৌ য়েংনা য়েংনা চেনখি। মপুরোইবা খাইনরবা, মচামশু খাইনরবা মীশিংগী তেংথাবা রাহৈ তানা তানা চেনখি ঙাইহাক্তংবু হন্না য়েংলমদে। অচোবা কোন্নুং কয়া. ফুব্রা দলাল কয়া, হৈকোল লৈকোল কয়া মতমগী ঈচেন্না থুগাইহুনা তাউহনগ্রবা! উজ্জনী, হস্তিনা কয়া মতমগী ঈচেন্দা তাউখ্রে, কালিদাস, ভবভূতি কয়া মতমগী ঈচেল মন্নুংদা লুপখরে,—অস্নুক য়াম্বা চীংজাও, কোন্নুং উ-রা শা-ঙা, মীওইবা লোইনমক নোংমদি মতমগী ঈচেন্দা তাউথরগদবা ঙাক্তনি।

মতৌ অস্নুম্না মতমনা কনাবুস্নু ঙাইদে,—অরাবগী রানা হৌখি মুংঙাইবগী মুংঙাইনা হৌখি। উরীরৈগীস্নু অরাবগী অহিং অসি হৌখিহুনা নোংঙাল্লক্লে। নোংপোকথংবা অতিয়া অসি ঙাংঙ্রানবা মচুনা লৈতেংহন্দুনা নুমিংনা অশংবা চীংগী মরুমদগী হুন্দোরক্লে। উচেক-রায়া খোংলক্লে। ঙানু পরেং পরেং পাইরক্লে। চীংমুংদগী শজিশঙাই তমদা চেম্বরক্লে। ঙরাংতা পোমহৌরিবা লৈস্নু হৌজিক্তি মকাফন্না শাৎকাইরে। ঙরাং মশক উরমদবা লৈপাক্লে হৌজিক্তি লৈমাইথক্তা নেম্না শাৎকাইরে। জীব পুম্নমক্না পুক্লিং মকান্নামইবা অমস্নুং মহৌশাগী নিংথিজবা অসি উত্তুনা মীওইবগী পুক্লিংস্নু য়াম্না মুংঙাই,—অহুদস্নু নত্তনা অন্নুক অঙনবদা উরী-ন্নারীগী অনৌবা ময়োল চোংবগুম্না মীওইবগী পুক্লিংদস্নু অনৌবা আশাগী ময়োল চোংই—অহুগুম্বা আশাগী ময়োলগা লোয়ননা উরীরৈ কমুংদগী য়াহৌরক্লে।

উরীরৈনা হৌগৎলকপা উরবদা মমানা হায়রকই—"ইচাদি মমিৎ মমাই ইপোম পোমইদা করি তৌরবগে?" মক্কম অসিদা উরীরৈনা করি খুম্নকনি; "পাম্মুবগীদমক রাবনা অহিং নোংশোইবা

কপতুনা লৈরুরে" অমুম্না খুমলবদি অচম্বা পাউখুম ওইগদবনি। মুংশি মৈচাক ফংই হায়দুনমু লুহোংব্রিবী লৈশাবীশিংগী মরক্তা কয়ানা অসিগুম্বা পাউখুম খুম্না ঙমখিবগে ? উবীবৈমু পাউখুম অদু খুম্না ঙমখিদে। মীনম্বা পাউখুমগী মবক্তা "হকচাং ঙমদে" হায়বা অসি নত্তুনা অতৈ খুমনিংঙাই লৈবমদে, তৌইগুম্বমুং মতুমু খুমনিংদবা ওইগ্রে. মরম অসিনা তুমিন্না লৈবা নত্তনা উবীবৈগী উপায় অতৈ লৈখিদ্রে। হে ইকাইবা! নংগী লাংনা কুপ্পা হৌরক্লবোইদো।

অমরোমদা মুংশি মৈচাক্তা উবীবৈগী লকানুংদা পোৎখাবা লৈত্তনা চাকপা হৌরক্লে। অযুক্কী মতম অসিদা বীবেন্না খোঙশানখিগদৌবিবনি, মতম অসি খজিক্তুং চেনগ্রবদি অমুক উবা ফংলরোই অসি খল্লদুনা হকচাং ইংবা অধুক্কী মতম ওইদুনমু হুমাং মবিক মবিক শৌগ্রে। চিংনবা হাযবা অসিনা ইকাইবগী মচেং পাংদুনা মুংশিনববা শাবী শানৌশিংবু থোইদোক্না অরাবদা তাহল্লি। মুংশিনদ্রিঙৈগী মতমদদি ইফোং ফোংনা কৌবা ঙমই তবাম তরাম্না হৈ অমতং লৈ অমতং পীবা ঙমই মুংশিনববা মতুংদদি চেক কৌগদবদা মীনা তাগ্রগববা হাযনা চিংনবে, পোং অমতং পীগদবদা মীনা উথ্রগবরা হাযনা চিংনবে মবম অসিনা উবীবৈগী পুক্রিংদা চিংনবা পোক্লহনা খল্লকই—"মুপীমচা ওইবা ঐনা করম্না ইথন্নতা চংসিগে ?" উবীবৈ খোঙ থাংদোকপা ঙমখিদ্রে মতম অহুমক্তি মপা মমা অনীমক উবীবৈগী মনাক্তা অমত্রা লৈদ্রে। তাপ্পা ফংলদুনা মুংশিবগী ঈচেন্না ইকাইবগী পল নমথেকতুনা—"থোক্লববা হায়বা অদুনি মচংলগে" হাযদুনা খোঙ থাংদোকবক্লে. লমজাওদা মী হঙ্গংহন্দা চংপা উবক্লে। অদু উরবদা খোঙথাং অমুব লেপখ্রে। লম্বী অহাঙবদা মুপীমচা ওইবা মহাক্না মথন্নতা লেপুন। লৈবা অদুমু অমুক চিংনবক্লে। উপায় লৈত্রদুনা হৈবোকচীংলোমদা মমাই ওনখ্রে। মতম অহুমক্তি বীরেনমু ধীরেননে অমম্মুং থিন্দোরকপা মকপমপাং মযামগা লোয-

নহুনা যাত্রা তৌগ্রে।

হৈবোকচীং অসি মহৌশানা অচিকপা মকম অমনি। চীং অসিগী চীংদোন্দা কাখৎলহুনা মরূপ মপাংগা লোয়ননা থাপনা চংলিবা বীরেনবু চিংনা চিংনা য়েংজরকই। অতৎপা লৈত্তনা মিত্তগী পি শিন্থরকপনা বীরেনবু তশেং তশেংনা উবা ফংখিত্রে অহুগী মথক্তা লৈচিন নোংকাইনা পানা কপশিনখিবনা মশেন-মরাং উরক্লে। বীরেনদি অত্তৎপা লৈতবনিনা খরা খরা অম্মুম লাপথোকপ্রে। মুংশিবগী চেংলৌ শককমবু শেংনা উদবা মরমদগী অরাংবা চীংথক্তা কাখৎহুনমকম্ম খুনিং কাংখৎলবী উরীরৈনা মিংকুপ্তনা য়েংবা হৌরক্লে। রেংনা রেংনা বীরেন অহু অশংবা চীং অমগী চীংথোং য়োগ্রে। উরীরৈ লুৎশাম্মগী ফুইনা হোল্লক্লে মৈগী কুণ্ডদা চোংথবগুম্না ঙাইহাক্তং পো-থাকম লৈখিত্রে। উরীরৈ অহু পুক্লিংগী মৈচাক পুকমুংদা ফুমহুনা থম্বা ঙমলকত্রে, খোঞ্জেল থোকনা কপ্তুনা চীংমাইথক্তা রাম্থগ্রে। হে খাইনমৈচাক। অহিংনা থেংলক্লবা, মীনা চীক্লক্লবা, থাবল্লা ফরক্লবা মতমদা অমদি লৈ-সুনা নিংথিনা শাংকাইরবা লৈকোল মমুংদা অমদি মীচিক মীরাউখোল তাত্রবা উমং মমুংদা, নহাক্লা মরৈ লিশিং অমা তমথোক্লুনা খাইনমৈচাক ফংলবা শাবী শানৌশিংগী থম্মোয় থুগাইহুনা ঈ চুপই ত্তৌইগুম্মুং ইকাইবনা খুহুম চল্লিবা লমদমগী মমুংদদি নহাক্লা চংবা ঙমদে। অচিকপা মকমদা উরীরৈবু কংলহুনা খাইনমৈচাক নহাক্লা মাগী ঈ চুপলবোইদো।

হে ইকাইখীবা! মীনা য়ামনা তিল্লবা মকমদা, ইকাইখুম্নবা মীশিংগা লৈমিন্নরিত্তেদা, ইকাইবা নংগী লাংনা মী অহুগী মমাইদা কুপশিল্লি অচিকপা লমদমদদি ইকাইবা নংনা চংবা ঙমদে।

ঙাইহাক রাম্বক্লরগা লৌশিং তারক্লহুনা উরীরৈনা অমুকহন্না বীরেনবু য়েংলকপা উবা ফংখিত্রে; লোইবী চীং অমনা মুংশি হৈত্রবা হিংচাবগী মত্তৌগুমনা মুংশিগী মিৎয়েং অহু থদৎহুনা বীরেনবু

খঙ্গিনগ্রে।

অসাইমখে বীরেনস্থ থিন্দোরকপা মরুপ মপাংগা লোয়ননা চৎথিন্নরম্মি। হৌজিক্তি মখোয় ময়ামস্থ লৈহৌরগে হায়হনা বিদায় লৌনরক্লে বীরেন্দ্রসিংহগা ধীরেন্দ্রসিংহগা মখোয় অনীতা মণ্ডায়হৌরে।

মথংশিংনা চংশিল্লক্তুনা ছাত্র অনীসিনা মণিপুরগী ওমখৈদা লৈরিবা অরাংবা চীংগী চীংদোন্দা কাখৎতুনা পোরুকম মরৈবাকপু অমুক্তং য়েংথরকই। অরাংবদগী থাপনা য়েংথরকপগী মুংশিবা দৃশ্যনে, মহৌশা মরৈবাক্তগী মপাল থোক্তবগী মরৈবাকপু মুংশিবনে, চাংথক অহুগী মহৌশাগী নুংশিবা দৃশ্যনে পুম্নমক অসিগী মথক্তা মাগী মাগী থম্মোইবু মরৈবাক্তা হন্দোক্লম্বা অসিনা ছাত্র অনী অসিগী পুক্লিংদা ওমখৈ লৈতনা অরাবা পোকখি। "অসিনা কৈথেল্লি" "অসিনা তুরেল্লি" "অসিনা ঐগী লৈকমনি" হায়হনা মহৈ মহৈ খুদোনবী থিন্দুনা য়েংনরক্লে। অহানবদা বীরেননা নোংমাইজিং উরুবদা উরীরৈগী মরমদা মহাক্না রাখিবা পুম্নমক নিংশিংঙুহনা লমদম তান্না লৈহৌরবী উরীরৈগীদমক মিত্তগী পি শিন্থখি। অতুদগী হৈবোকচীং উরকপা —পোরুকম কাঞ্চীপুর উরকপা অসিদা উরীরৈগী রাবগা লোয়না লোয়ননা মওল মওল খল্লুবদা মিত্তগী শিন্থরকপা পিনা পুমচোং চোংগ্রে। ধীরেন্না হংলকই—"ইতাও ইবুংঙো করম্বা অরা মুংশি য়াওহনা নংনা কল্লিবগে?" বীরেন্না খুম্নকই—"মুমগী অহল-লম্মন অমদি ইনাওশিং পিশক পিশক হন্দোক্লম্বা খল্লুবদা মুংশিহনা কপ-লিবনি।" থাঙ্গেশেংবমক্তি উরীরৈগীদমক বীরেনগী পি তাখিবনি। ধীরেনগী পুক্লিংদস্থ ইকাইবা খরদং পোকখি।

অস্থম তৌনা মথংশিংনা চৎখিহনা ছাত্র অনী অসি কলিকাতা য়ৌগ্রে। মথৌ গুম্রবা, মীগী পুন্সী হায়বা অসি থোইদোক্লা অরাবগী মশক্তি। থরাই য়াওনা মাগী মথৌ গুহনা পোখাবা লৈতবনা মী অগুগী পুক্লিংদা অরাবা রাখল্লা ইরায়-লায়না চংলকপা ওমদে। বীরেন

অসি মমান্নবা ছাত্র অতৈদগী হেন্দুনা, মমিংচৎপা অফবা ছাত্র অমা ওইগে হায়না নিংবা মরমদগী মথৌদা মমাই ওনশিন্দুনা উরীরৈগী রা খরা খরা কাওরক্লে। চৎলমদাইগী মতমদা উরীরৈগী ইকাই-থীবনা অমদি বীরেন্না মাগী পুক্লিং খঙদবনা খরদং শাউখিবা অহুনা উরীরৈবু খরদং কাউবা ঙমখি। মরম অসিনা উরীরৈবু পুমকাউ কাউবা ঙমদ্রবস্থু মুংশি মৈচাক অহু হান্নগুম্না কনখিদ্রে। মরুপ অনী অসি কলেজগী অরোইবা পরীক্ষা থাদ্রিমখৈ মরৈবাক্তা থোক্লমুসি লেপ্লগ্রে।

# য়েংথিনবা

কাঞ্চিপুরগী মনুংদা ইনাকখুনবা মুপা অমা লৈ, মাগী থাঙ্গৈশেংবা মমিংদি ধনঞ্জয়সিংহ কৌই, তৌইগুম্বমুং চুড়াকরণগী মুমিত্তা নাপিভনা মাগী মশম অহু মশীং থীহুনা য়েংবদা তরামরিতা মগুই অহুগা মকোক অহু "ব" চিন্দুম্বগুম্না চিথেক অহুম নাইহুনা মরাইবকলোমদা তোংলগা লুখমলোমদা পাকই। মরম অসিনা মীনা মাবু "মগুং অহুম" হায়বা উপাধি অসি থোন্দুনা থোইদোকপা ইকাইখুম্নে। ইনাকখুনবদা নত্তনা মুপা অসিনা লোম্না তৌবা ঙমদবা থবকস্থু থোই-দোকপা লৈতে। মীগী ময়ুম থাবা অহিংদা মনাই মশল থাহুনা মীগী মরল মথুম লুট তৌহুনা লৌবা অসি পুম্নমক মাগী মথৌনি। মুপা অসিগী মতিকচাবা মগুণ চেল্লবা মচাকুপা অমস্থু লৈ; মাগী মমিং ভুবনচন্দ্রসিংহ কৌই তৌইগুম্বমুং খরাইনদি মাবু ভুবন অতুপা মুপী-নহাশিংনা ফুবন হায়না কৌনৈ। পাখং অসিবুস্থু মমাংঙৈদা মুপী চিংলিঙৈদা পাঠকশিংনা থেংনখরে, মরম অসিনা মাগী তৌবা ঙম্বা মগুণ পুম্নমক নিংথিনা বর্ণন তৌদ্রবস্থু পাঠকশিংনা খঙবিরগনি। মগুণ চেনবা মচা অসি পোক্লবা মতুংদা ধনঞ্জয়সিংহবু খরাইনা "ভুবন মপা" হায়না খঙনরক্লে।

ভুবন মপানা উরীরৈগী মশক ফজে হায়বা অসি তাহ্না অমস্তুং মচা ভুবন্না, উরীরৈবু পাম্মি হায়বা অসি খঙলহ্না উরীরৈবু মমৌ ওইগে হায়হ্না, মপা মমাদা হায়রুই তৌইগুম্বস্তুং মগুণচেনবা মপা মচা অনী অসি কয়া শম্ননিংদহ্না উরীরৈগী মপা মমানা পীখিদ্রে। মহ্গী শাওবনা ভুবন মপানা মখোয়বু মাঙননবা তৌরক্লে। য়াউশং ভকয়া য়ৌশিল্লরুবদা লোন্না মনাইশিং থাহ্না, মনাইশিং অহ্না য়াউশং কোয়বা নুপামচাশিংগী মরক্তা য়েপতুনা অহিং থেং-ভিল্লরুবদা উরীরৈখোইগী ময়ুমদা মৈ চুরুরে। মপা মমা অমস্তুং উরীরৈ মখোয় অহুমগী থরাইদি উচিননাচিন্না হিংহৌই। তৌই-গুম্বস্তুং য়ুম, শঙ্গোই, শঙ্গোল, ফৌগৈ পূম্নমক্তি উং ওইনা তুমখরে। মহুদগী হৌহ্না উরীরৈগী ইমুং অসি নোংম নোংমগী নংথখরে। মীগী শেল তোনবনা খ্বাং কোয়খরে। মমৈথংদদি মখোইনা হৌদ্রিঙৈগী মমাংদা শেল থৌব্রা মীনা হান্না লাকতুনা হৌদোকপিররে। মবম অসিনা য়াম্না নুংঙাইত্রহ্না উরীরৈগী মপা অসি মীরৈবাক্তা শেল তানগে হায়হ্না চংখ্রে। চহি অহুমলোম ওইখ্রে মাগী করিগুম্বা পাউ অমতা তাবা লৈখিদ্রে। নোংমদি টেলিগ্রাম অমা লাকতুনা, উরীরৈগী মপা অসি লংফৈদা শিখ্রে হায়না খঙহল্লকই। মমা মচানা অরাবগী মথক্তা অরাবা পাউ তাবদা নোং খোংবগুম্না কপখ্রে। মখোয়গী খরদং লৈজবা পোৎ-চৈ কোল-লিক লোইনা য়োন্দুনা শোরাৎ শোনখ্রে। ভুবন মপা মচাগী নুংঙাইজবা লোইরে।

## উরীরৈগী আশা

আশাগী গুম্নৎনবগী পাঙ্গল অঙকপগী মশক্তি। থাউমৈগী মশক ওইরবা আশাগী মুংলি মুৎলিবা মঙাল অহু য়েংহুনা মীওইবনা অমস্বা সংসারগী লম্বেন্দা চৎনরিবনি। আশানা নোকমি নোকমি তৌহ্না মীওইবগী পূক্নিং গুম্নাৎত্রবদি সংসার অসিদা মীওইবগী অরাবা অসি

য়াম্না হেনগদবনি। মুংশা মরক্তা লংকৈচংপশিংনা উনা অপুংবা উরুমদা পোখাহুনা অরাবা থরদং হম্ববগুম্না সংসারদা হক্তং হুন্দা চংলিবা জীবশিংনা আশাগী মরুমদা পোখাহুনা অরা অনা থরদং হম্বরিবনি। লাইরবনা থবংতংলবা—অমুক চারগা মুংদাং চরা হেল্লবা—ফদি-ফরাতা শেংতুনা লৈগ্নিবা মী অসিনু মতম অমদা মুংঙাইরকখিগনি হায়না আশা তৌরি–অনাবগী মৈচাক্লা অহিং মুংখিল লাউ খোংহুনতা লৈবা, শরুদা উনশাতনা কুপ্নবা অনাবা অসিনু মপাঙ্গল কল্লকখিনি হায়না আশা তৌরি,—মচা পোক্তহুনা মচাগী নোকখেবা কুম্মৈ উবা ফংত্রবা মুপা মুপী অসিনু মচা পোক্লক-খিগনি হায়না আশা তৌরি। আশা হায়বা অসি পাম্নগী অনৌবা য়েল্লিংগা অমহানি। অমুক্তং থদংগ্রগা মহু মরু ফংনা মাংখিদ্রে, অতোপ্পা ময়োল অমা ইনৌনৌনা অমুক চোংলকই। অহানবগী ময়োল অহু অমুক্তং থদংলগা অতুম ফংখিবা থোক্লবদি মুংশিরবা মচা,-মচা অহুতা য়েংহুনা মীওইবনা আশাগী লৈকোল কয়া কয়া শেম্নরিবা, অহুগুম্বা মচা অহুনা শিখিবদা মপামমাগী থরাই হিংবা ওম্মোই-দবনি। আশাগী অনৌবা ময়োল চোংলকপগী মতুং ইন্না, মতমগী ঈচেন্দা অরা-অনংবা রাথলগী শরুক থরদং তাউখিবা মরম্না মীওইবনা মতম কুইনা পুক্লিং রাহুনা লৈতে। অহুগুম্বা আশাগী মঙাম্না শকুন-তলানা মপুরোইবনা হুন্দোক্লবী, চংজকম লৈত্রবী ওইহুনসু, উমংগী উখোং রাখোং নাক্তা লৈহুনা মথরাই হিংবা ওমখি,—চিন্তা দেবীনা মপুরোইবা লৈত্রিঙৈদা হী লম্নোনবনা ফাখিহুনসু করিগুম্বা মওং অমা ওইনা হিংবা ওমখি,—সাবিত্রীনা শিরবা মপুরোইববু কোন্দুনা থমখি,—অহুগুম্বা আশাগী মপাম্না পুক্লিংগী মৈচাক পুকমুংদা কুমহুনা থম্বা ওমখি অমসুং বীরেনবু অমুকহন্না উনখিগনি হায়না আশা তৌহুনা মথাই হিংহুনা লৈবা ওমখি। শিজ্রিবা মখৈ মীওইবগী আশানা অমুক ফংবা নাইদে শিবনা আশাগী ওমথৈনি।

# কাঞ্চি কোকিল

"ন্নারক্তা পানবা তয়াল্লা ?
লৈখোক্তা য়েংপা লিলখাক্লা ?
অমুনবা হৈদা চংবা তীল্লা ?
অথেংবদা খোংবা কোকিল্লা ?"

নিংথিজরবা শরদ পূর্ণিমাগী অহিংনি। মপুংফারবা থাগী থাবল্লা মালেম অসি অঙৌবা ফিজংগী মতৌগুম্না পুমকুপ কুপথ্রে। অয়াপ্পদা লৈবা শংবানবা চীংমাল খিবিক লৈচিল্ল-নোংফাইনা পা-না কুপথ্রে। অহিংগী মতম থেংজিল্লক্লে। কাঞ্চিপুরগী য়ুম খুদিংমক্তা অহল-লমন, পাথং-লৈশাবী, মুপী-অঙাং পুম্নমক মহৈ মহৈ মুঙাইনা তুমনথ্রে। মফম খুদিংদা উনমুক চিকথ্রে। মরক মরক্তা উনা অরুংবা কেল্লক-পগী অমস্নুং য়াওল্লকপা উচেক-ন্নায়ানা থংহৌদনা খোংলকপগী খোঞ্জেল নক্তনা অতৈ করিগুবা খোঞ্জেল অমতা তাবা লৈখিদ্রে। অমুমতৌনা উচেক-ন্নায়া খোংখিদ্রবা, উ-ন্না পুম্নমক চপ লেপতুনা লৈথ্রবা, জীব পুম্নমক তুমথ্রবা. মীচিক মীরাউখোল তাখিদ্রবা অহিং অসিদা মুংশি মৈচাক ফংলবী উন্নীরৈদি শেগাইরবা থাংপোকশং অমগী মন্নুংদা ন্নাচেংবী ফমুং মথক্তা ফমহুনা মিংলুদগী পি তরং তরং শিন্থ্রি। থেংলবা অহিং অহুদা, পাক চাউরবা অভিয়াদা থা কোবা লাইনা চিকনা মথম্নতা থোক্তুনা লাইবকথোবী অসিগীদমক অন্নাবা ফোংদোক্লিমাল্লে! ফল্লাংগী অহোবদা থাগী মঙাল চংহুনা পিনা চোৎলবা খজাই অনী অহু পুম্নংলংথ্রে। করম্বা মতমদা বীরেন্দ্র উবা ফংগদগে হায়বা ন্নাখল অসিদা লুপতুনা লৈথ্রে অমস্নুং মহাক্কী থম্মোয় লকাম্নুংদা য়েক্তুনা থমথ্রবা, "থেংথ্রবা অহিংদা, পুথ্রী মপান্দা হৌরিবা লৈহাউ পাম্বী অসিদা তোংহুনা খোংবা কোকিল অহু ঐনি হায়না নিংবিন্নু" হায়বা বীরেনগী থাইনন্নমদাইগী অকোনবা ন্নাহৈ

অচু হন্না হন্না নিংশিংবা হৌরক্লে। কোকিল হায়বা অহু মপোক-ঙৈগী মশক উত্রি মখোল করম তৌবা মন্থুম্ তাত্রি, অহুম ওইনমক অখঙবা মীদা কোকিলগী রা হুংজবদা মীনা তাকপিবা অচুগী মতুংইন্না, মশক মচু মখোল হন্না হন্না মবুকনিংদা খনবা হৌরক্লে অমসুং কোকিল হায়বা উচেক অচুবু মপুকনিংদা য়াম্না ঙুংশিখি-কোকিলগী রারী শাবনা অরা পোথানবা ওইরি। মপুক্লিংদা হন্না হন্না খনবা মরমদগী কোকিলগী শকক্ষম, খোঞ্জেল মাগী থোপতা চংথ্রে। মিং উইশিনবদা মমাংদা হুজহুন্দা পাইবগুম নিংলে।

অমুম তৌনা কোকিলগী রাখন্দা মপুক্লিং লুপতুনা লৈরিঙৈগী মতমদা খঙহৌদনা, উনা অপুংবা মরক্তগী চেক্লা অমনা মিরবা খোঞ্জেন্না "কুউ" হায়না খোংলকপগুম তারে। ইচিক হুমরুবা খেংলবা অহিং অছুদা খোঞ্জেল অচু পাকচাউরবা অতিয়াদা তিনথ্রে। অমুকহন্না খোস্থাং অমা হেনগৎনা, উনা অপুংবা অচু পুমনিল নিলহন্দুনা "কুউ" হায়না খোংলকপা তারে। খোঞ্জেল অচু হেক তাবদা হকচাং পুম্নমক তুচুংলদ্রুনা ফম্নদগী চপ হেক লেপখৎলকই অমসুং "করি উচেকনো অহিং অসিদা ঐগী থম্মোয় থিনগাইদুনা খোংলিবা অসিবো" হায়দুনা ফক্লাং অহোবদা মাইথোং থম্বাল অচু চেপ্পা য়েংথোকরকই। হন্দকমুকসু পুক্লিংদুবা খোঞ্জেন্না "কুউ" হায়না খোঙলকপা তারে। উরীরৈ পুক্লিং ভপথবা য়াখিদ্রে। লুপীমচা ওইবগী অকি-অথং হুন্দোকতুনা মপান্দা চেপ্থোক্লক্লে অমসুং কোকিল অচু হেক মফারগে হায়না খন্দুনা খোংলকপা মাইকৈ অদোমদা চেনশিনথ্রে। ওন্থোকপনি অমুকহন্না খোংলকপা তাখিদ্রে।

বীরেনগী আন্নানা কোকিল ওইদুনা পাইরক্লরা নত্রগা, উরীরৈগী রায়বা থম্মোয় অচুদা করিগুম্বা চেক্লা অমনা খোংলকপবু কোকিলনি খনপ্রবনরা অমদি উরীরৈগী অন্নাবমক্তবু হেনগৎহনগে হায়দুনা করিগুম্বা খংবা ওমত্রবা নোংদম অমগী মতুংইন্না খাক্লেশেংনা

কোকিলমক পাইরক্লগা খঙত্রে খোঙ্গল অহু অশেং তাশেনা "কুউ" হায়না উরীরৈনা তাখি। মতম অহুদা উরীরৈগী পুক্লিংদা খনক্লিবা অরাবা রাখল অহু পুক্লিংদা পাত্রে,—লোলগী মপুং ফাদবনরা, মপুং ফাবরম্ মানা ইভেং পাংবিদবনরা খঙত্রে উরীরৈগী অরাবা অসি পুক্লিংদা পাক্লিবা অসিগা চপমান্নানা কোংদোকপা ঙমত্রে। মশাদি পান্দনা অভিয়াদা কোয়পাই পাইনিংবগুমনা মমিং তাঙবনা প্রকৃতিগী ফজবা য়েংনিংবগুমনা লোল খোকত্রবদা উরীরৈগী অরাবা অহু কোংদোকে লাকনবা অরেম্বা থৌরাংনি।

খোঙ্গাল মনাকমক্তদা ময়ুংনা ঙম্বা চাউরবা পুণ্ডী অমা লৈ। পুণ্ডী অহুগী অকোয়বা মাইল মথায় অমরোম শাংই। পুণ্ডী অহুগী মায়কৈ মরিমক্তা অচৌ অচৌবা উপাল হৌহুনা পুণ্ডী অহু থোইদোক্লা শুক্লা উরি; নোংচুপথংবা মপান্দা হৌবা অচৌবা লৈহাও পাম্বী অমগী অচৌবা মশা অমা পুণ্ডীগী ময়ায়রোমদা শন্দোকখিহুনা মনাগী অরূম্বনা নেমথরকহুনা ঈশিংদা শম্নরি। মীনা পুণ্ডী অসিদা লাইরেন লৈ হায়নৈ।

খাইনমৈচাক্লা ঙাওরবী, মুংশিবগী রাখল্লা খোংথাং থিল্লবী অমহিক্তি কোকিল ফানিংবনা তনিক তনিক্লবা উরীরৈনা পুণ্ডীগী মপালয়োনা চংশিনখরে। "পাম্বুবনা লৈহাউ পাম্বী অসিবু থৃদোম্বীনা থিল্লম্মী" হায়হুনা অইংবা অহিং ওইহুনমকম্ লৈহাউ পাম্বীগী মরূমদা ফম্লগা অরা মৈচা ৪ কোকত্রা হায়হুনা চংশিনখিহ্না ফমলুরে। তাঙ্গা অহুমক্তদা চেক্লা অহুনা লৈহাও পাম্বীগী মথক্তা ফুইনা ফুইনা 'কুউ' 'কুউ' হায়না খোংগংলক্লে, মহু তারবদা উরীরৈনা মতমকুইনা মাংগ্রবা বীরেনবু অমুকহন্না ফংবগুম লুংঙাইগ্রহুনা থম্মৌ-মরূম্ তমজনবগী মশক ওইরবা, নৌরবা পাম্বোম অনী অহু থাঙ্গংহুনা হায়রকই—"লাউ লাউ কোকিল, অমুক্তমি পাইথরকউ; ঐগী পাপচেনবা পাম্বোম অসিদা শগাইতোংঙ্গা তোংহুনা নানিংতম্না

খোংলো লাউ। ঐগী থম্মোই অসিদা নংবু কোনশিনজরগা পান্মুবগী মৈচাক মুংচগে মুংশিবগী সেবা ফংবা শকচগে। লাউ কোকিল অমুক্তা পাইথরকউ।" মুংশিহৈতবা চেক্লা অহুদি মহাকমকী খোন-জেন্দগীস্থু হেন্না মেংলব। রাহৈনা পি মরিক মরিকা লোয়নননা হায়-জরিবা রা অহু থক তাবা লৈতে। ময়া কাথোকতুনা মনিংতম্না হন্না হন্না খোংলি। মতম খরা ঙাইরম্বদগী চেক্লা পাইথরকপা মরৈখিত্র-বদা, উরীরৈগী পুক্লিংদা চেক্লা অহু ফারগে হায়না নিংথ্রে। মপুক্লিং অহু মুংশিবগা মুংঙাইতবগা য়ান্নথ্রে। ঙমগনি ঙম্মোই রাখল ইভৌ তৌদনা লৈহাউ পান্বী অহু কোন্দুনা কাখৎলক্লে। মুপীমচা ওইবনা, মহৌশানা উ কাবা হৈতহুনা অনীরক অহুন্নক নাম্বহুনা ভারে—অহু-ফাওবা তোকপা লৈতে; মমৈথংদদি মশা য়াম্না পানবা উপাল ওইবনা মথং মথং কাখংখিহুনা উনাপুংবা য়োথ্রে। মতম অহুফাওবা চেক্লা অহু খোংবা লেপত্রি—নিংবা থুংনা খোঞ্জেল রাংনা রাংনা খোংলি। পাঠক! শরৎ থাবল্লা মপুং ফারবদা, থাইন-মৈচাক্লা ঙাওরবী উরীরৈ অসি অমুক্তা য়েংশিনবিয়ু। উপান্দা উরী য়েংথ্রে! লৈহাউ পান্বী অহু মতম নত্তনা লৈরোন শাংথ্রে। কোকিল তোংথ্রে। মিকুপ অমগীদমক মফম অহু বসন্তনা থোগল তৌথ্রে। কোকিল তোংলবা, মিকুপ অমগীদমক শাংলরিবা লৈগা লোয়নরিবা উনাপুংবা উপালগী মমি পুথ্রী মন্নুংদা তাথ্রে। মিকুপ অমগীদমক মুমিং লেপথ্রে। উ-রা পুম্নমক মিকুপ অমগী তুংদা থোক্লগদবা অন্নাবা উরহুনা তুমিন তুমিন্না লেপথ্রে। থরানমিচাক খিবিক্লা থাইনমৈচাকী থমথেংনা রাবা উক্তুনা তনিক তনিকথ্রে। থা কৌবা লাইনা অসিগুম্বা অন্নাবা অসি য়েংহৈত্রে -হায়হুনা নোংচুপথংবা চীংগী মরুমদা হায়থরক্লে।

উরীরৈনা মথংশিংনা কাখৎলক্নুনা চেক্লা অহু ফারগে হায়না মথুৎ হেক তিংথোক্লকপক্তদা চেক্লা অহু পাইখোকখিহুনা পুথ্রীরোমদা

শন্দোকখ্রিবা উশা অহুগী মতোন্দা তোংলুরে। ফারনি হায়না মুংঙাইরম্বদগী চেল্লা অহু পাইথোকপ্রবদা উরীরৈগী পুক্লিংদা নিংবা কায়বা খিবিল্লা তিনপ্রে। লাকচৈদা হায়না খন্দুনা চিনবান মথক মখা চিকপ্রে। অথোৎপা অমস্তুং অনৌবনা তিল্লবা শকফম অহু মিকুপ অমগী মমুংদা অশাওবগী শকফম পুপ্রে। কৈ ফত্তে হায়বা লৌশিং মাঙপ্রে। চেল্লা তম্না, উশা মথক্তা, মখুৎ পুমথা থাহুনা পরপ পরপ চেনশিনপ্রে। হা ওস্থোকপনি! চেল্লাস্থু ফাবা ঙমদনা; থোংফম নাম্থোকখিহুনা অরুবা পুখ্রী ময়ায়দা "ঝম" লাউনা তাপ্রে। ঈপোমগা লোয়নরবা ঈথক্লা করিস্থু তৌনিংঙাই লৈত্রহুনা হল্লা হল্লা লৈরাইদা রৈবা হৌরক্লে।

## হুরানবা থুপপু

উরীরৈনা মপাল থোকপ্রবগী মতম খরদগী তুংদা খদাংচেৎ লাকপা ফিমু শেংপা মখুত্তা খুংলাই পায়বা মুপা মঙা তরুক্লা, হান্নবা থোঙ হাংহুনা লৈরম্লবা উরীরৈগী ইমুংদা চংশিনপ্রে। থাউমৈ থাঙ্গৎ-তুনা ইমুং মমুংদা পোং-চৈ খিবা হৌরক্লে। মখোইনা মরুওইনা খিরক্লিবদি উরীরৈবুনি। ডাকুশিং অহুগী মরক্তা অমনা থাউমৈ পুশিন্দুনা ফমুংদা য়েংলকপদা ঋচেংনা শাবা ফমুং অমগী মথক্তা, শেগাইরবা ফি অমতং শন্দোকচরহুনা চিন্তানা ময়াঙ কংলবী খম্বাল অহু তুমহুনা লৈরম্মী। ডাকুশিংনা 'মসিদি মমানি' হায়হুনা মফম অতৈদা খিবা হৌরক্লে। উরীরৈগী ফমুং থেংনরে তৌইগুম্বস্তুং মফম অহুদা উরীরৈদি লৈরমক্রে। মফম কদাইদা লোংপ্রবনো, কাচিল-কোয়াদা খুমমুক·তাইরুক্লা উপপ্রা হায়হুনা কোয়থি খিবা হৌরক্লে। উরীরৈবু মফংলকত্রবদা মখোয়গী মরক্তা খরনা চংশিন্দুনা তুমহুনা লৈজরিবা খম্বাল অহু মশম পায়হুনা চিংখৎলুরে অমস্তুং খম্বালনা ইফিং ফিংলহুনা মমিং নোইর-নোইরহুনা হৌগংলকপদা অকিবা

শকফম অত্থু উরত্থুনা পাখৎত্রে। ডাকুশিং অত্থুনা থম্বালবু হন্না হন্না ফুত্থুনা "নচা কদাইদা লোৎপ্রবগে" হায়ত্থুনা হংলক্লে। ফুরকপগী চৈনাখোল অত্থুনা লাউ খোংত্থুনা কপল্লবদা, হুরানবা অনী অত্থুন্না ময়াদা ফিবুল নমলক্লে অমসুং কপ্পা হেক তোকপদা "নচা পীয়ু" হায়না হন্না হন্না লাউরক্লে। থম্বালনা খুমলকই— "নখোইগী খুয়াদা হন্না হন্না খুরুমজগে, ইমুং মন্নুংগী অপাম্বা পোৎ-চৈ মথৈ লোইনা পুবিখো ঐগী উরীরৈতদি নখোইনা কনবিয়ু।" হুরানবশিংনা মত্থু তাবা লৈতনা হন্না হন্না ফুত্থুনা উরীরৈতবু হংলবদা খুমলকই - "নখোইনা ঐবু হাংকে হায়রবসু হাৎলু উরীরৈতদি মাংহনগনু।"

উরীরৈনা অথেংবা অহিং অত্থুদা মপান থোকখিত্থুনা হুরানবশিং অত্থুগা থেংনহৌদ্রে হায়বা অসি থম্বালনা খঙদবা মরমনা মচা কনবিয়ু হায়ত্থুনা মুংশিহৈতবা কাংবু অত্থুদা হায়জরি—তৌইগুম্বসুং বলি কৎনবা, লাইমাংদা চিংশিল্লকবা হামেংনা কপলাউনা খোংত্থুনসু য়েংলিবা মীওইশিং অত্থুনা থক কনবিদবা অহোইনত্থুম হরাওবা পোকপগুম্না, মহৌশানা তমখিরবা থবক্লা মশিল ওইরবা কাংবুশিং অত্থুনা থম্বালগী কপলাউনা খোঞ্জেল তাবদা মুংশিবা পোকখিদে অহোইননা মপুক্লিংদা কুম্মৈগুম্না নিংখি। ফনা ফুত্থুনসু থম্বালনা উরীরৈগী রা হায়দোকখিত্রবদা থোক্লক্লে। ডাকুশিংনা মাবু ঈশ্বিং নাইহিংশানা ফিবুল নমলত্থুনা ইমুংদগী মপান থোক্লক্লে। হা ঈশ্বর, ইবুংঙো নংগী তাইবংপান অসিদা অসুক য়াম্না মুংশিহৈতবা মী কয়া য়াম্না লৈরিবা! অসিগুম্বা অরাবা কয়ারক হন্না উখিগবা!

## লোৌখৎপা

উরীরৈনা থেঙখরবা অহিংদা মপাল থোরকত্থুন্না, ক্রোক্রিল তান্নরকপা, মহাক্লা ঙাংশকলকপা রা, বীয়েনগী মফমদা মহাক্লা কয়া মুংশিবা অসি পুম্নমক য়েংত্থুনা অমসুং তাত্থুনা হুপা অমা লৈপান্মী

মরুমদা লৈরম্মী। উরীরৈনা কোকিল ফাগে হায়তুনা উথক্তা কাথ-রবদা, অমুক হেন্না মুপা অহুগী মথরাইদা মুংঙাইব পোকখ্রে। উরীরৈনা হেক কুমথরকপদা 'নুপীন-উ-কাবা হৈবী' 'মুপীনা অহিংদা কোয়বী হেন্নোয় মানবী' অসিনচিংবা রা হায়তুনা লঙনগে অমসুং শাউহনগে হায়তুনা মুপা অহু শেমশাহুনা তুমিন্না লৈখ্রে। তৌই-গুম্বসুং উরীরৈনা অমুক কুমথরক্তুনা পুখ্রী ময়ায়দা তাথিবা অহু উরবদা কুম্মে য়েংলম্বা অহু থুনা য়াঙনা পুখ্রীদা চোংথখ্রে অমসুং ঈরোইহুন্না উরীরৈনা তাথ্রিবা মফম অহু ফাওবা চংখ্রে। মতম অহুদদি উরীরৈ অহু ঈরারুহুনা ঈশিংদা লুফেৎ লুফেৎ তৌহুনা লৈরম্মী। পাখং অহুনা মথুৎ নামনা উরীরৈগী মথুং অমা পায়রে মথুৎ নামনা ঈশিংদা হোত্তুনা উরীরৈবু চিংহুনা পুরক্লে। অসুম তৌনা কয়া কুইনবু চিংহুনা পুগদগে ? লেপ ফংদনা লুপ্রবা অচৌবা পুখ্রীনি—ঙমলকত্রে হায়হুনা ঙাইহাক্তং লেপ্পা য়াবা মফমসু নত্তে—মপাল য়োগদবসু য়াম্না রাৎলি। অহানবদা উরীরৈতা ঈশিং থকলম্মী হৌজিক্তি মখোই অনীমক ঈশিং থকপা হৌরক্লে অরেং খুদিংগী খরা খরা লুপথবা হৌরক্লে। মুপা অহুনা "শিরবসু শিপ্রগে উরীরৈতদি থাদোক্লরোই" খন্দুনা থক থাদোকখিদ্রে। মমৈথংদা ঈশিং থকমনখিবনা মখোই অনীমক লৌশিং মাঙলহুনা মহৈ মহৈ তাউনখ্রে। মুপা অসি অতৈ কনাসু নত্তে—বীরেনগী থাজরবা মরুপ শশীনি। মানা, বীরেন্না শিন্নরম্বা মতুংইন্না উরীরৈবু ঙাকশেন্দুনা লৈরক্লিবনি।

ডাকুশিং অহুনা উরীরৈ লোৎখ্রে হায়হুনা কোথি থিনরকপদা পুখ্রীদা লুফেৎ লুফেৎ তৌহুনা ঈশিং থক্লা থক্লহুনা মী অনী তাউবা অহু উই। ডাকুশিং অহুগী সর্দ্দারগী হুকুম মতুংইন্না ময়াম চংহুনা. পুখ্রী মপান্দা তাহুনা লৈরম্বা উজাও অমা পুখ্রী মপান্দা থাদরে,—মথং মথং কুমথরকুনা উজাও অংগী পাম্বৈনা মখোই অনীবু লৌখৎখ্রে।

কংকাল য়োৱবদা মখোই অনীগী মৱক্তগী অমবুদি উৱীৱৈনি হায়ৱবা খণ্ডহনা ডাকু অমনা হায়ৱকই—"লোৎকম ইলৈ লৈত্ৰবগুম্না নিংথম-লবা অহিংদা পুণ্ৰী ময়ায়দা লোংলুহনা কৱি থোক্লবনো ?" অমনা খুম্লকই—"মুপীমচা অসিদি কৱিসু খণ্ডবা নত্তে, কত্তবা লৌশিং হৌদোকপদি মুপা অসিনি অহনা মাবু থৱা নংহনবা থোকই" অসি হায়ৱহনা খদাংচেৎ অহু শশীদা লাকশিনবিৱে মানা শেৎলিবা ফি অহু শশীদা শেৎচিনবিৱে অমসুং "শিগে হায়ৱকসু শিজহৌৱসনু" হায়ৱহনা শশীবু পুণ্ৰী মপান্দা হুন্দোক্লম্লে। উৱীৱৈবু পুহনা কাঙ্গী উমংগী মমুংদা চংশিনখৱে অমসুং অকংবা উনাশিঙনা থোমজিন্দুনা, মৈ থাগৎতুনা মৈ য়াইহল্লে,—মখল মথা অয়াম্বা পাম্বৈ পুথোক্তুনা লাক্লবগী মতুংদা উৱীৱৈ লৌশিং থৱা থৱা তাৱক্লে। উৱীৱৈনা লৌশিং তাৱক্লবা মতমদা, লাইৱবী মমানা য়োক্তুনসু মথন্নতা পোক-পনা মহৌশানা কেথোক্লবী ওইহনা অৱা অনা কোংদোক্তুনা, কপ-লাউহনা য়েংথোৱকপদা উৱে,—মহাক্কী কেথোকফম ময়ুম অহু ওইৱমগ্ৰে—অশোংবা নাৱক শীংলক ওইৱম্লে—নাওথি শাকম মমা য়াওৱমগ্ৰে—মঙং থুপ্পবা হিংচা য়াইতম্বা ঙাক্তনা ইকোয় কোয়-শিনম্নে—কৱমতৌনা মফম অহুদা য়োৱক্লিবনো হায়বা অহু নিংশিংবা থোকখিগ্ৰে। ডাকুশিং অহুগী মৱক্তা মঙং থুপনা য়াওৱিবা ভুবনবু উৱবদা মাগী য়াথংদগী খুদোংথীবা অসি থোকহল্লিবনি খল্লহনা, অকিবা পূম্নমক হুন্দোক্তুনা খোঙনা নেথৎলম্বা লিলগুম্না ফী ফী কাম্বা হৌৱক্লে। ঙাইহাক শাউক্লগা—"ঐগী হম্না য়েংবদা, পাগল শোনবী ইমা নত্তনা কনাসু লৈত্ৰবীনি শাউহনা কাম্লৱোই" অসি খন্দুনা তপথবা হৌৱক্লে অমসুং মাগী ওজাংপা অমেৎবা থোক্লেম্না হংলকই—'কৱি মৱমগীদমক পাগলশোনবী ঐবু শোংলবা নাৱক অসিদা পুৱক্লিবনো ?" ভুবন্না খুম্লকই—"থম্বালমানবী ইবেম্মা নংনা ঈশিংদা ভাহনা লাইৱেম্না লৌহনা শিগদৌৱবা মতমদা, ঐগী ইথৱাই

শিবা পান্দুদনা নংবু লৌখৎতুনা হিংহল্লিবনি, হৌজিক্তি ঐগী ইরল-ইথুম সনা লুপা, ইনাই-ইশল নঙোন্দা লোইনা কখোল্লগে মুমিৎ খুদিংগী ঐগী প্রেমগী লৈ পরেংনা নঙোন্দা হুকচরগে মমাংঙৈদা শাউরম্বা পুম্নমক থাদোকতুনা ঐবু মুংশিবিরো।" অদু তারবদা উরীরৈনা হায়রকই—"তাদ ভুবন ঐনা ঈশিংদা ইরাক্লবা মতমদা লৌখৎপিদদুনা অদুম থরাই থাহল্লম্লবদি, ঐগী অরাবা পূন্সী অসি থুনা ককথৎপিবগীদমক ঐগী আত্মানা নংবু য়াম্না থাগৎলমগদবনি নত্রগা ঐবু লৌখৎপিরগা লাইবকথীরবী ইমাদা শিন্নবিরমলবদি; লাইরুরবী ইমা ইচানা করিস্থু লম্নমখুন্বা ঙমত্রবসু ঈশ্বরগী খুরাদা নংগী মঙ্গলগীদমক প্রার্থনা তৌরমগদবনি, হৌজিক্তি ঐগী থম্মোয়তবু পামদুনা ঐবু লৌখৎপিরগা উমংদা পুশিল্লকপা অসিদি মুমিৎ-থা থোক্লিবমথৈদি ঐগী থম্মোয় ফংবা ঙমলরোই, থুনা ঐবু থাদোকপিরো মীপাইথীরবী ইমাগী মনাক্তা চৎচগ্রগে।" অদু তারবদা ভুবম্না অশাউবগা লোয়ননা হায়রকই—"ঐনা হায়বা রা তুমিন্না য়ারবদি ফৈ, নত্রবদি য়াত্রিবমথৈ নংবু পুন্দুনা থমগনি, মথলমখা অয়াম্বা অরাবা পীগনি। অদুগী মতুংদা মুংশাদা ফৌদুনা কংহনগনি, লাংজা কাক্লচিংবা মীশা চাবা উচেক্তা পীজগনি, হিংনা নউন খোকতুনা ঐগী খোংউপ তুনগনি।" অদু তারবদা উরীরৈনা নোংশা অমোমগী মতৌগুম্না ঙংলদুনা হায়রকই—"হুরানবা! নবুংঙো অমা লৈরি হায়বা খঙনা খঙনা করিগীদমক ঐবু ফারিবা? শিগনি হায়না কিদুন। ঐগী পুকচেল হোংগনি খনবশারিব্রা? লৈখোক্তা য়েৎপা লিনখাক্লুম্বা! অমুনবা হৈদা চংবা তীনগুম্বা! নংগী পুক্লিংদা থৌজাল হায়বা অদু মরিক অমতা পকত্রবোই! হুরানবা নংনা থাজৈশেংবা প্রণয়ী অমা ঙইরম্নবদি খঙগদবনি, মুংশিবগী মরীদা শিবা হায়বা অসিদি লৈগী দোলায় তোংবগুম্বনি। নংনা মুপামচা থোক্লবদি ঐবু পুল্লিবা অসি থাদোক্লুনা থাং অমমম পায়নদুনা মুংশিবগী চাং য়েংনসি।" অসি

মাধবী

তারবদা "পুকচেল চুমদ্রি" হায়ত্থুনা ভুবন্না ঈঙ্গিত তৌবদা ডাকুশিং অত্থুনা উরীরৈবু মখোঙ মখুৎ পুনশিনখ্রে। উরীরৈনা উপায় অতৈ লৈরকত্রবা মতম অত্থুদা ময়ুমদা লৈহৌরবী মমা অমস্তুং শিগ্রবা মপাবু কৌত্থুনা খোঙ্গেল য়াংনা কপ্লক্লে অমস্তুং অন্নাবা পূন্নমকপু কোকহনবিবা শ্রীমধুসুদনগী নাম হন্না হন্না শোল্লক্লে।

মতম অত্থুমক্তদা লান্দা চোংথোক্লক্লবী ভৈরবীগী মশক মাল্লবী মুপী অমনা মশম-মনা ইকা ফারত্থুনা, মরৈ তমখোক্তুনা থাংশাং অমা মরেংবান্দা হায়গংলত্থুনা "ঙসিদি লৈরম্মু" হায়ত্থুনা মাইকৈ অদোমদা প্লাইশিল্লক্লে। মহৌশানা মফম অত্থু হিয়াংঅথৌবনা তঙ্গৈ হায়ত্থুনা মীনা চংনদে ভুবনগী কাংবু অত্থু হিয়াংঅথৌবা ফাওরক্লে হায়ত্থুনা কায়ত্থুনা চেন্নখ্রে। লাইরেম্বীগী মশক পুরবী মুপী অত্থুনা খুৎলৈ থুনা উরীরৈবু পুল্লিবা অত্থু থাদোক্লে অমস্তুং "উরীরৈ নং চয়োল অমা উমং অসিদা লৈত্থুনা লাই নিংউ চয়োল অমা ফাবদা ঐ নংগ, অমুক উনগনি অমস্তুং নংগী অন্নাবা পূন্নমক কোকনি" অসি হায়রমত্থুনা, নোংথাং কুপ্পগী মত্তৌগুন্না তুংগী আশা অমতং উহন্নমত্থুনা মফম খংহৌদনা উমং মপুংদা মাঙখ্রে।

অসোমদা নোংঙাল্লক্লবদা উরীরৈগী মমানা অঙাওবীগী মত্তৌ গুন্না কপ্তুনা চেম্থোরকপদা, ফিমু শেৎপা খদাংচেৎ লাকপা মুপা অমা পুত্রী মপান্দা হিপত্থুনা লৈবা উরত্থুনা 'ইচা পীয়ু' 'ইচা পীয়ু' হায়ত্থুনা মনাক্তা ওম্থোইনা কপলুরে। শশীদি মতম অত্থুদা লৌশিং খরা খরা তারকপদা মঙাইরি,—য়াম্না য়ানা হৌগৎত্থুনা কয়ে। মহাক্না মথংশিংনা, করম তৌনা উরীরৈনা অহিংদা মথক্তা থোরক্তুনা লৈহাও কাবা অমস্তুং মতুদগী ঈশিংদা তাখিবা, করম্না মানা লৌখৎকে হোৎনবা, করমনা মখোয় অনী ঈরাক্লব। অত্থু পূন্নমক তমলে। অত্থুদগী করম তৌনা মানা পুত্রী মপান্দা লৈরম্বা, করমতৌনা মাগী ফিজেৎ হোংলম্বা, উরীরৈ শিখরবরা হিংলিবরা করি অমতা খঙত্রে

হায়বা অসি তমলে অমসুং থবক পুন্নমক অসি মতোন্দা মওগী মতৌ-ওম্না অমসুং খেলোয়না পুবগী মতৌগুম্না থোকখরে হায়বা অসি তম্লে। মী অমমম অনীনি লাকতুনা মফম অদু ক্রক ক্রক ইন্নবা হৌরক্লে। কোয়েৎ অঙাংবনা খোইরেন মশা পাইবা অদু মঙাইরে। শশীগী রানা চুমলবদি পুথ্রা মসুংদা উরীরৈগী মশা ফংগনি হায়তুনা খিনরকপদা ফংবা মরৈখিত্রে। থোক্লিবা থবক অসি অতা অতাবা মীনা পুমওক ওরুখরে অমসুং কনানসু রহস্য অদু ফোংদোকপা ওমখিত্রে। পুলিশ কর্ম্মচারীশিংনা শশীবু (উরীরৈ মমাগী জবান মতুংইম্না লৌতুনা) মীহাংপশিংগী মরক্তা অমনি হায়না চিংনতুনা মীহাংপা মী পুথোকপা ওমত্রিবমখৈ জেলদা থমখরে। ওম্মোকপনি! তাইবংপানবা অসিদি মরাল ইরৈলৈতবা মীসু মরক মরক্তা অসুম তৌনা ইকাইবা অমসুং মাইথীবা ফংই! শশী অদু "ঐ মওলাক-নরে, কদৌঙৈ মওফাওনগবা" হায়না মুরুম মুরুম শোন্দুনা জেলদা চংখি।

মরাইবকথীবা সুপা অসি অহিং অতুদা উরীরৈবু ফাগদৌরি হায়বা পাউ লোম্না তাতুনা করিগুম্বা কনবা ওমত্রা য়েংগে হায়তুনা, অহিংদা লোম্না লাকপনি। পুলিশ কর্ম্মচারীশিংগী লৌশিং থেনবা মরমদগী অরানবা মীদি ফাত্রতুনা মরাল ইরৈ লৈতবা মীবু ফাতুনা কয়াদা ইকাইবা অমসুং অরুম্বা দণ্ডি পীরবনো!

## থম্বালগী অরাবা

লাইবকথীবী থম্বালদি করম্না পালহৌরি? ওমখৈ লৈতনা অরাবদা তারবসু মপুরোইবা অমুক হন্নকখিনি থন্দুনা অরাবা পুম্নমক নমথৎতুনা পানজরক্লিবনি,—অদুম ওইবা মপুরোইবা অহুসু মাবু হুন্দোকপিরমতুনা লম্মন তোনবগী লুপ্তাইতবা মৈচাক পুকনুংদা ফুম-তুনা, লুংশিরবা মচাগী মাইথোং উবা কদনা লংফৈদা শিখরে হায়বা

পাউ তারে। অরাবগী মশক ওইরবা সংসার অসিদা, থম্মোয়গী মমুংদা লোৎতুনা থমজরবী উরীরৈতবু য়েংজহনা, লাইরবগী, মপু-রোইবা খাইনবগী মৈচাক পুম্নমক খাংহনা মওং অমা ওইনা পুক্লিং ফাজিন্দুনা মথরাই হিংজরক্লি,—হৌজিক্তি অহুপুম্বা মচা অহুম্ মকম খণ্ডখিদ্রে,—য়েক্লবনা মথরাই মাঙহনগ্রেম্ খণ্ডদ্রে, ঈশিংদা তাহনা শিগ্রেম্ খণ্ডদ্রে। পাঙ্গল লৈত্রবী, চংজকম লৈত্রবী পাকচাউরবা তাইবংপান অসিদা মাগী মীচংনি হায়বা কনাম্ লৈত্রবা থম্বাল অসি পোল মমুংদা ফাজিন্দুনা থম্বা চোঙাগুম্না মথম্নতা ক্রিং ক্রিং চোংহনা লৈগ্রে। য়েক্লবনম্ পুমকোয় কোয়গ্রে। য়েক্লবনা মাইকৈ মরি-মরুগী খা-না খা-না য়েংশিল্লকপা মিৎয়েংনা ইংখোলগী নাপী কাওবা কংশিল্লক্রে,—কল্লকপগা লোয়নননা হোনজিল্লকপা মুংশাশোরনা অশাবা মুংশিং ওইনা শিংগ্রে! থম্বালগী অরাবা অসি উরগা ভুবন মপা মচানা হরাওহনা খাক্লা খাক্লা নোক্লি। লিল্লা চিকপগী হিদাক লৈ,—ফত্তবা মীনা চিকথরবদি হিদাক লৈত্রে! হু-মক চারুরবম্ ওথোক্লগ, কৈ, ফত্তবা মীগী লাংদা অমুকং থুরবদি নাম্মোক্লবা উপাই লৈত্রে। কৈমক ওক্লরবম্ মপুক থল্লিবৈদদি মী শোক্কে,—ফত্তবা মীদি তুম্বা হিপ্পা-চাবদা মীগী মাঙনবতা খন্দুনা লৈ। থম্বাল! কনাবু য়েংহনা পানগদগে? নতম্বাকুগী নচা মুনগ্রবী, নপুরোইবা খাইনরবী, য়েক্লবনা কোয়শিল্লবী, করম্না হিংগদগে?

থম্বাল অসি নোংম নোংমগী শোক্তিল্লকুনা ফমুংদগী হৌগৎখিদ্রে ময়াং কংখিবনা শরুদা উনশাতনা কুপগ্রে,—অতংপা লৈতনা মিত্তগী পি শিম্বনা মমিৎ উখিদ্রে,—মথম্নতনা ফমুং মথক্তা থরো থরো ওন্দুনা লৈগ্রে। মাগী মনাক্তা কনা অমতা চংগম্ হায়হনা ভুবন মপানা কাঞ্চীগী মী অমতা চংহনখিদ্রে। ওঃ লুপাগী মগুণ অসিদে!

কাঞ্চীবাসী! ওম্মোক্লা তোনগ্রেদা। নশা নশাগীবু কাম্নরবদি হায়হনা ফমুংদগী হৌগৎপা ভমত্রবী থম্বাল অসিবু কনা অমতা মিৎচিনা

য়েংগ্রবোই ! ভুবন মপাবু ওইগ্নোক্লা কিগ্রবোই ! কাঞ্চীবাসী নখোইদস্থু নত্তে,—সংসারগী মী পূম্নমক অস্থুমতৌনা ইনাকখুনবগী মিচং ভাক্তনি। লাইরবগী কনা লৈ ? তাইবংপান অসি মুংঙাই-য়াইফবা মীগীদমক ওইরমাল্লে। অরা-অনং পালহৈদ্রে অসিগুম্বা অরাবা অসি কয়া কুইনবু উখিগবা !

## মাধবীগী পুকচেল হোংবা

মাধবীবু মতমকুইনা উখিদ্রে। মাবু মুংশিবা ইখংখংদবা মুপীমচা অমা ওইনা ঐখোয়না উখি। অওইবমক্তি মাহু নত্তে। ধীরেনবু ইমুংমুংশিদবা নত্তে। ইহানহানবা উনবদা মহাক্কী মপুল্সী ধীরেন্দা কখোকখ্রে, অতুম ওইনমক মহাক্লা-পাখংগী অরেপ্পা নাইদবা পুকচেলবু য়াম্না হঙোইখি অমমুং পাখংশিংগী মুংশিবা হায়বা অসি থম্মোয় লকামুংদগী পোল্লক্তমাল্লে মিশুগী পোল্লকপমাল্লে হায়না থাজখি। খোইদোক্লস্থু মুপীমচা ওইবশিংনা মপুক্কিংদা মুংশিবা পোল্লবস্থু মুংশিদে হায়শিন্নৈ, য়েংনিংবমক লৈরবস্থু য়েংনিংদে হায়শিন্নৈ করিননো হায়ববু রানা ফংবা পোং অতু মমলস্থু খরা কাওখৎলি। মরম অসিনা মাধবীনা ধীরেন্দা খোইদোক্লা মুংশিবা উংখিদে তৌইগুম্বসুং মাগী থম্মোয়দদি ধীরেনবু চেৎনা কাজিন্দুনা থমগ্রে। মহাক্কী অঙাওবা পুকচেল অতুদা মুংশি মৈচাক চংগ্রে। নল্লরিঙৈগী মতমদা লাপনা নিংলম্বা অহু লাপনরবা মতমদা নক্লা নিংলক্লে,—মসি মুংশিবগী হৌনপ্পা ওইরমাল্লে। মতমকুইনা ধীরেনগা উনরল্লোই খনবদা, হায়া খরা খরা রারম্বা অহু শরুক চামা হেন্না রায়ক্লে, -অহানবদা মুংশিরম্বা অতুদগী শরুক চামা হেন্না মুংশিরক্লে। মহাক্লা করেম্নহুনা, ফাগী ফরাং তৌহুনা ভাংখিবা রা পূম্নমক অতুনা হৌভক্তি মহু পুবা লিলগী;মতৌগুম্না মাপ্পী খোপতা চিকপা হৌরক্লে। মাধবীনা খল্লকই "মুংশিবা হায়বা অসি অতাপ্পা সংসার অমনি,—

সংসার অসিগী মন্নুংদা চংগ্রবদি মমল য়াম্বা পোং ভাক্তনা মমল য়ামদে, অহাউবা পোং ভাক্তনসু থোইনা হাউতে—মুংশিন্নিবা পোৎশক অহুগা মরী নক্কনা পোং অহুনা মমল য়ামত্রবসু য়ামলে, হাউত্রবসু হাউরে, থীরবসু ফজরে। খঙলে,—মুংশিবা হায়রবা অসি পোৎশক অমত্তদা তুংহুনা লৈরবদি, মথুম খুমজিনবা উপূগী মন্নুংদা ফাজিনবগুম্না য়াম্না অৱাবগী মশকনি। ঐগী মুংশিবা রাখল অসি মী অমত্তদা লেপত্তহুনা ভাইবংপানবা পূন্নমক্তা চাইথোকপা ওন্নবদি অৱাবা পূন্নমক কোক্তদবনিকো। অমুক য়াম্না অৱাবগী মপৈ অসি কোন্দুনা থীরেন্না লাকত্রিবা মতম ফাওবা থৱাই হিংগনি হায়রবা থাজদ্রে: অৱাবা অসি কোকনবগীদমক হৈবোক চীংগী লোকমুং অমদা লাই নিংহুনা লৈরগে মহুগা লোয়ন লোয়ননা খুদোংথীবদা ভায়বা লম্বী চৎপা মীশিংগী মতেং পাংগে।"

"ভাইবংপানবদা মী ওইনা পোক্লগা পুক থন্না চাহুনা, ফজবা ফিরোল শেংহুনা থৱাই হিংবদি কবিরে কায়রে; মীগী উপকার তৌবা ওন্নবদি অথোইরনি। অথোইবা থবক অসি ভানগে হায়র-বদি স্বার্থত্যাগ তৌগদবনি, ইকাইবা থাদোকদবনি, মীনা য়েংথীবা কিরোইদ্রবনি,—মীনা চৈবৎ থাগৎপনি নিংগদবনি, মীনা ফুরগা মুংশিন্নিহুনা নানবিবগা চপমান্ননা নিংগদবনি। হা ঈশ্বর! পাজল-শোনবী মুপীমচা ওইনা পোক্লবী ঐহাক্না সমাজগী মতৌঙা পূকচেল চাউরবা স্বার্থত্যাগকী মরিক অমত্তু লৌজবা ওন্নবা পাজল পীবীগদ্রা? সমাজগী কান্নবা থজিকং লাক্লনবা অথৌবা পূকচেল পীবিগদ্রা? হে দয়াময়! হকচাংগী পাজলশোন্নবী, পুকনিংগী পাজলশোন্নবী, অন্ধবিশ্বাসগী কুরোম্না য়োমহুনা পোক্লবী ঐতোম্না অন্ধবিশ্বাসনা কুপহুনা থম্নবা অমসু সমাজগী মন্নুংদা স্বার্থত্যাগকী মঙ্গল থজিকং উৎনবা পাজল পীবিয়ু।"

রাখল পূন্ননক অসি তৌহুনা মাথৰীনা হৈবোক চীংগী লোক

মুংদা মথমতা লাই নিংগে হায়না মপুকনিং লেপ্লে। অহানবদা কিজেং লৈতেংগী মরমদা পুকনিং ফাজিনবা হৌরক্লে: মুপীমচা ওইবগী শেংনিং চানিংবা অরু-অহেনবা থাদোকুনা লৈতাংশংবা কি শেংপা হৌরক্লে। অদুগী মতুংদা চাব-থকপগী মরমদা পুকনিং ফাজিনবা হৌরক্লে। মথলমথা অয়াম্বা অহাও-অথুম চারম্বা থাদোকুনা চাকা থুমগতা চাদুনা মপুক থনবা হৌরক্লে। অমুম তৌনা চৌংগী লোকমুং অমদা লম্বোইবীগী মশক লৌদুনা লাই নিংবা হৌরক্লে। লমদম অদু থরা চিকপা মরমদগী ডাকুশিংনা, কনাগুম্বা মথমতা লংকৈ চংপা মীশিংগী মপোং-মচৈ মুন্দুনা লৈরি। করি-গুবদা মীগী মথরাই মাগুদনবসু য়াওই। মাধবীনা মশমমনা থাদোকতুনা মরৈ তমথোকতুনা, মখুৎতা থাংশাং অমা পায়দুনা, লাউ-থোংদুনা চেনশিল্লি। অমুমতৌনা খুদোংথীবা তারবা লংকৈ-চংপা মীশিংবু ডাকুগী মথুক্তগী কনবি। উরীরৈবু কনবিখিবসু মহাক্নি। মতুং অদুদা "হৈবোক লাইরেম্মা মখি ফোংই" "হিয়াং অথোবা থোকই" অসিনচিংবা হায়দুনা ডাকুশিংমকসু কিদুনা মকম অদুদা চংনখিল্লে, উপদ্রপসু থরা কল্লে।

থক্তনি মাধবী নংগী থৌরাং। থম্বাল চামনিপালগী মতৌগুম্বা থোংলবা নংগী থম্মোয় মনুংদা বজ্রগী মতৌগুম্বা কল্লবা পুকচেল অসি লোংলিবোই। লশিংগী মনুংদা তীল লৈবা অঙকপা নত্তে,— কোক্রেংগী মনুংদা মুক্তা লৈবা অঙকপা নত্তে,—চোঙ্গাংগী মনুংদা মচিকাবা, মরুভূমিদা মরুস্থান লৈবা, সমক্রগী মমুংদা চীং লৈবা ওই-থোক্তবা নত্তে তৌইগুম্মুং পঙলবা ওইনজাওগনবা, নিঙাইচাউগনবা নরৈবাক্তগী মপাল থোকত্রিবা মাধবী নংগী থৌরাং, রাথল অঙকপনি।

মৈতৈমচাগী মরাইবক থীবা ময়াম্বা স্বার্থত্যাগকী থুদম উৎখিবা মী থর ভাগুই। স্বার্থত্যাগকী রাংলবা অমসুং মনা পুংলবা শিদহিদাক পাম্বী অদু মশক য়েংগে হায়রবদি মণিপুরগী অরাংবা

চীং কাখৎতুনা তুরেন অচৌবা চেনবা, পাক্লবা লৈতেম মান্নবা ভারতকী লমদম অভৈদা য়েংথবা তারে ; —মগুদা উগনি—মশা-মরেংনা কল্লবা উজাউ কয়ানা মাগী মরুমদা অরা-অনা কয়া পোথা-হনগ্রবা ! উজাউ কয়ানা চাবা কংগ্রবা লাইরবদা উহৈ শীজৈ,—উজাউ কয়ানা মুংশিং-নোংলৈ ওাকতুনা মাগী মরুমদা মী কয়া পোথা-হনগ্রবা ! উজাউ কয়ানা মথক্তা তোংহন্দুনা মতু শোনবা মীবু মাইকৈ মরিমক্কী ইরাং উহল্লি ; উজাও কয়ানা হি ওইহনা সমাজগী অথুবা তুরেন মমুংদা ঈগ্নাক্লহনা শিগদৌরিবা মীশিংবু মথক্তা তোং-হন্দুবা পাক চাউরবা শান্তিগী মশক ওইরবা সমক্রুতম্না চেন্থরি। মৈতৈগী লমদমদা করিগুম্বা অচৌবা পাম্বী হৌরক্লবম্ন মহু চীংবু নমথতুনা হেন্না রাংবা গুমদে অমসুং ভারতকী লৈতেম মান্নবা লমদমগী মথক্তা শিংলিবা সমক্রদগী হৌরকপা অইংবা মুংশিং অহু মৈতৈ লমদমদা য়ৌবা গুমদে।

অহুমশুবা পন্দুপ

## শিলং

এম, এ, পরীক্ষা থারবগী মতুংদা কলিকাতা থাদোক্লুনা বীরেন অমসুং ধীরেন মরুপ অনী অসি শিলংগী দৃশ্য য়েংখিনি হায়নহনা শিলংলোমদা লাক্লে। শিলংগী হান্না কবা, মহৌশাগী ফিভমগী নিংথিজবা অহু উহনা মকম অহুদা থরা কুইনা লৈসি ভাংনরে।

শিলং হায়বা অসি কনা নিংথিজবা সহর মচা অমনি,—হেক য়েংবদা পাক চাউরবা ভারত সাম্রাজ্যগী কাচিন অমদা, মী চীকপা

চীংলৈবাক অমদা সহর মচা অমা লোত্তুনা থল্লিবোই নিংই। সহরগী নিলখোংবা খোঙ্গেনগা লোয়নননা, মী ভাদবা নারকী অচিকপগা তিন্নগ্রে, চীংমুংদগী খোংলকপা তামনাগী খোঙ্গেনগা, গির্জা মমুংদগী শরুকপা থাসি মুপীমচাশিংগী খোঙ্গেনগা তিন্নগ্রে—থুৎশেমগী নিংথিজবগী মরুমদা মহৌশাগী নিংথিজবা লোত্তুনা লৈগ্রে। ভারত্তা চাওখৎলবা, ইনাক-কৈরাক থুল্লবা সহরগী মশীং থোইদোক্লা য়াত্তে,—মহৈময়োংগী পাম্বীনা ইশংশংলবা লৌবুক থোইদোক্লা তাংদে,—শাকৈনা থল্লবা শুক্লবা লোকমুং, উনতনা কুপগ্রবা য়াংচাউগ্রবা চীং মশীং নাইদে,—অদুগা সহরগী নিলখোংবা অমমুং নারকী অচিকপা অনী অসিবু পুল্লপা মতম্বাক্তা পমজবা ফংবা অসিগুম্বা সহরগী মশীংদি থরা মতাঙই, করিনা হায়রবু প্রকৃতিগা, থুৎশেমগা, মহৌশানা য়েংথিনবগুম তৌই; থুৎশেম্না য়াম্না রানা শেমগৎচরবা সহর, ফুরা-দলান, য়ুম-কৈ, ঈশিং ঈচাওনা মরক মরক্তা তুম্না মাঙহল্লি, নত্রগা য়ুহারাদুনা নিংথায়হল্লি নত্রগা অতোপ্পা পাম্বৈনা মাং-তাকহল্লি; অদুগা প্রকৃতিনা রানা শেমগৎলবা উমং, অশোংবা নারক তুম্না য়ানথৎতুনা থুৎশেম্না অচৌবা সহর শেমগংলি, অচিকপা লম্বাং কয়াগী মথক্তা রেল গাড়ীনা লাউ-খোংদুনা চেনহনগ্রে; অমুম তৌনা অমনা অমবু মাঙহনগদবগী লাক্লে,—অদুবু সহর মচা অসিগী মমুংদদি প্রকৃতি অমমুং থুৎশেম অনী অসি চান্নদুনা হরাও লৈমিন্নবগুম তৌই। রাজপথগী নাকয়েত্তা দোকান পরেং পরেং লৈরিবা, দোকান থুদিংদা মথলমথা অয়াম্বা লুরবা পোৎ চৈ শেম-শাদুনা থম্লিবা, লম্বেল ময়া ময়াদা ইলেক্ট্রিকী থাউমৈনা ভাল্লিবা কয়াদা নিংথিজবনো! অদুগা রাজপথদগী থক্তিক্তং চখোক্লুনা থরা থাপনা য়েংলবদি উগনি,—উচান পাম্বীমক্তা পরেং পরেং হৌগ্রি,—অনকপদা অথাম্নদা, চীংথক্তা চীংমায়দা উচান পাম্বী ভাক্লনি,—মিৎনা য়েংবদা মিৎয়েং তামগ্রিবা লমদম অদু ফাওবা উচান পাম্বী হৌগ্রি, মরক মরক্তা থাংপোকশং

অমা অনীদং লন্না লন্না উচান পাম্বীগী মরুমদা লৈরি, লৈতেম মান্নবা কাংজৈবুংদা থাপনা শন্দোকখিবা লন্নাংদা শল, শগোল, হামেংনচিংবা য়ুমশানা শক্তিক চারি ; মফম মফমদা চীংদগী থাক থাক মাইনা চেন্থরকপা ঈফুৎকী হুংশিরবা খোঙেম্না পুক্লিং শুন্নাংলি : অহৃদগী নাকল অমরোমদা. অমুক য়েংশিনখিবদা য়ুম-কৈ, ফুরা-দলান. লাইরিক তম্ফমশং, নাট্য মন্দির অসিনা পল্লেং লেংখি। প্রকৃতিগী নিংথিজবা অমসুং খুৎশেমগী ফজবা অনীমকপু পুলপনা য়েংগে হায়রবদি মতুগী মতিকচাবা মফম শিলং অসি অমনি। সহরগী ময়ায়দা পাং মচা অমনা খুৎশেমগী ফজবগী থমথেংবা উৎলি। লুরবা ঈশিংনা চাংজো মান্নরবা পাং অসিগী মপাল মপান্দা মথলমথা অয়াম্বা লৈপালনা মাগী মাগী মতম্নি মতম নৱ্রে হায়বা রাখল তৌদনা কুম্বী কালেন নাইদনা শাংলি,—মথলমথা অয়াম্বা উরীনা উচান পাম্বী মথোঙদগী মতোন ফাওবা থুংনা য়েংহল্লি—য়ুচি মচিদা উরী উনা অপুংবনা কোয়শিনবা খাংপোক মন্নুংদা ঙানু কাংঙা য়োল্লি.— পাং ময়ায়দা, মফম মফমদা শাংকায়রবা লৈ-সুনা লৈতেংলবা লৈপুং খরনা থাপনা উবা, সমক্র ময়ায়দা লৈবা দ্বীপ পল্লেংগী মতৌগুম্না নিংথির্জার ; থাবল করবা অহিংদা মপান্দা হৌবা উ রা, লৈ-সু পাম্বীগী মমি পাংকী ঈশিং মন্নুংদা তারি,—হুংশিংনা লিরি লিরি শিংলকপদা ঈশিং ঈথক হৌরকুনা তারিবা মমি অহু হাইরপ হাই-হুম্বগুম্না উরি। ভারতকী মন্নুংদা মমিং চংপা য়েকখোংপা হৈবা লুপা অমনা মপুক্লিংনা শাজিন্দুনা পাংকী মন্নুংদা মসিনা মফজরে হায়না চিত্র অমা য়েকতুনসু পাং অসিগী চিত্রদগী থোইদোকনা হেনগদি হায়বা থাজদে।

অহুগা মাইকৈ অমরোমদা মহৌশাগী ফিভমগী থমথেংনা নিংথিজবা খুদমগী মরক্তা, অরাংবা চীংদোন্দগী লিক্লাই মহী চেনবগুম্না চেন্থরক্লিবা বিদন জলপ্রপাত অসি অমনি। ভারতকী অথোইবা

কবিঃ অমনা কল্পনাগী মিংনা য়েংহুনা মহাক্কী পুক্নিংগী অচিকপা লমদমদা ফজ্জনা অসি মঙাইরে হায়না জলপ্রপাত অমা য়েক্লুনস্লু য়িদনগী দৃশ্যদি মতুমগী থোইনা হুগুগনি হায়মা নিংদে। কবিগী পুকনিং লৈকোন্দা কল্পনাগী শাঙ্গন্না নিংথিজনা থাপ্রিবা লৈ-স্লু, উরী-রারীনচিংবা অদু মশামকনা চিত্রকার ওইহুনস্লু তুলিকা থন্নগী মতেংনা অদুক ফজনা য়েকপা ঙমদে; মরম অসিনা তাইবংপানবগী অথোইবা কবিনা মাগী লৈকোন্দা মহৌশানা শেমখ্রবা জলপ্রপাত অমগা, কনাগুম্বা চিত্রকার অমনা য়েকপা পোৎ অমগা পান্দমবা য়াবা নত্তে।

নোংমা নুমিৎ অমা অয়ুক অঙনবদা হৌগৎতুনা বীরেন অমসুং ধীরেন মরুপ অনী অসি অয়ুক অঙনবগী দৃশ্য য়েংশি হায়নহুনা থোঙ শান্দোক্লে। বীরেন্না থোইদোক্লা প্রকৃতিক দৃশ্য য়েংনিং-বদগী লমচিংবা হৌরক্লে। নোংচুপ্পাংনা চংলক্লে। খরা চংশিল্লগা অরাংবা চীংদোন অমা উরে। মফম অদু য়াম্না তরু তরুই। অরাংবা মফম ওইবনা নুংশাস্লু থোক্লে মখোই অনী অরাংবা মফম অদুদা কাখৎতুনা মমাই অরাং ওন্না য়েংলকপদা, য়াম্না থাপনা লুপাগী মতৌগুম্না ঙৌরোক ঙৌবা রাংলবা চীং পরেং অমা উরে। মদু হিমালয়নি হায়না লেপনরে। উন্না কুপলবা হিমালয় চিংজাউগী মথক্তা অয়ুক অঙনবগী নুমিং মশেক্না য়ৈহুনা লুপাগী চীংজাওগী মতৌগুম্না ইলংলংপ্রে। দৃশ্য অদু মরুপ অনীগী পুকনিংদা য়েকতুনা লৈপ্রে।

অদুগী মতুংদা অরাংপাংনা চৎলক্লে। মফম অদু মী চিক্লক্লে। হৌজিক্তা নুংশা শারম্না অদু খঙহৌদনা লৈচিন থারকতুনা পুম্নম মমাপ্রে খরা চৎলগা লয়োং মরি ফাংবা অমা উরে। নোংচুপ্পাংনা চংখ্রিবা লম্বী অদুগী মতুংইন্না চংশিল্লক্লে, লম্বী অদু শোংলবা নারক অমগী ময়ায় হেক য়োরকপদা মাঙপ্রে। মফম অদুগী অকিবা শকফম অদু উবদা লম্বী অদু কিহুনা লোংখ্রবোই! লম্বীনা মাঙখ্রিবা

মফম অহু, চাং অনীগীময়ক্তা অকুৎপা মোংকম অমা ওইরমলে। মচি মচি খুদিংদা শরুনা মপৈ মপৈ তাহুনা লৈবা উরে; মচি অমদা মীগী মখোঙ অতংপা লাংজানা চেন্দুনা পুরি, — মচি অমদা লৈহুংদগী শল শগোল অশিবা লমহুইনা চিংথোকপা লাক্লরি। অকিবগী মশক ওইরবা দৃশ্য অসি উরবদা ধীরেন্না হন্নসি হায়না তক্লরক্লে। বীরেন্না করি অমতা খুমদনা অহুম চংশিনখ্রে। ধীরেনস্থ মতুং ইন্দবা য়াত্রহুনা ইল্লক্লে। খোঙ থাংকম লৈরক্লে,—শরু ভাক মখোই-মরিল ভাক্তা মঙায়খ্রে। নমথীবা মনম্নস্থ মুংশাশোর হোজিনবা ভম্নকত্রে। খরা চংশিল্লগা মীগী নাহেবা খোঙ্লেল অমা তারে! বীরেননা ইঙক ঙকতুনা কোয়েং য়েংলকপদা অহিংবা মী অমথক মখ্বাং কাওবা লৈম্নুংদা ফুমজিন্দুনা লৈবা উরে। মরুপ অনীমক থুনা য়াংনা চংশিন্দুনা লৈপাক খোত্তোক্লুনা মুপা অহুবু চিংখৎলে। হংনরকপদা; মুপা অহু লল্লোনবা মৈতৈমচা অমনি, লমখাংদা ভাকুশিংনা লুপা— শংবা লোইনা মুন্দুনা মফম অহুদা তঙখাই অমা ফুমহুনা থম্নম্নিবনি হায়বা খঙলে। "ঙসিগী ভ্রমন অসি হকচাং শাজেনতা নত্তনা মী অমগী মথল্লাইস্থ কল্লে" হায়হুনা মরুপ অনীগী পুকনিংদা ঙমখৈ লৈতনা মুঙাইখি, থোইদোকনস্থ বীরেন্না মাগী মরী য়াম্না নকনবা মী অমগী মথল্লাই কনবগুমনা মথল্লাইদা হল্লাওখি।

## শেষ মিলণ

ওল্লাং থাগী মমৈ ওইরক্লবদা নোংমগী মুমিদাংল্লাইরমদা, মকোই-মল্লাং চোম্বা লংকৈচৎপা মুপা অমা মখোঙ তপনা তপনা থাংহুনা কাঞ্চীপুরগী লম্বীদা চৎলি। মোৎলবা কৈজোম অমগা, মোৎলবা ফুরিৎ অমত্তংগা নত্তনা থোইদোকপা ফিরোল শেত্তে মনম-গন্দা নম্বো মচা অমত্তং পোয়িবা অহুগা মখুত্তা থাংশাং অমত্তং পায়রিবা অহু নত্তনা মাগী থোইদোকপা পোৎচৈস্থ য়াওদে। লম্বীগী

নাকল অনীমক্তা মহে মরোংগী পাম্বীনা ইশং-শংনা হৌরিবা, লোখোংদা তক তরুবা ঈশিংনা চেল্লিবা অহু লম্বী চৎশিবা মুপা অহুনা য়ামনা মুন্না য়েংলি। মহাক্কী মাইথোং অহু উরগা, মতমকুইনগী তুংদা পোকনফম লমদম উরহুনা মথন্নাই খন্না হরাওরমাল্লে হায়না নিংই। মথংশিংনা চংশিনখিহুনা কাঞ্চীগী ময়ায়দা নোংচুপ্পাংনা চৎপ্রিবা লম্বী অদোমদা মমাই ওনপ্রে। খুল্লকী মনাক নকশিল্লক্লিবা অহুপকী মতিক মাগী মপুকনিংদা অরা-মুংশি য়াম্নবা রাখল পোক্লুনা থোইদোকনা তপথবা লৈখিত্রে ; করিননো খঙদে মাগী থম্মোই অহু পিং পিং চোংবা হৌরক্লে অমসুং মপুক্লিং তয়াং তয়াংপ্রে। খন্না চংশিল্লগা মাইকৈ মরিমক কোয়েং য়েংবদা অচৌবা পুখ্রী অমা, মহুগী নোংচুপথংবদা লৈহাও পাম্বী অমা, অমসুং লৈহাউ পাম্বী অহুগী মোইরাংলাইজিদা শেগাইবা খাংখোকশং অমা উরে। খাংপোকশং অহু মতমকুইনা মী লৈত্রহুনা হুন্দোক্লুনা থম্বগুম্না উরে—মহু উবদা মুপা অহু মিত্তগী পি থাম্বা য়াখিত্রে মথন্নতা ঝর ঝর শিম্বপ্রে। শুমাং কাওবা চংশিনখিবদা উরে—মতম কুইনা রাই শিত্রহুনা মফম অহু নাপীনা ইশোং শোংলে, লিল অমসুং হঙোইগী শান্নফম ওইপ্রে। খাংপোকশংগী ফল্লাংদা লৈক্রক লাওনা লাওনা চৎলে মচি মচিদা অহোবসু য়াওরে অমসুং শেবোং মাইরেন্না মরী চৎতুনা ফল্লাং-লোমদা কাখৎলি। মাঙোন্দা কাখৎলকপদা মচি মচিদা উনা-শিঙনা, থুনাম-নাঙৈ পৈহুনা লৈবা উরে। থোঙদি খিংহুনা লৈবা উই। মুপা অহুনা মপুকনিং তয়াং তয়াংনা, নিংদোল পিং পিং চোংলহুনা, মখোল নিকনা নিকনা হংলকই—"মুমদা কনা কনা লৈবগে?" লন্দ্বাংদা রা ভাংবগী মতৌগুম্না কনা অমতসু খুমলক্লে। মুপা অহুনা অমুকহন্না "উরীরৈ" হায়না কৌরকই,—কনা অমতসু খুমলক্লে। মাগী মতৌ তমহুনা অহাওবা য়ুম অহুনা "উরীরৈ" হায়না প্রতিধ্বনি তৌরক্লে। মুপা অহুনা ইফিংফিনা থোঙ অহু খোঙনা কাওথেক্লুনা

ইমুংদা চংলক্লে। অমসুং ইমুং মনুংদা তৌরম্মিন্না অবস্থা অহু উবদা মুপা অহু পাখৎলে; ফুজ্জারোমদা মনমগন ওক্লোকতুনা ময়াংক্কংলবী মুপী অমা, উনশাতনা কুপ্পা শরু মপুনগী মতৌগুম্না হিপ্তুনা লৈ,—মহু উরবদা মুপা অহুনা অশিবা হুকচাং ওইরমম্লে হায়না নিংথ্রে। মনাক্তা চংশিন্দুনা মুংশাশোর হোম্লিত্রা হায়দুনা য়েংবদা মতম অহু ফাওবা মুংশাশোর হোম্লি। মুপা অহুনা হন্না হন্না 'থম্বাল' 'থম্বাল' হায়দুনা কৌবা হৌরক্লে। হন্না হন্না কৌরবদা অনাবা অহু মমিং পাওথোক্লক্লে, অমসুং য়াম্না রানা মাওনগে হায়দুনা ক্লোৎনবদা উমখিগ্রে। খোঞ্জেল য়াম্না পিক্না রাহৈ মচেং মচেং ওইনা হায়রকই "কনানো অসিদা লৈরিবা, ঈশিং খজিক্তা পীয়ু,—খৌরাংবগী মৈচাক্লা খৌরি চরম কংগ্রে, থরাই থাগদৌরে, ঈশিং খজিকং পীদুনা ঐগী চাক্লবা থম্মোই অসি ইংহল্লু।" অতুম ওইবা অরাবা খোঞ্জেল অহুনা মচিল খৌরবা তাগী মতৌগুম্না মুপা অহুগী মপুক্তা লেংথ্রে। কোয়েং য়েংঙকপদা ইমুং অহুদা পাত্র অমতসু লৈতে। মুপা অহুনা থুনা য়াংনা মপাল খোরকতুনা থম্না থম্না ঈশিং শোকতুনা অনাবা অহুগী মচিল মনুংদা তপ্না তপ্না হৈজিল্লে। অহু ফাওবা অনাবা অহু ময়া কাথত্তুনা লৈরে। মুপা অহুনা অমুকহন্না ঈশিং শোকউহুনা মহুম্থু পিথক্লে। অনাবা অহুনা ইরায়লায়না থক্কোকখ্রে। মপুক্কিং খরদং তপ্থরহুনা অনাবা অহুনা হায়রকই "ঐগী খৌরি চরমদা ঈশিং মরিক অমত্রা চাদবা চয়োল অমরোম শুগদৌরে; ইনাক্তদি কনাসু লৈতে, কনাদা ঈশিং পীরু হায়রিবা? নহাক অসি কাকীগী মনুংদা লৈবা মীদি ওইরম্মরোই; অমম-অঙান খায়রিবা ঈশ্বরনা নংগী য়াইফবা পীবিসনু।" মুপা অহুনা খঙলে,—চাদথক্তবম কনা অনাবা অসি অসুক য়াম্না শোনথরবনি। ওাইহাক তুমিন্না লৈরুরগা মুপা অনাবা। খঙই!

অহুনা হংলকই "নং ঐবু খঙব্রা"?

লম্বীচৎপা। অহুদি ঐ কনানো?

অনাবা। নংদি স্বর্গগী দূতনি।

লম্বীচংপা। ঐ স্বর্গগী দূত নত্তে। মতমকুইনা শোল্লহুনা নংগী বুদ্ধি লৌশিং ইচাই চোইরমালে,—মুম্না খল্লু!

অনাবা। চামরক হন্না খল্লে, নহাক লাইগী দূতনি।

লম্বীচংপা। করম্না খঙই?

অনাবা। লাইগী দূত নত্তনদি কাঞ্চীগী মনুংদা লৈবা মীদি থম্বু থমখো হুই হৌদোং কাওবা ঐগী ইনাক্তা করম্না চংলক্কদগে। ভুবন মপা হৌজিক হিংলি!

অকোনবগী রাহৈ খরা অসি অনাবা নুপী অহুনা অম্নপকী মতিক মথরাই শোক্না হায়রকই মহু তাবদা লম্বীচংপা নুপা অহু চুম্না কম্বা ওমখিদ্রে,—মশা থক থক নিকখ্রে। অরাবা পুম্নমক অসিগী মরু ভুবন মপানি হায়বা মিকুপ অমগী মনুংদা খঙলে। রাহং অমা অনীদংগা হংলবদি অনাবা নুপী অহুগী অবস্থা ফংলরোই হায়বা অহুম্নু খঙলে, অহুম ওইনমক মাগী খঙনিংবা অহু কুইনা থম্বা ওমদ্রে। অমুক হন্না হংলকই—"করিনো ভুবন মপানা করি তৌরবগে?" অনাবা অহুনা খুমকই—"ভুবন মপানা ঐবু লাক্নরিবা অসিদি করিদবু হায়সিবা! অহানবদা মচাগীদমক ইচা উর রৈবু পীম্নু হায়, মহুদা ঐখোইনা পীদে, মহুগী মলোম্না মানা ঐখোইগী য়ুম মৈ থাই, অহুদগী নংথরকপনা লৈতলাইরা থিবা চংপদগী লংফৈদা ইপুরোইবম্নু থরাই থাদ্রে অহুগা"—রাহৈ খরা অসি হায়রম্বদগী অমুক মথা তাবা ওমখিদ্রে,—মিংতগী পি তরং তরং শিম্থরকপনা কংলবা চাইরুং অনী অহু চোংথ্রে,—মুংশাশোর থিংথ্রে,—মিহুল পিকথদ্রে।

লম্বীচংপা নুপা অহুনা চিংনরম্বা অহুমক থোক্রে। মতম অমুক কুইবা অরাবা পুম্নমক পুকনুংদা ফুমহুনা থম্নম্মী, অরাবা ফোংদোক্রবা মনাক্তা মী অমতম্নু লৈরমদে হৌজিক্তি লম্বীচংপা নুপা অহুবু

মনাক্তা উরবদা, অদুক শোল্লবী অমসুং রাহৈ অমতা ঙাংবদা শদৌ থোংলবী মহাক্লা মথং মথং রাহৈ কয়ামরুম হায়দোকপ্রে অমসুং খংহৌদনা মুংশাশোর থিংপ্রে।

মুপা অহুনা থুনা য়াঙনা পুগ্রীদগী ঈশিং শোকতুনা লরাই-লেম্ফ্‌দা তপ্না তপ্না য়ৈবা হৌরক্লে। অনাবা অহু তপ্না তপ্না হুম্বরক্লে। অকোনবগী রাহৈ খরা অহু মপুংফানা হায়দোকদৌবদা অনাবা অসি মথরাই থাগদৌরি রাহৈ খরা অহুগী মমুংদা মাগী জীবনগী আশা ভরশা পুম্নমক ফুমহুনা লৈগ্রমাল্লে,—অমসুং রাহৈ খরা অহু অনাবা অহুগী মৃত্যু-শর ওইরমাল্লে! মুপা অহুনা খঙনিংলিবা রাম্নু মহুতনি। অমুমাননা, হায়দোকদৌরিবা রাহৈ অসি তমথীরবা রাহৈনি হায়বম্নু খংলে,—অমসুং রাহৈ অহুনা অনাবা অহুগী মৃত্যু-শর ওইবতা নত্তনা মাগীসু মৃত্যু-শরনি হায়বা খংলে অহুম ওইনমক খঙনিংই। কাঁসি তৌহুনা শিগদবা থৌরি থাদবা ঙাইবগুম্না মুপা অহুনা পাউথুম্ন অহু ঙাইরক্লে। অমরোমদা অনাবা অহুগী মতৌ য়েংবদা মাগী থম্মোই অহু কায়থিগদৌরে। মাগী মমাংদা পৃথিবী অসি উরুরু লৈবা হৌরক্লে,—মুংথিন্দা তন্দন পাইরে, ঙাইহাক্তং চুম্না কম্না ঙমথিদ্রে। অঙাও-অকৈগুম্না খঙনিংবগী ময়াইনা কনমথিবনা হঙলকই—"অহুদগী করম তৌগ্রে।"

অনাবনা খুমলকই—"হা জগবন্ধু! করম্না তমশিবা! হে স্বর্গগী দূত! নংদি লোইনা খঙলিবনি। ঐগী থম্মোই লকাম্লুংদা লোত্তুনা থমজরিবী উরীরৈবু অহিংদা ফাহুনা পুগ্রে,—মথরাই মাঙ-হনগ্রে! ইচা লৈত্রে—ইথরতা খাংপোক অসিদা—" অসি হায়হুনা উরীরৈবু কৌহুনা তেংথারক্লে। মুপা অহুগী মশা থক থক নিকপ্রে, ভীল কাঙদগী হৌহুনা সংসারগী মমুংদা লৈবা জীব পুম্নমক মাগী য়েক্লবা ওইনা নিংগ্রে। হৌজিক্তি মুপা অহু মওং খুপতুনা লৈবা ঙমলক্রে কপ্প কপ্পহুনা হায়রকই—"লাইবকথীবী থম্বাল! অরাবনা নংগী শরুক ওইরবী! খাইনমৈচাক ফংলবা! নতম্বাক্তগী নচা

মুনগ্রবী। ঐ স্বর্গগী দূত নত্তে—নপুরোইবা নবীনচন্দ্র সিংহনি। নংগী নত্তৌ য়েংবদা ঐ থরাই পুবা ওমত্রে, ইচা উরীরৈগী পাউ তাবদা থরাই মপাল থোকখিগদৌরে, নং ঐ পুল্লপ্না কুফাং চন্দুনা শিমিন্নরসি; অম্বুকী মতিক মিচংমিথাই নাইবা সংসারদা হিংবগী কান্নবা লৈত্রে। অমুক্তদি হৌগৎতুনা ফমউ, নংগী কংলবা মাইথোং অহু অরোইবা মিংয়েংনা অমুক্তা য়েংহৌগে। জীবনগী মহাবিদায়গী-দমক অমুক্তং তম্বাক্তা, পমহৌগে।”

থম্বালনা মতম কুইরবগী তুংদা, শিরমদাই য়ৌশিল্লক্রবদা, শিঙ্গে হায়রম্বা মপুরোইবগী খোঙ্গেল অমুকহন্না তারবদা মতু চুংলে, মঙলা তাইবংলা মফম থংত্রে,—বুদ্ধিনা চোইশিল্লকপনে, শিরমদাইনা নক-শিল্লকপনে করি অমত্তা লেপ্পা ওমত্রে। মপুক্লিংদা থল্লকই— “ঐগী শিরমদাই য়ৌরহুনা ঐগী শিগ্রবা ইপুরোইবগী আত্মানা ঐবু লৌবা লাক্লিমাগ্নে।” অমম্বুং হায়রকই—“ইপুরোইবদি শিখিবা য়াম্না কুইখরে, শোরাংনচিংবা লোইখরে, ঐগী শিরমদাই য়ৌরহুনা ইপু-রোইবগী প্রেতমূর্ত্তিনা ঐবু লৌবা লাকলিবরা। অহু ওইরবদি য়াম্না ফরে পাম্মু নতুং ইঞ্জরগে।” নবিননা হায়রকই—“থম্বাল! ঐগী থম্মোইগী থম্বাল! ঐবু প্রেতমূর্ত্তিনি হায়না চিংনগম্মু, থাজ্জৈশেং-বমক ঐ নবিননি। শেল তানবা চৎপদা, লমথাংদা ডাকুশিংনা ঐবু ফাহুনা লোকম্বুং অমদা, মোংফম মরক্তা খ্বাং ফাওবা ফুমজিন্দুনা থম্মল্লগা ঐগী পোৎচৈ, লুপা-শংবা পুম্নমক মুন্দুনা পুখি। মসি পুম্নমক ভুবন মপাগী থৌরাং ডাক্তনি। ডাকুশিংগী মরক্তা ঐনা মশক খঙবা মী অমা য়াওই। ঐবু শিরে হায়না শংদোক্লিবা অসিমু ভুবন মপাগী খুজিল ওইরমগনি।”

থল্লু থল্লুবদা নবীন অসি অশাওবা ফাজিনবা ওয়্যকত্রহুনা, মনাক্তা তারিবা থাংশাং অহু খুজৎতুনা ময়া ক্রক ক্রক চিক্রুনা রাশকলকই —“ঐবু রাহল্লিবা ঐগী মুপীবু অম্বুপ য়ামনা খুদোংথীবা

তাহল্লিবা ইচা উরীরৈগী মথক্কাই মাংহনখ্রিবা। অহুগুম্বা ভুবন মপাগী মশুং অহুম শুবা মকোক অহু মশুং অহুম শুনা খায়দুনা লমন খুমগে।" তৌরিবা মতাং অহু উবদা মাপাইথৌবী থম্বাল অদো কৌবনা থুক লাউখ্রে, ইফিং ফিংনা তুরোই ঙামলোই হৌগংলক্লে, মখোল নিক্লা নিক্লা হায়রকই—"করিগী রাশক অহুক কন্না শকপগে? ঈশ্বর লৈরিবমক্তদা করিগী মীনা মীগী লমন খুমগদগে? ঙাকপিয়ু কনবিবগা মান্নবা অথোয়বা ধর্ম্ম অমা লৈত্রবনি।" অসি হায়না হায়না মপুরোইবগী খুয়াদা লেপতুনা তুখরে। মুংশাশোর থিংখরে, মিং উইশিনখরে—মিহুল লেপখরে! ও! অরাবা সংসার অসি থাদোকতুনা মুংঙাইবা মফমদা চংখরমাক্লে! মিকুপ অমগী মনুংদা মাগী পুন্সীগী অরাবা মতোল লোমখরবোই!

থম্বালনা ইখঙ খঙহৌদনা মথক্কাই থাখিবা অসি উরবদা নবিন অদো নুংগী মুত্তিগুম্না ফমলম্বা মফম অহুদা অহুম ফমহুনা লৈখ্রে। তাইবংপান অসি মুমিৎ-থা খোক্তবা ইমমমম্বা তাইবংপান অমা ঙইনা উখ্রে। শোরারেল্লা খংহৌদনা কিম্বুরকতুনা মকোক্তা ননববু হেন্না রাখ্রে। ঙাইহাক তুমিন্না ফমহুনা লৈরুরগা হৌগংলক্লে। থাংপোকশং অহু থুদেকতুনা অকংবা উ-রা লৌথোক্লুনা মহুনা কু অমা শেমলে। কু অহুগী মথক্তা সত্তিগী পুণ্য চেল্লবা হকচাং অহু থাজংলক্লে। হকচাং অহুগী মথক্তা কুপ্পবা ফিরোন করি অমতা লৈতহুনা মানা লিংলিবা ফুরিং অহু লৌথোক্লুনা কুপশিল্লে। মৈগী মফমদা দান তৌহুনা চিতা অহুদা মৈ চুরক্লে। মৈ চুরম্লগা পুথ্রীগী মপাল্লোমদা চংলক্লে। সংসার অসিদা মানা অপাম্বা পোৎ অমতা লৈখিত্রে। পুথ্রীগী মপান্দা ফমহুনা মানা খরদং তানজরকপা শেল অহু পুথ্রী মনুংদা খাই চাইখত্রে অমসুং হায়রকই—"শেল নংগীদমক্তি ঐনা অস্তুক য়ামা নংখ্রিবা! নংবু তানবা চৎপদা মীরৈবাক্তা লৈরু-বনি, ইতু খাইনবনি, ইচা খাইনবনি, নংবু থমহুনা অরেম্বনি। শক

হায়বসু অরেম্বনি। শক্তীদমক্তা ইচা উরীরৈগী মথব্রাই মাংখিবনি।" অসি হায়হুনা পুঞ্জী মমুংদা চোংথহুনা মশা অহু লৈখোম্না পুম্নতৈ তৈশিল্লে; লম্বোইবগী ফিজেং শেংহুনা মফম অহুদগী চংথোক্লক্লে। চংলমদাইগী মতমদা চিতারোমদা অমুক্তং হন্না য়েংশিল্লম্মি,—চিতাদগী থোরকপা মৈথুনা চুমত্রিং চুমনা স্বর্গদা কাখৎলক্লি; মতম কুইনগী অন্না-অনংগী মতুংদা মফম অহু মোংফম ওইহোরে।

## হুরানবা ফাবা

"কংখিবা থোক্লবদি করিগুম্বা,
হৈদোকখরনিনে লদ্মাংদা·
মনম মুংশিবা; নশক ফজবা
লৈনম চনপ্রনি অরেম্বদা।"

শিলংদা লৈরিউেদা নোংমদি বীরেন্না মথন্নতা কোইথোরকই। ওরাং মুংদাং মমওদা উরীরৈবু উরম্মি,—উরীরৈ, অহু শেগায়রবা ফি অমতং ইন্দুনা চীংয়া অমদা মথন্নতা কপ্পুনা লৈরি, খওউোদনা ভুবন্না লাকহুনা উরীরৈবু ফুহুনা চিংবা লাক্লরি; উরীরৈনা বীরেনবু কৌহুনা কপ্লি অমম্মুং চংলোইদবগী খাংবা লাক্লরি। বীরেনমু মপাঙ্গল থোক্লা চেন্দুনা তানবা লাক্লরি তৌইগুম্বমুং মপাঙ্গল ইথোক থোক্তে অমরোমদা ভুবন্না উরীরৈবু লশিং মফোলগী মতৌগুম্না অন্নাংবা চীংদোল অমদা পুখৎপ্রে। অন্নাংবা চীংদোল অহু রৌরবদা ভুবন্না উরীরৈ অহুবু মখুত্তা পায়হুনা "শে নংগী মুপী লৌজরো" হায়হুনা ফি লংথরকপগুম্না চীংখাদা লংথরক্লে। মতম অহুমক্তদা ধীরেন্না থেংলে হৌগংলো হায়না হৌদোক্লকপদা মংফাওনপ্রে। ওরাং মুংদাংগী মও অহু নিংশিংহুনা ওসিদি বীরেনগী পুক্লিংদা য়াম্না লাং-তক্লপ্রে। অমম্মুং হৌপ্রবা থবক পূম্নমক অহু হন্না হন্না খনবা হৌরক্লে। অচিকপা লমদমগী নিংখিজবা য়েংহুনা পুক্লিংগী লাংতক্লবা

অসি কোকহনগে হায়হুনা নোংচুপ্পাংনা বিদন-জলপ্রপাত তম্না চৎখ্রে। থর য়াংবা চীংথক অমদা ফমহুনা, লোকন্নুংগী কল্লবা ঈশিং ঈচেম্না অরাংবা চীংথক্কী মথাদা য়া য়া লাউনা তাৰিবা কল্লবা ঈচেল অহুনা মুংপাকথক্কা য়ৈহুনা, ঈশিং মরিক মরিক পাইথোরক্ক্না চীংখা অহু লৈচিন থাবগুম্না উরিবা, পাইথোরকপা ঈশিং মরিক অহুনা মনাক্তা লৈবা চীংমায়দা হৌবা উরী য়ারী উনা য়ানা অহু লীক লীক লাউরিবা, অসি পূম্নমক মুন্না য়েংবা হৌরক্লে, তৌইগুম্বসুং দৃশ্য পূম্নমক অসিনা মাগী পুক্লিংগী লাংতক্লবা অহু থক কোকহনবা ওমখ্রে অহোইনহুম অরাবা য়াখল পোক্লক্লে অমসুং খল্লকই—"মতম অসিদা ঐগী ইনাক্তা উরীবৈ ফমহুনা, অরা মুংশিগী য়ারী শাহুনা দৃশ্য অসি য়েংমিন্নরবদি শরুক চামা হেন্না ফজ্জগদবনিকো! ঐগী পুক্লিংদা ইয়াং য়াংপগুম, ইহাঙ-হাঙবগুম নিংলিবা অসি উরীবৈ নংতনা কনানসু কোকহনবা ওম্নরোই।" ঐখোইনদি বীরেন অসি উরীবৈবু কাউর-মাল্লে খল্লি,—কদাইদগী খংকাউ কাউগদগে? মহাক্না চৎলমদাইদা উরীবৈবু শাউরম্মী হায়বা অহু অঙাংমচানা চাক ওইনবগুম্বতনি ইখংখংনদনা চান্নরিবা অহুদি লময়ৌত্রি, অমুক্কং খৎনহুনা, ওইনহুনা নাউথি শানহুনা মতুংদা চান্নরকপা অহুদি লময়ৌবনি। মহাক্না উরীবৈবু শাউরম্বা অহুদি গুমাং মন্নুংদতনি, থোঙ্গাল য়ৌরকপদা অশাউবা অহুদি বিদায় লৌহুনা থাপ্পা চেনখ্রে। মরম অসিনা মহাক উরীবৈবু থক কাউবা ওমখিদ্রে। হে প্রণয়! ওম্মোকপনি, নহাক্না মী অহুগী লকান্নুংদা চংপ্রবদা মী অহুনা ফজবা পোৎ, ফজবা দৃশ্য লথা অমা য়েংহুনসু মপুক্লিংদা মপুংফানা থক মুংঙাইবা ফংদে। মতম লৈবা খিবিক্তা ইয়াংতা য়াংপগুম্না নিংই। অসুমতৌনা উরীবৈগী য়াখল তৌনা তৌনা মুমিদাংবাই য়ৌরক্লহুনা বীরেন অহু লৈফম তান্না হল্লক্লে। মতম অহু ফাওবা ধীরেন কোয়থোকখিবদগী হল্লকত্রি। বীরেন্না থাওমৈ থাঙ্গংতুনা ইমুং মন্নুং অহুদা মথন্নতা ফমহুনা লমদম

তাম্না লৈহৌরবী উন্নীরৈগীদমক রাখল য়াম্না তৌরে—তুমিন্না ফম-লম্বদগী মুংঙাইরকত্রবোই, মখুত্তা কলম লৌখংলে, লাই য়েক্লবা মথলমথা অয়াম্বা মচু পুশিল্লক্লে—চেপাং অমগী মথক্তা উন্নীরৈবু ছন্দোক্লম্বা মুমিদাং অত্থগী দৃশ্য অত্থ য়েকপা হৌরক্লে। অহানবদা পুৱী অমসুং মপান্দা হৌবা লৈহাও পাম্বী য়েক্লে অত্থদগী শুমাং মচিদা হৌরিবা মাল্লিকা পাম্বী—লৈনা ইঙৌঙৌনা শাংকাইবা,—খোইমু অমা অনীদং তোংথুনা লৈহি চুপ্লিবা,—নোংপোকথংবা অতিয়াদা থানা ইংনা ছন্দোরকপা অত্থ য়েক্লে অত্থগী মথংদা মানা শাউরথুনা শশীগা লোয়ননা মমায় ওন্দুনা চংথোরকপা,—উন্নীরৈনা মথন্নতা মাল্লিকা মখোঙদা লেপতুনা মমিত্তা ঈরা চেন্দুনা চিংনা চিংনা য়েংথুনা লৈহৌবা অত্থসু য়েক্লে। য়েক্লা য়েক্লা উন্নীরৈগী প্রতি-মূর্ত্তি অত্থগী মথক্তা পি মরিক অমা তপ লাউনা তাগ্রে। ব্লটিংনা পি নপথোক্লে, নপথোকপা লোইরম লোইফাত্রিঙৈনা মরিক অমা অনীসু তপ তপ লাউনা তারক্লে—মহাক্কী পি অত্থ ফাজিন্দুনা থম্বা ওন্নক্লে। করিগীদমক্লো মরান লৈত্রবী মুপীমচা অত্থবু শাউক্লরিবা হায়থুনা মথন্নতবু নিন্দা তৌজরক্লে অমসুং শশীবুসু পংমল্লি হায়না নিন্দা তৌরক্লে। মতম অত্থমক্তদা "করি য়েক্লি ইতাও" হায়থুনা ধীরেন্না তুমিন্না চংলকুনা তুংলোমদগী চে অত্থ হেক চিংথোকপ্রে। বীরেন্না খংপ্রেক হেক খংথুনা "শিলংগী দৃশ্য য়েক্লিবনি লোইফাত্রি লোইফাত্রি" হায়থুনা চে অত্থ মুন্নবা হৌরক্লে। ধীরেন্না থাদোক্লক-ত্রবদা, চোম্না তারে হায়থুনা চে অত্থ শ্রুশ্রু নোইখংপ্রে, মচেৎ খরদি ধীরেন্না পুথুনা চেনপ্রে; খরা থাপনা চেনথোকপ্রগা মৈখেৎ খেত্তুনা চে মচেৎ অত্থ য়েংবদা শমক্রগা লোয়ননা মুপীমচা অমগী মাইথোং য়াওরম্লে, হকচাংমখৈদি থদংপ্রে। ধীরেন্না অত্থদগী চংশিল্লকতুনা—"শমক্র উবদা রা পুন্নমক খঙলে। মীওইবা হায়বা অসি থাজনিংঙাই লৈতে; মরুপনি হায়থুনা অসুক কুইনা তিন্নরকপবু নপুক্লিংগী রা ঐঙোন্দা হায়দোক্তে। অমুনবা হৈনৌনা মন্থুংদা তীল লোৎথুনা

থম্বদা অথুম্বা মহাওমথৈ লোইনা চুপাথোকপগুম, মুংশিবগী রা লোংতুনা থম্বদা নংগী হকচাং অসি নোংমা নোংমগী কংশিল্লক্লে। থুপতুনা কাম্নররোই,—নংগী ইতিহাস লীথরো।" বীরেন্না ইকাই-রত্নুনা—"ইতাও নহাক্তি অসিগুম্বা রারী থক শাদে, ঐনা করিগুম্বা হৌদোক্লবস্মু নমিৎ শুকই অদুনা তমদবনি রারোগনু।" ধীরেন্না-মমিৎ শুক্কে শুকসনু, শুক্লোই তোকসনু মতৌ মানগে মানসনু মাল্লোই তোকসনু, মুপামচা ওইবনা মপুক্কিংদা মুংশিনগী রা অমতং লোৎপা হায়বা অদুদি তঙাইফদ্রবনি অরেম্বদা রা শাংগ্রে, নংগী ইতিহাস লীরোনে থীল্লে।" বীরেন্না তঙাইফত্রত্নুনা "শন্নী অমা লৈহৌরে হায়ববু অমা অমুক ফাওরক্লে" হায়দুনা মহাক্কী ইতিহাস অদু রামায়ণ লীবগুম্মা লীথরক্লে। অহানবা উনবদগী হৌদুনা লাই খুরম্বদা রামিন্নখিবা, অদুদগী চৎনমদাইগী বিদারনচিংবা অমতা চিখদনা মথং মথং লীরক্লে। ধীরেন্না পুক্লিংচংনা রারী পুন্নমক তুমিন্না তারম্মী, রারী লোইরবা অদুদা হায়রকই—"নংগী লমচৎ অসি আলোচনা তৌরবদি মৈতে সাহিত্যাগী মতুংদা থাইনগী নোংবানগা হায়রপ মাপ্পে অদুগা উরীরৈগী লমচৎ অসি আলোচনা তৌবদা মাগা পান্দম্নবা য়াবা মুপীদি মৈতৈ সাহিত্যাগী মতুংদদি থেংবু থেংনদে কক সাহিত্যাগী মতুংদা জুমেলিরাতদি মাগা পান্দম্নবা য়াই।" বীরেন্না নোক্লা নোক্লদুনা—"এম এ পাশ তৌরবা হায়ববু আলোচনানা তুমিং পাইবা য়ারোইদৌরি। রারী অমতা লীবসু লোইফাত্রিঙেদা আলোচনানা হান্না ফোংদোক্লক্লে, কবিগুম্বা লাইরিক অমা অনীদং লেংথোক্লক্লবদি চরা হেন্দুনা আলোচনা তৌগে হায়রিবোইরে।" ধীরেন্না "শাউসু শাউস্নু। মুপা ঐথোয়দি প্রমাণ পীদনা রা ভাংবা মী নত্তে, ঐগী আলোচনাগী ককপা য়াদবা প্রমাণ পীরগে।" অসি হায়দুনা চিঠি অমা বীরেনগী মখুত্তা পীরে। বীরেন্না পাবা হৌরক্লে মরোল অসুম্না ইরম্মি—

কাঞ্চীপুর।

ইঙেলগী তাং—

ইতাও ইবুংঙো—

নংনা উরীরৈগীদমক রাবা অমস্তুং মাবু সুংশিবা তৌরবগনু। উরীরৈনা নহাকপু নশকক্কাও থংদে চায়বা অমস্তুং ঐঙোন্দা সুংশিবা উংপা মরমদগী ঐনা মাবু লুহোংহনা লৌরে। ঐঙোন্দা রারোবা তৌগনু। নংগী পরিক্ষা ডমহনা থুনা থোরকপা লাই নিংঙি।

ইতি—

নংগী চান্নবা মরূপ

শ্রীশশীকুমার সিংহ

থাজত্রহনা বীরেন্না চিঠি অহু থাঙ্গৎশেংবমক শশীনা পীরকপ্রা, মী অতৈনা শেমহনা ইরিত্রা হায়হনা হন্না হন্না পাবা হৌরক্লে, মমৈথংদা শশীগী ইপৈপৈনা মমিং ইবা উরহনা শাউমনখিবনা চিঠি অহু শিংগুপশানা শেগাইরহনা ছন্দোকপ্রে। ধীরেন্না "চুমত্রদো" হায়রহনা থিক থিক নোকপা হৌরক্লে।

## লমনথুম্বা

চন্দ্রনদীগী তোর্ব্বান্দা নিংথিজরবা লৈকোন অমা লৈ। হৈবোক চাংগী চিংয়া পক্লক্লবা মুমিংকী সনা মানবা মশেক্লা য়েহনা লৈকোনগী লৈ অমস্তুং তোর্ব্বান্দা হৌবা উপাল পুম্নমক সনা মচু ইমান মানপ্রে। লৈকোনগী মনাক নক্লা চন্দ্রনদীগী পিক্লবা ঈশিং ঈচেম্মা রাত্রা লাউনা মথারোমদা চেহ্নরি। য়াচংবা মতম য়োরক্লবদা, মকোক তাংবা ফিঙৌ শেংপা মুপা অমনা মনাই অমা লোয়নরহনা লৈকোল অদোমদা মমাই ওন্দুনা চংশিল্লক্লি।

নোংচুপথংবা অতিয়াদগী নোং মতুম অমা পায়থোরক্লি। নোং মতুম অহনা মথং মথং শন্দোকখিহনা নোংচুপথংবা অতিয়া নোংনা ইমন্নমপ্রে। চন্দ্রনদী তোর্ব্বান অনীমক্তা অশোংবা নারক লৈত্রি অমস্তুং অচৌ অচৌবা খোংনাং পাম্বী হৌরি। সুংশিং কম্না শিংলক্লে।

ফুংশিং কন্না শিংলকপদা খোংনাং মনাশিং অহু শ্বাই শ্বাই লাউহুনা থোইদোক্লা অকিবা পোকহল্লি। তোর্বান রাংমগী অশোংবা নারক মনুংদগী লমহুই খোংগৎলক্লে। অনকপদা হৌরিবা খোংনাং পাম্বীগী মথক্তা মকু খোংলি। তুরেনগী তোর্বান নিঙ্খাইহুনা 'ঝম' 'ঝম' লাউনা ঈশিংদা তারি অমস্থুং লৈখোম লৈনাং তৈবা মুপা অমনা লৈরাইগী অকুৎপা মরক অমদা লোতুনা মুপা অনী অহুবু লোন্না লোন্না য়েংহুনা মুংপাক অমদা থাং ফেংলি।

অনকপদা, অথাপ্পদা মীদি অমতা উদ্রে। মকোক তাঙবা মুপা অহুনা মনাই অহু য়েংহুনা হংলকই—"অনাবা অহু করম তৌপ্রে?"

মনাই। অনাবদি ঙরাং শিপ্রে।

মপু। য়াম্না ফরে লমশিশিবা হায়বা অহু থোক্লে। মাগী অশিবা মশা অহুদি পোংলোইপ্রবরা নত্রগা পত্তুনা পুমহুনা লৈরিব্রা?

মনাই। পোংলোইখ্রে।

মপু। করি? কাঞ্চীগী মনুংদা পোকপা থৌনাফবা কনানা মাবু পোংলোইখ্রিবনো? নমিংনা উরবমক্তদা ঐঙোন্দা তাক্কবা?

মনাই। লৈকাই অসিগী মী কনানসু মাবু পোংলোইদে। উং-রাই তৈবা অঙাওবা অমা লাকতুনা পোংলোইখি। অঙাওবা অহু কনানো হায়বা অহু ননাই ঐদি খংজদে।

মপু। (নোকফেং তৌরহুনা) মানা হিংলিঙৈদা চান্নরম্বা অতোপ্পা মুপা অমা ওইরমগনি। মাগী মরা অশেংবদি মীরৈবাক্তা মথরাই মাংহনপ্রে। অসি হায়হুনা মপু মনাই অনীমক খাক্লা খাক্লা নোকপ্রে। মতম অহুমক্তদা নোং খাক্লকতুনা মপু মনাই অনীমক থংপ্রেক থংপ্রে অমস্থুং লৈখোম লৈনাং

থৈবা, ফৈরেং তুরেং চৎপা মুপা অমা মাইকৈ অদোমদা চংলক্লে।

মনাই। (খুদোম্বী থিন্দুনা) য়েংবিয়ু অঙাওবা অসি লাক্লে।

মপু। কৌশিললু।

মনাই। (খোঞ্জেল রাংনা) হো অঙাওবা! অসিদা ঙাইহাক্কুং চংলকউ থুরকউ।

মুপা অহুনা মনাক য়ৌরবা মতমদা মপু অহুনা হংলকই—"নং কনানো? করিগীদমক মী অশিবা থিহুনা কোইচৎ চৎলিবগে? নংবু ভুতলা? করিগীদমক ঙরাং শিবা মুপী অহু পোৎলোইবগে?" অঙাওবা। শিরিবা মী অহু ঐগী মুপীনি। কনা অমতম্ম মাবু পোৎলোইবিরোইদোরে হায়বা উহুনা ইথম্বনা পোংলোইগ্রবনি।

মপু। মাগী মপুরোইবা শিখিবা য়াম্না কুইরে। নংস্মু মাগী অতোপ্পা মোংফম শংবা মপুরোইবরা?

খোইদৌ শিকপা রা অসি তারবদা মুপা অহু শাউমনখিবনা মশা অহু থকথক নিকখ্রে. মমিং অনী অহু ইখেং তাবগুম ঙাংখ্রে। ঙংলহুনা হায়রকই—"ভুবন মপা। নংগী নরাম্না লমচিংলহুনা নংগী মোংফম থিবা লাক্লবোইদো। ইচাগী মথরাই মাংহনবা, ইতুবু অরাবা পীহুনা লাক্লবা ঐবু মোংফম মরক্তা খ্বাংমখৈ ফুমহুনা থম্বা, পূন্নমক অসিগী মথক্তা মরাল লৈত্রবী সতীগী মফমদা নংনা মরাল পীবা পূন্নমক অসিগী লম্মন খুম্নগে, নথরাই লৌরগে" অসি হায়হুনা ফিনুংদগী থোরবা থাংশাং অমা পূথোকুনা ভুবন মপাগী থম্মোইদা থুম্না থিংজিনখরে। পাপ চেনবা ভুবন মপা অহু লোংনা হাইথখ্রে।

মফম ইখঙ খঙহোদনা ভুবন মপাবু হাৎখ্রবদা মনাই অহু কিরহুনা মথল্লাই পুহুনা য়ুমলোমদা চেনখ্রে।

পাঠক! অঙাওবা অসি নবীননি হায়বা খংবিররিগনি। মানা খল্লকই—"মফম অসিদা অম্মুম লৈহুনা ফাহল্লসিরা! ঐগী

য়াশক্তি থুংলে। ইখোঙনা চংতুনা ফাহনগে, হৌজিক্তি মতম থরা চাফাত্রি, তাগ্না অমা লাকখিগনি।" অসি খন্দুনা তোর্ব্বান য়াংমদা লৈরিবা অশোংবা নারক অত্নুদা মাগুগ্রে

চেনখ্রিবা মনাই অত্নুনা য়ুমদা পাউ পুন্নমক তমলুরে। ইমুং অত্নু কাংখে ং চাইরে। মনাই-মশলশিং অত্নু মথুত্তা অফং অফংবা পায়ত্নুনা লৈকোল তাগ্না চেন্নরক্লে অমস্নুং ভুবন মপাবু তুত্নুনা লৈবা উরে। মীহাৎপা মী অত্নুদি লৈরমত্রে। পুলিসতা খবর পীখ্রে।

## অঙকপা পাউ

নবীগ্না থম্বালগী অশিবা মশা অত্নু শন্দূক মথক্তা হাপকৎতুনা মৈদা দান তোরম্নগা চৎখিবা মুমিং অত্নুমক্তদা ঙাইহাক্তং লৈরগা নোং য়ায়া কগ্না চুখি। নোংগী ঈশিংনা শন্দুক্তী মৈ থরা থরা চাক-খৎলকপদা মুংথংগ্রে। থম্বালগী মশা অত্নু মৈনা শোকপা ঙমখিদ্রে, খোইদোক্নত্নুম অচোংপা ফি-রোল, হকচাং অত্নু মৈগী মনিম্না লুম্বু লুম্বু শাহন্দুনা হীগা য়ৈবগুম্না ( wet fomentation ) কান্নগ্রে। লাইগী নৌংদমনা করিগুম্বা থবক অমগীদমক রাজেন্দ্রসিংহ কৌবা মৈরে্ত লৈবাক্তা ফাওরবা কবিরাজ অসি শন্দুক অত্নুগী মনাক্তা চৎলমই। মী অমতস্নু য়াওদনা পোৎলোইবগী থোরাং পুন্নমক উবা অত্নুদা ঙক্নত্নুনা শন্দুকলোমদা য়েংশিল্লকই, মসুংদা মী অমা লৈবা উরে, থরা থরা লেঙবগুম্নস্নু তোরে। মী অতৈ অমা ওইরবদি নোংখি-নোং-মংবদা তম্নরে, অশিবনা হিয়াং অথোবা ওনলে অসিনচিংবা খন্দুনা কিত্নুনা য়াত্নরগদবনি মরাইবক থীরগা অত্নুম লায়না ওইখিত্নুনা শিগদবনি তৌইগুম্বস্নুং পুকচেন তপলবা রাজেন কবিরাজনা মহু তৌদনা চংশিল্লকতুনা মী অত্নু মশা পায়ত্নুনা য়েংবদা মিত্নল লৈরনি; মরম অসিনা চিংনবা লৈতনা হৌজিক ফাওবা হিংলি হায়বা খঙলে। অনাবা অত্নুগী মশা পুন্নমক য়েংবদা করিগুম্বা

অকি-অথং অমদগী রাম্বতুনা মতম খরা শিরুবগুম তৌরুরে হায়বা অতুসু খঙলে। নিংথিনা লাইয়েংলবদি অনাবা অতু কল্লকখিগনি হায়বা খঙলে। মরম অসিনা অনাবা অসি ফননবা লাইয়েংগে হায়না রাজেনগী মপুক্ত লেপখ্রে। মৈতৈ কবিরাজগী মরক্তা অয়াম্বগী অসিগুম্বা মগুণ অসি লৈ। অরা-অনাবশিংগী ইমুংদা কনাগুম্বা অমা নারবদি শেঙ্গ ইলৌ লৌদনা লাইয়েংবি অহিং নোংশোইবা লেকতুনা অনাবা লাইকয়ে; অসিগুম্বা থৌজাল অসি জাং অতৈগী কবিরাজশিংগী মরক্তা খগা তাঙই।

অহিং থেংলক্লবদা রাজেন্দ্রা গাড়ী অমগী মথক্তা হকচাং অতু গপকৎতুনা ময়ুমদা পুরক্লে অমসুং হিদাকলাংথরুচিংবা পিজতুনা অমসুং মরী গুতুনা *লুমিং খরগী মনুংদা অনাবা অতু খরা খরা ফরক্লে। রাজেন্দ্রসু থম্বালনসু অথুম্বা রা অসি কনা অমত্তবু খঙহনখিদ্রে। কনাগুম্বনা হংলগা শাজেন্দ্রা খুমই। "ঐগী শাগৈগী মী অমনি, নারতুনা লায়েংগে হায়তুনা লৌরুরিবনি।" খরা খরা ফরক্লবা মতমদা তুবন মপা শিদ্রে হায়বা তাবদা থম্বালগী পুক্লিং খরা লুংঙাই তৌই-হন্বসুং মপুরোইবগী পাউ মঙ্কম খঙখিদ্রবদা লুমিংচুম্বা মপুক্লিং ঈরারা-তুনা লৈখি। রাজেন্দ্রা লোন্না নবীনগী মরী মখোঙ খিবা হৌরক্লে।

## লুহোংবগী থৌরাং

বীরেম অমসুং ধীরেন মরুপ অনী অসি কলিকাতা বিশ্ববিদ্যা-লয়গী এম, এ, উপাধি কংলহনা মরৈবাক্তা থোরক্লে মখোই অনীগী

---

*মরী গুবা হায়বা অসি মৈতৈ লৈবাক্তা মতমকুইনা চংনরক্লবা লাইয়েংবা মখল অমনি। Typhoid, Appendicitis অমসুং Intestineগী অপোম্বা, লায়না কয়ামরুম অসিদা মরী গুরবদি খুদোং থীবা ফংবা য়াই। লায়না অয়াম্বদি পুকগুবনা কাম্নবগী খুদমসু ফংই। মসি Abdominal massage মখল অমা ওইরমাক্লে নিংই। মসিগী তত্ব শিজিন্নবা য়াম্না কাম্নবা থবক অমা ওইগনি।

ঙিংচৎ থুনা মৈতৈ লৈবাক্তা শন্দোকঞ্রে। মীওইবনা মহৌশানা মহৈমশিং হৈবা মীদা মচা নিঙোল থাজনিংই অমসুং ইনাককৈরাক খুনবা অচৌ-অশাংগী মচামসু লৌজনিংই। মরম অসিনা ইনাক-খুনবা রাজেন কবিরাজগী মচানুপী অনী লৈবা অতু অহন্না বীরেন্দা অতোম্বীনা ধীরেন্দা থাজঞ্রে। অহল মশেলমক্তা রা লোইনখি। লৌগদৌরিবা অমসুং লৈগদৌরিবা মীগী মপাউ থোইদোকপা তান-খিদে। লৌগদৌরিবা মীনা মখোইনা লৌগদৌরিবা নুপী অসি ইনাকখুনবা নুপা অমগী মচানি হায়বমখৈতা মখণ্ডই, লৈগদৌরিবা মীনা লাইরিকহৈবা নুপাদা লৈগদৌরি অসিমখৈদা মখণ্ডই। লমচৎ করম তৌবা, পুকচেল করম তৌবা, করি করি মগুণ চেনবা থোই-দোকপা খঙনখিদে। মতুংগী নুমিৎতা বীরেনগী লুহোংবা লেপনঞ্রে।

ইনাকখুনবা রাজেন্দ্রসিংহ কবিরাজনা মতিকচাবা বর ফংলবদা মপুক্লিংদা নুংঙাইবা অমসুং অপাম্বগা লোয়ননা লুপা য়াম্না চংনা লুহোংবগী থৌরাং তৌঞ্রে। মণ্ডপ নিংথিজনা থনথরে। মচাগী অউলপোং মশীং নাইদনা পৈতুনা থমখরে। ফম্নাই-ফানইবা, অঙম-অথৌ, কৈরোই-লৈকাইগী মী পুম্নমক্তা বাত্তর্ন থাঞ্রে।

বীরেন অমসুং ধীরেন অনী অসি রা অসি হরাও হরাও য়ানিং-খিবরা? ধীরেন্দি মাধবীনা মতমকুইনা ময়ুম থাদোক্নুনা চৎঞ্রে হায়বা তারবদা মাগী আশা তৌবা কান্নররোই হায়তুনা লুহোংবদা য়ানিংবা উংথরে।

লুহোংগদবদি হয়েংনি। বীরেন্দি করি খল্লি? লুহোংবা অসি মপুক্লিংনা য়ারবরা? উরীরৈবু খক নিংশিংব্রবরা নিংশিংদবা নত্তে,—তৌইগুম্বসুং শশীদা লৈঞ্রে হায়বা চিঠি ফংবদা উরীরৈবু হঙ্গোইখিবনা মাগী রা করি অমতা হংবা লৈখিদ্রে, শাউনিংবনা মাগীদমক জেলদা লেঞ্রিবা চান্নরবা মরুপ শশীগী রাসু করি অমতা হংবা লৈখিদ্রে।

বীরেন অসি অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা হায়বা ইনবা মরম ওকপা অঙাংনি হায়না ঙাংনরক্লিবনি মরম অসিনা হোয়স্নু হায়দে মাইস্নু হায়দে তুমিন্না লৈ।

ভারত্তা ফাওখ্রিবা অচৌ-অচৌবা মীশিংগী জীবন চরিত পারুরবদি অঙাং ওইরিঙৈগী মতমদা লমহেনবনা অয়াম্বনি। অঙাং ওইরিঙৈদা মরম ওকই 'ভক্তি ব্যবহার ফজে' হায়না মীনা থাগংনবা অঙাং অহু হয়েং চাওরক্লবা মতমদা মহাক্কী 'মরম ওকপা' 'লমচৎ ফজবা' হায়বা মিংচৎ অহু মাংহন্নিংদবনা মনিং মখা তৌনা করিগুম্বা থবক অমতা তৌবা ঙমদে হায়বদি মুপা থোক্লা থবক তৌবা ঙমদে। 'মরম ওকই' 'লমচৎ ফজে' 'পাশ য়াম্লা তৌরে', 'সার্টিফিকেট' য়াম্লা ফংলে হায়রবদি চাকরি ফংননবগীদমক্তি য়াম্লা ফৈ করিনা হায়ববু মীগী মখাপোম্না থবক তৌগদৌরি অহুগা সমাজগীদমক্তি কয়া কান্নদে, মরম অসিনা তুংদদি কান্নগদবা হৌজিকমক্তি মীনা থীনা ঙাংনগদবা অসিগুম্বা থবক অমতস্নু, হৌজিক হৌজিক্কী মিংচৎ পাম্লিবা মীশিং অহুনা খক তৌথোকপা ঙমদে। বিধবা বিবাহ শেমগৎলকপদা ঈশ্বরচন্দ্রবু মীনা কয়া থীনা ঙাংনখ্রবা অমস্নুং চৈখ্রবা! অহুবু ঈশ্বরচন্দ্র অহু হৌজিক হৌজিক্কী মিংচৎ পাম্বা মী ওইরমদে, তুংদা সমাজগীবু খরা কান্নরবদি মাগী মপুনশিগী মনুংদা অরাবমখৈ থাংগে হায়না নিংখি। মিংচৎ মাংহন্নিংদবা মীশিং অহুগী মপুক্লিংগী অফবা রাখল পুকনুংদা মাঙখ্রে, মীনা থীনা ঙাংনগনি খন্দুনা পুন্সীগী তৌগদবা থবক্কী অনৌবা ময়োল চোংলকপা অহু পুকনুংদা কংহুনা মাঙখ্রে,—মীনা য়ানবা চংপদা, ফিনা শাবা লাইফদিবীগুমখ্রে, অরাতীলগুম্না লৈহন্নিংবা মাইকৈদা মমাই লৈখ্রে। বীরেন হায়বা অসিস্নু 'হায়বা ইনবা' হায়বা উপাধি ফংবা অঙাং অমা ওইরম্বনি, অফবস্নু হোই, ফত্তবস্নু হোই হায়বা মাগী শরুক ওইরম্বনি. তৌইগুম্বস্নুং এম, এ, পরিক্ষা থারুরবা মতুংদা মাগী পুকচেল অহু

হোংখ্রে —অচৌ-অচৌবা মীগী জীবন চরিত পাবদা অমসুং আলোচন। তৌবদা মাগী পুক্চেলসু খরা চাওরক্লে—মচুম্বা থবক তৌবদা কয়া ইকাইবা পোকত্রে,—মীগী চিরোল তাবা লৈখিদ্রে,—মীনা নোক্নবা ইকাইখিদ্রে,—অফবা থবক্তীদমক মথরাই থাগে হায়না লেপখ্রে।

রাজকুমার বীরেন্না নিঙাই ইতৌ তৌদনা লুহোংবদা য়াখ্রে হায়বা অসি তারবদা শশীগী মরুপ অমনা বীরেনবু অচিকপা মফমদা কৌথোক্লুনা হায়রকই—"রাজকুমার! ইংরেজী বিদ্যাতম্বগী মগুন্না মরুপকী তৌবিমল, মুংশিবা, অরাবা পুম্নমক পুমকাউ কাউথ্রবোই! নংগীদমক শশীনা বন্দী লৈখিবা, নংগী অরামৈচাক থাংবা ঙমত্রহুনা উরীরৈনা মফম খঙদনা মাঙখ্রিবা অসি পুম্নমক অসি করি অমত্তা খঙ্গ্রবোই।" বীরেন্না ইঙক ঙক্লহুনা মাগী তুংদা থোকখিবা থৌদোক পুম্নমক শন্দোক্লা লীহন্দুনা তারে মাঙোন্দা পীরকপা চিঠি অহু থাঙ্গৎশেংনা ভুবন্না শেম্বা জালনি অমসুং মাবু ইকাইহন্দুনা মরৈবাক্কা থোরক্লনবা লৌশিং তৌরিবনি হায়না নুপা অহুনা তম্লে। অহুতম্ নত্তনা ভুবন্না মহাকপু (বীরেনবু) ঙমখে লৈতনা ইকাইবগী মশক ওইরবা থবক অমদা লংথগদৌরি হায়বা অহুম্ মরুপ অসিগী মচিন্দগী তারে। উরীরৈগী অরেপ্পা পাও খংখিত্রবদা বীরেনগী পুক্লিংদা ঙমখে লৈতনা রাখ্রে। মফম অহুদা ফম্বা ঙমলকত্রহুনা মথন্নত্তা চংথোকখ্রে।

## উমংদা—উরীরৈ

কোচিন হায়বা অসি কাঞ্চীগী মমুংদা লৈবা শোংলবা উমং অমনি। উমং অসিগী মমুংদা উরীরৈনা উমং লাইরেম্বীগী মশক লৌহুনা মওং থুপ্না লৈরি। করি করিগুম্বদা শাতানবনা তাল্লক্লবী শক্তি অমোমগুম্না মমিং তথক তথক্লা তুংহন্নবা য়েংই,—করিগুম্বদা

মুংশি মৈচাক খাংবা ঙমদ্রবুনা মালেমথক্তা ওন্না-থোইনা কপ্লি, করিগুম্বদা লাংদগী নাম্বোক্লুনা পাইরক্লবা তেনরাগুম মুংশা থবেং থবেং হোল্লি,—করিগুম্বদা চীংমুংগী তাম্নাগুম্না মথম্নতা উখোং-রাখোংনাক্তা রাসমণ্ডল মপান্দা, লৈহাউ লৈরেন পাম্বী মখোঙদা ফমদুনা খোঞ্জেল নেম্না ঈশৈ শক্লি, —

"চাক্লিবা লৈম্রেসে অথাপ্পা চীংদা
মুৎচখিগনিকো মথম্নতা !
অহিংতাংলো থেংজিল্লকতুনা
তারক্লগা নোংদোন লিক্লা।
লৈম্নেদি, লকামুংদা চাকপা
হেনগৎলকই মৈচাক ফবা !
অহিংতাংলোনা থেংজিল্লক্লগা,
নোংদোন-লিক্লানা তারক্লগা
অচৌবা রাসমণ্ডল পুথ্রী অসে
লু-হেন্দ্রবমু মচৌশাগুম্না
চাক্তারবি ঙামুথঙ্গোংনা
মুমিদাংবাই য়োরে হায়দুনা।
মুংশি মৈচাক্লা কংশিল্লক্লবা
ঐগী পুক্লিং-পুথ্রী মমুংসিদা
পাইরকখিগদ্রা ঙামুথঙ্গোং
চাক্তারখিগদ্রা অমুকহন্না ?
মুংশি মৈচাক্লা কংশিল্লবা,
ঐগী পুক্লিং লৈকোল মমুংদা.
চোংলকখিগদ্রা ময়োল অনৌবা
য়েক্লিং হুনবা মতম য়োরকপদা ?
মিৎনা য়েংজনিংবা মঙায়রে
মাইথোং থম্বালদি উদরে !
নাকোংনা ঙাইজবা মঙাইরে,
মুংশি-নপাউদি থুংলদরে !"

ইশৈ ঙাইহাক শকলুরগা লৈহাউ লৈরেন পাম্বীগী মখোংদা চংলক্লে হায়রকই—"হে লৈহাউ লৈরেন পাম্বী! নংদি অরাংবা উপালনি, পাম্মুববু উ-লাকপ্রা? নংস্থু ঐগুম্না লাইবক থীরবীনি; ঐহাক্না খুল্লক্কী অত্যাচার খাংবা ঙমদ্রবুনা নারক্তা চেল্লকপা অসিগুম্না, নহাকস্থু মীরক্তা শাংলবদি নশা থুদেকনি হায়না কিবুনা চীংয়াদা অচিকপা লমদমদা শাংলরিবনি। "নংনা কনা লোৎতুনবু কদাইদগী হিংগদগে,—নশক্না নংগী লাংনি, ননম্না নংগী য়েক্রবনি। মালংবা অসিস্থু নংগী য়েক্রবনি।। ঐগী পাউ অমতং পাম্মুবদা তম্বীয়ু হায়-রবদি থোঔইনা তাবিদে অদুগা লোৎতুনা লৈজরিবা লৈহাউ নংগী মুংশিবা লৈনম হুমখিজুনা মী থুদিংদা নংগী লৈকম তাকলুরে।) লৈনম মুংশিবদি খঙবা পুক্লিংগী মুংশিবা রাদি খঙদবা কাঞ্চী পাখং-শিংনা নংগী নশা থুদেক্লরগনি অপোম্বা লৈ হেক্লরগনি।"

অদুদগী রাসমণ্ডলগী মপাল তান্না লাক্লে, কপ্না কপ্না হায়রকই—"হে রাসমণ্ডল! মতম অমদা য়াম্না লুরম্বা অদু হৌজিক্তি করি তৌদুনা অস্থুপ মোংলবগে? কাঞ্চী লাইরেম্বীগী অরাবা উদুনা নংস্থু অরাবা ফিজেং শেংলবরা? নংগী ইংলবা ঈশিংনা ঐগী লকাম্নুংদা চাক্লিবা মৈচাক অসি অমুক্তা মুংহনবিয়ু।" অসি হায়দুনা মশাদা ঈশিং খুজোক খুজোক চাইখংলে।

অম্মুম তৌরিঙৈদা লম্বীময়াদা মুপামচা অমা বার্তন পুদুনা চংপা উই। মুপামচা অদুবু কৌরদুনা হায়রকই—"লম্বীচংপা ইবুঙো! নশাদি চোকথরদুনা কাঞ্চীরোমদা নমাই ওনশিন্দুনা করি খল্লিবগে? লোও কাঞ্চীগী মহৌশাগী নিংথিজবা অমুক্তা য়েংলখো, মহৌশাগী কোম্নুং অদু অশেংবা নারক ওইগ্রে হায়দুনা নপুক্লিংদা কিগনু; অমুক্তং চংলকতুনা য়েংউ, অচিকপদা শান্তি লৈ হায়বা খঙগনি। অহানবদা রাসমণ্ডলগী লুরবা লাইফদা থৈবোং-হৈনৌ-হৈজাংগা লোইননা চীংগী মমি তারিবা অসি উগনি, খরা চংশিন্দুনা

মনা পুংলবা হৈনৌ মখোঙদা ফমউ, ইশং শংনা হৌঝিবা তিংথৌ মথক্তা ওাইহাক্তং পোথাও। রাসমণ্ডলগী ইংলবা ঈশিং মরিক্লা চোৎলবা, কাক্চৌ লৈহাও লৈরেনগা থেংনহুনা মনমমুংশিরবা মখা-রোমদগী শিংলকপা মুংশিংনা নংগী হুমাং শৌবা কোকহনগনি। উনা অপুংবা মরক্তগী খোংলকপা চেক্লাগী মুংশিবা খোঙ্গেল তাবদা নংগী অরাবা কোকনি। পুশ্রি মমুংদা, খোইমুনা নৈথৎলবা থম্বালগী লৈনা কেল্লকপা উবদা মিংফম হোংবা য়ারোই,—মহ্ পূম্নমক য়েংলগা থল্লু মসি মহৌশাগী কাক্চীপুরনি।

রা কয়ামরুম অসি হায়রুরগা মুপামচা অহুদা হংলকই—"ইবুং,ঙো নংদি কদাইদা চংকগে? কাক্চীগী অনৌবা পাউ করি তাবগে?" মুপা মচা অহুনা খুমই,—"হন্দক্তা লাইরিক তম্মুবদগী থোরকপা রাজকুমার বীরেন অহ্ রাজেন কবিরাজগী মচানুপীগা হয়েং লুহোংগদৌরি অহুগী বার্তন তৌবা চংলিবনি। কাক্চীগী অনৌবা পাও থোইদোকপা তাদে। ঐনা তাবা হাযবমক্তবু উরীরৈ কৌবী মুপীমচা অমা ডাকুশিংনা কাহ্না মাঙহনগ্রে, অমসুং মহুগী রাবনা মাগী মমাস্থ শিগ্রে অহুগা ইনাকখুনবা ভুবন মপাস্থ অঙাওবা মুপা অমনা হাংগ্রে অসিমখৈতনি।" অসি হায়রগা "থেঙগ্রে" হায়হুনা থুনা য়াংনা চংগ্রে,—উরীরৈদি মরু ফুরুবা লকু পাম্বীগুম্না লৈমাইথক্তা রাম্বগ্রে।

থাংবা কনবদা লৈপাক্তা মান্নরবী উরীরৈনি। চাদ-থক্তবা থাওবা ওমই-শেংপা চাবা মনিংথুংদবা থাংবা ওমই, মুংশিহৈতব-শিংগী অত্যাচার থাওবা ওমই। মানা থাওবা ওম্মোইদবা হিরম অনীদং লৈ,—থাংপোকশংদা মথল্লতা লৈহৌরবী মমা শিরে হায়বা পাউ অমা অনমুং বীরেন্না মাবু হুন্দোকহুনা অতোপ্পা অমগা লুহোংগ্রে হায়বা পাউ অমা। অসিগুম্বা পাউ অনী অসি পুল্লপা তাবদা ব্রজনা মকোক্তা তাবগুম্না নিংশিংবা লৈতনা রাম্বগ্রে।

ঙাইহাক রাম্বরুবগা উরীবৈ লৌশিং তারবুনা হৌগৎলক্লে। অরাবা চিংনবা; পুক্লিং মুংশিবা, মুংঙাইতবা, মিহৌবা অসি থিবিক্লা পুল্লপ্পা তিন্দুনা মাগী থম্মোই অহু রামৈ চাকপগুম্না ওমচাক্লখরে। অস্নুক য়াম্না পাক-চাউরবা সংসার অসিদা মাগী মিকুপ অমতগী লৈফম লৈখিদ্রে। উকুল মরিক্তগী হৌহুনা তাইবংপান্নবগী পোং পুম্নমক, জীব পুম্নমক মাগী মিচং অমতা য়াওদ্রে হায়না খনখরে থক্লকই—"মুপা ওইবা ওয়্হোক্লা মুংশিহৈতেদো! মতম অস্নুক কুইরবা অসি মাগী খুয়াতবু নিংজহুনা লৈজরবী ঐহাক্নি,—তুম্বা হিম্না-চাবা থাদোক্লবিনী, অহিং-মুংথিল মিকুপ পুংজা থুদিংদা মাগী চেংলৌ শকফম্বু নিংশিংজবতনা ঐগী পাক্লল ওইজরিবনী, করম্বা মতমদা মাগী মাইথোং-থম্বাল উগদগে হায়হুনা ঙাইজরিবী, ঐবু হন্দোকপিহুনা অতোপ্পা মুপী অমা লুহোংগে নিংগ্রবোই। মাগী অরামৈচাক খাঙগে হায়বগীদমক পল্লেম ইমামকপুম্নু হন্দোক্লয়ে, ঐবু খাইনবগী রাবনা মথক্লাই থাগ্রবী ইমানি।"

আশানা লৈরিঙৈগী মতমদা মীওইবনা মথন্নতা থক শিবা ঙমদে, আশা লৈত্রবদি মথন্নতা শিজবগী অপনবা লৈতে। নহালমখৈ উরীবৈ আশাগী মপাম্না হিংহুনা লৈবা ঙম্নম্মি, হুজিক্কি মাগী আশা ময়োল তেকপদা নত্তনা মরু ফাওবা ফুকপ্রে, মরম অসিনা উরীবৈ শিরগে হায়না থক্লক্লে। "ইপা ইমাগা খাইনরবা, নিংজরিবা লাইনা চানবিদ্রবা ঐগী পাপ চেনবা হকচাং অসি পুহুনা তাইবংপানদা পানবগী করি কান্নগনি। হে রাসমণ্ডল! নংগী ইংলবা গর্ভদা চোংথহুনা ঐগী চাক্লবা থম্মোই অসিগী মৈচাক মুৎলগে" অসি হায়হুনা রাসমণ্ডলগী মমুংদা কুমথরক্লে, অরুবা ময়ায়তান্না কুমথখিহুনা ঙকশমফাও ঈশিংদা লুপপ্রে, মাইথোং থম্বাল অহু শাংকাইবা থম্বালগী মরক্তা তিনগ্রে। "হন্দকী মপোক্তদি মাগী খুয়া ফংদ্রে, হয়েংমুকী মপোক্তা ফংজগে" হায়হুনা মমিৎ উইশিন্দুনা মুমিৎ কৌবা

লাইদা। স্তুতি তৌবা হৌরক্নে।

পঠক্‌! মতম কুইনা অরাবতা শরুক ওইগ্রবী উরীরৈ অসিবু অমুক্তা নিংশিংবিয়্ব। লাইরিক অমতং পাবদা, রারী অমতং তাবদা, মশক য়াম্না ফজরবী মুপী লৌশিং য়াম্না শিংলবী, মচৈ য়াম্না হৈরবী, ইনাক য়াম্না খূল্লবী মুপীমচাশিংগী রারী পাবা অমসুং তাবা কংই লম্বী চংপদা মীমা রারী শানৈ। ঐখোইগী উরীরৈ অসি অত্তুগুম্না মীতা থোক্তে। মশক ফজত্তুনস্মু মতিকচাবা ফিজুং-লৈতেং রাংপনা চনাং মরক্তা হৌবা থরোগুম্লবীনি,—ওংদা শাদা ফজত্তুনস্মু চাদ-থক্তবনা ময়াং কংলবীনি,—থাগুম্না নিংথিজবা মাইথোং ওইত্তুনস্মু অন্না মৈচাক্লা মাইহিং কারবীনি। মাগী হুম্না য়েংবদা কনাস্মু লৈত্র-বীনি, মপা মমা লৈত্রবী মবুং মপন্না লৈত্রবী, লৈরবস্মু মফম থংত্রবীনি। মিংকী পি শিস্থবতনা মাগী পূন্সীদা পোথাবস্মু ওইগ্রবনি, মরম অসিনা ঐখোইগী উরীরৈগী রারী অসি পাবদা "করি কাম্নগনি" অস্মুম্না থনবিবা য়াই, অত্তুম ওইনমক তাইবংপানবগী মুপীমচা পুম্নমক শকুন্তলাগী মতৌগুম্না মশক ফজবীঙাক নত্তে,—সাবীত্রীগী মতৌগুম্না অচৌবা নিংথৌগী মচাঙাক নত্তে,—ভিক্তোরিয়াগী মতৌগুম্না পোক-পদগী শিবা ফাওবা মুঙাইগ্রবী নত্তে, তাইবংপান অসি অন্না-অনংবনা পিকথল্লি। ঐখোইগী উরীরৈ অসি লাইবকথীবীশিংগী মরক্তা লময়োনা লাইবকথীরবী অমনি; শঙ্গু শঙ্গু পাইরিবা উচেক মরক্তগী অমতং চিথহৌরবী উচেক লাংমৈগুম্বীনি,—উপাংদগী মুংশিংনা হুমদোক্লবী, উরীগুম্বীনি, চীংমুংমামুংদা মথন্নতা খোংজরবী তাম্না-গুম্বীনি,—অশেংবা নারক্তা মথন্নতা শাংচরবী কেতুকীগুম্বীনি,—মশামরেং পান্দ্রবী, কালেন-মুংশা থাংজরবী, নোংজুথাগী নোং নংলবী লৈপাকলৈগুম্বীনি মহাকী মরল ইরৈলৈতবদি নত্তে;—উপালগী মতৌগুম্না ঙাকপিহৈরবীনি, লৈবাকী মতৌগুমনা থাঙবা কল্লবীনি, তুরেনগী মতৌগুমনা পুকচেল অনী লোংত্রবীনি। মুপীমচা ওইবগী ঐখোইনা পামজবা মরলস্মু অত্তুতনি।

# চীংখোংগী দৃশ্য

বীরেন্না, মুমিদাংন্নাই য়োরক্লবা-মুংশিংনা লিরি লিরি শিংলকপনা নৌনা চোংখংলকপা হানৌশিং অহু লেং লেং চংপগুমনা উরক্লবা, মুমিং ভারমদাইগী সনা মানবা মশেক্লা উতোন-ন্নাতোল পুম্নমক ইলং লংহল্লবা মতম অসিদা মাগী অঙাং ওইরিঙৈগী লাইরিক ঔরাইকম চীংয়াগী লমদম অহু য়েংগে হায়হনা মাইকৈ অদোমদা পাংলক্লে। মতম কুইনগী তুংদা হৈবোকচীংগী শান্নরম্বা, শশীনা মাবু খংহনখিবা, লৈগী উরী মরক্তা উরীরৈ মাধবী লৈরম্বা অসি খিবিক নিংশিংঙ্ তুনা মপুকনিংদা থোইদোক্লা ন্নাশ্রে। মতম কুইনগী মমাংদা থোকশ্রবা থবক, অমুক্তং য়োক্লরবা থাপ্লা লৈহৌরবা লমদম, লমদম তামনা লৈহৌরবা অমুক্তং কাক্লরবা চীংগী চীংদোল, অচিকপদা অমুক্তং উনশ্রবা মরুপ, অসি খিবিক নিংশিংঙ্ বদা পুক্লিংদা অরাবগা মুংশিবগা য়ান্নবা ন্নাখল পোকই,—অহুগুম্বা ন্নাখল অহু লাক্তুনা বীরেনগী মপুক্লিং থোইদোকনা ন্নাশ্রে।

বীরেন্না খল্লকই,—অঙাং ওইরিঙৈগী মতম অহু কয়াগী মতিক মুংঙাইরম্বা! লৈকোল খুদিংদা চেন্দুনা, পাংকী ঈশিংদা ইরুপতুনা, উরীমরক্তা লোংতুনা শান্নরম্বা অহু কয়াগী মতিক মুংঙাইরম্বা! পাংকী থন্নো-থমচেং হেকতুনা, চীংদা হৌবা হৈপালগী অমুনবা উহৈ থিন্নুনা চাবদা কয়াগী মতিক হাউরম্বা। লৈকোলগী লৈ হেকতুনা লৈগী দোলায় শাবদা কয়া হৈরম্বা! হৌজিকসু হান্নগী লৈকোল অহু অহুম মরৈ, পাং, উমং, হৈপাল, লৈপাল অহুম মরৈ, উহৈ-ন্নাহৈ অহুম মপাল্লি, অহুবু ঐগী পুক্লিংদা অমতম্ন য়েংনিংন্ত্রে অমতস্ন চানিংন্ত্রে মাইকৈ মরিমক্তা মশীং নাইদনা পোৎ-চৈ তাহনা লৈনমক ইমিত্তা ইহাঙ হাঙবগুম্না উরে। লৈকোল অসি ঐঙোন্দদি লৈকোল নন্ত্রে,—মোংকম্নি; পাকচাউরবা লল্লাং অসি লল্লাং নন্ত্রে, —মরুভূমিনি; লৈনমগা লোয়ননা শিংলিবা মুংশিং

অসি অইংবা মুংশিং নত্রে —মরুগী অশাবা মুংশিংনি। উহৈ-রাহৈ অসি চাবা য়াবা উহৈ নত্রে,—হুগী উহৈনি। ইস করিনো? প্রকৃতিনা ঐগী য়েরুবা ওইপ্রবরা? য়েংউ য়েংউবা পোৎনা ঐঙোন্দা অন্নাবা পীরে। খঙলে,—মসি পূন্নমক যৌবনগী চিন্তা যৌবন হায়বা অসি খুদোংথিন্নবা মতম্নি।

য়াচংবা মতম য়োরক্লদোরে। চীংগী চীংদোম্না মুমিংপু লুম-শিনখিহনা চীংখোঙ অহু উরুম খন্না খন্না লাংলক্লে। শল, শগোল, হামেংনচিংবা য়ুমশা শক্তিক চারম্বা থাদোক্তুনা ময়ুমলোমদা মম্বাই ওক্লে। মকাকল্লা শাংলম্বা খরো, থম্বাল খরা খরা ওমশিনবা হৌরক্লে। চীংগী উহৈ-রাহৈ থিহনা চারম্বা উচেক-রায়া পরেং পরেং পাইবা হৌরক্লে।

বীরেন্না মপুক্লিংদা মওল মওল খন্দুনা মাইকৈ কদোমদা চৎকদগে মকম ইখঙ খঙদনা, রাসমণ্ডলগী মপাল য়োরক্লে অমমুং শাংকাইরম্বদগী খন্না খরা উমশিল্লকপা থম্বাল চামনিপাল মরক্তা মিং উইশিন্দুনা লাই খুরুম্নিবী উরীরৈগী মাইথোং থম্বাল অহু উক্লে। খল্লকই—"তাইবংপাল অসি অনৌবা তাইবংপান অমা হোংল-বোইরে,—মহৌশাগী রাসমণ্ডল অসি হৌজিক্তি ঈশিংগী থম্বাল অমমুং কংকালগী থম্বাল অনীমক পুন্না শাংলবোইরে!"

মতম অহুমক্তদা "ইতা ইবেম্মা। থম্বাল হেক্তুনা মূর্খ্য পূজা তৌগে থৌরাংবদা নশামক্লা থম্বাল ওইহনা অরুবা ঈশিংদা তাউগ্র-বোইরে। ইতা ইরাক্লরে। কনা কনা লৈবগে ইতাগী মথল্লাই কনবিম্নু, ইতাবু লোথৎপিম্নু।" অসি হায়হনা মুপীমচা অমখক্লা পুত্রী মপান্দা ক্রিং ক্রিং চোংলরে। বীরেন্না "থম্বাল নত্রে, মী ইরাক্লবা ওইরবোইরে" হায়হনা পুত্রী ময়ায়দা ঝম চোংথগ্রে অমমুং ঈরাক্লরিবী মুপীমচা অহুবু পমহনা পুখৎলক্লে। লাইগী নোংদম অসি ওম্মোকপনিদা! মী অতৈ অমা নৎলমগ্রে,—উরীরৈ ওইরম্লে!

পাইরক অহুদা লাউরম্বী মুপীমচা অহু খঙহৌদনা মাঙগ্রে। পুত্রী মপান্দা পুখৎলক্লবা মতুংদা, শাবী-শানৌ অনী অসি ইথাথাজদনা

অমুকহন্না উনরবদা মুংঙাইবগা মুংশিবগা য়াম্নখিহনা ঙাইহাক্তুং রা ঙাংথোকপা ঙমখিদ্রে। মতৌ অদুগুম্না ইহানহানবদা ইথাথাজদনা চীংয়াগী লৈকোন্দা অমুক উনখি, অমুকসু ইথাথাজদনা বাক্নীগী চীংথক্তা লম্মৈ মরক্তা উনখি। বীরেন অদু হৌজিক্তি কুইনা তুমিন্না লৈবা ঙম্লক্তে, "উরীরৈ, উরীরৈ কাঞ্চী লৈকোনগী উরীরৈ। ঐগী পুক্লিং লৈকোনগী উরীরৈ! ঐগী ইরাল পুম্নমক ঙাকপিয়ু। নংনা ঐগীদমক থাংগ্রিবা অরাবা পুম্নমক থলুবদা ঐগী থম্মোই অসি তানা থিনবগুম্না য়াঞ্জে। লাও, নংবু পমদুনা ঐগী মৈচাক অসি মুংলগে" অসি হায়দুনা উরীরৈবু মতম্বাক্তা পমখংগ্রে। উরীরৈ অসি হৌজিক্তি মহৌশাগী ইকাইথিবা নংলক্তে, পিদি তরংতক্তুং শিন্নহনা হায়রকই— "অথৌবা! নহাক্না হৌজিক ফাওবা ঐবু কাউবিরমদ্রিবা অসিনক্তনা ঐগী অরাবা পুম্নমক কোকপ্রে। মপোক অসিগী মুপীমচা ওইনা পোকপগী মহৈ য়াম্লে। হৌজিক্তি চংলো চংলো অথৌবা! পুক্লিংনা লৈতাবা মুপীগা লুহোংবিরুরো; বর বাত্তুর্নগীদমক ঙাইনরম্নগনি; ইবুংঙো ইবেম্মা অনীমক্কী মুংঙাই য়াইফনবগীদমক ঈশ্বরগী থুয়াদা পুক্লিং হকচাং অমত্তা ওইনা থুরুমজগে; হৌজিক্তি লাইবকথিবী ননাওদি ব্রহ্মচারীনি ওইদুনা কোয়চং চংচপ্রগে। হয়েংতা লুহোংগদৌরিবা মুপাগী মতম্বাক্তা ফম্বা ইতিক নত্তে।" বীরেন্না করি খুমশিবা মফম খঙদ্রহনা উরীরৈগী পাক্লবা লাইবক অহুদা হন্না হন্না চুপপ্রে। ইস বীরেন! করিগী পাউখুমনো? এম, এ, পাশ তৌরকপদি অদুগুম্বা য়াহং থেংনরক্তবরা? করিগী মতিকচাবা পাউখুম খুম্বা ঙমদ্রবগে?

## অঙকপা লুহোংবা

মতমচানা রাজেন কবিরাজগী ময়ুমদা বার্ত্তনফংলবা অহল্লম্মন, লৈকোক-লৈকাইগী মুপীনহা, লৈমাশিঙা ঙাম্নমক থুংলয়ে অমসুং মী

থুদিংমকপু মাগী মাগী মতিকচাবা সম্মান তৌদুনা মকমচানা কম-হুনখ্রে। মুপাপালা হৌখ্রে।

অসোমদা বীরেনস্থু বরগী ফিজেৎ শেতুনা যাত্রাগী থৌরাং তৌখ্রে। ফিরুকপুবী, কবোক হৈবোক পুবী, হৈ-রা পুবা অঙাংশিং খঙন-চানবা মরুপ-মপাং, বরগা লোইননা পাথংশিং অসি খিবিরা কাঞ্চীগী লম্বেল অদু ক্রক ক্রক ইন্নবা যাত্রা তৌখ্রে। মতম অসিদা লম্বীগী নোংচুপথংবা মাইকৈদা চীংয়াদা লৈরিবা উমং অদুদগী খুরবা লম্বী অমগী মতুংইন্না ফিরুক পুবী ময়াম পরেংশানা মরীমরী থোরক্লি, থাপনা উবদা ককচেংনা মরুম পুদুনা পরেংশানা লাকপগুম্না নিংথি-জরি। অকোনবগী খুৎপু অসি মথংশিংনা চংশিল্লকতুনা বীরেনগী খুৎপুগা তিন্নখ্রে। বীরেনগী কাংবুনা হংবদা অকোনবগী কাংবুনা থুমই। "—বীরেন্না মাগী মরুপকীদমক পোৎয়েংলিবনি!" মীয়াম পুন্নমক অসি লুহোংবগী মাওপতা থুংদুনা মতিকচাবা সম্মান কংদুনা মকমচানা কয়খ্রে। হৌনবী মতুংইন্না বরগী দেউটিনচিংবা ওকখ্রে।

মতাং য়োরক্লদুনা বর অসি শামুলমশাগী মতৌগুম্না তপ্না তপ্না থাংদুনা লুংহোংফাল মথক্তা কমখ্রে। ধীরেন্না মরুপকীদমক সেবা চংখ্রে। মতম অদুদদি মীয়াম পুন্নমক অদু থবক য়াম্না চিন্নখ্রে। খুৎয়েৎনা পানা লৌই, ওইনা ঙাম্বক পায়, মিৎনা বরদা য়েংলি, চিন্না অচাপোৎ লৌরি। পানবু লৌশিন্না, হিদাকপু থকশিন্না, বরবু নোক্লগত্রা মরাংমরাং তৌনখ্রে। বর অসি মিৎকম নাম্থোকখ্রনি হায়বগী মতাগুম লৈবাক মথক্তা মুন্না য়েংদুনা লৈখ্রে। অদু উরবদা ময়াম অদু 'উইরে' 'উইরে' 'তুররনি' হায়না ইনীল হেক নিন্নে। মিৎ অমুক্তং কুপ্পদা 'পাঙঙে' 'পাঙঙে' হেক হায়নৈ। খজিক্তং হেক লেঙবদা 'লেঙঙে' 'লেঙঙে' হেক হায়নৈ। অম্মুম তৌদুনা মতম খরদং ল্লাল্লা লাউনখ্রে। অদুদগী কনা ঙাংদুনস্থু বয়না করিস্থু খুম্বিত্রবা অদুদা ঙাংবদা খদাং চোক্লদুনা চাবদা মমাই ওনশিন্নখ্রে। অদুদগী মতাং

ওইরে কন্যা পুথোক্লক্লো হায়রুনা অমুক নিন্নরক্লে। মীয়ায়া নিন্নরকপা মতম অসিমক্তদা ইমুং-মমুংদসু য়ায়া নিন্নরক্লে, ইমুং-মমুংগী মী পূন্নমক মুংশা থবেৎ-থবেৎ হোন্দুনা চেহ্োক চেনশিল তৌনরক্লে। "করিনো তৌরিবসে" হায়রুনা হংনরকপদা "কন্যা মাওগ্রে থিবা কংত্রে" হায়না খুন্নরক্লে। রা অচু তারবদা মীয়াম পুন্নমক অচু চৎথোকা চৎশিনগা তৌনরক্লে। পুরিৎ ঠাকুরনা দক্ষিনা শোয়রনি হায়রুনা "মথোঙচাখিত্রে" হায়রুনা মৈচাকপওয়া শাউরক্লে। মতম অচুমক্তদা মমাং শঙ্গোইগী কাচিন্দগী মুপীমচা অমা থোরকরুনা বরগী ঙকশমদা লৈপরেং হুকগ্রে বরনসু অমুকহন্না লৈপরেং অচু মুপীমচা অচুগী ঙকশমদা হুকরুনা য়েংওই নাইনা ফমগ্রে। লুহোংবা মতোল লোমগ্রে। মীয়াম পূন্নমক অচু ইঙকঙক্লগ্রে অমসুং থরনা 'উরীরৈনি' 'উরিরৈনি' হায়না লাউনরক্লে। ঙাইহাক লৈরগা রাজেনগী মচা-মুপীগা ভুবনগা অনীবু ফাহুনা মীয়াম মমাংদা পুশিল্লক্লে। "অনীমক অসিবু করি দগি পীযুগে" হায়রুনা রাজেন্না হংলকপদা বীরেন্না খুন্নকই—"মশা মশানবু মুংশিনরবদি হৌজিকমক মথোয় অনীবু লুহোংবীবনা চুমই, ঐনা মবুং শকরুনা কন্যাদান কংকনি।" 'চুমই' 'চুমই' হায়না অয়াম্বা পাথংশিংনা লাউনরক্লে। হৌজিক্তি রাজেন অসি কনানসু তাকপিদনা মশা মথসুনা থংজরে,—মুংশিবা হায়বা অসি য়ায়া লমহেনবা তীল অমনি; পাউতারা মাগী পুকচেল পেৎহনবা ঙমদে,—য়ৈ-চৈবনসু মাবু রায়কপা ঙমদে। মাদি শক ফজবা ঙাক্তনসু পামদে ইনাকখুনবা ঙাক্তদসু চংজরদে—মহৈ হৈবা ঙাক্তবুসু য়েংনিংদে। মরম অসিনা রাজেন্না রা অনীথোক্লা খুমদনা মচামুপীবু ভুবন্দা কন্যাদান কংরুনা মশাগী অরানবা চুমথোকখি।

বিরেন্না মবুং শকরুনা রাজেনগী মচামুপীবু কন্যাদান কংপদা য়াওখি। উরীরৈনা "ঐগী ইবুং ইপরা ইপা ইমা কনা অমত্তা লৈত্রে-বনিনা দান কংপিনবা লৈত্রে" হায়রুনা মপি তরং তরং শিন্নরকপা

উবদা মাগুপ কাচিন অমদগী "ইপা লৈরী" হায়রুনা মীয়াইচল্লবা মুপা অমা চোংথোরক্লনা মচাবু কোন্দুনা কপথ্রে। থাঙ্গেশেংবমক মুপা অদু উন্নীরৈগী মপা নবীন ওইরম্রে। "উন্নীরৈস্মু শিরমত্রে মপাস্মু শিরমত্রে" হায়রুনা ময়াম্না নিল্লবকপা মতম অসিদা ইমুং মমুংদগী মুপী অমা চোংথোরক্লনা উন্নীরৈবু কোন্দুনা নোং থোংবগুম্না কপ্‌থ্রে। শিথ্রে হায়নরম্ব মপা মমা মচা অহুম্মক পুল্লপ্পা উনহুনা ওমথৈ লৈতনা মুংভাইথ্রে। অত্তুগী মথক্তা নবীন্না মাগী মবল্লাই কনবিখিবা মুপা অদু মমাক ওইনা ফংলবদা মাগী মুংভাইবা হায় নিংভাই লৈখিদ্রে। বীরেনস্মু তরক তরক লৈরম্বী উন্নীরৈগী মপা মমা চোংথোক্লবদা ওমথৈ লৈতনা মুংভাইথ্রে। নবীন, থম্বাল, উন্নীরৈ মথোই অহুম অসি করম্না হিংলকপা য়ারী শাহুনা ময়াম্মু থগুহনখি। থ্বাই পুম্নমক্মু ওমথৈ লৈতনা মুংভাইথ্রে অমস্তুং ওথোকপা লুহোংবনি হায়না শোয়থ্রে। নবীন্না ভুবন মপাবু হাংপা মহাকমক্কি হায়না মীয়াম মমাংদা লাওথোকখি। উন্নীরৈনা শশীগী করি অমত্তা মরাল লৈতে হায়না শাক্ষী পীরবদা বন্দীশংদগী শশীবু থাদোক্লনা মফম অত্তুদা পুশিল্লক্লে। বীরেন্না "মরূপকী অরামনগীদমক মনা ওইনা ঐগী ইচন মুপী অসি কথলবনি" হায়রুনা মচন ইবেম্বা থম্বালসনাবু শশীদা কন্যাদান কংথ্রে। শশী অদু বন্দীশংদগী হেক থোরক্লপগা সনা অমা ফংলবদা থোইরুম মোমোন তৌখি অমস্তুং "রাজবংশ" গায়না অসি হায়নরবা রা কয়া শোম্বগন্দবোইরে" হায়না মুকম মুকম শোনখি) রাজেম্না অচংবা থরচ মথৈ পীবিখি। মফম অমত্তদা নোংমত্তদা লুহোংবা অহুম থোনবা উরবদা থ্বাই পুম্নমক চপমান্না মুংভাইখি অমস্তুং মী খুদিংমক লুহোংবা অহনগী দক্ষিনা অহুম্নক হম্না ফংহুনা য়ামনা থাগৎনখিবা পুরিং ঠাকুরস্মু দক্ষিনা শোয়রদি থমবু থমথো হুন হেম্না ফংলবদা "মুপা ঐনা হৌবা থবকপু শোয়না হৌনব্রা" হায়রুনা য়ামনা হরাওখি।

*     *     *     *     *

অসিগুম্বা অঙকপা পাউ অসি ভারবদা লৈবাক্কী মপুনা নবীনগী মথরাই কনবিখি।

*     *     *     *     *

উরীরৈনা অরাবা পুন্নমক কোল্লবা মতম অসিদা মতা মাধবীতগা উনরবদি ওমথৈ লৈতনা মুংঙাইগদবনি হায়না খনখি। মাধবীগী তাংদাংবা মফমদি খঙখিদ্রে তৌইগুম্বসু ভুবন্না মাবু পুন্দুনা উমংদা থল্লিঙৈদা মাবু কনবিখিবা অমসুং অরাবা কোক্তনি হায়না আশা উংখিবা লাইরেম্বী অহূ মাধবীগী মখোল মাল্লি অহুগা হন্দক্তা রাস-মণ্ডল মনুংদা শিরগে থৌরাংবদা ইতা হায়না কৌরকপী মুপী অহুসু মাধবীগী মখোল মাল্লি। তৌইগুম্বসু নিংখিনা রা ঙাংনবদি থক ফংখিদে। খুদোংথীরবা মতমদা মাবু কনখিবা অহুগা বীরেনগা থুংনহল্লিবা অসি মাধবীগী থৌজান্ননি হায়না খনখি অওইবমকসু মহুনি। উরীরৈনা মাধবীগী স্বার্থত্যাগ অমসুং পুকচেল চাউবা মতৌ অসি থল্লুরগা মাবু মীনি হায়না থাজখিদ্রে অমসুং হৈবোক লাইরেম্বীমক ওইরমাল্লে হায়না থাক্সখি; অসিগুম্বা মী অসি পুকচেল পিক্লবা অমসুং লৌনম চাওরবা সমাজগী মরক্তা অমুকহন্না উবা ফংগনি হায়না থাজখিদ্রে অওইবমকসু উখিদ্রে।

## অরোইবা শরুক

অহিং হৌখরে, নোংঙাল্লক্লে। অয়ুক অঙনবদগী মুমিৎনা নোংপোকথংবা অতিয়াদা তরং তরং ছন্দোরক্লে। কাক্কী লৈকোন্দা মাল্লিকা, মালতী উরীরৈনচিংবা লৈ খিবিক মকাকন্না শাংকাইরে। মাধবীসু মপুক্লিংদা মওল মওল থন্দুনা লৈকোন্দা চংগ্রে। নিংখিনা শাংকাইরবা মাল্লিকা অহু য়েন্দাই থন্না হেক্লে। য়েন্দাইদগী লৈ অমমম লৌখৎতুনা পরেং লেংবা হৌরক্লে। লৈ পরেং অহু য়েংহুনা

"অরেম্বা লৈ পরেংনিকো, ঐনা হুক্লিংবা মীগী মঙকণমদা হুকপা ফংত্রেকো" অসি হায়রুনা মিৎ অনীদগী শিন্থরকপা পিন্না লৈপরেং অহু পুমচোৎ চোৎখ্রে। মতম অহুমক্তদা ধীরেনসু অয়ুক অঙনবগী কোয়থোরকপদা, কাপ্পী লৈকোনগী নিংথিজবা য়েংগে হায়রুনা মফম অহুদা চংশিল্লক্লে, লম্বোইবীগী মশক পুববী মুপীমচা অমনা চিল্লবা মফমদা লৈপরেং পায়রুনা মমিত্তগী পি শিন্থবা অহু উরবদা ইঙক-ঙক্লহুনা ঙাইহাক্তুং লেপতুনা লৈরে। হায়রকই—"লৈপরেং লেংলিবী; নহাকপু কাপ্পী লাইরেম্বীরা? নত্রগা মপুরোইবা খায়নবগী মৈচাক্লা ঙাওরহুনা ( মতৌ য়েংবদা মযুমপানবা মুপীনি হায়না খন্দুনা ) নংগী অহুক নৌরবা হকচাংদা লৈঙাংশংবা ফি শেতলববা? কনাগী মরমগী-দমক নংগী মিংতা পি শিন্থবগে?" মাধবীনা মপুক্লিংনা লাংলিবা মূর্ত্তি অহু মমাংদা উরবদা করিগুম্বা রা অমতা খুমদনা মমিত্তি ঈরা চেল্লহুনা ধীরেন্দা মুন্না য়েংহুনা লৈরে। ধীরেন্না শকফম অহু উবদা মথল্লাই শোক্লহুনা অমুক হন্না হংলকই—"লৈপরেং লেংলিবী! হায়যু ননিং থুংদবা করম্বা লৈবগে? ঐনা নতেং পাংবা য়াবা করিগুম্বা থবক ওইরবদি ইথল্লাইগা শিন্নহুনা নংগী ননিং থুনবা হোংনগে"। মাধবীনা মাগী প্রভুম্বা পরিচয় তাক্লবদি, ধীরেনগা রাজেনগী মচান্নু-পীগা লুহোংবা অসি য়ৈথাই থিনগাইবা থোকপা তারে অমসুং মরান লৈত্রবী মশুংমমান্নবী অমগী মফমদা য়ান্না লংজবা তারে হায়না খন্দুনা মাগী পরিচয় তাকখিত্রে, হায়রকই—"অথোবা! ঐদি লম্বোইবীনি, অপাম্বা থাদোক্লবীনি মরম অসিনা তাইবংপানবা অসিদা ইনিং থুংদবা পোৎ করিসু লৈতে। ঐগী হৌখিবা পুন্সীসু লৈঙাংশংবা ফি শেতুনা লেল্লক্লে, অরোইবা পুন্সীসু ফিচেৎ অসিনা লোইগনি।" অসি হায়রুনা মমিত্তগী শিন্থরকপা পিনা মশা অহু পুমচোৎ চোৎখ্রে। ধীরেন্না "অহুদি লৈপরেং অহু করিগী অহুক চেকশিন্না লেংবগে? করি তৌহুনা মিত্তগী পি শিন্থবগে?" মাধবীনা কপনা কপনা মখোল নিক্লা নিক্লা খুম্নকই -"ঐনা লৈপরেং অসি

ছল্লিংবা মী অমা লৈহ্নুনা, মিৎকী পি মরিক মখিক্লা লৈপরেং এইহনা লেংগ্রবনি। তগুপতরাইনা লেংবা লৈপরেং নত্তে,—পাশা য়াম্না চাওনা লেংগ্রবনি,—ঐগী পুন্সীগী অরেহিবা পরেংনি ; তাইবংপানবা অসিদদি লৈপরেং অসি হুকপা য়াবা মকম থোকত্রে, হুন্দকী মপোক্কদি ইনিংথুংনা পরেং অসি হুকবা মতম ফংদ্রে ; তংনথ'নবা লৈতবা মকম অহুনা পুক্লিং তপনা হুকপুরগে" অসি হায়হনা ফিক্লিনা মমাই খুমজিন্দুনা হিক্লা হিক্লা কপ্পক্লে। ওাইহাক লৈরগা রা মচেৎ মচেৎ ওইনা অমুক হায়রকই—"প্রেৌবা। নংগা ওসি উ'বা য়াম্না করে; ওসি ঐগী অরোইবা হুমিৎ, অরোইবা পুংজা, অরোইবা মিকুপনি ; —কনাগুম্না অমতং উনরবদি মতমকুইনগী রা অমত্তং নিংশিংলমগে হায়হনা ওাইরিবনি। হায়গে হায়গে হায়না মতম অমুক কুইবা অসি হায়বা ওয়কত্রে —পুক্লিংগী রা অসি ফোংদোকত্রবদি মতম কুইনা লম্মন ত্তোন্দুনা লৈবা তারে। কনাগুম্বা মী অমনা "অরেম্না রা তুংদা থওহগে" হায়হনা রাশকখিবা কনাগুম্বী অমবু থিরক্লবদি অমুম হায়না তম্নীমু—"অরেম্না রা থওহনগদবা মতম হুন্দকী মপোক্তদি নত্তে, তংনথানবা লৈতবা মকম অহুনা পুক্লিং তপ্না থওহগে" রাইহ কয়ামকম অসি হায়রবগা লৈপরেং অহু মাগী থম্বোইগা চেংনা কোনশিনত্রে,)ধীরেনগী পাক্লবা লাইবক অহু অমুকুং চিংনা য়েংলমলগা মমাই অরাং পাংহনা থুনা য়াংনা চংখ্রে। হুমিং অহুদগী হোৎহনা মাধবীবু তাইবংপান অসিদা কনানম্নু উখিত্রে।

মতুংদা ধীরেন্না মাধবীনি হায়বা খওন কহুনা য়াম্না রানা থোক্লুল লীথি তৌইওয়সুং মকম কদাইদম্নু উবা ফংখিত্রে।

"চন্দন পাম্বী কয়া কয়ানা,
চাং-মান-নায়ক-শীংলক্তা
মাং'গুম অরেম্বা উকং ওইনা,
পুক্লিং লৈকোলগী অথুপ্পদা,
থাগ্রিবা লৈরাংহু চেকশিল্লা,
কংগ্রগনিদো অরেম্বলা
পুক্লিং হুকচাংগা লোইননা ;
থওহোয়রোইনে কনা'মতা !"

# ব্রজেন্দ্রগী লুহোংবা

ব্রজেন্দ্রবাবু কলিকাতা মেডিকেল কলেজদগী এম. বি. পরীক্ষা পাস তৌরদুনা ময়ুমদা থোক্লক্লে। হেক থোক্লকপগা মাগী লুহোংবগী থৌরাং পূম্নমক লোইরে হায়না তারে। শ্রীপঞ্চমী সুমিত্রা লুহোং-বগী সুমিং লেপখ্রে। ব্রজেন্দ্রগী ঙকপদা হায়নিংঙাই লৈখিদ্রে। হৌক্তিক কাংগী পাখংশিংনদি হায়বা য়াই—করি ঙকফম লৈবগে? তাইগুম্বসুং ব্রজেন্দ্রবাবু য়াম্না তপ্পা মীনি, অফিংবা মী নত্তে। মানা থল্লকই, "শুভস্য শীঘ্রম" হায়বসি চুমই। অদুবু মফম অসিদা কয়া শিজিন্ননিংদে। সুমিং থা হুইনা চাবা নত্রি। লুহোংবা হায়বা থবক অসিসু ইরায় লায়বা থবক নত্তে। ঐগী পুন্সীগী অরাবা পূম্নমক্কী শরুক পুরগদৌরিবী লৈকোন্দগী লৈ চার কুক্লুনা ওমাং মতোন্দা থারগুমনা মমা মপাগী য়ুম্নাক শাগে হুন্দোকুনা ঐগীয়ুম্নাক শাগে লৌরগদৌরিবী, লৈথোক অমদা শাংমিন্নবা লৈ চরোং অমগী লৈরাং অমতং থদংপগুম পুল্লপ পানমিন্নবা হৈ চরোং অমগী হৈ অমতং হেকতোকপগুম, মচিন মনাউ, শাগে-নাতৈ পূম্নমক হুন্দোক-ল্লমদুনা ঐঙোন্দা চংজরকদৌরিবী, তোঙান তোঙানবা লৈ-জাৎ পূনশিন্দুনা লৈনাচোম শেনলগা হেন্না মনম মুংশিবগুম্না মাগা ঐগা পূক্চেল খোইজেল তিন্ননা লৈমিন্নদুনা য়ুম পানবগী মিংচৎ হেনগৎনবা লাক্লগদৌরিবী, ব্রহ্মপুত্র অমসুং গঙ্গা অনীমক্কী ঈচেল তিন্নদুনা সঙ্গম স্থল অমা শেম্বগুমনা মাগী অমসুং ঐগী তোঙান তোঙানবা পুন্সীগী ঈচেল্লা তিন্নদুনা সঙ্গম স্থল অমা ওইহন্দুনা মহৌদা পুণ্য-তীর্থ অমা শেমগদৌরিবী, উমংদা শঙ্খু শঙ্খু পাইরিবা তেনরা ময়াম মরক্তগী

অমা ফারক্লুনা পোন মন্নুংদা থমজিনবগুম মনিং মথা তৌনা মরূপ-মপিজা ময়াম শান্নরম্বা থাদোক্লুনা য়ুম অমগী মবেন্মা ওইগদৌরিবী অহুগুম্বী মুপী মচা অহুগী মশক অমুক্তা উদনা, মরমচৎ খঙদনা করম্না লুহোংফাল ফমগদৌরিবনো ? মানা করিগুম্বা মমাদা হংলবস্থ মমানা খুমই, "ইমোগী মশক য়াম্না য়েংনিংলে, ইমোনা থোংবা চাক চানিংলে। অমুক ফজবা, অমুক মরম ওকপা মুপী মচা অসিবু পামজ্রবদি নঙদি অঙাওব পাখং হায়বহু ওইরেদনা ! ঐনা পোকপা ইচাবু ঐনা হায়বা থাজব্রবদি ঐনা পোকপগী অরেম্বনিদনা ! ঐখোইদি লুহোংদ্রিঙৈনা নোংমতম্ব মুপাগী মশক উরক্তে। থিরে ফজরে ইরাইবক্তা ভম্বনি হায়হুনা হেক্তা মরাকই। হৌজিক ফাউবা নোংমতম্ব খংনদে।" অহুদগী ভারত রামায়ণগী রা পূরান ১৮গী রারী মথং মথং লিথরক্লে। খুদোমবীনা হায়হুমতুনা ঙাংলক্লে। চৈতেক অমা পায়হুনা খোরা খোংপনা মাঙ্গল অহু হঙ্গাম হুনবা য়াগদোরে। লৈকাইগী চাউমমা, নাতেকমমা, ইমা ইবেন মরী মঙাম্ব হিদাকফু অমমম পায়হুনা ভাবোক ওইবা ফুজিল্লক্লে। ব্রজেন্দ্রনা খঙলে—লীলাগী মীথিং শুরে, স্ত্রী-পর্ব্ব হৌবতারে; ঙসিদি মুমিং তাখিবা মফম খঙহৌররোই। অসি খল্লহুনা মমাবু মানসিকনা খুরমহুনা মশানোইরবী চাউমচাগী মরুমদা লোম্না চেম্থোক-লক্লে। ব্রজেন্দ্রগী মমানা মীথিং শুজিল্লরুবা অহুদা মথোই কারহুনা ফম্নবদগী হৌগংলক্লে, চোংফন্দুনা, খুদোমবীনা কোংহুনা মাইয়োক্ন রিবী মুপী অহুবু হাং-শুগদবগুম অভিনয় তৌহৌবস্থ ব্রজেন্দ্রনা অমুক্তং য়েংলম্নগা চথোকপ্রে।

ব্রজেন্দ্রনা খল্লকই, "ওম্থোকইদা! খোঙ্গুলতানা রা অমত্তা ঙাংনবা য়াবা নত্তেনে। মশক ফজবা খরাইগীনি, মরম ওকপা কৈরোই লৈকাইগীনি, মুংশিবা ইশা ইথম্বগীনি। মসি ইমানা খঙবিয়ে। ফরে,—মখোইনা থিবিগদৌরিবা মুপীসি ঐ মশক

ফাউবা শুকয়েং হেক য়েংলোই।" অসি হায়রুনা মুরুম মুরুম শোন্দুনা চংথ্রে।

থিঙেল তাইনবা ঙমদ্রগা নাসিখোং তাইনৈ হায়বচু অসিনি। মমাগী মক্কমদদি মপুরিংগী রা পূন্নমক ফোঙদোকপা ঙনদ্রগা মরাল করি অমত্তা লৈত্রবী, সংসারগী অরা অনা কল্লক য়েংগিবগী মৈশা লাংদ্রিবী, পুকচেল তিংলবী নুপী মচা অত্থগী মথক্তা ব্রজেন্দ্রগী অশাউবা পূন্নমক হৈখ্রে। হা ঈশ্বর! সংসারদা অরানবা মী ঙাক্তনস্থু দণ্ডি ফংদে, ইরাল লান্দবা মীনস্থু দণ্ডি ফংই।

লুহোংবা লোইথ্রে। মালতীনা য়াওংশংদা মপুরোইবগী হিদাক হান্দুনা থমই। ঙসিক্কা হিদাক মথন্তা কাজরে। অমুক্ত থগদবা হিদাকফুত্থু নুমিৎ খুদিংগী মহী হোংলি। ব্রজেন্দ্রদি তুমলমদাইদা খিড়ি অমা থকুনা ফল্লাংদা মমাই ওনশিন্দুনা হেক মতুমখি। শেম্পাক্তা পান খুদপ মথন্ত কংথুনা লৈজরে। মোন ময়াদা লৈ নাচোম মথন্তা কংজরে। চয়োল অমা, অনী, অহুম, মরী হায়রক্লে ব্রজেন্দ্রগী মৌনব্রত কায়খিদ্রে।

মালতীনা থল্লকই, "ঐগী করি ইরাক্লো! ঐগী ইশক থিবনরা, ইহৈ হৈতবনরা? নহাল অমুক্কী মপোক্তা তৌবা পাপনরা?" মীওইবনা হৌজিক হৌজিক্কী অরাবগী মরম থীবা খঙলক্লবদা নহাল-মুক্কী মপোক নিংশিংলকই। মালতীনা হায়রকই, "ফরে ধর্ম্ম লৈরি, ঐত লানজরোই। ঐনা লানদ্রবদি নোংমা ধর্ম্মনা ঐগী ইরল ঐগী খুবাক্তা চিংশিনবিরক্কনি।"

কৈরোই লৈকাইগী মনুংদা য়ুম অমগী মৌ ওইতুনা নোনা লাকপসিস্থু ইরায় লায়বা থবক নত্তে। লৈকাইগী মচে লৈরি মনম্মা লৈরি, মনে মন্দোন লৈরি। নুমিৎ খুদিংগী মখোইনা পান চাবা কোয়থোরকই। মনেনা হায়রকই, "য়াখোইগী ব্রজেন্দ্রহুবু য়ুমদা অমুক্তা লৈবা উদে। মীগী মচা অমবু লৌবিরগা অয়ুমনা চোপ-

হনবসি করি মচংনো ? মানা লৌবিরমব্রবদি নহান্না নিপা অমদা মযুম পানজরমগদবনি।" মনান্না মমিৎ খংনা খংনা নোক্লুনা, শমজি নাল্ল নাল্লহুনা হায়রকই, "য়াখোইদি নিপানা খজিক্তং লাক-চবদা হিদাক ঙাহক অমা ফানা পনবিবা মী নত্তে। লুহোংবগী মতুং নোং কোনবদা, নিপানা য়াহৌ থেংই হায়রকপদা নঙগুম্না নিপাদা লৈবা হৌনদে হায়হুনা ফুক হৌগত্তুনা য়ুমদা হেক্তা লাকইবসিনি।" মন্দোন্না হায়রকই, "ঙরাং মুমিদাংবাইরম ব্রজেন্দ্র-হুবু মৌনহা অমগা ব্লারী শাহুনা চংখি। মৌনহাতুনা, য়ুমগী মুপী থায়নবিখো অহুগা তপনা লাকচগে হায়খিবা তাঙৌই। অসিনচিংবা মখল মখা অয়াম্বা পূক্লিং শিকপা ৱাহৈনা মালতীবু শাউগংহল্লি। ভাগীরথী গঙ্গাদা কলিকাতাগী অমাং অশোই হৈথবগুম মালতীগী তরু তরুবা পূকচেল অহুদা মাইকৈ মরীমকী ফত্তবা পূকচেল, ৱাখল হিংসা, কল্লকপা পূম্নমকী মমি তাহনবা লাক্লরি। কৈরোইগী মচে মনেমশিংহুগী মপূক্লিংদা মখোই লৈন লৈনমক, মালতীনা ইকাইখীবী, ৱারীশাবা হৈতবী অপংবী মুপী মচা অমা ওইনা লৈবসি য়াম্না খোইরাংগ্রে। মালতীবু মখোইগী মখুং চানা, মখোইগী পুংলোল মতুং ইন্না জগোই শাহল্লগা মখোইনা তমজরুবা বিদ্যা অহু মহৈ য়ানগদৌরিবনি। মালতীনা মখোইনা ঙাংবা ময়ামহু তুমিন্না মরু লুকথহুগা তাহনা লৈ। ভাব ইতা তাদনা নোংমদি ময়াম চংহুনা মশম খোমগংপীরে।

ব্রজেন্দ্রদি করম তৌরি ? লৈকাইগী মচে মনেম্না হায়বা অহুগুম্না ওক্তবা অমমুং অমকপা পূকচেল চেনবা মী নত্তে। মীওই-বগী স্বভাব মতুং ইন্না মমা মপাগী মথক্তা ৱারৌজবা অহু মালতীগী মথক্তা হৈথবতনি। মরমচং য়াম্না ফজবা নিপা অমনি। মানা শাউজবা অহুমু অঙাং মচানা চাক ওইনবগুম্বতনি। চাক্তা মুনা মুনা য়েংলগা কপশিন্নবগুম্বতনি। মরৈবাক্কী মুপীশিংগী মরাইবক

থীবা অরা অনং পুন্নমক মহাক মুন্না খণ্ডই।

নোংমা মুমিৎ অমা, থাবল ফরবা অহিংদা ব্রজেন্দ্রনা মৈতৈ লোনগী বাসক ফাংনবা তাগে হায়না চৎথোকলকই। থাবল ফবা অহিংদা পাখং, লৈশাবী মৌনহাশিংগী পুক্নিং লাংতক্লবসি হৌনবীনি। শংবান্নবা অত্তিয়াদা থরানশিচাক্কা লোয়ননা থা থোক্লিবা, উ-রা হৈপাল লৈপাল তুমিন তুমিন্না লেপ্তুনা লৈরিবা থাবলগী পারবা লমথাং থোক্লহুনা ইমা পৃথিবীনা মবুংঙোবু খুরমজরিবা, অসি পুন্নমক উরুদুনা ব্রজেন্দ্রগী পুক্নিংদমু লাংতক্লবা অমা পোক্লে। অহুদগী মাওব মমুংদা চংগ্রে। "বৃন্দাবনগী অমুবা থাহু অমুক হন্না থোকলকখিনি।" অসিনচিংবা খাইন-মৈচাক্কী খমথেংনা অরাবা মতাং পুক্নিং হুনা শক্লম্লি।

মথং মথং ব্রজেন্দ্রগী পুক্নিং পেত্থরক্লে। ময়ুমদা লৈহৌবী মালতীবু মরাল ইলৈ লৈতনা শাউরুরে হায়বমু খল্লক্লে। অমুম খন্না খন্না মুপী নহা ময়াম ফম্লিবা মাইকৈ অদোমদা হাইফেৎ য়েংশিলকই। নোংঙাল্লগা শাংকদবমু থাবল ফমনগ্রহুনা অহিংদা পোমশাৎনগ্রবী লৈহাও লৈরেনগুম্বী মুপী মচা অমা, য়ান্না চেকশিন্না, হুরান হুরান্দুনা ব্রজেন্দ্রদা য়েংলমই। ব্রজেন্দ্রনা হেক য়েংথোকখিবা অহুদা পৈনা পৈনা য়েংলম্বা মিৎ-থম্বাল অনীহু খুংনা শোক্লবা ইকাইখিবী মনাগুম্না হেক উমশিনগ্রে। মিৎফমদি চংশিংগ্রে মপান থোকগ্রিবা রাখল অহুদি চিংশিনবদা মমুং য়োৎবা ঙমহৌগ্রবোই চাইরুং অনীদা য়েশিন্দুনা কোইরপ কোইরপ হৈয়াই অমুনবগুম্না ঙাংশং ঙাংশং ঙাংগ্রে। ইকাই-খাং ওইনা মমাংদা তারিবা পান তাঙ্গা অহু শিংগুপ শানা শেগাইবিরে। ময়াইবক থীরবা তাঙ্গহু মরাল লৈতনা দণ্ডি ফংবদা চ্রেৎ চ্রেৎ হায়না মপুক্নিংগী অরাবা ফোংদোকখি।

অমুম তৌনা হুরান্দুনা য়েংথোকলুরগা য়েংশিন্নদবা শাহুনা মিংফম হঞ্জিনগ্রিবী ঙাংশং ঙাংলবা চাইরুং অনীনদি হুরান্দুনা

য়েংলুরে হায়না তাক্লিবা শকফম অহু উরুবা অহুদা ব্রজেন্দ্র অহু খঙহৌদনা মপাল্লোমদগী তেংপাক লৈতুম অমা হুজিল্লকপগুম্না মাগী থম্মোই ধক লাউনা পাল্লরে। মিহুল ফ্রং ফ্রং চোংগ্রে ময়াই ফজনা খায়হুনা হাৎলিবা, মুরবা শমজোই অনীগী মরক্তা হুমাং অনপ্না কাগ্রে। ব্রজেন্দ্রনা মাগী লেংবান্দগী খদর ইনফী লৌথোক্লুনা হুমাই হুমগ্রে। ঙাইহাক লৈরগা ব্রজেন্দ্রনা বুদ্ধি তারক্লুনা ঐঙোন-দরা মীঙোন্দরা য়েংখ্রিবসি হায়হুনা ফম্মিন্নবশিং অহু কোয়েং য়েংবদা খরাইহু মরু লুকথহুনা পুক্লিং চংনা ঈশৈ তারমই।

মনম নুংশিরবা লৈ অহু মপুন্সী তেল্লবনি মরমদি মপুন্সী ককথৎতুনা মনমদা হাপচিনখ্রবা মাল্লে। রা ঙাংথোকপদা ইকাই-থিরবী নুপীমচা অহু মমিত্তা মরোল লোনবনি। মরমদি মচিনগী লোন অহু মমিত্তা হাপখ্রমাল্লে। অহুনবু বিধাতা হায়রিবনি। নুপীমচা অহুগী মিংচিগী মরোন্দগী ব্রজেন্দ্রনা মাগী পুক্লিংগী লাংতক-নবা ভাব অহু খর ফংখি।

শাবী শানৌশিংগী নুংশিনবা হায়বসি থাক অহুমগুবা মাল্লে। অহানবা থাক্তা নুংশিনবা হেক হৌরকপদা শক্তা শক্তা উনবদা শরাই হেক পাখৎনৈ। অহুদগী অনীগুবা থাক্তা ইকাই নুংশি য়াম্লে। অহুদগী অহুম গুবা থাক্তা ঙাওনরকই। ব্রজেন্দ্রনা নুংশিবগী অহানবা থাক্তা নুপী মচা অহুবু উবদা পাখৎলুরে। খল্লকই, "ওস্থোক্লা ফজেদা! ইপ. ইমানা নুহোংবিরমদ্রবদি ইশানা খঞ্জহুনা অসিগুম্বী নুপী মচা অনতং লৈরম্লবদি কয়াদা পুক্লিং হরাওনা ঐগী পুন্সী লেল্লমগবা! ঐগী য়ুমদা লৈহৌরিবী নুপী অহুদি মশকসু মুম্না য়েংগ্রি, অসুক ফজগমগনি হায়বসু থাজদে। মরমদি শকফজবা হায়বসি অতাংবা পোৎনি, পঙনা থোকপা নত্তে।"

অসি খন্দুনা অমুক হন্না হুরান্দুনা মুনা মুনা য়েংলক্লে। আহ! ইন্দমুক্তি হুরানবী অনীগী হুরানবা মিৎ মরীহু খম হেক থেংনগ্রে।

মিকুপ অহুমগী মমুংদা মী খঙ্‌হৌদনা মাগুব মমুংহুদা নোংথাং কুপথ্রে। অহুদগী মুংশিবগী অনীশুবা থাক য়োরকুনা ব্রজেন্দ্রগী মপুক্লিংদা ইকাইবা পোক্লক্লে। খল্লকই,—"মীয়াম মমাংদা অমুম তৌনা মুপীমচা অমগা য়েংনবসি ফজবা থবক নত্তে। ধর্ম্ম কায়বা থবক্নি। ইয়ুমদা লুহোংহুনা মুপীমচা অমা লৈনমক ঐগী পুক্লিংদা অমকপা ৱাখল চঙলক্লে।" অসি খন্দুনা থাক অহুম শুরক্লিঙৈগী মমাংদা ব্রজেন্দ্রনা মফম অসিদা লৈবা য়াদ্রে য়ুমদা হল্লগে হায়হুনা মপাল থোরক্লে। লম্বী চৎনা চৎনা খল্লকই, "ঙসিগী ঐগী ইবেম্মা অসি মশক য়েংলুরগে, মুংশিবগী ৱাহৈনা তরাম তরাম কৌরুরগে। ইমাম্নবশিংনা মাগী মাগী চান্নথোইবীশিংহুগা মুংশিনা লৈমিন্নহুনা কয়াদা মুংঙাইজরিগবা।" খম্না খম্না মযুম য়োশিল্লক্লে। থোংজিল হেক কাল্লকুনা মাগী মুপীবু কৌরগে হায়হুনা নোকমি নোকমি তৌহুনা মচিনবান কাংখৎহুনা য়েংশিল্লকপদা ইহে! অসাইগী মাগুব মমুংগী মুপীমচা অহুনা হিদাক হাল্লহুনা ব্রজেন্দ্র লাকপা ঙাইহুনা লৈরম্লে। ব্রজেন্দ্রহু হুরানবা ফাবগুম্না, মমাইহু হৈয়াই অমুনবগুম্না ঙাংশং ঙাংশিল্লহুনা হুমাং মরিক মরিক শোথ্রে। করি হায়না কৌশিবা মফম খঙদ্রে। মসিবু কনানো? অসাইগী মুপী মচা অহুনা লংনগে হায়হুনা তৌরিব্রা? নত্রগা ঐগী মুপীগী চান্নবা মরুপ ওইহুনা ঐগী পুক্লিং চোইবা মতৌ অহু ঐগী মুপীদা ওনশিনগে হায়হুনা লাক্লিবরা। অসি পুন্নমক খন্দুনা য়ুম্বী য়ুংবগুম্না চপ য়ুংহুনা লৈগ্রে। মালতীনা—"ইবুংঙো লাইবক থীবীবু মুংশিবিরো মুংশি নপাউ তাজদবা কুইরে" হায়হুনা ব্রজেন্দ্রগী মখোংদা তুররে। ব্রজেন্দ্রনা খুদক অহুমক্তদা মরৈ লোমশিল্লকুনা "ন-ন-নঙতনি, আ-ঐ-ঐগী ন-ন নঙতনি" হায়রকই। মালতীনা হায়রকই, "ঙসি ঐনা বাসক য়েংবা চৎচরমত্রবদি ঐদি ইপোক অসিমা অমুম মাঙ-জরম্মবা হায়বহুনি।"

ব্রজেন্দ্রনা মুংশিবগী অহুমগুবা থাক্তা য়োরহুনা হায়রকই,—
"ইপা ইমানা য়াবা মুপীমু নঙনি। লাইনা তম্বা মুপীমু নঙনি। ইপুক্লিংনা পামজবা মুপীমু নঙনি। ঐগী থম্মোইগী লাইদি নঙতনি· নঙতনি-নঙতনি।"

ললিতমঞ্জরী প্রত্রিকা (অহানবা চহী, ১ নবেম্বর) ১৯৩৩ ইং

# রাহৌদোক

৺ডাঃ কমলগী 'দেবযানী' নাটক অসি মতম কুইনগী তুংদ মৈতৈ সাহিত্যবু মুংশিবিবা লৈবাকমচাশিংগী মফমদ লাম্থোকচরি। মহাভারত্ত য়াওরিবা দেবযানীগী ৱারীবু মতমগ চানন অমুকহন্না লৌথোকপনি। দেবযানী শুক্র গুরুগী তোমশাংনবী মমোমনি। মপাবুংন কেথোক মৌথোক্লা অমসুং মান হায়বত য়াহনা নাউকোল্লক-পদগী খর লমকেং লমহাইরবী মুপীমচানি। থোইদোক্লা শিংবগী মথক্ত পুকচেলসু চাওরব নিংথৌ যযাতিগ দেবযানীগ অমসুং মতুংদ অসুর নিংথৌ বিষপর্ব্বগী মচানুপী শর্মিষ্ঠাগা থেংনখিবগী থৌদোক অসি মহাভারত্ত য়াম্লমক রোমান্তিক ওইন লৌরিব ৱারীনি। লাইরিক অসি প্যারগা খণ্ডবিগনি।

নাটক অসি নাট্য মঞ্চদ উৎপদ নত্রগা পাবদ মতিক চারে হায়রদুন ফোংদোকচবা নত্তে। মরূপ-মপাং অমদি সাহিত্য প্রেমী থিবিক্ল হন্না হন্না তাকপিবদগী অমসুং অইব অসিন খুং থাব হৌরম্লব বিষয় অমা ওইবদগী মসি অঙাইফদন ফোংদোকচবনি। লাইরিক অসি মতম অসুপ কুইন ফোংদোক্লক্তবগী মরমদি মসি অইবন ফোংদোক্লব ইরম্ব নত্তে, চুম্নগী ষ্টেজদ উৎনব ইরম্বনি হায়ন খনবননি। অহুম ওইনমক মৈতৈ সাহিত্যগী পুকৈদ মতিক চাদ্রবসু খুদোল অমতং তম্লম্লবনি হায়ন খন্দুন অহুগ লাইরিক অসি ফোংদোকপগী অশোয় অৱানগী দায়িত্ব পুম্নমক ইকোকথত্তা হাপচহুন মসি ময়ামগী মমাংদ পুথোকচবনি।

নাটক অসি ইব লোইশিল্লমদে হায়ব য়াই। মরমদি মসি অহানব খুৎইমক্তদ থম্লে, অরোইব ওইন ইথোকপ তৌরমদ্রে। চেক্লেং মচা মচাদা ইহুন মেনস্কৃপ্তকী মচি মচিদ টিকা পীহুন য়েপ-শিল্লব থেংনৈ। অহুবু লাইবক থীবদি অহুগুম্ব চে মচেৎশিং অহু

মতমগী ঈরোল্লংদ লুপংগ্রে, লোয়নন মেনক্কপুকী লোইরমদাই শরুক্ত লামাই অসিসু (মরিগুব অক্তগী মরিগুবা দৃশ্য অমসুং মঙাগুব অক্তগী অহানবা দৃশ্যগী শরুক খর য়াওন) তত্তুন মাঙগ্রে। অদুম ওইতুনসু মঙাগুব অক্তগী লেমহৌবঃ মখাক অদু মমাংগী অক্তদ শমজিল্লগ মওং অত্তুদ লাইরিক অসি অদুম ছাপা তৌজরবনি।

নাটক অসি লেখক্কী 'লৈপরেং' অমসুং 'মাধবী' উপন্যাস ফোংদ্রিঙৈগী মমাংদ হান্নন ইখ্রবনি। অহানব ওইন মৈতৈরোন্দ মণিপুরী নাট্যগী অকনব ঈহৌ অম লাকখিব মতম অদুরাইদ মসি ইখিবনি। চাওরাক্ক ইং কুমজা ১৯২৪ নত্রগা মতুগী মমাংদ ইবনি হায়বগী প্রমান ফংই। মতম অদুমক্তি মৈতৈ ইনাংকী ইতিহাসতা অমম্ব য়ুগনি। সনালৈবাক মণিপুরদ শ্রাদ্ধ কর্ম্ম লুহোংবা, ধর্ম্মগ মরী লৈনবা হরাও-কুমৈ, অনাং-অশেং, মীয়াম সভা তিনবদা শাগে-জাংকী মতুংইন্ন মকোক মথং নাইন কম্ব অসিনচিংবা মৈতৈ খুন্নাইগী ইনাংকী লমদ মপান ফন ইনখংলকপ ব্রহ্মসভা অমসুং নিংথৌগী শক্তিগী খ্বাইদগী রাংব মতোল লোম্ব মতমনি অমসুং য়েংলুব য়াদব মখোয়গী রান অরোইবনি মখোয়ন সমাজগী ইম্বোক্লব মী অদু হিদাকফু ফিদা তিন্নগ্রে, পোংলোইবদ শ্রাদ্ধ কর্ম্মদ চঙনগ্রে বাৰ্ত্তন করুরে, মাগী থবক্ত চঙলুব মী ফাওবা ইম্বোক্লম্মী অমসুং মাংহল্লম্মী। অদুম ওইনমক অম্বুম্ন ইম্বোক্লব মী অতুন ব্রহ্মসর্ভাদ লুপা ৮৩ আনা ৩ পাই ৩ নত্রগ নিংথৌদা লুপা ৫০০ কংলবদি মহাকপু হেক্তা শেংদোকপি। অসিগুম্ব নিয়ম অসিবু য়ানিংদব, সমাজগী অচুম্ব পাম্ব মীওইশিংনা থনুংদ ওমচাক্লব লৈরবসু, মখোয়ন লমদমসিগীত ওইব বৈষ্ণব ধর্ম্মগী চংংবিগী মায়োক্ত মকোক হায়গংপ ঙমদ্রিঙৈ মতমদ নাটক অসি ইরম্বনি।

লেখক্ত পুন্সীদ থেংনখিবা থোইদোকপ থৌদোক থরনু মরম ওইতুন নাটক অসি তগ্গা তহা ইখিবনি হায়ন লেখক্কী ইমুংমনুংন তাকপিখি। অহানবদ, মহাক্ত ডিব্রুগড়দ মেডিকেলগী ছাত্র ওই-রিঙৈদ, য়ুম পান্দ্রিঙৈ মমাংদ ওইগদৌরিব সহধর্ম্মীনীগী য়ুমদ নোংম

কোয়থোকলুবদ, ফল্লাংদ থেংপ নিংথৌ যযাতিন দেবযানীগী খুজেং পায়দুনা গুহা মনুংদগী চিংখৎপ অয়েকপ লাই অমা উথিব মুমিং অদুদ নাটক মচা অসি ইনব লেপখিবনি। অনিশুবদ, লেখকী চান্নরব মরুপ মৈতৈ পাখং অমনা বামন নিঙোল অম চেল্লুব থৌদোক্ত লৌনব য়াব-য়াদবগী, অমাং-অশেংগী, ইস্থোক ইনশিনগী থোক্লকপ রাথোক অদু য়ানিংদব অমস্থুং মতুগী মায়োক্ত প্রতিবাদ তৌব ওইন দেবযানী নাটক অসি মতম অদুগী মৈতৈ সমাজগী চংনবী কয়াবু করেম্নদুনা ভাইহাক নোক্লব, ভাইগাকস্থু খঙনব ইথি হায়বসিনি। অস্থুম্ন সমাজ সংস্কারদস্থু পুক্লিংচংব লেখক মতম অদুগী সমাজবু পূনশিনবদ অকায়ব ওইব মৈতৈ খুন্নাইগী চংনবী কয়া শেমদোক্লব লিলা ফম্বাক্ত হোংনব পাম্লম্মী। নাটক অসি শান্নদুনা উংননবগী-দমক ইগ্রবস্থু ওসি ফংভবদ মসি লিলা ফম্বাক্ত অমুক্ত উংখিদ্রি। লেখক্ত লৈরিবেদা লিলা অসি শান্ননদ মশামক্ত মতম অদুগী নোরিব হোল অমদ পুথংখি, অদুবু, শান্নবদি লৌগিদে হায়ন খঙহৌ-উহৌব-শিংন তাকপিখি।

লমাবম ব্রজেন্দ্র

মার্চ, ১৯৮৪

# অহানবা অঙ্ক

## অহানবা দৃশ্য

## কোন্নুং

( শর্ম্মিষ্ঠাগী তুমফম কা। শর্ম্মিষ্ঠানা ফমুংদা হিপ্তুনা লৈবা সখীশিংনা ইশৈ শকপা। )

### ইশৈ

নহাক্কী শঙ্গাইদা য়োকপিরি ঐখোয়বু নংনা য়াইফবা ওইরিনে,
ঐখোয়গী থরাই নংনা পীবনি, নংনা য়াইফবা ওইরিনে
পম্বৈগী শেগাদা থম্বীরে ঐখোয়বু, পমহল্লে পলেমগী পাক্লবা
তম্পাক্তা,
পুনশিল্লে মরুপকী নুংশিবা থৌরীনা, নংনা য়াইফবা ওইরিনে।
নহাক্কী পাক্লবা চাউরবা তাইবংনা গুন্নৎলে ঐখোয়গী ইমিৎ পূন্নমক,
পুত্রি-গুহ-উমং কয়াদা নিংথিরবা, নংনা য়াইফবা ওইরিনে।
থম্মোইদা মপান্দা, ইমুংদা লংফৈদা, যুগ যুগ খুদিংদা, মিকুপ মিকুপ
খুদিংদা
পোকপদ শিবদ, নোকপদ কপ্পদ নংগী খুয়াদা লৈজগে,
নংনা য়াইফবা ওইরিনে।

( ইশৈ লোইরবদা দেবযানী চংলকপা )

শর্ম্মিষ্ঠা—ইতা দেবযানী! নং লাকপা নুঙাইরেদা। লেঙশিল্লকউ,
লেঙশিল্লকউ।

দেবযানী—শর্ম্মিষ্ঠা! ঋতুরাজ বসন্ত চংলকপা মতম অসিদা লমহাং-লমজাওদা শান্নরুরবদি মুঙাইথ্রনিদা! চৈত্ররথ কৌবা বন অহুদা য়াম্না ফজরবা পুখ্রী অমা লৈ, মহুদা জলকেলি শান্নরুসিদো ইতা।

শর্ম্মিষ্ঠা—ইতানা হৌদোকপিরকপসি য়াম্না ফরে। ইতা ইবেম্মা! বসন্ত হৌরকপগী মুংশা মৈশা খর খর কনখৎলকপনে, উরী-উনা খিবিক্লা ইনৌ-নৌনা ইশং-শংনা চোংখৎলকপনে, লৈ-শুনা মকা ফন্না শাৎলকপনে, মতম অসিদা জলকেলি শান্ন-রবদি ওন্থোক্লা মুঙাইথ্রনি।

দেবযানী—ইস করিনো চৈত্ররথ বনগী মমিং পনবা অসিদা ঐগী পুক্লিংসি ইরাং-লাঙইদা, তথক তথকইদা! এঃ পান্থোম য়েৎ ওই অনীমকস্থু ফ্রং ফ্রং হেক চোংইদা!

শর্ম্মিষ্ঠা—( নোক্লুনা ) অপাম-মুংশি থুংনগদবগী খুদমনি ইতা।

দেবযানী অহুম্নকা হায়হুনা করেম্নবিরমুদা! থুনহুম চৎলসি।

( শখী ময়ামগা লোয়ননা শর্ম্মিষ্ঠা দেবযানী বন তান্না চৎখিবা )

## অনীশুবা দৃশ্য

# চৈত্ররথ বন

( দেবযানী অমস্তুং শর্ম্মিষ্ঠা সখী ময়ামগা লোয়ননা ফি অপাবা অমমমতং শেত্তুনা, মফি মরোল অতৈনা পুখ্রী মপান্দা থমত্তুনা, পুখ্রী মন্নুংদা জলকেলী শান্নবা। শান্নবা লোইরত্তুনা কাখৎ-নরকপা, শর্ম্মিষ্ঠানা মাঙ থারকপা। )

শর্ম্মিষ্ঠা—ঐ কাখৎপা হৌরম্লগে, ময়ামস্তু কাখৎপিরক্লো। ( স্বগত ) দেবযানী হায়বীসি য়াম্না শাউগল্লি, মাগী মফি শেত্তুনা খরা লঙনগে। ( দেবযানীগী ফি শেৎপা। )

( ময়ামস্তু কাখৎলকপা, মাগী মাগী ফি থিত্নুনা শেৎনবা, দেবযানীগী ফি থিবা খঙদবা )

দেবযানী—হায়মা ঐগী ফি লৈরমদ্রে! ঐগী ফিদি কদায়? ইহে! শর্ম্মিষ্ঠানা শেৎপ্রেদনা! ( য়াম্না শাউনা ) শর্ম্মিষ্ঠা! নংনা ঐগী ফি শেৎলবা! নংবু শূদ্রগী মচা নত্রা? নংগুম্বনা ব্রাহ্মনী দেবযানী ঐগী ফি শেৎপা নতিক করি লৈ? নিংথৌগী মচানুপীনি হায়ত্নুনা পঙতৌ তৌরিব্রা? ইকাই, নাইখিদ্রেদা! হূইনাও মচাবু চাল্লগা লৈতোন লেকই হায়বত্নু নংনা তৌরবোইরে।

শর্ম্মিষ্ঠা—করি হায়বা দেবযানী। নংবু ইপা নিংথৌগী মরল চাত্নুনা নপুক থল্লিবা নত্রা? নংস্তু ইনাই, নপাস্তু ইপাগী মনাই। নপানা পোল্লি পোল্লি হেক চংলক্লগা, পোৎ ফজবা অমতং হেক উবদা মসি লাইদা কৎলো হায়ত্নুনা পুত্নুনা হেক

মচংখিবা, শেল খরা হেক চিনবগা মন্ত্র শোল্লিবনি হায়তুনা ফু-ফা ফু-ফা হেক কাম্লগা, মঙ্গল পীরিবনি হায়তুনা ঈশিং খরা হেক চাইশিল্লগা সনা লুপা খরা পুতুনা হেক মচংখিবা, হৈ অহাওবা অমতং উবদা লাইগী বালভোগ ওইনগে হায়তুনা নমতুনা হেক মপুখিবা, ময়ুমদদি নখোয়না হেক মচাথোকপা। দেব-কর্ম্মনি হায়তুনা হরাও-কুম্মে খরা হৌদোক্লগা মীয়ামদা হৈ-লৈ শেল পণ্ডকং হেক কৎহনবা! খাণ্ডবা ঙমদ্রেনহে, নখোয়বু লাক্লবা ঙমদ্রেনহে!

দেবযানী—কৈদৌসিংগে অদুমণ্ডাই। খুগ্রাং তোংবনা শূবা খোংউপ তোংবনা চাবা; ওক্লা নিনবা তুইনা মনা থাবা, অপণ্ডবগী মরল অশিংবনা চাবা; ব্রাহ্মননা চাবা শূদ্রনা কোল ফেংবা সংসারদা চৎনরিবনিদো।

শর্ম্মিষ্ঠা—অদুবু শূদ্র ঐখোয়দি ইন্দ্রি শুনা পান্দ্রব্রা? মুণ্ডাইবা অরাবা, অশাউবা খণ্ডনবা থম্মোই পান্দ্রব্রা? শূদ্রগী থোপতি লৈখোম ঙাক্তরা? শূদ্র ঐখোয়গী করি ইরাল লৈরদনা ঐখোয়বু অস্নুপ থীনা ঙংলিবনোনহে! বামন নখোয়গী মুণ্ডাই-য়াইফনবতা হোৎনরিবা ঐখোয়বু অপণ্ডবনি খল্লিবা, খণ্ডজোহে! বামনগা শূদ্রগা শূদ্রনা মশীং য়াম্বা হেনবনি।

দেবযানী—মতুগী মরম খণ্ডনিংব্রা? সংসারগী মনুংদা অথোইবা পোংতি মশীং য়াম্বা হৌনদে। নিংথৌরেল অমতা নিংথৌ ময়াম, নিংথৌ অমতা প্রজা ময়াম, নোংশা অমতা শজি ময়াম, পণ্ডিত অমতা মুর্খ ময়াম, ব্রাহ্মন অমতা শূদ্র শঙ্গু অমা। মতুদি ইখণ্ড খণ্ডদ্রতুনা নখোয় হিংচাবীগী তুরানবা লমচৎ অরেম্বা ধমকাতু ঐঙোন্দমু তৌরকইবোইরে।

শর্ম্মিষ্ঠা—অদুবু বামন নখোয়না শূদ্র ঐখোয়বু উকং ওইনা উরবরনহে? করি য়েংতুনা অদুপ নাপল তৌরিবনোনহায়?

বামননি হায়তুনা পঙচাও চাউবা য়াবরনহায়? অশিংবনা অপঙববু নমথবা, অঙম্বনা অতোনববু নৈহৎপা মসিবু মীওইবগী ধর্ম্মরা? জাতি ভেদ থায়দোক্তুনা সমাজবু মচেং মচেং তাহল্লিবা অসি নখোয়না নত্রা? মীওইবনা অসিগুম্বা অত্যাচারবু কয়া কুইনা খাঙহনা লৈবা ঙমগনি? অনার্য্য ঐখোয়দি আর্য্যগা চিন্দান-পাউদান্নবা ঙমজদেদা? শূদ্র ঐখোয়দি লৈতোন শেংদেদা, অচুম অরান খল্লবা বুদ্ধি ল্লাংমাল্লেদা! নংনা মুপী থোক্লবদি লাও খুৎকা খুৎকা চাংয়েংনসি। অপঙবগী পাঙ্গল করিস্নু মত্তব্রা খঙজৌসে। নশা অহু পোপলি পোপলি তাহৎকে।

( ঙাংন-ঙাংনা চংশিল্লকপা )

দেবযানী—লাও লাও! কিবিদৌবোই নিংবরাও? নশমহু হেক্ত্রা ফোইদৎকে।

( অমগা অমগা মশম ফোইনবা। সখীশিংনা শর্ম্মিষ্ঠাবু কনথোকপা, দেবযানীবু গুহা অমগী মমুংদা ইস্থিবা। )

সখী অমা—তস শিহৌরো গুহা মমুংদা, পুখহৌরো কোম মমুংদা চেল্লসনু লমহুইনা, শেগায়রসনু লংজানা। চাউথোকহৌরো নতোমত্তা, নাপল তৌহৌরো নচীল থীহৌরো নপুক্লিং পেন্না। মশীং য়ামদবী অথোইবী! নখোয়গুম্বা জাৎ অসি নপাঙ্গন্দি ইয়াও য়াওদনা নচীন্দা পঙথীমথীবা! হুইহু মঙাইরেনে শূদ্র ঐখোয়বু নখোয়না তৌরিবা। হিস হেক চংখিবগা "শোকনি" "শোকনি" "তাম্থোকউ" "তাম্থোকউ", খাঙবা ঙম্নক্লেনে।

২ শুবা সখী—( খুবাক্কা খুহুম্না গুহুনা ) কল্লক হেক পেল্লি, শিঙ্ক-হৌরো। বামন্না ঐখোয়বু মাঙহল্লেনে। নিগনবা বামন, মকোক ফম্বা বামন, অহাওবা, চাবা বামন। লুখাক চাবা

শূদ্র, কোল ফেংবা শূদ্র। বামন্না ক্ষেত্রি নিঙোল লৌবদি হেক ময়াইনবা অহুগা মচাবুনা মমাগী মখুৎ হেক মচাহন্দবা। খাওগে হায়না খাঙলকপবু ঙমলক্লেনহায়।

( ময়ামনা কোনুংলোমদা হল্লকপা )

দেবযানী—( গুহা মনুংদগী ) ঐনা বামন মচা অশেংবমক্তা ওইর-বদি অমুক্তং কাখৎলক্তুনা নখোয় পুন্নমক্কী নরাহু শুন্নু তাবমথৈ অমুক্তং তকখিগে। করিগুম্বা অসুম শিবা থোক্লে ঐগী শরুনা নখোয়বু অমুক্তংদি য়ুহনগে।

( যযাতি মহারাজনা লাম্মী খরা পূহুনা শাদানবা লাকপা )

যযাতি—করিনো ঙসি তৌরিসিবো, মুমিৎচুপ্পা শা থিরকপবু শা অমতা থেংনদবা। মুমিৎতি থেংজিল্লক্লে, শাদি অমতা ফংদ্রে। ঈশিং খৌরাংবনমু খাঙবা ঙমশিল্লক্লে। অহুবু পুখ্রী গুহানচিংবসু অমতা লৈবা উদে। সন্থা ঈশিং থিরকউ, খাঙবা ঙমদ্রে। ঐ উখোংসিদা ফমহুনা ঙাইহাক পোত্থাগে।

( লাম্মীশিংনা ঈশিং থিবা চৎখিবা। খর চৎলগা মখোয়না খোঞ্জেল অমা তারকপা। )

দেবযানী—( মীনিল তাহুনা গুহা মনুংদগী ) ও! কনা কনানো লাকইবা? ঐবু খরা লৌখৎপিরম্মো।

১বা লাম্মী—খোঞ্জেল অমা তায় কদায়দনো?

২শুবা লাম্মী—লৌম্রাওবী ওইরিনি। চেল্লসি চেল্লসি। ( চেনগে তৌবা ) বন অসি লৌম্রাওবী য়াম্না লৈ হায়বনি।

১বা লাম্মী -তুমিনলৈয়ু অপঙবা। মীগী খোঞ্জেলনি মুন্না তাউ।

৩শুবা লাম্মী অনকপদা গুহা অমা লৈবা উরে। খোঞ্জেল অসিসু গুহা মনুং অসিদগী লাকপগুম তৌই। য়েংলুসি লাও।

:বা লাম্মী—( গুহা মনুংদা য়েংথহুনা ) এঃ মী অমা গুহা মনুংদা

তাহ্নবা লৈরেনে !

৩শুবা লাম্মী—গুহা অসিগী ঈশিংদি শোকত্রা শোয়োইত্রা হায়না মহারাজদা হঙ্গংতবা য়াদে।

২শুবা লাম্মী—চুম্মী হঙ্গংতবা য়াদে। ( মাং থানা চেনখিবা-স্বগত ) হন্দকীসিদা ফম অমতং নাইহৌদবা য়াদে। ( মহারাজদা খুরমহ্নবা ) মহারাজ ! গুহাস্থু লৈহৌরে, ঈশিংস্থু লৈহৌরে, মীস্থু তাহৌরে।

যযাতী—হা করি ! ঈশিং করি তৌরবা, গুহাদা কনা তাহৌরবা ? কদায়দনো ?

২শুবা লাম্মী—( য়াম্না কিনা ) ননাই ঐদি হঙ্গংসি হায়বা য়াজদে। আদ লৈরিবা ননাই অসিনা হঙ্গংসি হায়হ্নবা হঙ্গংপনি।

যযাতি—অহুবু গুহা মমুংদা মী অমা তাহৌরে হায়বহু কদায়দনো চুম্না খুম্মুনে। নখোয় সৈনিকী জাং অসিদি মীগী পুন্সীবুদি নশাগী কান্নবনা হান্না খল্লি।

৩শুবা লাম্মী—মহারাজ গুহা অহু অসিদা লৈরে। ( থিন্দুনা তাকপা )

( গুহা মপাল য়োরবদা যযাতিনা ইফিং ফিংনা গুহা মমুংদা য়েংথবা। )

যযাতি—ইস মাঙলে মাঙলে ! মী অমা গুহা মমুংদা ইরারুরে। খর থীস্থরবদি শিবা তারে ! করি উপাই তৌহ্নবা লৌ-থংকনি অসিদি। কনানো গুহা মমুংদা তারিবা, নখুৎ থাঙ্গৎলকপা ওমগত্রা ? থাঙ্গৎলকউ, ঐ চিংখংকে।

( দেবযানীনা মখুৎ য়েংথংবা থাঙ্গৎলকপা। যযাতিনা মখোং নামা লৈরাইদা নপতুনা মখুৎ নাম্মনা গুহা মপান্দা হৌবা উ পাম্বী মচা অমা পায়হ্নবা মখুৎ নামনা দেবযানীগী খুজেং পায়হ্নবা চিংখৎলকপা। দেবযানীনা ইচোৎ চোৎনা মপান্দা লেপ্পা। )

যযাতি—( ইওক ওকপগী মতৌ সগত ( ইহে, মুপীমচানিনা তারম্মি-
বসিদে। ওম্বোল্লা ফজত্রেদা। লক্ষ্মীরা সরস্বতীরা?
নত্রগা বন অসিবু কোল্লিবী লাইরেম্বীরা? অমম্ব নোং
মরক্তগী কুপ্লকপা নোংথাংগুম, ফদি-ফরা মমুংদগী পুথো-
রকপা মণিমুক্তাগুম, অত্যাদগী নাম্বরকপা থম্নানমিচাকুম
গুহা মমুংদগী ওম্বোল্লা ফজরবী মুপীমচা অম্না থোরক্লেদা!
( প্রকাশ্যে ) ইবেম্মবু তাইবং মীরা খোয়ুম লাইরা?
অদুগা কয়ম তৌনা গুহা মমুং অসিদা লৈরম্মিবা খঙজবা
য়াগদ্রা?

দেবযানী—( মিংচিনা খজিক্কং য়েংদুনা ) ঐ তাইবং মীনে, মীনা
ইম্মু রম্মীবা।

যযাতি—অদুদি ইবেম্মা! করি মরমদগী তমথীরবা কনানা ইবেম্মবু
ইম্মু রম্লিবা?

দেবযানী—মদু খঙবিরগা করিবু তৌরুগদগে! হৌজিক্তি পুক্লিং
হকচাং লোইনমক ইচোক চোকথখরে। হয়েং নোংমা
পুক্লিং তপ্না অচিকপদা তমজগে।

যযাতি—মরাল লৈতবা মী অমমু ওং নৈবিরম্লিবা মুংশিহৈতবা মহাক
অদো লৈপাক নিংথৌগী মমাংদা পুখৎতুনা মতিক চাবা
দন্দি পীহনগনিদনা। ফরে মচুম্মু তাকনিংত্রগা মতোল্লসি।
ইবেম্মগী পরিচয়দি তাকপিবা য়ারোইদ্রা?
করিগুম্বা লম্বী লম্মাংনদুনা য়ুমদা হজিনফম খঙত্রবম্মু ঐখোয়
থিনজিনজরমগে!

দেবযানী—ইয়ুমদি ইনক-নক্লা অসিরাইদা হেক মলৈরে। তপথ-
লিখোদ, পরিচয়সু তাকচনি, অদুগা হৌজিক্তি ঐগী খুজেং
পায়বিরবনিন ¨ !

যযাতি—করেম্নবসি তৌবিরমুদা। অম্না অনা তারবা মীবু কনখিবা

হায়বসি ঐখোয় মীওইবগী ধর্মনি হায়ত্নুনা ইথৌ তৌজ-
বতনি। ইবেম্মগী চাংদম্নিঙাই লৈতনা ফজরবা শক অসি
উবদ ঙাওত্নুনা ইবেম্মবু লৌখৎচবা নত্তেদা।

দেবযানী—ঐবু কনবিবগী মথক্তা অমুক থাগৎপিবগীদমক্তা মুঙাই-
জবসি ফোংদোক্লবা মতিকচাবা ৱাহৈ লৈজত্রে। অত্নুবু ঐবু
লৌখৎপিবগী অমসুং ঐগী পরিচয় তাকলুবগী করিস্নু কান্নবা
লৈত্রে। ঐগী নিংবা থুংদ্রবা পুল্লী অসি অত্নুম্মক মাঙজ-
ধ্রসনু। গুহা মন্নুংদা অমুক চোংথত্নুনা শিজ্জরগে।

যযাতি—ওইনচাওবী, তপথদ্রবা ঐবু অমুক ৱাহনবিরগনু। পরিচয়
তাকপিনিংদ্রবসু তাকনিংদে হায়ত্নুনা শেংনা হেক্তা খঙ-
হনবিরো।

দেবযানী—ঙসাই গুহা মন্নুংদগী চিংখৎপিবা অত্নুদা খরা কল্লক কপ্পাও
থেক্লা তৌবিগ্রমাল্লে, ঐগী য়েৎথংবা খুজেংসি তেক্লমাল্লে,
য়াম্না নারে।

( মখুৎ ওইনা য়েৎথংবা খুজেং নোইজবা )

যযাতি—ওস্তোকপা হায়ত্নুনি! মীগী মথৱাই কন্নবা হোৎনক্লবা
হায়ববু মীগী মখুৎ থুদেকপগী অপরাধী ওইগদৌরবোইয়ে।
অত্নুবু ঐ চেনজরোই, তৌকম থোকপা অমা তৌজগনি।
ঐগী খুৎসি ককথৎতুনা শিংজো হায়রবসু শিংজরগে।
পরিচয়দি তাকপিরোদনা।

দেবযানী—অত্নুম্নকা তৌরবসু নিংবা থুংবদি ওইরোইদা। নিপাগী
খুৎ ককথত্নুনা নুপীগী খুৎ শন্নবদি মীনা উরগা ঐবু করি
ওইনা খনগদগে? মত্নু ফজবা খরা ৱাৎকদমাল্লেদা!

যযাতি—অত্নুদি করি অমুক তৌনিঙাই লৈরি? ঐনা ননাই ওই-
গদবা মঙাইরেদনা।

দেবযানী—( স্বগত ) ঐনা পামজরিবদি মত্নুতনি। ( প্রকাশ্যে )

অহুনা করিগুম্বা অমদি তৌবিবা তারেদনা।

যযাতি—ইবেম্মা, পরিচয় তাকপিরোইদমাল্লে, ঐ চৎচরগে।
ঙাইহাক মতম মাঙহল্লে, রারৌবিনুকো।

দেবযানী—লান্দারকপগী মতৌগুম অসুপ থুজিনবিরিবসিবু কৈদৌ-
রগে? গুহা মমুংদা তারুবদগী ঙাইহাক্তা ফাওবা পোথা-
জবা ফংদ্রিনে। স্বর অমুক্তদি হোন্দোকচখিগে।

যযাতি—ইবেম্মগী পরিচয়সিবু কয়ামুক শাংবগে? তাকপদা কয়া
কুইনা চংগদগে? থেংজিল্লকুবা মতম অসিদা অসিগুম্বা
মফমদা ইবেম্মনা অতোপ্পগা লৈমিন্নবা অসি মীনা উরগা
ফজবা ওইগদ্রনে?

দেবযানী—ওস্থোকুসু অনম কনথ্রেদা! হোয়দা তাকতা তাকচরগেদা,
খাঙবা ঙমদ্রেদা। ইমিংদি দেবযানী কৌই, শুক্র গুরুগী
মচানুপীনি।

যযাতি—ইস শুক্র গুরুগী মচানুপী! মতিক ময়াই কনথ্রবা ব্রাহ্মন
অমগী মচানুপী ওইরম্লেনা! মাঙলে মাঙলে! ঐদি
শোকহৈদবা শোকউরে। সৈন্যশা! চৎলসি, মফম অসিদা
কুইনা লৈবা য়াদ্রে। (চৎখিবা)

২শুবা লান্মী—(লম্বীদা চৎনা চৎনা) ঐদি নুপীমচা অসি মনাতোন
তুমল্লি মমিং লাওমল্লি বামন ওইরমগনি হায়বা ঙসাইনা
খঙলবনিনে। খঙন খঙন কিহুনা তাকহৌদ্রেনে।

দেবযানী—(মতোম্মতা) নিপা অসিবু কনা ওইরমগবা? উবদা
অচৌবা নিংথৌগী মতৌম্নু মাল্লি। পরিচয় হংগে খনবসু
ঐসি চমন্নখরে। ঐসি পঙথ্রবা হায়বহ্ ওইরে! ঙাংগদবা
রাদি ঙাংদহ্না রারেম ঙাক্তা ঙাংথোকপ্রে। ফরে মানা
ওইগে হায়বা জাৎ অমা ওইরসনু, মানা থোনগে হায়বা
মমিং অমা থোল্লমসনু মাবুক্ষি ঐগী থম্মোইদা মুংশিপ্রেদনা

মহাক লাকলমন্ত্রবদি কনানা খঙবা মফম অসিদা ঐগী পুন্সী লোইশিনখিরম্বস্নু। পাবুংসিবু মীনা অস্নুক কিনরিবা অসিবু করিগীনো ? লিনদৌনা মাবু মহূ চেনব্র করিনো খঙ্‌দে। ঐদি পাবুংগী মচা ওইজনিংদ্রেদা ! নত্তেদা পাবুংগী দোষ নত্তেদা। ঐগী ইমিংসি য়াম্না থীরমাল্লে। হেক তাবদা মীনা অকিবা পোক্লমাল্লে। ঐগী ইমিংসি হোংদোকপা তারে।

নিপা হায়বা জাৎ অসি ওন্থোক্লা ন্নুংশিহৈত্তেদা ! শোকহৈদবা শোকলে হায়দুনা কিদুনা হেক মচেনখিনেসে। মশাঙাক চেনগ্রবস্নু ফৈ, ঐগী থম্মোই য়াওনা পূদুনা চেনগ্রে। খুজেংদা কাউঙমদ্রবা ন্নুংশিগী খুজি শিবিরম্লে, পুক্লিংদনা ন্নুংশি মৈচাক হৌবিরম্লে। ঐদি করম্না খাঙগনি মৈচাক অসি ! অদুগীস্নু মথক্তা শর্মিষ্ঠানা লাকচনা তৌরম্বগী শাউনিংবা মৈচাক্লা মৈরি ব্লাংনা অমুক চাকখৎলক্লি। ন্নুংশি মৈচাকপু খাঙশিরা, শাউনিংবগী মৈচাকপূ খাঙশিরা ! ইস চাক্লে চাক্লে খাঙবা ঙমদ্রে ! শা তানবগী লাংদা থুরবী, মহূ চেল্লবা তেন্নস্নু পাল্লবী, মচাস্নু কায়নরবী শজি অমোম-শিংদু অস্নুক চাক্লিগদ্রা ? তাইবংপান্দা মৈচাক মৈচাক হায়দুনা লৈরিবা ময়াম অসিগী মরক্তা অপাম-ন্নুংশি থুংন-দবগা মীনা লাকচবগা অনীসি তিন্নদুনা থোকপা মৈচাক অসিমুক কনবা মৈচাক অতৈ অমা লৈরমখিগদ্রা ? অসিনা ওইরে মীওইবনা অস্নুক লায়না লায়না আত্মঘাট তৌনরিবা ! গুহা মনুংদা লৈরিঙৈদনা হেন্না ন্নুঙাইরম্মী। কাম্নদ্রে ঐ অমুক গুহা মনুংদা চোংথরগে।

( চোংথগে তৌবা )

ঘুর্নীকা—( তুংলোমদগী তূমিন্না চংলকতুনা দেবযানীবু মখ্বাং কোন্দুনা

ফাবা ) ইবেম্মা, দেবযানী ! ঙাইখো-ঙাইখো। গুহা মন্নুংদা ইরুপ্পসিবু কয়ামুক মুঙাইবগে ? নত্রগা হঙোই বোরোবী ওন্দুনা লৈরগেরাও ? করি কুণ্ডনো মসিবো ? প্রেম সরোবর হায়বহু মসিরো ? মসিদা লুপ্লবদি অপাম মুংশি থুংনৈ হায়বহু অসিরা ? অহু ওইরবদি ঐস্মু অমুক্তা লুপচগেবা।

দেবযানী—চরোহে কনানো ! থাদোকউনে। করি কুণ্ড করি সরোবর হায়বা ? ঘুর্নীকা ! নং মফম অসিদা কৈদৌবা লাক্লিবনো ? শাউগা-শাউনিংবদা নশক্তু য়েংনিংদে, চং-থোকপ্রো চংলো !

ঘুর্নীকা—শাউবিখিনু, খরা তপথৰিখোও। ননাইনা লানজরে, মতাং চাদনা ফাগী তৌগ্রমাল্লে। গুরুদেৰনা ইবেম্মবু হঞ্জিল্লক্তবা কুইরে থিরু চংলু হায়হুনা লাক্লিবনে।

দেবযানী—( মপি তৈথোক্তুনা ) ঘুর্নীকা ! ঐ অমুক হঞ্জিল্লরোই। ঐ অস্নুম শিরনি। শর্ম্মিষ্ঠা লৈরিমখেদি ঐ অমুক লৈপাক অসিদা লৈররোই। মানা ঐবু গুহা মন্নুংদা ইস্থুরম্লে। শূদ্রগী অমাংবা খোংপাক্লা কাউরম্লে। ঐ অস্নুম শিরনি।

ঘুর্নীকা—মহুগীস্নু কোন্না বিচার লাকখিনি। হৌজিক্তি কান্ন-ররোইদা, চংলসি লাকও। ইবেম্মনা অসিদা নথম্ভা লৈ-হৌহুনস্নু মহাক অহু অমুক হল্লক্লরোইদা।

দেবযানী—মহাক হায়ববু কনানোনে ?

ঘুর্নীকা—খঙদ্রগা তোক্লো, নংনা হেন্না খঙলক্লগদবদা। শেংনা হায়-হন্নিংগ্রমাল্লে, মহাক অহু যযাতি মহারাজনিদনা।

দেবযানী—অহুনা হেন্না খঙখিদ্রে। যযাতি মহারাজ হায়ববু কনানো ?

ঘুর্নীকা—যযাতি হায়বদি দেবযানীগী ম মৈ নে ! তস খঙলরিনি।

খঙনা খঙনা খঙশিন্নদবা শারদনা। ঐদি খোং-খোংপা উহৌরবদা। হয়েং মহারানী ওইরগা ঐবু কাউবিন্নকো।

দেবযানী —চরোদহায়, অহন্নকা হায়জন্ন। নচানুপীহন মহারানী ওইহল্লু।

ঘুর্নীকা—ইচানুপীদি থন্নু থমখো, মপাবু লৈত্রিনে।

দেবযানী—হয়েং ঐ উকংনা নপুরোইবা অমা শাবিগে, খিত্তা থুনা চংপিগ্রো।

ঘুর্নীকা—য়ারেম অসি খিং তোক্লসি। য়াফম পুন্নমক ঐ শুক্র গুরুদা তন্ন রগে। ঐ চৎলে।

( ঘুর্নীকানা মমিং খংনা খংনা নোক্লুনা চেনখিবা। শুক্র গুরুদা পাউ তন্ন বা )

দেবযানী—( স্বগত ) উম, ঐবু চিংখংলন্বা নিপাহু যযাতি মহারাজ ওইরে। ওইরিনি, শোয়দনা ওইরিনি, অচন্বা মী মান্দে। নিপাহু যাহু হৈত্রা করিনো ? মানা ঐগী খুজেংসি হেক পায়বদা ঐগী হকচাংসি খঙহৌদনা তু খ্যাও হেক চুংইদা। নোংথাং কুপ্পগুম্না হকচাং পুন্নমকসি খাই হেক পাখংলি। মানা নেৎলন্বা নাপীশিং কাওবা মরু ইরুক হেক লুকইদা! ঐগুন্বা নুপীমচাদি কদায়দগী খাঙবা ঙমগদগে ? ফরে ঐনা ব্রাহ্মনগী জাৎতা পোকপা অশেংবা ওইরবদি ঐহাক শোয়দনা যযাতি মহারাজদা য়ুম পানগে, অদুগা শর্মিষ্ঠাবু ইনাইন্নুবী ওইহনগে, ঙমত্রগা শিখিগে। ( শুক্র গুরু লাকপা উরকপদা কপশিন্নবা। )

দেবযানী—ওম্মোক্লা লাকচগ্রেদা ... মীগী মখা পোন্দুনা লৈবা তোনগ্রেদকো ... হিংহুনা লৈনিংদ্রেদা।

শুক্র গুরু—( ফিজিনা দেবযানীগী মপি তৈথোকপিহনা ) ইপাগী ইবেম্মা দেবযানী! নংদি য়ুমদা হজিনগনি হায়বা কাউরব্রা ?

লাকও য়ুমদা চংলসি। অরাম্বা খোৌরাংবকা করিস্থু পোক্ত্র-ত্রা নংবো ?

দেবযানী - ( কপ্লা কপ্লা ) পাবুং ঐদি য়ুমদা হনজিল্লরোই। ওসি শর্ম্মিষ্ঠানা ঐবু য়াম্না লাকচপ্রে। শূদ্রগী মচা শর্ম্মিষ্ঠা মহাক্না ব্রাহ্মনী ঐগী ফি লৌতুনা হেক মশেংপা, অতুগা ঐবু মনাই-মশন ময়াম চংতুনা খোংপাক্না তারগা শিরে হায়তুনা শুহ মমুংদা হুন্থরম্বা, পাবুংবুস্থু মপাগী মনাইনি হেক মহায়বা, ঐ থাওবা ওম্মরোই। ঐদি হিংতুনা কান্নদ্রে, অস্থুম শিরনি।

শুক্র —ওঃ ইচাবু অতুম্না তৌগ্রবকো ! অতুবু ইবেম্মা তপথৌ তপথৌ, শাউখিন্থু। অশাউবগা মান্নবা মীওইবগী য়েক্নবা অতৈ অমা লৈত্রবনি। চহি চামা তপ তৌবগা ইশাউ শাউদব ওম্বগা মহৈ চপ মান্নে হায়রিবনি। হা ! ইবেম্মা করি হায়গে ? নংনা লাল্লুহনা মীনাই থীনা তৌরম্লিবনি। ঐখোয়দি প্রজানি, মপাদি নিংথৌনি। মপাগী মনাই হায়বদা করি চোপ্পগে ? শাউরুম্থু ইবেম্মা, য়ুমদা চংলসি।

দেবযানী—রাশিং অতু পাবুংনা অমুক তাক্রুবস্থু ঐনা হেন্না খঙই। ঐবু পাবুংনা পোকপা নত্রা ? পাবুংগা ইমাগা খংনবা ঐ খক উদত্রা ? অশাউববু কন্নানা থিংবা ওমগদগে ? সংসার থাদোক্লবা, অপাম্বা মিহৌবা থাদোক্লবা বৈরাগীশিং, ধম্মতনা লাইনিং ওইরবা যোগী ঋষিশিং অতুদি ওম্নম্বা য়াই। লিম্না চিক্লবস্থু অচিকপা মফম অতু ককথতুনা হুন্দোকপা ওম্নবদি হেক মফৈ, হু চারুরে ওথোকপা ওম্নবদি হেক মফৈ। অতুবু ইমান্নবা অমনা লাকচনা থোওই ঊশিত্তনা হায়রম্বা রাহৈ-শিং অসিদি ঐগী লু-তোং-শিংলি-থোপ মফম পুম্নমক্তা শিনবা থুংনা শন্দোকপ্রে। চাক্লে চাক্লে ঐ খাংবা ওমদ্রে।

ঐগী খরাইনা হিংলিমথৈদি কাউবা ওয়রোই।

শুক্র গুরু—অদুদি করি তৌসি হায়বগে? নংগী মুত্তাইতবা অসি কোরুবা করি তৌগদগে হায়মুদনা।

দেবযানী—শর্ম্মিষ্ঠাবু মাগী সখী লিশিং অমগা লোয়ননা ঐগী ইনাই ওইহনগদবনি। অদুতদা মৈচাক অসি মুংলক্তনি। পাবুং ঐবু শিগে শিজো হায়রা নত্রগা শর্ম্মিষ্ঠাবু ঐগী ইনাই ওইহনাগে হায়ত্রা—অমতং তাকপিয়ু।

শুক্র গুরু—( স্বগত ) নিঙোল পোকপা হায়বসি ওস্থোরু নাকোং রাইচিনথ্রেদা। মনিং হেক থুংত্রিমথৈ লখা অমা ফুরবমু লখা অমা থেম্লবমু খক য়ারোইদবনিসে। চৈবু কিত্রবা, চৈবগীমু ইকাইত্রবা, থেমজিনবমু য়াত্রবদি করিনো তৌগ-দবা! নুং অতেকপা শম্বনা খরা লায়, ঈশিংগা থাউগা তিন্নহনবনা খরা কৈ, দেবযানীবু থেমজিন্নবা লাকুবা অসিদি অরেম্বনি।

( প্রকাশ্য ) ফরে অদুদি ইবেম্মা, মপা নিংথৌদা হায়রুরসি। চংলসি লাকও।

অহুমশুবা দৃশ্য

## কোন্নুং

(বৃষপর্ব্ব নিংথৌ পাশ শান্নহুনা লৈবা। শুক্র গুরু চংলকপা উরবদা হৌগংহুনা খুরুম্বা। দেবযানী মপামচাবু আসন অমমমদা ফমহনবা।)

বৃষপর্ব্ব—গুরুদেব, খুরুমজরি! করি থবক্তী লেংবিরকপা, করম্বা য়াথং তাকপিগদবা লৈবিবা?

শুক্র গুরু—বৃষপর্ব্ব নিংথৌ! বিদাই পীরো। ঙসিদগী হৌনা ইপা-ইচা নংগী লৈবাক অসি থাদোক্লুনা চৎলগে, উমংদা উহৈ-রাহৈ চাহুনা পুন্সী লেম্লুরগে। নং লৈবাক ঙাক্লুনা মুঙাইনা পালহৌরো।

বৃষপর্ব্ব—ইস! গুরুদেব করি য়াথংনো তাকপিরিবসিদি! ননাইনা গুরুদেবগী সেবা তৌবদা করম্বা অরানবা য়াওপ্রবগে? ঐগী লৈপাক্তা করম্বা ন্নায়েন বিচার চুমদবা লৈপ্রবগে? ননাইদা তাকপিয়ু গুরুদেব।

শুক্র—বৃষপর্ব্ব! নংগী লৈবাক অসিদা মতুশোনবা মীদি পাল-হৈদ্রে। খুৎকন-পাঙ্গনবতনি হিংবা ঙমগদবা। ঐগী ইচা দেবযানীসে নচানুপী শর্মিষ্ঠানা অশোংবা বনগী মনুংদা লৌশিং ভৌহুনা পুশিল্লগা মনাই মশল ময়াম চংহুনা গুহা মনুংদা ইন্থহুনা হাৎলমগদৌরে। শাদানবশিংনা লৌথং-পিরমদ্রবদি ঙশায়না মথন্নাই থারগদবনি। নচা-মীচা মীচং-মীখায় নাইবা, নিংথৌগী মচানুপীনি হায়হুনা মনিং মথা পঙতৌ-তৌহনবা, ন্নায়েন-বিচার চুমদবা লৈপাক

অসিদা ঐ লৈররোই। দেবযানী হৌগৎলো, বন্দা চৎলসি। নিংথৌগী মরল-মথুম চাহুনা লৈগদবগী শরুকপুদি বন্দা চত্নুনা উহৈ-রাহৈ চাহুনা লেনবনা হেন্না ফরনি।

( হৌগৎপা )

বৃষপর্ব্ব—( শুক্র গুরুবু খুজেং পায়রুনা খামজিনবা ) গুরুদেব ননাই ঐদি মতুগী মরমদা করি অমতা খওজদ্রি, তাস্থ তাজদ্রি। ঐগী ইচামক্লা মতুম তৌরবা! মাদি কা য়াম্না হেল্লেনা! ননাই শর্মিষ্ঠানা মতুমক তৌরম্বা থোক্লবদি হৌজিকমক মাবু মতিক ওকপা দণ্ডি পীগনি। মহাকপু ইচানিকা হায়রুনা কনবা ওইথোক্কবনি গুরুদেব।

শুক্র—মহারাজ! তৌরম্বা থোকপা'ককা নত্তে, তৌথ্রবনিনে। ইচাম্নুপীসে শিরুবদগী হল্লক্লবনিনে। রা য়াম্না ভাংনতুনা কান্নদে, লম্বী থাদোকউ, ঐ চৎলগে।

বৃষপর্ব্ব—অমুক্তদি তপথবিখো গুরুদেব! গুরুদেবনা থাদোকপি রম্নবদি লৈপাকসি মুৎপা তারে। শোরারেন্নচিংবা লাইয়াম কাংবুনা উৎ-পাৎ তৌহুনা লৈপাক অসি কাংথোং চাইবা তারে। ভসিদগী হৌনা ঐগী পুক্কে, লনগৈ, ভণ্ডার পূম্নমক গুরুদেবগী চরন্দা কথোকচরগে। ননাই ঐবু শাউবিরবস্থু মরাইবক থীরবা লৈবাক প্রজা অশোন অনা পূম্নমকসিবু মুংশিবিহুনা অমুক্তং তপথবিখো।

শুক্র—( শাউবা নেমথহুনা নোকক্তেং তৌহুনা ) মহারাজ! নংগী পুক্কে লনগৈ অতু ঐনা করি তৌনগদগে? ঐ মতু পামদে। ঐ নঙোন্দদি কয়া শাউবা নত্তেনে। নংগী নচামুপী শর্মিষ্ঠা হায়বিসে য়াম্না লম হেনথে। দেবযানীবু মহাক্না হেক্তা হাংলগে মতাগুম তৌরম্বসে খরা হেনমনথ্রে। অতুবু ঐদি হৌথ্রবা অতুগীদমক্তা থোইনা খন্দে, ইচা মীচা চপ মান্নে।

দেবযানীগা হায়নৌ, মানা য়ারবদি ঐদি ইয়া য়াই।

বৃষপর্ব্ব—ইবেম্মা দেবযানী! নংনা অমুক্তং কনবিত্রবদি লৈপাক অসি মাঙবা তারেনে। ঐবু অহুগা শর্ম্মিষ্ঠাবু মুংশিত্রবসু লৈপাক্কী অমসুং প্রজা মীয়ামগী খল্লুনা অমুক্তদি চান-বিখোবা।

দেবযানী—মহারাজ! লৈপাক প্রজানা মুৎথ্রবসু, নোংপোক্তা থোকপা মুমিৎনা নোংচুপলোমদা থোরক্লবসু, হিমালয়না নিংখায়হনা সমুদ্র ফুনথ্রবসু লৈবাক্লা দোষী ওইরগা ঈশিংনা থাউ ওইহনা পৃথিবী অসি চাক্লক্লবসু, শূদ্রনা ব্রাহ্মনগা চপ মান্নরা চাউরক্লবসু, শুক্র গুরুগী মচানুপী ব্রাহ্মনী দেবযানী ঐগী রাশক্তি খক কায়ররোইদবনি। ঐনা শিবা অমা নত্রগা শর্ম্মিষ্ঠাবু মতিক চাবা দশি পীবা অমা।

বৃষপর্ব্ব—মুঙাইরে ইবেম্মা! করে, মতুগীদমক করিসু চিংননিঙাই লৈতে। মহাক্কী মতিকচাবা দশিদি শর্ম্মিষ্ঠাবু ঙসিদগী হৌনা মপুন্সী চুপ্পগীদমক লৈপাক অসিদগী তানথোকথ্রগে।

দেবযানী—শর্ম্মিষ্ঠাবু মপুন্সীচুপ্পা লৈবাকসিদগী তানথোকপনদি দশি ওইরোই। অতোপ্পা লৈবাক অমগী নিংথৌমচা অমদা ময়ুম পান্দুনা মহারানী ওইহনা মুঙাইনা পানথ্রবদি দশি পীবগী করি অর্থনো? মাগী মুঙাইনবা শেম্বীবা হায়বহু তাগনি। মাগী মতিকচাবা দশিদি মাবু মপুন্সীচুপ্পা ঐগী ইনাইনুবী ওইহনগদবনি, অহিং মিশেং থাঙহন্দুনা মপুন্সীচুপ্পা ময়ুম পালহল্লরোইদবনি, মচা-মরা মশিত্তা উহল্লরোইদবনি, মিকুপ পুংজা খুদিংগী অখিবা য়াক্লবা রাহৈতনা মনাকোং চক্র ফুলহনগদবনি। অশুকপা, অশাউবা, অকিবা শক-কমতা মমিত্তা উহনগদবনি, খোংথাং খুদিংগী মিৎ থানা থানা য়েংগদবনি, লিনগী হুগা চপ মান্নরবা করেম্নবা রাহৈনা মাগী

থম্মোই প্রোক প্রোক চাকথেকহনগদবনি। মহুতদা ঐগী অশাউবগী ময়েং খজিত্তং তাগদবনি।

বৃষপর্ব্ব—ফরে ইবেম্মা, নংনা নিংলিবহৃমক নতাবু তৌহল্লগে। মানা তৌরম্বা মরালগী প্রায়শ্চিত্তং মানা ফংজগদবনি। ধাত্রী! শর্ম্মিষ্ঠাবু অহুক কৌথোকলুচো। ( স্বগত ) ওম্মোকপ-নিদা! লৈপাক্কী মপু ওইবা! লৈপাক্কী ফনবা তৌবদা লনাইগী স্বার্থ ফাওবা ঙাকপা ঙমদবা।

( শর্ম্মিষ্ঠা মনাইশুপী লিশিং অমনা থোগল তৌহনা থোরকপা শুক্র গুরু অমম্বুং মপাবু খুরুম্বা। )

শর্ম্মিষ্ঠা—গুরুদেব অমম্বুং পাবুং মহারাজ। ননাই শর্ম্মিষ্ঠানা খুরুমজরি। তাকপীয়ু পাবুং করিগীনো ঐবু মতম চাদনা কৌরকইবা অসিবু?

বৃষপর্ব্ব—ইপাগী ইবেম্মা, লৈপাক্কী খুদোংথীরবা মতম য়ৌরহনা ইপানা নংগী নতেং লোগে হায়বগীদমক কৌরিবনিনে। ইপাগী লৈরাং তোমশাৎনবী শর্ম্মিষ্ঠা! নখাদা লৈরাং অমা পোমভ্রবী, নথক্তা লৈরাং অমা শাত্রবী, ইপাগী থম্মোই লৈকোলগী অমতা ঙাইরবী ইমোম লাংলেন! বৃষপর্ব্বগী বংশদা মাং-তুং হন্না য়েংবদা নথন্তা ঙাইরবী শর্ম্মিষ্ঠা! অমাবম্বাগী অহিংদা মুৎলি মুৎলি পাইবা তন্দন গুম্না মুৎশিল্লরুবা বৃষপর্ব্বগী বংশদা নথন্তা মুৎলি মুৎলি ঙাল্লিবী শর্ম্মিষ্ঠা! নহাক্না হন্দক তৌরম্লিবা থৌদোকসিবু কারি মতৌনো। ( খরা শাউনা ) অহুবু লৈপাক্কী থবক্তা মুংশিবা, অচান-মীরায়গী রাথলগী মফম লৈরোই। নহাক্না দেবযানীবু গুহা মমুংদা ইণ্ডুহনা মী অমগী পুক্সী মাঙনবা তৌরুবা অহুগী মরম্না নতা দেবযানীনা নংবু য়াম্না শাউরে, গুরুদেব মপা মচা লৈবাকসি থাদোক্‌না চৎখিগদৌরে।

গুরুদেবনা চৎপ্রবদি লাইশিংগী উৎপাৎনা লৈপাক অসি মথক মখা ওনবা তারে। প্রজা ময়াম কাং-খোং চায়বা তারে। ময়ম অতুনা নংনা তৌখিবা ময়াল অতুগী মাতকচাবা দণ্ডি পীরবনি। নহাক ঙসিদগী হৌনা দেবযানীগী মনাই ওইর-গদবনি। ইপানা দণ্ডি অসি পী হায়তুনসু ইপানা নংবু মুংশিবদি তাবা নাত্তকো ইবেম্মা। নরৈবাক্কী মঙ্গলগীদমক্তা অমদি প্রজা কয়ানা অরাবা তাগদবদগী কন্ননবা নহাক্না দণ্ডি অসি লৌবা তাবনিকো শর্ম্মিষ্ঠা।

শর্ম্মিষ্ঠা—পাবুং মতুগীদমক করিগী রাবিবগে? পাবুংনা তাকপিরিবা অসিদি য়াম্না ফগ্রবা রানিনা। পাবুংগী য়াথং কোকথক্তা থোংগৎচরগে। নচা ঐ অমা মীনাই ওইরগা লৈপাক অমা কনবা য়ারবদি ঐগী থোইদোক্না ইরাইবক ফবা অমনি। অসিগুম্বা লাইবক ফবা অসি মুপীমচাশিংগী মরক্তা ঙসি ফাওবদা কনাগীসু থোকখিদ্রি। কান্নফম খঙদনা পুন্সীগী মহাও চাতুনা মুঙাইনা লেম্হোকপবুদি খজিক্তা ওইরবসু লৈপাক্কী কান্ননবা তৌবনা হেন্না পামজৈ। পাবুং ঐ য়াজরে। অমুক মতম মাংহল্লরোই, দেবযানীগী মনাই ওইরুরগে।

বৃষপর্ব্ব—থন্ননি শর্ম্মিষ্ঠা! নরাহৈ তাবদা পাবুং পেল্লে। ইবেম্মা! নাওথী শাগনবী, ওইনজাওবী শর্ম্মিষ্ঠা! পোকপদগী হৌনা অরাৎ-অপা লৈত্রবা রাজবৈভব মরক্তা চাওজররুবী, নংনা নরৈবাকপু নংগী নজাতিবু অমুপ মুংশিরমগনি হায়বসি ইপাদি নহালমখৈ থক খল্লমদে। অমুপ কুইবা অসি শর্ম্মিষ্ঠা নংবু নশক খঙলমদ্রি। ঙসিদি নংগী অশেংবা নশক খঙলে। ইচাদি নারা ওইনা বুদ্ধি য়াম্না তারম্লেদা! মুপীমক ওইরবসু নিংথৌমচা ওইবগী মতিক-চাবা পুকচেলদি চেল্লিদনা। হাৎপদগী হেন্না চাউরবা,

শিঙ্গদগী হেন্না কিন্নবা দণ্ডিবু নরৈবাক্তীদমক নংনা নোঙ্গা নোঙ্গা লৌরেকো ! য়েক্নবগী মনাই ওইবগা মান্নবা অন্নুপ লুম্বা দণ্ডিবু অতৈ করি লৈরিবগে ? নংগুম্বী মুপীদি শূদ্রগী মরক্তদি খক পোকখিদ্রি। নহাক পোকপদগী লৈবাক্তী মঙ্গল ওইবা ওইরসনু, যুগ যুগ খুদিংদা নহাক্তী মিংথৈ শোন্ন-হৌরসনু। চংলো চংলো ইবেম্মা, ঙসিদগী হৌনা নংবু দণ্ডি পীবা নিংথৌ অহুদি হিংলি অহুগা নংবু পোকপা নপাদি শিরে হায়না খল্লোকো ! ( মপি তৈথোকপা )

শর্ম্মিষ্ঠা—পাবুং বিদায় নিজরি। ( খুরম্বা )

( শর্ম্মিষ্ঠা মমায় লৈথোরকপা। মনাইন্নুবীগী ফিজেং হোংবা। )

ধাত্রী ! সে ঐগী সনাগী খুজি, মণিমুক্তা পরেং, হীরাগী নাইন, পদ্মরাগগী নাশিকা, নং লৌজরো। পুন্নমক অসি ঐঙোন্দা অমুক কান্নদ্রে। ঐ মীনাই ওইবা চংলগে।

ধাত্রী—ইবেম্মা রাজকন্যা ! পিশক পিকডৈদগী নংবু ইনমগন্দা পোহনা ইচামকুম্না য়োকচরক্লবনি। ঐ নংবু থাদোকপা ঙম্মোই, নতুং ইনগনি।

শর্ম্মিষ্ঠা—( সখী ময়াম য়েংহনা ) চান্নরবী সখীশা ! হৌজিক্তি বিদাই পীরো। ঐ দেবযানীগী মনাক্তা লৈরুরগে।

সখী ময়াম—ইবেম্মা মতম অমুক কুইবসি নংগী ননাই ওইহনা লৈথক্রে, নংনা ইমা শকুনা কোনবিরক্রে, ঐখোয়বু অমুক থাদোকপিরনু। নংনা মুঙাইরে মুঙাইমিন্নসি, রারে রামিন্নসি। ঐখোয়সু নতুং ইনগনি।

শর্ম্মিষ্ঠা—নখোয়না রাবড় ইমিং অসিনা য়েংহনা করম্না থাঙহনা লৈগদগে। ফরে নখোয়না ময়াক্রবদি চংলসি। ইমাবু অমুক্তদি খুরম্মুখিগে। কান্নদ্রমদাই মতম অসিদা ইমাগী

বিদাই লৌরুখিগে। ( চংশিনগে তৌবা )

দেবযানী —হায় মীনাইনুবী, নংনা মীনাই ওইগে হায়না হেক য়াবা মীকুপ অতুদগী নং ঐগী মনাই ওইরবনি। মহারানীগী মচানুপী নত্রে। কয়া কুইরবনো ঐনা ঙাইরিবা। থুরকউ ঐগী খোং নোইরোল্লাও। ( সখীশিংদা ) হায় মীনাই শক্তোংবীশা। হয়িং তোংলিবসি উদ্রা? চামর থৌগল্ল তৌরোল্লাও।

শর্ম্মিষ্ঠা—( স্বগত ) নাকোং নং তানা তানা পঙশিনগ্রো। মিৎ নং উনা উনা তাঙশিনগ্রো! ঐগী শিংলিদা চেল্লিবা অশাবা ঈ নংসু কমজিনগ্রো! থম্মোই নং দেবযানীগী তমথীরবা মহু চেল্লবা মরাহে পুন্নমক উকংদা শিংজংনা খায়বগুম খাঙগ্রো! হা ঈশ্বর! করম্বা মতম্দা পঙলবা শূদ্রশিংনা মমিৎ পাংল্লকখিগবা! ( প্রকাশ্যে ) ইবেম্মা খোং নোই-জরগে। ( চংশিন্দুনা দেবযানীগী মখোং নোইবা। )

( ধাত্রীনা লোম্না চংখিত্নুনা মহারানীদা শর্ম্মিষ্ঠাগী রারী তম্মুবা )

মহারানী —( ইক্তিং ফিংনা চেম্মোরক্নুনা মথবাক্তা খুত্নুম্না শুত্নুনা ) ইমাইপেম্মা মাঙলেদনা করিনো তৌরম্লিবসিদি! মঙলা তাইবংলা! ইমাগী ইবেম্মা শর্ম্মিষ্ঠা! লাও ইমাগা কোম্মুং মন্নুংদা চংলসি। ইমাদি নংবু থাদোকপা ঙম্মোই।

( শর্ম্মিষ্ঠাগী মথুৎ পায়ত্নুনা চিংবা )

শর্ম্মিষ্ঠা—ইমা তপথবিয়ু। নচাদি ইমাগা কায়নবা তারেনে। ঐদি ঙসিদগী দেবযানীগী মনাই ওইরেনে ইমা। ঐনা মীনাই ওইদ্রবদি লৈপাক অসি মুৎপা তারেনে। লৈপাকী য়াই-ফনবগীদমক্তা ইশানা য়ানা দন্ডি অসি লৌজরবনিনে ইমা।

মহারানী—লৈপাক অমা মুৎপা তারে হায়দুনা ইচাবু মীনাই

ওইহনবা ! ওইথোক্লবনি ! লৈপাক অমদি থম্বু থমখো পৃথিবী পুম্নমকসিগা ইচাগী খজাই নামগা চাংদম্নবদা ইচাগী খজাই নামনা হেল্লিবনি ! ( চুপ্পা ) চৎলসি ইমাগী ইবেম্মা। ইচাবু মিকুপ অমতং উদবদা জগৎ অসি ইমম মম্মীবনি। অহুগুম্বা জগৎকা ইচাগা পাবা কদাইদগী য়াগদগে।

শর্ম্মিষ্ঠা—নিংথৌগী দণ্ডিনিনে ইমা। তঙাইফদ্রবনিনে। দেবযানীবু গুহাদা ইস্থক্লবগী দণ্ডিনিনে। ইমা বিদাই পীবিয়ো !

মহারানী—দণ্ডি পীরিবহু নপাবুংনিনে। মপানা মচা মুংশিবা লময়ৌবা হৌনদে। মমাদি মচাবু মথল্লাইদগীস্থু হেন্না মুংশিরিবনিদো। তঙায়কদ্রে হায়রবদি ইমাস্থু নতুং ইল্লনি, ইমাস্থু মীনাই ওইরনি। ইচাগা থাদোক্লবা ঙম্মোই। ইচাবু মিকুপ অমতং উদবদা ইঙাও ঙাওরিবনি।

দেবযানী—মমা মচাবু পুল্লপ লৈমিন্নরবদি মীনাই ওইবগী করি অরাবা লৈরি ? মহারানীবু কিবনা শর্ম্মিষ্ঠাদা রা অমতস্থু কন্না ঙাংবা ঙম্লরোই। পাবুং লেংলসি। ঐ অসিতা হেক শিজখিবনা ফরে।

বৃষপর্ব্ব—ঙাইখো দেবযানী ! মচা মুংশিবগী হায়জরিবনি। মহারানীমা মহুমক তৌগদবা নত্তে। মহারানী ! নহাক রাখল খরা খম্থবা মতম য়ৌরে। সংসারসিদা কনানা কনাগীনো নংগী ঐগী হায়রিবসে মতম খরতগীনি, পুন্সীগী অরোইবা মিকুপ্তা মথন-মথন্নতা চৎনখিগদবনি, কনানা কনাস্থু লোয়নরোই। লেম্না মাঙদবা অরেপ্পা হায়ববু মীগী উপকার তৌবতনি। নচা শর্ম্মিষ্ঠা অসি শিখিবমক্তি নত্তেদনা। মাগী মমাংদা ইকাইফম খোকই। ঙরাংতগী অঙাং অসিদি কয়াতা লৌশিং তাগ্রবা অহুগা নংদি করিমতা ভাব তাদবগুম তৌরি। কাম্নরোই লাল্লো মন্নুংদা চংলসি।

মহারানী—মন্নুংদা চংলগা ঐবু কনা য়েংহুনা লৈগদগেনে মহারাজ।
ইচাসু অনী শুজবা নত্তে। ইমাগী ইবেম্মা শর্ম্মিষ্ঠা।
শর্ম্মিষ্ঠা!

বৃষপর্ব্ব—করম্না নচা অমতনি হায়রিবনো? প্রজা অসুপ য়াম্বসি নচা ভাক্তা নত্রা? লাকও চৎলসিনে। (মহারানীগী খুৎ পায়হুনা চিংবা)

(শুক্র গুরুদা) গুরুদেব হৌজিক্তি নচা ননাই ময়ামগা লোয়নন‍া হনবিরো। ননাই ঐখোয়সু চংজরগে।

শুক্র—মঙ্গল, মঙ্গল মহারাজ বৃষপর্ব্বগী মঙ্গল! (ময়াম চংখিবা)

মহারানী—ইমাগী ইবেম্মা শর্ম্মিষ্ঠা! ইচাগী খনবদা তুম্বা-চাবা খঙলরোইদো! ভসিদগী হৌনা ইমা চরা নাম্মতা চাহুনা লেল্লগেকো। শর্ম্মিষ্ঠা! শর্ম্মিষ্ঠা! (রাম্থখিবা)

# অনীশুবা অঙ্ক

## অহানবা দৃশ্য

## কোনুং

যযাতি—( স্বগত ) করিগীনো যযাতি ঐগী পুক্লিংসে চৈত্ররথ বন্দা হন্না হন্না চৎনিংইদা। কুন অতুগী মনুংদা লৈহৌবা গুহা অতুগী মনুংদা ঐগী খম্মোয় তাহৌরব্রা? বন অতুনা ঐবু খুৎলাম তোয়না কৌরকপগুম তোরে। আঃ দেবযানী! মাগী মশক অতু ওস্থোক্লা ফজৈদা। মফিমরোলদি ইচোং চোৎলদনা, মুংশিং শিংলগা ঈশিং ঈপাক থক্তা ঈথক হৌরকপগুম মপুং ফারক্লবা হকচাংগী ফজবা মঙাল অতুনা ফিজেৎ-লৈতেংগী অথিংবা নমথতুনা মনিং মখা তম্না হৌরকপা ঈথক অতুদা ঈরাক্করবনিকো যযাতি ঐসে। মানা গুহা মনুংদগী মখুৎ থিংগৎলকপতু পোমশাৎনবা অঙৌবা থম্বাল থিংগৎলকপতু মঙাইদা। মাগী মখুৎতু পায়তুনা চিংখৎলুবা ঐগী খুৎসি হৌজিক ফাওবা হৈনম লৈনম কোক্লিনে। ( খুৎকী মনম নমতুনা ) ইস কয়া মুংশিগ্রবা! তঙাং তঙাংলবা চিম্বাল মচা অনীতুনা তনিক তনিক লেংলকপদা লিক্লাইদা মুমিৎকী মশেক্লা য়ৈবগুম মাগী মঙালনা ইরং ইরং লংঙকপতু হৌজিক ফাওবা ঐগী ইমিং-সিনা শং শং উতুনা লৈরেনে। ঐগী ঙকশমদা শিরিবা মণিমুক্তা হীরা ময়ামসি মাগী য়াতুগা মান্নবা ফজবা অমতা য়াওদে। ঐগী থীরবা শকী ইম্রিসি মাগী লংলবা য়াতুদা

তাহৌরেকো, ইকাইজৈদা। নিংথৌরেম্মি হায়রহুনা ঐনা পায়রিবা লীরুংসি মাগী পীস্তুম অহুগী মওং য়োনা কৱবা অমতম্ভ য়াওদেদা। খ্বাইদগী হেন্না খুদোংথীবদি মাগী তথক তথকপা কোইরাওনবা মিৎস্না থম্বালদো। ঐগী তেন্দোংদা লৈরিবা তেনজৈ ময়ামসি মাগী মিৎচি অহুমুক থৌবা অমতবু য়াওদেনে। মানা হন্না হন্না য়েংহুনা লৈ-হৌবগী মিৎচিদো হৌজিক ফাওবা ঐগী থম্মোয়দা য়ুশিন্নুনা লৈরেনে। তেনজৈ কয়ানা হকচাংদা থাম্রে, থাং কয়ানা হকচাংদা য়ানম্রে, অহুবু মাগী মিৎচিনা রুবা অসি কংনা চৈনাখোল পীবা থক য়াওখিদে। অহুদা মাবু সুংশিবনা হাল্লুরে, খঙনবনা কোল্লুরেনে। হান্নদি খাঙবা ঙম্বগী চাংদা সুংশিরম্মী অহুবু লোনবা য়াদে হায়বা হেক খঙলকপদগীদি লম্মৈ চাকপগুম্না হেন্না হেন্না সুংশিরক্লে। য়ানদে হায়রগা হেন্না হেন্না সুংশিরকপসিবু করি যাহুননোনে? য়েংগন্নু হায়রগা হেন্না য়েংনিংবা, চাগন্নু হায়রগা হেন্না চানিংবা মসি মীওইবগী পীথোররুবা অশোনবা ওইবা তারে। মসিবু ঙাকপা ঙম্নবদি মীওইবগী অরাবগী চাং হুহুরমগদবনিকো। ইস শুক্র গুরুগী মচানুপীনি হায়কো নিংশিংলুবা কাওবা চুমদ্রবনি। ওঃ ঐগী পুক্লিংদা কত্তবা রাথল চংলক্লে। ঐগী ফত্তবা রাথল অসি কাওথোরুবা ঐ শা তানবা চথোক্তবা য়াদ্রে।

( প্রকাশ্যে ) সেনাপতি।

সেনাপতি অমা—মহারাজ সনায়াথং করি তাকপিগদবা ?

( খুরুম্বা )

যযাতি—ঐ শা তানবা চংকনি। হৌখিবা মুমিংতা শাদানবা চংপদি শা অমতা ফংলক্তে। ঙসিদি শা অমা ফাওবদি ফারক্তবা য়াদে। থুনমক সন্য থৌরাং তৌ।

সেনাপতি—অজ্ঞা।

## অনীশুবা দৃশ্য

# দেবযানীগী তুমফম কা

( সখী ময়াম্না থোগল তৌহুনা হিপ্লম্বদগী দেবযানী হৌগং-লকপা )

দেবযানী—( স্বগত ) পুক্লিংসি থোইরাংইদা, নিংকোক নিংকোক তৌহুনতা লৈদা। শর্ম্মিষ্ঠাবু শাউনিংলম্বগী মৈচাকসু মুংগ্রে। ইনাই মুপী লিশিং অমনা অহিং মুংথিল নাইদনা সেবা তৌরি, চানিংবতা চারি, শেংনিংবতা শেংলি। অদুবু ঐগী পুক্লিংদা মুংঙাইবা অপেনবা হায়বদু ইফাও ফাওদেদা! করিগুম্বা অমা ইরাং রাংপগুম ইহাং হাংবগুম তৌইদা। করিনো চৈত্ররথ বন অদুবু কাউবা ঙময়া য়াদেদা, বন অসি ওম্বোক্না মুংশিগ্রেদা! বন অদুদা ঙাইহাক্তং লৈমিন্নরুই হায়বা মরমদগী ঐগী য়েকনবী শর্ম্মিষ্ঠাবুসু পুকনিংদা মুংশিবা পোক্লক্লেনে। অদুনদি বন অদু কয়াদা মুংশিগ্রবা! বনবু অস্নুক কম্না মুংশিরিবা অসিবু করিননো? মাগী খুয়াগী উফুল মরিক খরদং থাদরম্বা অদুনা ওইবা তারে! অদুনদি মহাক অদুবুদি কয়াগী মতিক মুংশিগ্রবা! নিপা অদু মুংশিবা পুন্নমক্কী হৌফম ওইরম্বা তারে। মমাংঙৈগী মতম-দদি ইনিং ইখা তৌনা পুক্লিং মকারাম্না মুংঙাইনা পানজ-রম্বনি, যযাতিবু উরুবা মুমিৎ অদুদগীদি ঐগী থম্মোয় অসি মুংশি তিন্না মফুৎ মফুৎ চিকথৎলমাল্লে, ইশাদা লায়থুং পাল্লমাল্লে ইনিং তমজবা মাওগ্রে, চিন্তাগী মনাই ওইরে, ঐ ঙাওরে লৈফম খঙদ্রে, খাঙবা য়ারে। অদুবু মানদি মিৎচিনা

ফাওবা হন্না য়েংবিরমদনা হিংচাবী ওক্লবগুম্না কিহুনা চেনখ্রে। ঐগী ৱাঙাংদা শাজৎতা অকায়বা য়াওখ্রব্রা করিগীনো মহাক্না অসুম্না তৌগ্রিবা ? ঐ অসি কান্নদ্রেদা ! হৌখিবা পুন্সীদদি শিবা হায়বহু য়াম্না কিরম্মী, অহুবু হৌজিক্তি শিবা হায়বহু য়াম্না লায়না খোল্লরে। হৌজিকপু করি উপাই লৈরিবগে ? কনাগা ৱা তাম্নসিগে ? ঐগী মীচংবু কনা লৈরিবগেনে ? মী অতোপ্পদি থমবু থমখো, ঐগী ইন্দ্রি পুম্নমকসি ঐগী মীচং অমতা ওইদ্রে, লিংজেল অমতা মান্নদ্রে। পুক্লিংনা ঙাংনিংই চিনবান্না হায়দোকপা ঙমদে। পুক্লিংনা কান্নরোই তোক্লসি হায় থম্মোয়না য়াদে। নাকোংনা মপাউ তাগদবগী, মীৎনা মশক য়েংগদবগী, খোংনা মনাক্তা চৎকদবগী, করিনো চোংথোকদবা, চেন্থোকদবা, ফাজিনবা-ৱারকপা ইম্না-য়াদবা ইন্দ্রি ঙাক্তা মঙাইখ্রে। ইংনা তপ্না লৈমু হায়বা অমতসু য়াদে। মানদি ঐগী অৱাবসিবু ইখঙমখঙলমলোইদ্রা ? নত্তে, মাগীসু ঐগুম্না থম্মোয় অমদি লৈরমগনিদনা, মাগী থম্মোই অহু নুংমরুদি শারম্মোইদনা ! কদায়দগী অহুপ ফজবা শক অহুগী থম্মোইবু নুংনা শাবা হৌনদেদা, খজিক্তা ওইরবসু পেৎলমগনিদা ! ফরে মপাউ অমতদি তাখিগে, মানা নুংশিদেতা হায়সনু মমাংদা হু চাহুনা শিবিগে। ( প্রকাশ্যে ) শর্মিষ্ঠা ! ঐদি লাইৱা মন্ত্রনা পাল্লবগুম ইঙাও-ঙাওরেনে। কনাগী মশুং লাংগীনো বন্দতা হঙ্গৎ-হন্দা চত্তুনা লৈনিংলেনে। সখী ময়ামদা তাকউ, বন্দা শান্নরুসি হায়য়ু। নংদি নিংথৌ মচানুপীনি। অকে-অমৌ য়াম্না হৈবীনি, ৱাহৈ-ৱাতা য়াম্না খঙবীনি, লোনচং ব্যাবহার ফজবীনি, ঐগী ইশকসি ফজনবা শেম্মু, রস চেনবা ৱাহৈ-ৱাতা ঙাংহুনা ঐবু নুঙাইহল্লু।

শর্মিষ্ঠা—ফনি ভৌজগে। ইবেম্মগী শকম্নু শেমজগে, রাহৈ-রাতাম্নু ভাংজগে। অহুম্নু রস চেলহনবদি হৈজ্জদবনিনা রস চেম্নোক-খিবা রাহৈ রাতাঙাক ভৌজরগে।

( সখী ময়ামলোমদা য়েংলুনা ) ঙসিদি ইবেম্মা দেবযানী চৈত্ররথ কন্দা শা তানবা লেংগনি, শজি লাবা ফাগদৌরি-বনি। তরাই তরাই ফাবা য়াবা-শজি নত্তে। খুজু খুংলাই, লীরুং তেল্লা ফাগদবা শজিম্নু নত্তে। পুক্লিং হূরবা ঈশৈগী খোঞ্জেলনা বার্ত্তন তৌরগা, শমজিনা লাং থাক্লুনা পীওমগী লীরুংদা মিংচিনী তেন চল্লগা কামগী মন্ত্র শোন্দুনা কাপ্লগা হিংনা নক্কুনা ফাগদবনি। নংনা ঙমজমখৈ কেজরো, হৈজক্মখৈ নৌজরো। শমজি মমৈনা নিংতু মৈহনগদবনি, মাদা নাইন, নাপ্পদা লৈ নাচোম, শমজিদা শমজিরৈ, রাংলবা থবাক্তম শনরিক পরেং, খুত্তা তম্ফা খুদোপ, খোংদা খোংজি অমত্তা চিখবা য়াবা নত্তে। ইবেম্মগী থৌগল ইনবদা চোপ্পা য়াবা নত্তে, মিংচিনা খোই খোই মেংগদবনি, তেনরানা লৈবাক্তা চংপগুম চংকদবনি, ফনেক তোয়ন তোয়না শেমগদবনি, লমথাং অপাবা ইনগদবনি, খোইরুম যোযোন নোক্কদবনি, কৌদনা খুমগদবনি ; য়েংদনা উগ-দবনি, মুপীমচা ওইবগী খুংলাই অমত্তা চিথরোইদবনি।

( সখী ময়াম্না ইরাং-লাংনা মফি মরোল শেংনবা, শর্মিষ্ঠানা দেবযানীগী মশম হাৎপিবা, ফি-রোল ইনবীবা, মুংশেল অচৌবা অমা পুথোক্লুনা য়েংহনবা অমম্নুং নোক্লা নোক্লা হায়রকপা )

শর্মিষ্ঠা—ইবেম্মা। ঙসিদি ওম্ভোক্লা ফজরেদা। য়েংবগী পেনবা নাইত্রেনে। পূর্ণিমা মুমিংতা থাগী ফজবা মপুং ফাবগুম্না ঙসি হায়রবা মুমিংসিদা ইবেম্মা নংগী ফজবা মপুং ফারে। গর্ভ পুরবী লিন অমোমগুম্না মম্নাই পোংলগা মতোল

হুইথরক্কপা নংগী শমজি, গুলাপকুম তঙাং-তঙাংলবা নংগী খজাই, তথক-তথকপা মিৎস্না থম্বাল, য়েংদনা উবা মিৎচি, মথোৎ কারকপগী মনিংতম্লবা থবাক, কৌদনা কৌবা মানবা চিনবান, পূম্নমক অরাংপা অমতা লৈতরে। ঙসিদি শোয়ররোইদা। শানা থুবনা লাংদা ঙানা থুবনা লুদা, হয়িংনা থুবনা চুহিদা, নিপানা থুবনা শক্তা। শক অসিদবু থুদ্রবা নিপা অহুদি অরেম্বনিদা, ফজবা খঙদবা অপঙ হায়বত্রনিদা। নিপাদি থম্ম থমখো, নমাম্নবী মুপীমচা ঐমকপু শুক্লৎলেনে।

দেবযানী—চরোদা অহুম্নকা করেম্নজম্মু। ঐদি শক থীয়ে, নংগী লাংদা থুহল্লু।

শর্ম্মিষ্ঠা—হোয়দা মহুগীম্মু মতম অমা মলাকপা য়াই।

( ময়াম চিত্ররথ বন লোমদা চথোরকপা )

অহুমশুবা দৃশ্য

## চৈত্ররথ বন

( লতাকুঞ্জ, লতাশয্যা )

দেবযানী—সখীশা! উনা পুংবা কুঞ্জ অমতং থিয়ু। উরী উনা অনৌবনা শয্যা ফজরবা অমতং শাও! লৈ-শুনা মোন ফজবা অমগা শেম্মু। ঐ ঙাইহাক্তা পোথাগে। থাপ্না লাকপদা রারে, কোকস্থ ঙাওরে।

( সখী ময়াম্না শয্যা শেম্নবা হোৎনবা )

সখী অমা—ইবেম্মা শয্যা শেম্না লোইজরে।

দেবযানী—শর্ম্মিষ্ঠা! ঐ ঙাইহাক্তা হিপকে, নং খোং নোইয়ু।

শর্ম্মিষ্ঠা—ফনি ইবেম্মা হিপথবিরো।

( দেবযানীনা হিপ্পা, শর্ম্মিষ্ঠানা মখোং নোইবা )

দেবযানী—সখীশা ! নখোয় ময়াম জগোই শাও, মুংশি-মুংওনগী ঈশৈ শকউ। প্রেমগী ঈচেল মপুং ফাগল্লু। তাল কায়হনগন্নু ।

( সখী ময়াম্না জগোই শাবা, ঈশৈ শকপা )

ইশৈ

অথাপ্পা চীংদা চাক্লিবা লৈম্মেসে,
অহিং তাংলৌ থেংজিল্লক্লগা,
নোংদোন লিক্লা তারক্লগা,
মুংচখিনিকো মথন্নতা ।

নিঙোলগী লকান্নুংদা চাকপা লৈম্মেদি
অহিং তাংলৌ থেংজিল্লক্লগা,
নোংদোল লিক্লা তারক্লগা
অহোইনা হেনগৎলকই মৈচাক ফবা ।
নাকোংনা ভাইজমখৈ মঙাইরে,
মুংশি মপাউদি থুংলদরে
মিংনা উজনিংবা মখৈ মঙাইরে,
মুংশি শকফমদি থুংলদরে ।

( সজি অমোম অমা ময়ামগী মরক্তা চেনশিল্লকপা। ময়াম্না ইওক ওক্লুনা ঈশৈ লেপ্পা। )

শর্ম্মিষ্ঠা—সখীশা ! নখোয়গী ইশৈ অসি মুংশিমনগ্রত্নুনা বনগী শজি ফাওবা ভাওত্নুনা হোৎচিল্লক্লে। অদুবু হৌজিক ফাওবদা লাক্লিবসিবু ...... ?

সখী অমা—ইশৈ মুংশিত্নুনা চেনশিল্লকপা ওইরম্লোইদা। কৈনা তাল্লকপ্রা নত্রগা শাদানবনা তাল্লকপ্রা অমা ওইরমগনি মুংশা থবেং থবেং হোল্লি !

দেবযানী—অহুদি ফারগা পুনশিন্দুনা থম্মু। কৈ ওইগে ওইসনু মী ওইগে ওইসনু, লাই ওইগে ওইসনু। দেবযানী ঐগী ইখুত্তগী কনানা মুনবা ওম্বগে য়েংগে।

( যযাতি মহারাজনা শগোল অমা তোংহনা থৌজিল্লকপা। শগোলহু উথোং অমদা পুল্লগা চংশিল্লকপা )

যযাতি—ইবেম্মখোই! ঐনা শজি অমা তানজরকপবু লমদম অসোমদা চেনশিনখ্রে। কনাগুম্বা উহৌ লাকহৌবা য়াওবিব্রা?

দেবযানী—( শয্যাদগী হৌগংলক্তুনা ) শজিদি ঐনা ফাজিন্দুনা থমজরে। অচেনবা শজিবুতা মপাম্বরা চংজরকপা শজিবুদি খক পাম্বীদবরা?

যযাতি—( ইওক ওক্তুনা ) ও: শুক্র গুরুগী মচানুপী ইবেম্মা দেবযানী য়াওবীরম্লিদনা। ইবেম্মা, কদায় শজি পীরো ঐ চৎলগে।

দেবযানী—"শুক্র গুরুগী মচানুপী ইবেম্মা দেবযানী" মহুদি য়াম্না কোইপ্রবা মরী থোক্লবদগী মিংগোনিনা! মহুদগী য়াম্না হেন্না নকশিন্নবা মরী অমা থোকপা তারিনে, নত্তেদা থোক্লেদা। খন্দূনা অহক য়েংবিয়ুদো, গুহা মনুংদা তাহনা ঐ শিরমগদোরে; মতম অহুদা ঐবু লৌখৎপিরমত্রবদি ঐ ইশা ইতোমত অহুম শিজরমগদ[illegible]নি, মীওোন্দা অমুক য়েৎচরোইদবনি। অহুবু গুহা মনুংদগী লোগংপিহুনা ঐবু অমুক হিংহনবিরে। অহু ওইরবদি ঐগী থরাই হক্চাং অসি ঐবু হিংহনবিবা মী অহুগী তাব্রিব্রা? মসিস্থু থম্মু থমখিসি। নহাল ঐবু গুহা মনুংদগী লৌখৎপীবা মতম অহুদা ঐগী য়েৎথংবা খুজেং পায়বিখিবা মী অহুবু কনা ওইরবনো কাউবিরব্রা? নুপীমচা ওইবা ঐখোয়গীদি খুজেং হেক পায়বা নিপা অহু মপুরোইবা ওইরে হায়বসি থওবিরিবনি।

অহুগা মহ্ কাউরে হায়বিগে হায়রবস্থ হৌজিকমক য়াম্না পাম্না তান্নরকইবা শক্তি অমোমসে ঐগী ইথরাইগা শিন্নরবস্থ মাগী মথরাই কনবিগে হায়না ঐ রাশকপ্রে। অহুনা শক্তিগী মহুৎতা ঐবু ওইনা পুবিবা তারে। শর্ম্মিষ্ঠা। শক্তিহ্ থাদোকপিপ্রো।

( শর্ম্মিষ্ঠানা শক্তি থাদোকপা। শক্তিনা চেন্দুনা শর্ম্মিষ্ঠাগী মনাক্তা কুন্দুনা লৈবা। )

শর্ম্মিষ্ঠা—শক্তিসিদি চথোকউ হায়বা য়াদ্রেনে ইবেম্মা।

দেবযানী—য়ারোই মাদি ঐগী ইহুৎ শিন্দুনা বন অসিদা লৈহৌরগদবনি।

যযাতি—ইবেম্মা দেবযানী! নহাক্কী লৌথুপ লোকোই লৈত্রবা থম্মোই শোক্লবা রাহৈশিং অসি তাবদা বনগী শা উচেক ফাওবা শুমহৎলেনে। মীওইবগী মপোক্তা পোক্লবা মপুং ফারবা যৌবনগস্থ ঈরোইনরিবা নিপা ঐদি খাণ্ডবদা রানা থোক্লেনে। অহুবু নংদি ব্রাহ্মনগী মরক্তা অথোইবা শুক্র গুরুগী মচানুপীনিদো। অহুগা ঐনা চন্দ্রবংশগী শেংলবা ক্ষত্রিয় মচানিদো। মরম অসিনা ইবেম্মগা ঐগা পুন্সীগী লৈপুন ওইবা য়াদেনে। শুক্র গুরুদা লংজরুবা য়াবা নত্তেদো।

দেবযানী—ওসি ফাওবদা শাগৈ-জাৎ বংশ-গোত্রগী মরমদি ইনিংবু নিংশিংলুব্রি, মসিগী মরমদা থওস্থ থওজদে। ঐগী অতিংবা পুকচেলনা পুন্সীগী খোঙলোয় ফংজরে হায়না থন্দুনা ফুওাইরম্নী ঈপাক্তা তাওহুনা লৈজবনি। অহুগুম্বা পুন্সীগী খোংলোয় অহু ঐগী অশেংবা ইরল ওইরবদি অমুক চেনপ্রবস্থ অমুক শোয়দনা হল্লকখিগনি হায়না থন্দুনা ওসি ওাইহুনা লৈজরম্লিবনি। ওসিদি ঐগী আশাগী মংলাম্না

অশেংবা তাইবংদা স্বয়ং ওইনা ইমাংমক্তদা লেপ্লরে। অহুনা হৌজিক্তি শাগৈ-জাৎকী ব্রা অহু থাদোকপিরো। তাকপিরো ইবুঙোগী অশেংবা পরিচয়, লেংশিনবিরক্লো প্রেমগী আসনদা।

যযাতি—ইবেম্মা! পাঙ্গল-থৌনাদা ব্রাৎপা লৈত্রবস্মু ঙসি মুপা থোকপা ঙমদ্রবা ঐ অসি ক্ষত্রিয় জাৎতা পোকপা চন্দ্রবংশগী মহারাজ নাহুসকী মচানিপা যযাতি হায়বহুনিনে। মরম অসিনা ঐগা ইবেম্মগা লৌন লৈনবা য়াদেনে।

দেবযানী—ঐনা নহালমখৈ খঞ্জরক্লিবা অসিদি থীকনেম্বনা থা লাম্বা হায়বহু থোক্লেদনা। অহুবু মহারাজ! অশেংনমক ঐনা মহারাজবু অচৌবা শাগৈগী অচৌবা নিংথৌনি হায়বা খঙহুনা আশা তৌজরুবা নত্তে। বিধাতানা তন্নবা লৈপুন্নি হায়না খনজহুনা ননাই ওইজনিংবতনি।

যযাতি—ইবেম্মনা ঐবু লান্না লৌবিগ্রে। অচৌবা নিংথৌগী বংশদা পোকই হায়রহুনা ইবেম্মগা লুহোংবা য়াদে হায়বা নত্তেদা। শাগৈ-জাৎ তিন্নদবা ক্ষত্রিয় ঐনা ব্রাহ্মনী ওইবী ইবেম্মগা লুহোংবা য়াদে হায়জবনি।

দেবযানী—ওঃ ঐদি দেবযানী ওইনিংদ্রেদা! ইতা শর্ম্মিষ্ঠা! নং ঐ ওইরো, ঐনা নং ওইরগেবা!

শর্ম্মিষ্ঠা—ইবেম্মা, মহুস্মু কনানা ওইথোক্লোই হায়বা ঙমগনি? ইবেম্মা নংদি অপাম মুংশিগী তেন্না পাল্লমাল্লে, ইঙাওঙাওরেনা। নহালডৈদর্দি নফিতা লান্না শেৎলুবদা শূদ্রগী মচা 'হুই' 'হৌদোং' হায়হুনা কয়াদা থীনা থীনা চৈথ্রবা। হৌজিক্তি শূদ্রগী মচা ওইজরগে হায়রক্লেদো। 'মুংশিব' হায়বসি অঙকপা লাইনিনে। মানা অপিকপবু চাউহল্লি, অচৌববু পিকহল্লি, অনকপবু থাপহল্লি, অথাপ্পবু নকহল্লি,

মীনাইবু মপু ওইহল্লি, মপুবু মীনাই ওইহল্লি। মানা শাগে-জাৎ, লাইরবা ইনাকখুনবা চপ মান্নহল্লি। মহারাজ! ইবেম্মা দেবযানীগী অবস্থা অসি য়োরবদা রাখল অমতদি খন্থবিবা মতম য়োরমান্নেনে।

যযাতি -ইবেম্মা মতাং অসিদা রাখলগা থম্মোইগা মান্নদ্রেনে। থম্মোইনা পাম্মী রাখলনা য়াদেদো। (শর্ম্মিষ্ঠাদা খুদোম্বী থিন্দুনা) ইবেম্মা দেবযানীগী চান্নরবী মরূপ অসিনা কনানো?

দেবযানী—বৃষপর্ব্ব নিংথৌগী অমতা ভাইজরবী মচানুপী শর্ম্মিষ্ঠা হৌজিকনা ঐগী ইনাইনুপীনি। ঐনা গুহাদা তারুবগী মরমস্থু মহাক্কি। মহারাজ করি খনবিরিবগে তুমিন্না লৈ-থোকপিরিবসিবু? ঐদি নতুং ইনজরনি।

যযাতি—(মকোক খোৎল-খোৎলদুনা) করিবু হায়গদবানো খঙ-দ্রেদা ইবেম্মা, রাখল অসি ফুম্বংনরে। সমাজগী চৎনবী, ধর্ম্ম, পরমপরা ভাকুবা লৈরিবা নিংথৌ ইশামক্তা করম্না অমুপ কনগ্রবা সমাজগী অথিংবা পল অমবু থুগাইগদগেনে? ইবেম্মা, ব্রাহ্মনগা ক্ষত্রিগা লৌনবা শাস্ত্রনা য়াদেদা।

দেবযানী—মহারাজ! য়াম্না ধর্ম্ম লৈবিরিদনা, সমাজগী চৎনবী নিয়মস্থু য়াম্না খঙবিরিদনা! হীরম অসিদদি মহারাজগা য়েৎনবা ইতিক নৎচদে। অতুবু শাস্ত্রগী রাকমদা লাক্লবদি, লৌনবা য়াবা মাদবা হায়বসে সমাজনা শেম্বনি। মুংশিবা হায়বসিনা প্রকৃতিগী মচানি, মীওইবনা শেম্বা নত্তে। সমাজগী রীতি-রিরাজদি ইতত্তনা হোংলিবনি। প্রকৃতিগী নিয়মদি হোংবা নাইদ্রবনি। পুকচেল চেৎলবী প্রকৃতিগী মচা 'মুংশিবা লাই' না তয়াং-তশোয়বী সমাজগী মচানুপী 'চৎনবী' গী মখাপোন্দুনা লৈয়ু হায়বা কদায়গী

য়াপদগে ? হৌজিক সমাজগী নিয়ম মতুংইন্না মাংই-শেংই, লৌনবা য়াই-য়াদে, হায়রিবা চৎনবী তুরেলগী ঈচেল অসি প্রকৃতিগী য়ুমফমদগী পোক্লকপা নত্রবদি মতমগী অকনবা নোংলৈ-নুংশিৎ অমা শিংলকপদা মরাইনা ঈচেল হোংজ-খিনি। হোংবা নাইদ্রবা নুংশিবা হায়বা প্রকৃতিগী লাই অসিদি মমিং তাওবনি, মনা পওবনি, হায়না-তানবা য়াদবনি, য়াম্না লমহেল্লি, যৌবনগী মতমদা হেন্না ভাওখৎ-লকই, চংনিংবদা হেক মচংখি। অতুগুম্বা লমহেনবা 'নুংশিবা' অতুনা লমজিংতুনা পুক্লিংগী হকচাংগী পাঙ্গল শোল্লবী ঐগী থরাই হকচাং অপুম্বসি নঙোন্দা কখোকচরে। ঐদি য়ুমদা হল্লরোই, নতুং ইনজরনি।

যযাতি—ইবেম্মা ঐবু নুংশিবা ইখণ্ড খণ্ডদবা মী অমা ওইনা লৌবিগনু। নুংশিবা অহুমকী কল্লবা লীচিংনা ঐনা ঙসি মফম অসিদা য়ৌরক্লিবসিনি। অতুবু নুংশিবগী ঈচেলদা থংলরিবা পল অতুগী মরমদা খরা খল্লুবতনি। হৌজিক্তি থোক্লবা অমা হায়বতু মঙাইরে। অমুম ওইনমক ইবেম্মা নপাবুং শুক্র গুরুগী য়াথং অমতং লৌদ্রবদি ঐখোয় অনী অসি য়াম্না লৈপাকমচা তাদবা হায়বতু ওইরনিনে।

দেবযানী—মতুগীদমক্তদি ঐনা কায়দনবা শীনজগে। হৌজিকমক ঐ পাবুংদা হঙ্গংচরুগে। পাবুংদি ঐনবু হায়রবদি শোয়দনা য়াজগনি! য়াদ্রবসু নমতুনা য়াহনগনি। মহারাজ মফম অসিদা অতুম লৈবিয়ম্মু। শর্ম্মিষ্ঠা! সখী ময়াম, চৎলুসি লাকও।

(দেবযানীনা শর্ম্মিষ্ঠা অমসুং সখীশিংগা লোয়ননা শুক্র গুরুগী মনাক্তা চৎখিবা। যযাতি মথন্তা লৈহৌবা)

যযাতি—(স্বগত) করিনো ঐগী পুক্লিংসি তয়াং তশোয়দা,

পল্লেপকম ইনাই নাইদেদা। ঐগী ঈপানথাগী পাক্লবা পুক্লিং পুম্রিসিদা থম্বাল অমগা থরো অমগা লৈরাং অনী শাংলয়ে। থম্বাল অসিগী লৈখোক্তা 'শোক্লবা য়াদবা' হায়বা সমাজগী চংনবীগী মশক ওইবা তিংখং পাল্লি। অতুগা থরো অসিনা অতোনবগী মশক ওইবা 'মীনাই' হায়বা মিংথোলগী অমকপা ইশংনা কুপশিল্লি। অতুগী মথক্তা ইকাইখৗবগী থারবা কুয়োম্মসু য়োমশিল্লি। মতুগী মথক্তা অমুক মথরাই মুঙাইতবগী অমুবা ফিজংনা খনজিন-বগুমসু তৌই। থম্বাল অসিদি কুয়োম্মচিংবা ফিজেৎ-লৈতেং অমতা য়াওদে, ইঙান ঙাম্না মনুং ফাওনা ইমিং পেন্না উরে। থরো অসিদি ফিজং ময়াম্না মরোল মরোল কুপশিনখিবসিদা মশাগী অশেংবা মশক উবা ফংদরে। ইশং, কুয়োম, অমুবা ফিজং ময়াম অসি মথং মথং হাইদোক্লনা অমুক্তং মুনা য়েংশিন্নিংবগী খাঙমদবা খৌরাংবা অমা পুক্লিংদা পোক্লি। অওইবমক ঐগী পুক্লিংদা মপুং ফারবা পূর্ণিমাগী থাজ, শেংলবা অমম্বা অতিয়াগী ময়াইদা পূমঙাল ঙাম্না থোক্লিবা অসিবুদি নিনি পানবগী খা নোংচুপ থংবা অশংবা চীংগী মরুম ওইনা লিরি-খোইরিনা খজিক্তং ঙাল্লিবা, মনাক্তা অমুবা লৈচিল্লসু লেংগুম লেংদবগুম পাইথুনা হেক হেক খুমজিনগদবগুম তৌরিবা অসিবুনা হেন্না য়েংনিংবা পোক্লি। অসিনা হেন্না ঐগী পুক্লিং হুরিদা! হা জগদ্বীশ্বর! করি নোংদমবিরিবা। হৌজিক্কী মতমদা লৈরাং অনীসিগা ঐগী পুক্লিংগা লৈনরিবা মরীসি হয়েং তুং ফাওবা ঐগী পুন্সী চুপ্পগা লৈনরগদ্রা বিধাতানা খঙগদবা মঙাইরে।

## মরিশুবা দৃশ্য

# শুক্রে গুরুগী আশ্রম

( শুক্র গুরুনা বেদ পাঠ তৌহুনা লৈরম্বা ! দেবযানী চংলকপা )

দেবযানী—( শুক্র গুরুগী মনাক্তা চংশিন্দুনা ) পাবুং ! রামতা হঙ্গৎচগে । নহাল নোংমা চৈত্ররথ বনগী মনুংদা গুহা মনুংদা শর্ম্মিষ্ঠানা ঐবু ইস্থুনা ঐ শিরমগদৌবহু পাবুং নিংশিংবিরিদনা ?

শুক্র—হায়য়ু হায়য়ু । মহুনা করি তৌরবা ?

দেবয নী—মহুদা ঐ অসি শিরম্মগদবনি । মুমিৎ অহুদা ঐগী থরাই কনবিখিবা নিপা অহু যযাতি মহারাজনি । মহাক লাক্লম-দ্রবদি ওসি ঐ অম্মুম্না লৈরম্নোইদবনি ।

শুক্র—হায়থৌ হায়থৌ । নংগী চক্রিদগী নিংথৌগী মচানুপী অমস্মু মীনাই ওইহল্লে, মমা মপা কায়নহল্লে । হৌজিক অমুক অহুপ চাউবা মহারাজ অমা পকশিল্লকইবা অহুনা করম্বা চক্রি অমা অমুক হৌরক্কদৌরিবা ? হায়য়ু হায়য়ু ।

দেবযানী—পাবুং চক্রিককা নত্তেদা । মুমিৎ অহুমক্কদা ঐ যযাতি মহারাজগা লুহোংগে হায়না লেপপ্রবনি ! পাবুং হৌজিক মক ঐবু মাঙোন্দা লুহোংবিদ্রবদি ঐদি শিবনা ফরে । মহারাজহুস্মু হৌজিক চৈত্ররথ বন্দা লৈহৌরি ।

শুক্র—( স্বগত ) নিঙম্বগা হায়দোরকপগা চপ মান্নরেদো । নিঙোল পোকপা ওন্থোক্লা নাকোং রাই চিনপ্রেদা । মুমিৎ চুপ্পগী নাওথী শাবগী রাঙাং । মরৈ য়েৎনরবস্মু মানা হেক মচুস্বা, মনিং থুংদ্রগা শিরনি হেক মহায়বা । পুংজা খুদিংগী

ৱাথোক ওইনিঙাইতা মওইবা, ফুরুরে মতুগী থেম্নবনা হেন্না ৱাবা। নিঙোল অমতা পোকপদা অসুপ ৱারবদি ময়াম পোকপদি করম তৌরিগবা! হৌজিকপু যযাতি মহারাজ অতুনা য়াবিরম্নবদি ফৈ, য়াবিরমদবা থোক্লবদি কৱিনো তৌগদবা!

( প্রকাশ্যে ) অতুপ লুপ্রবা ৱাবু নংনা ইরায় হেক লায়না হায়দোকরকইদা! যযাতি হায়বা অতুদি মতিক মগুণ চাউপ্রবা নিংথৌরেন্নিনে। মহাক্না য়াবিরমদবা থোক্লবদি করম তৌগনি? চণ্ডশি-শিরোইদ্রাও?

দেবযানী—পাবুংতা য়াবিম্নু। মানা য়ারমদবা থোক্লবদি ঐগী শরুক ওইজগে।

শুক্র—( স্বগত ) দেবযানীগা ঙাংনগদবগী শরুকপুদি যযাতিগা তাইনজগে। চোপ্লবম্নু মাগী মমাংদা চোপচরুগে। মসিবু তৌহৌদ্রবদি হয়েং তুং ফাওবা পাউথংনরগদবনি। ( প্রকা-শ্যে ) লাকও লাকও, যযাতি লৈবা মফমদা চৎলসি।

## মঙাশুবা দৃশ্য

# চৈত্ররথ বন

( শুক্র গুরু, দেবযানী, শর্ম্মিষ্ঠা, সখী ময়াম চংলকপা। )

যযাতি—খুরমজরি গুরুদেব! ( খুরম্না )

শুক্র—( য়েংথংবা খুংনা নগুন শ্লোকুনা হরাও হরাওনা মঙ্গল পীবা। ) মঙ্গল মঙ্গল, মঙ্গল ওইয়ু মহারাজ! নংগী নতিক নগুণনা লৈপাক প্রজা মুংঙাইনা পাল্লি।

ব্রাহ্মনশিংনা অৱাং-অপা লৈতনা দান ফংলি। মহারাজ, ঙসিদি ঐ ৱা অমতা হায়গে, য়াদবা য়াদেকো। য়েংউ,

নমাংদা লেপ্লিবী নুপীমচাসে, ঐগী ইচানুপী দেবযানী হায়-বীহুনি। মহে মশাংদা, মবুদ্ধি-মরোশিংদা, শক্তা চুদা মহাক অসি নুপীমচা অতৈদগী পঙহন-হন্থবা নত্তে। মহাক অসি গুহাদা তাহুনা শিরুবদগী মহারাজ নশামক্না লৌখৎ-পীহুনা মথন্নাই কনবিখিবনিদো। মহুগী মতিক চানা লমন শিংবা কদৌঙৈদম্নু ঙম্মরোইদবনি। অহুনা মহাক মশামক অসি মহাবাজদা কখোল্লগেনে। লৎনবা তৌদনা লৌশিল্লুকো মহারাজ।

যযাতি—( স্বগত ) ঐনা পামজরিবা পোৎপু ইনি নিরুদনা নমহুনা পীরিবসি ঐদি ওম্থোক্না লাইবক ফৈদকো। ইরুজনিংবগা থোঙ্গ্র। তেকপগা চপ মান্নরে। অহুম ওইনমক মীনা হায়জরবনিনা খন্না চাউথোকহৌদবা য়াদে।

( প্রকাশ্য ) তাকপিরিবা ন্নাসি ঐগীদি লাইবক ফবনি। অহুদা ঐগী পুক্লিংদা শংকা অমতংদি লৈরেনে গুরুদেব। গুরুদেবনা অফ ফত্তা পুন্নমক হেন্না খঙবিন্নিবনি। ক্ষেত্রিয়না ব্রাহ্মনীগা লুহোংবা অসিবু দোষ লৈত্রনে ?

শুক্র—চুম্মী, মসি য়া-দে-দি হায়নৈ। অহুবু লৌন-লৈনবা য়াব-য়াদবা, অমাং-অশেং, গোত্র-বর্ণ হায়হুনা নিয়ম শেম্লিবসি বামন ঐথোয়ননিনে। ঐনা য়াই হায়রবদি হেক মলোয়-ন্নেদনা। ঐগী তপস্যাগী ফন্সনা নখোয়গী দোষ অহু কোকহনগনি।

যযাতি—( স্বগত ) বামন্না তৌগে হায়রবদি য়াদবা করিমতা লৈখি-ত্রবোইবে। সমাজগী চৎনবী তুংরেলগী ঈচেল অসি মখোয়না থৈদোক্কে হায়রবদি ইরাই-লায়দনা। অহুনদি চৎনবী নিয়ম অয়াম্বা মখোয়গী খুদোংচাবা য়েংহুনা শেম্বনিদনা। শুক্র গুরুমক্না ঐঙোন্দা মচানুপী থাজরিবা অসিনদি

ক্ষত্রিয়না বামন লৌবা য়াদে হায়বসি য়ুমফম য়াওদবা রা ওইরে। শাগে জাৎ অচৌবা, অতোনবা অমসুং জাতি বর্ণভেদ থায়দোক্লিবা অসি মখোয় খরতগী স্বার্থ ডাক্লবা মতম মতমগী ওইনা সমাজনা শেম্বনি হায়বসি চুম্বা তারেদনা।

(প্রকাশ্যে) মতুঙা খঙজনিংঙনা হঙংচবনি, গুরুদেব অতুগা ঙসি ঐনা দেবযানীগা লুহোংঙনা ক্ষত্রিয়না বামন নিঙোল লৌবা য়াই হায়বসি প্রজা পুম্নমক্তা খঙহল্লগে। ঙসি গুরুদেবনা অতুম্না ননাইবু থৌজানবিরিবা অসি ঐগী কর্মগী ফলনি। ননাই যযাতিস্ন ইবেম্মা দেবযানী উরুবদগী পুমঙাও ঙাওপ্রবনি।

শুক্র—অতুম ওইরসনু! ফরে অতুদি, শুভকর্ম পাংথোকপদা পম্বা হৌনদে। দেবযানী! তাঙ্গা অসি খ্বাইদগী হেন্না ফরবা মতমনি। নবুঙোদা লৈপরেং হুকচরো।

দেবযানী—ঈশ্বরগী থৌজান্দগী ফংজরবা ইবুঙোদা প্রেমগী বরমাল্য অসি হুকচরগেকো!

(দেবযানীনা যযাতিদা লৈ হুকপা। নেপথ্যদা জয় ধ্বনি।)

শুক্র গুরু—মহারাজ! কন্যাদান অসিগা লোয়ননা বৃষপর্ব্ব নিংথৌগী মচানুপী শর্ম্মিষ্ঠা অমসুং সখী লিশিং অমা নঙোন্দা উল্লবনি। অতুগা ঐ নঙোন্দা লুরবা রা অমগা হায়রমগেকো। শর্ম্মিষ্ঠা হায়বীসে ননাই নুপী ওইনা উনবনিকো, য়ুমগী নুপী ওইনা উনবা নত্তেকো, মসি মুন্না খঙউ। অচিকপদা থক রা ঙাংনগনু, তুম্নমদাইদা সেবা থক চংহনগনু, নথন্তা লৈবা কান্দা থক নিংশিংলুনু। কাউনুকো, কাউনুকো! ঐ চৎলগে। (চৎখিবা)

যযাতি—(স্বগত) উন! শর্ম্মিষ্ঠাবু ফংনবগী আশাদি মরু ফংনা

ককথৎলেদনা। মহাক্কী আশানা ঐগী পাইনবা ইশা ওইদুনা হৌজিক্তা স্বর্গগী নন্দন কানন তম্না পাইখৎলম্বদু লমখাংদা ইশা ককথৎতুনা লৈখাদা তারক্লেদনা। ইশা পাল্লিদৈদা নন্দন কানন য়ৌনিংবগী ইখৌ লাংবা অদুদি খাঙবা ঙম্লম্মী, অদুগা ইশা ককথত্তুনা পাইবা ঙমদ্রবা মতম অসিগী ইখৌলাংবদি খাঙবা রানা থোক্কদৌরিদা! অসিনা ওইরে তীর্থ চৎপবুদি য়ুমদা লৈহৌবনা মহৈ হেল্লি হায়নরিবা। মীনা নিংবনা অমা লাইনা শীনবনা অমা। আশা লৈবদা বাধা লৈবা হৌনবোইরে। হৌজিক্তি পুম্নমক অরেম্বা তারে। আশা থদৎখ্রে, ইশা ককথৎখ্রে। খল্লুবা কাম্নদ্রে, মমল য়াম্বা পোৎ ইরায়-লায়না ফংবা হৌনদে!

## তরুকশুবা দৃশ্য

# শুক্র গুরুগী আশ্রম

( শুক্র গুরুনা বেদ পাঠ তৌদুনা লৈবা। ঘুর্নিকা চংলকপা )

ঘুর্নিকা— ( স্বগত ) তুংগী রা হায়বসি মসি মওইরনি হায়বসি খঙবা ঙমদে। ইথা-থাজদনা ফাগি তৌবদগী দেবযানীদি মহারানী ওইখ্রে। ঐনা ফাগি তৌদুনা হায়বা রাদি অচুম্বা ওইখ্রে। অদুগা মানা ফাগি তৌদুনা হায়বা 'নচাম্নুপীবু মহারানী ওইহল্লু' হায়বা রাহুদি অচুম্বা ওইরোইদ্রা? ফাগি ওইরসু ব্রাহ্মনগী য়াথংদি লেম্না মাঙদে হায়নৈ। ফরে শুক্র গুরুদা হংখিগে ( প্রকাশ্যে ) গুরুদেব! মমাংদৈদা চিত্ররথ বন মন্নুংদা ঐনা দেবযানী থিবা চংপা মতমদা মহাক্না ঐঙোন্দা "নচাম্নুপীবু মহারানী ওইহল্লু" হায়খি। ব্রাহ্মনগী য়াথংদি লেম্না মাঙদে হায়বদায়? ঐদি ইচাম্নুপীসু পোক্ত্রি।

কমদোনা কদায়দগী ইচানুপীনা মহারানী ওইগনি ?

শুক্র—অমগী ৱাথোক লোইখিবতা ঙাইরিঙৈদা অমমূক হৌরক্লেদো। ইচানুপীসু অঙাওবী, নংসু অঙাওবী। হৌজিক নংনা নচানুপী মহারানী ওইবগী ৱাখল তৌরবা! হরে হরে! শম্বী লৈত্রিঙৈদা হৌদোং হাংলি হায়বহু নংনা তৌর-বোইরে। বাহবা! অঙাং পোক্লিঙৈদা নাহোং শারবকো! ভাবতি করিহে! নপুরোইববু কনানোনে ?

ঘুর্নিকা—কনাশু লৈত্রি। অহুবু লৈরবদি করিগী ৱাজরুগদগে ?

শুক্র—অহুদি করম তৌনা নচা ফংগদৌরিবা ?

ঘুর্নিকা—অহু পুন্নমক্তু তাকপিনবা হায়হুনা গুরুদা হংলিবসিনি। অহুবু খঙলবদি গুরুসু ঐসু চপ মান্নরেদনা।

শুক্র—অহুদি ঐ খঙসু খঙদে, তাকপসু ঙমদে। মহু খঙগদৌবদি মহাদেবদা খুরমজো অহুগা মঙ্গল ওইগনি।

ঘুর্নিকা—অহুদি গুরুদেবগী ননাই ওইহুনা লহাল মখৈ লৈরকপসি অরেম্বা তারেদনা ? মনাই শুপী অমা লৈ হায়হুনা ময়ুম-মকৈ পালহন্দুনা মচা-মশু পোরুবা থৌরাংসু তৌবিদে। বামনগী মনাই ওইবা হায়বসি কোহলুদা তকপনি। বামন্না মনাইবু থবক শীজিন্নবা খন্দুনতা লৈ। মনাইগী ফননবগী থৌরাংদি খক তৌবিদে। ঙসিমখৈ ঐসু মপু ওইরে মৌনাই ওইদ্রে। ঐবু শেম্বীবা ঙম্বা মহাদেব অহুবু নিংজরুগে। ঐ চৎলে।

শুক্র—তৌরেদো! অঙাওবীসে, মচিং হৌরক্লেদো! ঙসি নুমিৎ-সিগী মাগা খক নে-না তানা ৱা ঙাংনবা য়াররোইদবনি। খামলাকপসু য়াররোইদবনি। হো ঘুর্নিকা! হল্লকখোনে।

ঘুর্নিকা—হল্লরুরোই হল্লরুরোই। বামনগী মনাই শুকওই ওইররোই। পীজবনা লুখাক, ৱাহৈনা মহৈ চাওই হায়বা। শীজিন্নবনা অহিং মুংথিল, মীচৈনা হুই-হৌদোং। ঐগী থম্মোইনা য়ানিংলক্রে।

 

তরেৎশুবা দৃশ্য

# শিব মন্দির

( ঘুর্নিকা চংলকপা, শিব খুরম্বা। ঙাইহাক লৈরগা শিব লেংথোরকপা। )

শিব—ঘুর্নিকা ইবেম্মা! নংনা মুমিৎ খুদিংগী হেক হেক লাক্লুনা ঐবু খুরম্ববু করম্বা বর নিনিংবা লৈবগে ?

ঘুর্নিকা—হে মহেশ্বর! ভক্তি কচ্চরি! ননাইনা হায়জনিংবা রাক্ষমদি ইচানুপীবু মহারানী ওইহনবিয়ু অসিনি।

শিব—উম্, নচানুপীদি কয়াদি চাউজরে? মমিংনা করি কৌই।

ঘুর্নিকা—মমিংদি লায়রিদা। ইচানুপীহু পোক্লি।

শিব—( নোক্লুনা ) আ-হা-হা-হা! সংসার অসিদা অঙাওবসি ঐতরা হায়ববু অঙাওবী অমম্ব লৈরম্লেদনা। নপুরোই-বদি মমিং করি কৌই ?

ঘুর্নিকা—রাকোই শুবিগ্রেদা। ইপুরোইবম্ব লৈত্রিয়ে।

শিব—( নোক্লুনা ) আ-হা-হা-হা! অহুদি করম্না নচা ফংগনি? মহাদেব ঐবু তাবদা ঙক্লেনে! অহুগুম্বা নাতৈ চাদবা রাবু নোম্বা হৌনব্রাও ?

ঘুর্নিকা—ভুতনাথ ইবুঙো! অহুবু ঙমদ্রবদি লাই নত্তেদনা। ঐগী থোক্লকপদদি হেক্তা লুশিনহনবা। কদায় ঐগী পুজাগী পোৎচৈহু। চৎলগে। ( পোৎচৈ খোমজিন্দুনা চৎখিবা )

শিব - ( য়াম্না পেল্লহুনা ) ঙাইখোনে ঙাইখোনে। নংগী পুজাগী পোৎচৈহু পুগে পুজখো, বরদি পীখিগেনে।

ঘুর্নিকা—ওকচরে ওকচরে, বরককা ওকচরে। ( ঙাংনা ঙাংনা চৎখিবা )

শিব—হায়না হায়না য়ৌগ্রেদো। বর পীবা নংহৌদবা তারে। য়েংঙোই ঘুর্নিকা! নচানুপী পোক্লগা শোয়দনা মহারানী ওইগনি। অদুগা নচানুপী ফংনবদি শিবি মহারাজদা নিজরু। মঙোন্দা নিজবা বরদি শোয়দনা ফংবনি।

ঘুর্নিকা—( স্বগত ) কররম্নো তৌরিসিবো! অমদা হায়রুই অমদা চংলু, অমদা চংলুই অমদা হায়য়ু। স্বর্গ মর্ত্ত-পতাল মরোল অহুম্মক থুংনা কোয়-কোয়দুনা লৈবা তারিব্রা তৌরিসিবু। মখোয় লাইগী লম অসিদসু তাইবং লৈবাক্তা চংনবগা অহুম মমান্নবোইরে। ফরে শিবি মহারাজদা অমুক্তং খুরমদুনা হায়জরুগে। দান চাউবদা মীগী অরাবা খঙ-বিবদা শিবি মহারাজগা যযাতি মহারাজগা হায়নরিবনি। দেবযানী লৈরিঙৈদা যযাতি মহারাজগী আশাদি তৌরুবা য়াদে। শর্ম্মিষ্ঠাবু দেবযানীনা অহিং-নুংথিল লাক্লরিবা অসি উবদা ঐ অমুক যযাতিগী কোন্নুংদা চংনিংবা হায়বা লৈখিদ্রে। নুপীগী মপোক্তা পোক্লগা মচাগী মশক উনিংবদি হৌনাশানি। অদুনা শিবি মহারাজ অমুক্তং খুরুম্মুদবা য়াদে।

## নিপালশুবা দৃশ্য

## কোন্নুং

( শিবি মহারাজ পাশ শান্নদুনা লৈরম্বা। ঘুর্নিকা চংলকপা )

ঘুর্নিকা—( খুরমদুনা ) মহারাজ! ঐদি ইপুরোইবসু লৈজদ্রি, ইচাসু পোকচদ্রি। অদু ওইরবসু ইচানুপীবু মহারানী ওইহনবিয়ু হায়দুনা মহাদেবদা, হায়জরুবদা, ইচানুপী পোক্লবদি শোয়দনা মহারানী ওইগনি তাকপিরকই। অদুগা ইচানুপী ফংনবদি শিবি মহারাজদা বর নিজরু হায়নসু

তাকপিরকই। অতুনা ইচান্নুপী ফংহনবিরো হায়জগে হায়তুনা মক্ষম অসিদা লাকচরিবনি।

শিবি—নচান্নুপীবুদি করিগী অতুক মহারানী ওইহল্লিংইবনে ?

ঘুর্নিকা—করিগী ইচান্নুপীবু মহারানী ওইহল্লিংইবনো হায়বগী মরম ঐ মুন্না খঙজদে। নোংমা শুক্র গুরুগী মচান্নুপী দেবযানীগা ঐখোয় অনী ফাগি তৌনবদা ঐনা মঙোন্দা হায়খি, "হয়েং মহারানী ওইরগা ঐবু কাউবিনুকো।" মতুদা মহাক্না থুমখি, "নচান্নুপীবু মহারানী ওইহল্লু।" মাদি অওইবমক মহারানী ওইগ্রে। অতুদগী হৌতুনা ঐনা খনখি—ঐগী ইচান্নুপীনা মহারানী ওইবসু ওইথোক্কবা নত্তে। অতুগা হৌজিক্তি খুংকন-পাঙ্গনবগী যুগ ওইরবসিদা ঐখোয়না মীনাই ওইহনতা লৈবা অসি মুঙাইত্রেদা।

শিবি—( পেল্লতুনা ) কয়াদা পুকচেল শেংগ্রবা নুপীনোসে। ফরে ফরে, ঐগী বরদগী মশক মতৌ ফজরবী নচান্নুপী অমা ফংজরনিকো।

ঘুর্নিকা—নিংব থুংজরে, মহারাজ ! গুরুসু খঙদে, মহাদেবসু খঙদে, ঐগী ইবুঙোদি নহাক্তনি। ঙসিদগী হৌনা তুম্বা-হিপ্পা, চাবা থকপা মতম পুম্নমক্তা ঐগী ইবুঙো থম্মোইগী লাই হায়ববু ইবুঙো নহাক্তনি হায়না নিংজরে।

শিবি—( স্বগত ) কয়াদ চেৎনা থাজগ্রবনোসে। থাজবা অসি-মক্তগী মপান্না নুপীসি শোয়দনা মুক্তি ফংলগনি।

( প্রকাশ্যে ) ইবেম্মা ! নয়ুমদি কদাইদা লৈ ?

ঘুর্নিকা—ঐগী লৈফম অরেপ্পা লৈত্রি। শুক্র গুরুগী ময়ুমদসু লৈর-রোই হায়তুনা থোরক্লে। দেবযানীগী মনাক্তসু লৈনিংদে।

শিবি—অদুদি ঐগী কোম্নুংদা নংনা লৈনিংলিবা মতম মথৈ লৈবা য়াগনি।

ঘুর্নিকা মহারাজগী কৃপানি।

# অহুমশুবা অঙ্ক

## অহানবা দৃশ্য

## কুঞ্জবন

( লৈ পাম্বী অমদা ভাহুনা শর্ম্মিষ্ঠা রাখলদা লুপ্তুনা লেপ্পা )

শর্ম্মিষ্ঠা—শর্ম্মিষ্ঠা হায়বী ঐসে ওস্থোক্লা লাইৰক থীদকো। মুপীমচা ওইবগী পুন্সীদা যৌবনগী মতম অসি অরেম্বদা মাঙশিল্লক্লে-দকো। উমংসিগী মনুংদা মথন্নতা শাৎলক্লগা মথন্নতা কেনজরিবা শিঙ্খারৈ কৌবী লৈরাং অসিগুম্না ঐগী মুপী ওইবগী মপোক অসিসু ইপুরোইবগী মশক খণ্ডদনা মীনাই ওইহনতা অসুম মাঙখিগদৌরে। হে বিধাতা! নংগী নোংদম অসিবু অঙকপনিদা! অরেম্বদা মাঙহনগদবা লৈরবদি শিঙ্খারৈসিবু করিগীদমক অসুক ফজনা, অসুক খুৎ চংনা শেম্বিরম্মীবা! ইমিৎসু তাংহন্দে, ইখোংসু তেক-হন্দে; ইশক-ইচুসু করি অমতা রাংহন্দে, নিংথৌ মচানুপী ওইনসু পোকহল্লে। অদুবু ঐগী যৌবনতদি অরেম্বদা হৈদোকউ হায়না তমথ্রবোইরে। অরেম্বদা মাঙহনগদবা লৈরবদি করি মরমগী ঐবু মীওইবগী মপোক্তা পোক-হল্লমইবা! মীগী কান্নবা তৌগে হোৎনরুবদি ইশাগী অনুতাপ্প খাঙবা ঙমশিল্লক্লে। ইবেম্মা দেবযানী নহাক অসি ওস্থোক্লা নরাইবক ফৈদা! নংগী যৌবনগী মপুং ফারকপা, নশক মচু ফজরকপা, ইন্দ্রি কায়াৎ পুম্নমক ঈশিং পুল অথনবা, খজিক্তা শোকপদা নিকথোকদবগুম্না নিংথি·

জরবা মতম অসিদা নপুন্নিংনা পামজবা নপুরোইবগী সেবা তৌহ্নুনা, অপাম-মুংশি রারী শাহ্নুনা, কয়াগী মতিক মুঙাইনা পানজরিবা! নচানিপা অমসু মতম্বাক্তা পমজরে। থা থোক্লগা অত্যাগী ফজবা হেনগংপগুম্না নংগী ফজবা কয়াদা হেনগৎলবা।

লাইবক্‌থীবী শর্মিষ্ঠা ঐগীদি কদায়? মুংশিবা কনাগা রারী শাক্লনি? পুন্নিংগী অরাবা রাখল কনাদা ফোংদোক্কনি? মুপী ওইবীগী অথোইবা ইরল ইচাগী মশক উবা ফংলক-খিগদ্রা? প্রকৃতিগী নিয়মদি মথং মনাও কায়দনা অমুম অমুম লাকশিল্লক্লে, যৌবন যজ্ঞগী পূর্ণাহুতি পীগদবা ঙাইহ্নুনা লৈরে হায়না প্রকৃতিনা খুৎলাম তোয়না তোয়না কৌরক্লে। কৌরক্লিবা অসি তাশিন্নদনা লৈরগে হায়না রাখলনা ইনশিল্লি অহ্নুবু থম্মোইনদি ইয়া য়ানিংদ্রি। উরিনা নক্লবা উপালদা য়েংকদবগী লাক্লবা, ঈশিংনা অকুংপা মাইকৈদা চেনশিনগদবগী হোৎনবা অহ্নুগুম্না প্রকৃতিগী থিং-ঙমদ্রবা শক্তি অমনা ঐগী অহাংবা থম্মোইসিবু কনাগুম্বা অমগী মনাক্তা অতৎপা লৈতনা চিংশিল্লি। শক্তিসিবু নমথনবা পাঙ্গল শোনবী ঐগী করিগুম্বা উপাই অমতা লৈজদে। ফরে ঙসিদগী হৌনা ঐগী মমল নাইদ্রবা যৌবনগী ঈচেল অসিনা দেবযানীগী পুন্সী-ঈচেলগী তুংনফম ওইরিবা যযাতিগী থম্মোই সমুদ্র তম্না চেনশিল্লক্লিবা অসি অমুক থিংলরোই। সমুদ্রনা মখুৎ খতুনা কৌগদবা নত্তে, তুরেলগী ঈচেলনা চেনশিনগদবনি।

( শর্মিষ্ঠানা ইশৈ শকপা )

ঈশৈ

আশা চাউনা ঙসি নহাক্কী থোঙজিন্দা,
লেপচরি ভিক্ষারী তোল্লবী ঐনা।

থম্মোইগী থোংলোন মাপল হাংদোক্লুনা,
হাপ্পীগনি নিংজৈ প্রেমগী ভিক্ষা।
হাপ্পীদ্রবদি হন্দক্কী নিজরিবা ভিক্ষাসি,
অমুকহন্না লেপত্রে খঙবিয়ু নংগী থোংজিন্দা।
মুৎলে হায়না খঙবিয়ু ঙসিদগী হৌনা,
মুৎলি মুৎলি চাকলিবা থরাই থাংমৈসি।
ৱারীনহৌরসন্নু জগৎ অপুম্বনা,
চংজফম লৈত্রবী লাইবকথীবীনি হায়না।

( যযাতি কোয়থোরকপা। লৈপাল অমগী মরুমদা লোৎতুনা শর্ম্মিষ্ঠাগী ঈশৈ তাবা। ঈশৈ লোইরবদা শর্ম্মিষ্ঠাগী মনাক্তা চংবা।)

যযাতি—শর্ম্মিষ্ঠা! নংগী থরাই শোক্লবা ঈশৈ অসি তাবদা যযাতি ঐগী থম্মোই ইরাং হৌরেনে। হায়য়ু কনাগীদমক অৎুপ নথরাই ৱারিবা? নংগী ঈশৈ অসি তারগা ঐগী পুক্লিংসিদা অৱাবগী ইথক হৌরকই। ঈথক অতুনা য়েবদা ঐগী পুক্লিং পুম্বিগী চাংজৌ নমখায়তুনা অৱাবা সমুদ্রদা তাওরেনে। নিংথৌগী মচানুপী নংনা মিকুপ খুদিংগী মপুং ফারক্লবা যৌবনগী মতম য়ৌরক্লবদা কামদেবগী লৈগী তেন হন্না হন্না কাপশিল্লকপা, অমরোমদা, মীনাই ওইতুনা অহিং মুংথিল দেবযানীগী মীচৈ তাতুনা খাঙলিবা, নংগী অৱাবা ঈপাক অতুগী মরিক খুদিংমক্তা ঈপোম অমমম ওইতুনা যযাতি ঐগী থম্মোইদা হেক হেক য়ৈররি।

শর্ম্মিষ্ঠা—মহারাজ! নোংদম থীরবী শর্ম্মিষ্ঠাগী কনা লৈ? বসন্তা কয়া হৌখ্রে, শরতকী অহিং কয়া চৎখ্রে, নোংমতম্সু মুঙাইবগী য়েম্নিং হুনখিদ্রিবা শর্ম্মিষ্ঠাগী পুন্সীনি। ইপুন্সী চুপ্পা মীনাই ওইবসু খাঙবা ঙম্লক্লে, ইমা ইপাগী কোমুংগী মুঙাইবা থাদোক্লম্বসু

কাউন্সিলক্লে, ইজ্জৎ সম্মান পুম্নমক হুন্দোক্তুনা ইকাইবা নংবা, য়েক্লবা মমাংদা চাং তাবস্থু থওইনবু খল্লক্লে, মিকুপ খুদিংগী অথিবা ৱাহৈ-ৱাতা তাবস্থু হৈনরক্লে, অহিং তূমদবনা মিংকী হৈনবী ওইরক্লে, চরা হেনবনা ঐগী উপাসনা ওইরক্লে। নিংথৌগী য়াথং ইন্দুনা লৈপাক প্রজাগী য়াইফবা পুরক্লবা করিস্স্ লৈত্রবী মুপীমচা ঐনা স্বার্থত্যাগ তৌবনি হায়না অৱাবা কয়া অসি খাঙবা ঙম্লক্লে। অত্থবু ঐনা খাঙবা ঙমদবা অমতংদি লৈরেনে, মহারাজ, অচান-মীরায় খায়দবী প্রকৃতিনা ঐগী অহাংবা থম্মোই-লৈকোলগী মবুঙো অমা ৱাংলে হায়না হন্না হন্না নিংশিংলক্লেনে। অসিগুম্বা প্রকৃতিগী শাফু অসি ঐনা খাঙগে হোৎনরিবা অত্থপকী মতিক হেন্না কনশিল্লকই। মহারাজ! ইবেম্মগীস্থু মবুঙো, মনাইগীস্থু মবুঙো, ইবুঙো নত্তনা ঐগী কনা লৈ? মহারাজ প্রকৃতিগী নিয়ম মতুংইন্না মপুং ফারক্লবা ঐগী যৌবন, প্রকৃতিনা খুৎলাম তোয়না পীরকপা উপহার অরেম্বদা মাঙখিগদৌরে। ঙসিদি ইবুঙোগী ঙকশমদা হুকচগে হায়দুনা মিংকী পি মরিক মরিক্কা লিক্লু অমমম ওইদুনা যৌবনগী য়েত্থুমনা লমজিংদুনা, মুংশিবগী লংনা লেংদুনা, ইকাইবগী খুৎনা বরমাল্য অমতং শেমজরে। লাইবকথীবীগী আশা পুম্নমক হৈজিন্দুনা লেংগ্রবা মালানি। মসি ইবুঙোগী ঙকশমদা হুকচরগে লৎনবিগম্নকো। মহারাজ! উপহার অসি মমল য়ামগ্রবনি, মসি ফংনবগীদমক্তা সম্রাজ্য কয়া মাঙনরিবনি, সম্রাট কয়া থৱাই থানরিবনি। মুংশিবগী মরীতদা ঐনা হায়জদুনা মমল য়াওগ্রবনি। হন্দক ঐনা চংজরকপসি ইন্দ্রিনা লমজিংলকপা নৎচদে প্রকৃতিগী লাকঙম ফাঙমদ্রবা শক্তিনা চিংশিল্লকপনি। মহারাজ!

ঐদি ইচম চন্বী মুপীমচানি, মীবু পেলহন্নবা ঐগী ইহৈ লৈজদে। পাঙ্গল থেক্লবা ঐগী লৌশিংসু লৈজদে। নিংবা থুংলক্লবা মতমদা মুপীমচা ওইবী ঐখোয়গী থুংলায় অমতংদি লৈ, মহুদি—"আত্মহত্যা" !

যযাতি—ওক্লে তপথখো, শর্ম্মিষ্ঠা ! ঐনা খল্লম্বগা নংনা হায়রক্লিবা অসিগা চপ মান্নরি। নংগীদমক ঐসু মতম পুম্নমক্তা রারিবা মী অমনি। অদুবু করি তৌনি? দেবযানী লুহোংবা মুমিত্তা শুক্র গুরুনা ঐঙোন্দা হায়খিবা রাহু নংসু তাহৌ-রিবনি। শর্ম্মিষ্ঠা নংগা ঐগা চান্নফদে। অমরোমদা মীনা অরানবা থবক তৌরগা নিংথৌ ঐনা দণ্ডি পীরিবনি, নিংথৌ ইশামক্তা অরানবা লমচৎ চৎলবদি প্রজাগী মথক্তা করম্না সাসন তৌগনি ?

শর্ম্মিষ্ঠা—মহারাজ, মসি অরানবা থবক করম্না ওইরিবনো ? প্রকৃতিগী নিয়ম ঙাকপগা লোয়ননা শাস্ত্রগী নিয়মসু ইনবা নত্তরা ? ঐগী ইবেম্মগী ইবুঙোদি ঐগীসু ইবুঙোনি। মতু, মচা, মনাই অহুম অসিদা মপুগী চপ মান্না অধিকার লৈ। অদুগী মথক্তা অসিগুম্বা থবক্তা মীনম্বা ঙাংবগী পাপসু লৈতে। শাস্ত্রনা হায়রি,—"লুহোংবদা, লল পুম্নমক মাঙ-লবদা, হয়াও তয়াম্বদা, রাজনিতিদা, মুপীগা বিহার তৌবদা, থরাই মাঙলমদাইদা মীনম্বা ঙাংবদু দোষ লৈতে"।

যযাতি—( লুখম খোৎলদুনা—স্বগত ) ইস্ করম তৌসিবা ! কয়া লুপ্রবনোসে ! যৌবনগী আহরান ( ঈথিল ) হায়বসি কয়া কনপ্রবনো। মরৈবাকী মঙ্গলগীদমক মমা মপা থাদোক্তুনা য়েক্লবীগী মনাই ওইবা ঙম্নবী মুপীমচা অসিগী নুংগুম্বা অসি যৌবনগী আহরান্না কয়া লায়না পেৎহনপ্রবা। মুপীমচা হায়বসিনা মমা মপাগীসু পঙনা শিবা ঙমদে, মরুপ-মপাং-

গীস্নু পঙনা শিদে, মুংশিবগীদমক্তি ইরায় লায়না শিদোকপা ঙম্মী। মমানা মচাগীদমক স্বার্থত্যাগ তৌবা, মুপীনা মপুরোইবগীদমক স্বার্থত্যাগ তৌবা—ত্যাগ অনীসিগা মান্নবা লায়না তৌবা ঙম্বা ত্যাগ অতৈ অমা জগৎতা লৈত্র-বোইরে। হন্দকপু ঐনা লৎনরবদি শোয়দে শর্ম্মিষ্ঠা মথল্লাই থাথিবা।

দেবযানী হায়বীসে নোং মংত্রবা কালেনগী মুমিৎ মুংবা মতমগী মুমিৎকুম্বনি, অদুগা শর্ম্মিষ্ঠা হায়বীসিনা নোঙাল্লমদাইদা থোকপা সরত পুর্ণিমাগী থাজগুম্বীনি। মুংশাগী মৈশানা চাক্লবদা অথেংবা অহিংগী মেঙলবা থাবলদা ঙাইহাক পোত্থাবসু মফৈদনা। মীগী অরাবসু কোকহনবা, মক্লমদসু পোত্থাবা, খুইথরক্লবা পাম্বীদা ঈশিং চাইবগুম্বনি, তেকথরক্লবা উপালদা উরোং খিনবগুম্বনি, মাঙখিগদৌরবা পুন্সীবু কনবনি—ইফং ফত্তবা থবকমক্তি নত্তেদনা।

( প্রকাশ্যে )—শর্ম্মিষ্ঠা। নংগী পুকচেল কদায় কাওবা লেপল্লবগে হায়বদু খঙনিংহুনা পঙঙাং-ঙাংগ্রে। ঐসু নংগীদমক্তা মুংশি ইখৌ লাংবা মতম কুইরক্লবনি। নংগী বরমাল্য অদুগীদমক হৌজিক ঐ থৌরাং তৌরে। লাকও হুক্লরো।

( শর্ম্মিষ্ঠানা যযাতিদা বরমাল্য হুকপা, খুরম্বা, য়েৎ-ওই নাইনা ফম্মিল্লবা )

## অনীশুবা দৃশ্য

## কোন্নুং

## দেবযানীগী হিপফম কা

( দেবযানীনা হিপ্তুনা লৈরম্মা। শর্ম্মিষ্ঠা চংলকপা। )

শর্ম্মিষ্ঠা—ইবেম্মা মহারানী দেবযানী! হন্দক মরক অসি ইবেম্মগী সেবা নিংথিনা তৌবা ঙমদেদো। করিগীনো হায়বদা ঐ হকচাং য়াম্না নুংঙাইতেনে। মীয়াম তিল্লগা কোক ঙাও-বগুম, মরক মরক্তা শ্বাই শ্বাই পাখৎপগুম, ওনিং ওনিং তৌহনতা লৈবগুম তৌইনে। মহারানীগী মনাক্তা তোয়না চংজরকপসি খরা ৱারেনে। য়াবিরবদি নুমিৎ থা খরদং অচিকপা মফমদা লৈহনা লায়েংজরুগেবা ?

দেবযানী—চুম্মীনহে শর্ম্মিষ্ঠা! নংগী নশকসিবু তাইফেৎ তাইনে। ঈ ইথাং থাংদেনে। নশাহ্নু কয়া হৈনিংদবগুম, লেঙম-শাঙমদবগুম, হকাম চন্দুনতা লৈবগুম উইনে। নপুকসু নুঙাইতব্রা নংবু ইকং কংখৎনা উইনে ? ফৈ ইবেম্মা, মতম খন্না লাই তীল খুরমহনা নশাগী লায়না কোকুবা হোংনজরু।

শর্ম্মিষ্ঠা—নুঙাইজরেদা ঐদি, থৌজাল হৈবী ইবেম্মা। অহুদি ঐ চৎচরগে। হকচাং হেক ফগৎপগা লাকচগে। ( চৎখিবা )

দেবযানী—( স্বগত ) ঐনা নিংবদি থুংলে, শর্ম্মিষ্ঠাবু ইনাই ওইহল্লে। হৌজিক্তি মসিগুম্বা নুপীসি খরা লাপ্না থমখিবনা ফৈ। যযাতি মহারাজগা তোয়না উনরগা অফবা থবক ওইরোই। নিপানা ৱাইশংবী মশক মতৌ ফজবী নুপী উরগা লেম্না থাবা হৌনদে। শর্ম্মিষ্ঠা হায়রীসিসু মীনাই ওইরগা খরা

থীগত্রা হায়ববু কঙ মরক্তগী থিনগৎলকপা থম্বালগুম হেন্না হেন্নহুম ফজরক্লে। মাগী মশক অসিবু উবদা যযাতি মহা-রাজনা পান্নমদবা হৌনদে। মানা ঐগী ইনাক্তা হেক লেপ্পদা ঐগী ইশকসি মুমিৎ থোরক্লগা থানা মকশিনবগুম মকশিন্নকই। মাগী মশকসি উবদা ঐগী পুক্লিংসি য়াম্না চিংনরেদা। মাগী ফিভমসি মশা রাইশংদবগী মতৌস্থ মাল্লি। খঙদেদা ঐদি অরেম্বদা মাবু মীনাই ওইহল্লুরে! (প্রকাশ্যে) ধাত্রী।

ধাত্রী -( মখুৎ লোন্নহুনা ) করি তাকপিগদবনো?

দেবযানী—রা হায়গে মুন্না তাও! যযাতি মহারাজদো করিগুম্বা শর্ম্মিষ্ঠাগী মনাক্তা চঙলাকপ্রা মরক মরক্তা লোন্না য়েংগ-দবনি। করিগুম্বা চঙবকা থেংনরবদি ঐডোন্দা থুনমক পাউ পীগদবনি। ভাব তারেকো!

ধাত্রী—অহোই! মতুমক তৌজগনি মহারানী। ( থোকখিবা )

অহুমশুবা দৃশ্য

## শর্ম্মিষ্ঠাগী খাংপোক

( শর্ম্মিষ্ঠা মাঙোন্দা মচানিপা অমা পমহুনা লৈবা। )

শর্ম্মিষ্ঠা—ঈশ্বরগী থৌজান্দগী ইচানিপা অমদি ফংজরে। অহুবু ইপুক্তগী থোকপা ইচানিপা অসিবু পমজবা অসিমক্তদা পুক্লিংদা কয়া চিংনরিবা! মীগী মচা হূরান্দুনা পুরকপগুম্না মীনা উথ্রনি হায়হুনা পুক্লিংদা কয়া কিজরিবা! ( মচা য়েংহুনা ) ওম্থোক্লা নরাইবক থীদকো ইবুংঙা। খ্বাইগী মমাংদা লুহোংহুনা লৌন লৈনরগা থোকপগুম্বা ওইরবদি, নংবু পোকপদা হরাও-কুম্মে কয়া চাওনা তৌগবা. ইপা

নিংথৌ অমসুং ইমা মহারানীনা মশু পোক্লে হায়হুনা করাগী মতিক হরাওজগবা, অণ্ডম-অথৌ মীনাই-মীশল ময়াম্না কয়া হরাও-হরাও কোইচেন চেন্দুনা লাওজগবা, শর্ম্মিষ্ঠা ঐনা কয়া নাওথী শাহুনা অরাবা পোখাজগবা ! অহল-লমল, মরুপ-মপাং, কয়া লাক্নুনা আশীর্ব্বাদ পীরগবা। হৌজিক্তি কদায় ওন্থোকপনি ! চানিংবা কয়া চাবা ফংদ্রে, অরাবা কয়া তুমিন্না খাওজরে। ইচাবু কৌজবা অসিমক্তবু খোঞ্জেল থোক্না কৌবা ঙমদ্রে। অমুক করি হায়গনি চায়েক নাও-য়েকপগী খাঙবা রারবা চৈনাখোল অহু ফাওবা মী তাখিনি হায়হুনা খোল থোক্না লাউ-খোংবা ঙমখিদ্রে। অরাবা পুম্নমক তুমিন তুমিন্না খাওজরে। (থাপ্না ধাত্রী লাকপা উহুনা) এঃ কনানো অম্না লাকপা উরে। দেবযানীগী মনাই ধাত্রী ওইরমাল্লে। অঙাংসি মানা উখিবা তারে। (থুনা ইমুং চংখিহুনা ফমুংদা অঙাং থমহুনা মশাঙাক থোরকপা)

শর্ম্মিষ্ঠা—ধাত্রী ! করি থবক্তীনো লাকথোক্তনা লাকপদি ?

ধাত্রী—ইবেম্মা শর্ম্মিষ্ঠা, চুম্না উননিংহুনা লাকপনি। উখিদবা কয়াদি কুইরেদো ? করম করম পাল্লিবা, মুঙাইরিব্রা ? অনা-অয়েক লৈতেদনা ? এঃ করিনো ইবেম্মা নশক্তু য়েংবদা অনাবগী শকফম মাল্লিদা।

শর্ম্মিষ্ঠা—হে থোইদোকপা অনা অয়েক তৌবা নত্তেদা। অহুবু মুপী ওইবী ঐখোয়সে নোংমতবু মুঙাইনা লৈতেদা। নাগদবগী য়েকদবগী তৌহুনতা লৈদা। মহারানীখোইদি করম তৌরি ?

ধাত্রী—মহারানীখোয়মু মুঙাইনা পাল্লি, থোইদোকপা অনা অয়েক লৈতে।

শর্ম্মিষ্ঠা—ধাত্রী ! খরা কুইনা ফমহুনা রারী রাতাই শামিন্নরবদি

মুঙাইগদবনি। অদুবু ঐহাক তুরেন্দা ইরুজবা চত্তবা য়াদ্রে, হৌজিকমক চৎকে হায়দুনা তৌরম্লিবনি।

ধাত্রী—কৈ, ইবেম্মা, লুজরুরো লুজরুরো। ঐসু চৎলগে।

( শর্ম্মিষ্ঠানা মাইকৈ অমরোমদা অদুগা ধাত্রীনা অতোপ্পা মাইকৈ অমরোমদা থোরকপা। ইমুংদগী অঙাং কপ্পকপা। ধাত্রী থুনা ইমুংদা চংখিদুনা অঙাং পম্লগা থোরকপা। শর্ম্মিষ্ঠাসু ইকাইবগা, শাউনিংবগা, অকিবগা ইয়ান য়ান্নদুনা হঙ্জিল্লকপা )

ধাত্রী—ইবেম্ম শর্ম্মিষ্ঠা! কনাগী মচানো অসিদে? ওম্হোক্লা ফজখ্রেদা।

শর্ম্মিষ্ঠা—( স্বগত ) হৌজিক্তি থুপ্তুনা কান্নবা লৈত্রে, অশেংবা ৱা হেক্তা হায়দোক্লগে। ( প্রকাশ্যে ) ধাত্রী! ঐনা পোকচবা ইচানিনে।

ধাত্রী—ইবেম্মা! নচানিপা অমুক ফজবা অমা পোক্লবদা ঐখোয়বু করিগী ইপান তাক্লক্কে? ঐখোয়না ঙমজবা পুদুনা পোৎয়েং লাক্লমগদবনি। মপাবুংদি কনানো? ঐখোয়দি অমুক কুইবা অমুক্তবু উত্ত্রিনে।

শর্ম্মিষ্ঠা—( ইকাইদুনা মরু লুকথবা ) মপাবুংদি অঙাংদুগী মশক য়েংলগা অদুম মখঙবিরো।

ধাত্রী—অঙাংসিগী মশক য়েংলুরবদি যযাতি মহারাজ খোংখোতুনা হৈজিল্লেদনা। দেবযানীনা পোকপা মজা ইবুঙো অদুবুদি মসিনা হেন্না মানশিনখ্রেবো। হী ইঃ মিতা-নাতানা মাল্লিবা, লুখমগী শম খরদং ঙানু মমৈগুম্না চোম্থরিবা অসি ফাওবা হেক মাল্লিদা।

শর্ম্মিষ্ঠা—( ধাত্রীগী মনাক্তা চংশিন্দুনা ) ধাত্রী! হন্দকপু নংনা অমুক্তং কনবিত্রবদি ঐদি য়াম্না চোপ্পা তারে। দেবযানীদা

তাকথোকপিরুম্নুকো। কনাগুম্বা মী অমতা খঙহনবিগ-
মুকো। ধাত্রী নংনা ঐবু অমুক্তা পোকপিয়ুকো।

ধাত্রী—ইবেম্মা শর্ম্মিষ্ঠা! ধাত্রী ঐগী ইচিন্দগী রা অমতা থোকখিবা কয়ারক তাবিরবগেনে? ধাত্রী ঐখোয়দি মীগুম্বা মী নত্তেদা। মীগী মরা মপাউ তম্ন্ বদি থম্বু থম্বিখো ইশাগী ইথৌমকপু শুজবা ঙমত্রিনে। অদুগা য়েংঙোই মীঙোন্দদি হায়দোক্কনু, (খরা নকশিন্দুনা) দেবযানী হায়বীসে ঐদি কয়াদি য়ানিংদে, মাদি নিংথৌ মচান্নুপীস্নু নত্তে, মহারানী ওইবা মতিক চাদেয়ে। অদুগা মাগী রাহে রাতা পুন্নমক অদু নুমিৎচুপ্পা ইয়াক্তা য়াকই. অথোৎপা অমেংবা রাহে অমতা মচিন্দগী থোক্তে। ইহে ঐদি হেক য়ৌবগা হনগে হায়দুনা চংলকপনি, অদুবু রারী শানবদা খরা থেংদোকপ্রে। চৎলগে ইবেম্মা, (অঙাং পীদুনা) দেবযানীনা চৈরম্মনি। খক নুংশাথিগন্নুকো (মরাইবক্তা খুদোম্বী শোক্নুনা) মীগী মরাইবকপু কনানা তম্বা ঙম্বগে? কনান খঙগনি ......।
(হৌগত্তুনা চৎকে তৌবা)

শর্ম্মিষ্ঠা—(মখুৎ পায়দুনা খাম্বা) ঙাইহাক্তসু ফমখোবা। রারী খরা শাখিসি। লাকফাত্রিঙৈনা চৎকদবগী ...।

ধাত্রী—ইবেম্মা নংনদি খঙবিদবা, দেবযানীনা কদাইদা চৎলুরিবনো হায়দুনা ঐবু ইশম ফোয়ররনি, শর্ম্মিষ্ঠাগী মনাক্তা চৎলুই হায়বা তারবদি ঐবু হিংনা য়োৎলরনি।

শর্ম্মিষ্ঠা—অদুদি চৎলো চৎলো। তমতদি তমথোকপিরুম্নুকো, কাউম্নুকো।

ধাত্রী—কাউরোই কাউরোই। (থোকখিবা)

## মরিশুবা দৃশ্য

# দেবযানীগী তুমফম কা

( দেবযানী ফমুংদা হিপ্পা। মনাইন্নুপী অনীনা মখোং নোইবা ধাত্রী চংলকপা )

ধাত্রী—( স্বগত ) লুম্মেদা লুম্মেদা। ঐগী পূকসে লুম্মেদা হায়-দোক্লিংবনা খাঙবা ঙমদ্রে। তমথোক্লিংবনা ঐগী পুকসি প্রুক প্রুক শৌবে, গ্র্ গ্র্ গ্র্ হেক খোংলে। ঙাংথোক-নিংবনা ঐগী পুকসি অস্নুম অস্নুম কংথোরক্লে। হন্দক্কী রাফমসিবু তমথোক্তবদি ঐ হযেং যৌনা পুন্সীনি হায়বা থাজদ্রে। কনা কৈ-ক্রা তমথোল্লগেদহৈ।

( খোং নোইরিবী মনাইন্নুপী অমদী য়েংহুনা—প্রকাশ্যে ) দাসী! শর্ম্মিষ্ঠাগী হন্দক্কী মচাসিদি ইবেম্মা মহারানীগী অনীশুবা মজা ইবুঙোসিগা ওন্থোক্লা মান্নখ্রেদা, নখোয় উত্রিব্রা ?

দেবযানী—হা করি! শর্ম্মিষ্ঠাবু মচা অমা পোক্লবা ?

ধাত্রী—হোই, মহারানী! মচানিপা ফজরবা অমা পোক্লে।

দেবযানী—কদাইদা ...... কমদোনা...... কনাগা ...... পোক্লিবা ?

দাসী অমা—( নোকফেং নোকফেং তৌহুনা। ) ঐনা তাবদি নোংমা শর্ম্মিষ্ঠানা লমহাংদা কোয়থোকপদা থরানমিচাক মথী অমা তারম্মী, মানা মহু খুন্দূনা হেক চাশিল্লুই হায়। মহুদগী মীরোনখিবনি হায়।

২শুবা দাসী—নত্তে, ঐনা তাবদি নোংমা শর্ম্মিষ্ঠাগী মমঙদা ঋষি

অমনা বর মতুম অমা হুনজিল্লম্মী হায়। মহু শর্ম্মিষ্ঠানা অকি অখং ওইনা কুৎ হেক য়োৎশিনখি হায়। মহুদগী মী-রোনখিবনি হায়। (দাসী অনী য়েংনহুনা নোকমিন্নবা।)

ধাত্রী—ঐনা তাবদি মহুককা ইনৎ নত্তেদা। নোংমা ঐখোয়গী মহারাজ যযাতিনা মহাদেব খুরুম্বদা গঙ্গা ভাওরহুনা হল্লক-পদা শর্ম্মিষ্ঠাগী খাংপোক মনাক্তা রাম্থরক্তুনা মহুদা অহিং-চুপ্পা লেনখি হায়। শর্ম্মিষ্ঠানা সেবা তৌজবদগী জ্ঞান তারকই হায়। মুমিৎ অহুদগী হৌনা শর্ম্মিষ্ঠা অচাওরম কাবা হৌখ্রে। হৌজিক্তি শর্ম্মিষ্ঠাহু ইবেম্মককা হায়দ্রবদি খুমলাকপা নৎখিদ্রে। রাঙাং-শাঙাং কাসি হান্নগীহু নৎখিদ্রে, মরৈ কোনশিন্দূনা ইনৌ নৌথখ্রে।

২শুবা দাসী—মীনাইমুবী মাবুদি করিম্মী ইবেম্ম কৌজরুনি। মাগা লোয়নরকপা সখীশিংতনবু মঙোন্দা ইবেম্ম কৌজবনি।

দেবযানী—(মখা চিক্তুনা) তূমিন লৈয়ুহে, চিম্থীবীশা! ধাত্রী! নংবু লহালমখৈ মীনাইমুবীহুগা মহারাজগা উনব্রা য়েংউ হায়হুনা থবকমক কাইথোক্তুনা থম্বদি অহু ওইরে? হা-নহায় মীনাই শক্তোংবী? (মশম পায়হুনা চিংবা) চৎখ্রো চৎলো, ইনাক্তা লৈবিরমু। (ইম্থোকপা) (মীনাইমুবী অতৈশিংদা) দাসীশা! নখোয়স্থু তানা তানা ঐঙোন্দা তমথোক্ত্রিবোইরে? চৎত্রো চৎলো মীনাইমুবী অহুগী মনাক্তা লৈরুরো। কনামতা ইনাক্তা লৈবিরমু।

দেবযানী—(স্বগত) অচ্চা লাকচৈদা! ঐনা লুহোংজরগা অঙাং পোকপদি মাস্থ পাংবিরিবা! মাবু মীনাই ওইহনবদি অঙাং পোকপা পাংবিনবা ওইরে। অরেম্বদা মাবু মীনাই ওই-হল্লুরেদকো! লহাম্না মুপীসি মচিল খোই শাই, মখোল নৌ-মল্লি, মমিৎনা নোকই হায়হুনা মচিংনৈনে! (খ্বাংজেৎ শেত্তুনা মখা চিক্তুনা) কৈ ঙসি মা লৈরমসম্ন। মীনাইমুবী! হূরানবী,

পাপীনী, কলঙ্কিনী। ইখুৎ অসিনা পেন্না ফুগে, খোংপাক অসিনা তিলাইখোম্বী তাগুম তাগে।

(থুনা চংখিবা। মীনাইনুবী অনীনা মতুং ইনবা। ধাত্রীনা তুমিন্না লৈথহৌবা।)

ধাত্রী—তস্ ংমথোক্লেদো! পুকসি খরা য়াংলে। ইশমুদি ফোয়বগী ফোয়বা মানা ইন্থোকচবা অসিদি হয়েং নোংমা মহারাজগী পাউ অমা হেক তম্বদা মরাইনা লৌখৎচনি। শর্ম্মিষ্ঠাগী মমাংদহুম ইকায়দা! ধাত্রীগী মচিন্দগী তারকপনি হায়রুরনিদো। ফৈ হায়গে হায়জসনু। শর্ম্মিষ্ঠাগা শুকউ হেক উনদ্রগা লোইরে। ইকাইবা হায়বসিদি মিংকা মিংকা উনরগতবু ইকাইবনি মিত্তাংবগী মমাংদা মিৎশাং থাংলে হায়তুনা কনানা ইকায়বগে?

## মঙাশুবা দৃশ্য

# শর্ম্মীষ্ঠাগী খাংপোক

(শর্ম্মিষ্ঠানা মাঙ্গোন্দা ফক্লাংলোমদা মমাই ওনশিন্দুনা অঙাং শুম্বা। দেবযানীনা সখীশিংগা তুমিন্না চংলকপা)

দেবযানী—(শর্ম্মিষ্ঠাগী মতুংলোমদগী খরা শাউনা) শর্ম্মিষ্ঠা! নংগী নচাশিদি কমদোনা পোক্লকই? মপানা কনানো?

শর্ম্মিষ্ঠা—(খংপ্রেক খংহুনা মমায় লৈথোরকপা) ইবেম্ম মহারানীসু মফম অসিদা? লেংশিনবিসি। ননাইনা ইচা অসি ফংজবগী রারী অত্থু ইবেম্মদা হায়দোকপবু ইকাইজেদা। ঋতু স্নানগী নুমিৎতা ঐনা অরেম্বদা যৌবনগী মতম হৌগ্রে হায়তুনা থরাই নুঙাইতনা চিন্তা তৌহুনা লৈরিঙৈদা মশক মত্তৌ ফজথবা তেজবির্য্যনা ইঙাল ঙাল্লবা ঋষি অমা লাকই!

মানা ঐগী ইতৌহ্ উবদা মুংশিবিরমাল্লে ; নচানিপা অমা পোকচ'রো হায়না বর পীবিরমই।

দেবযানী—হোয়নে মীনস্থু অহুম ঙাংনৈনে। ঋষি অহুদি কয়া নহা অহন্নো ?

শর্ম্মিষ্ঠা—মহারাজ যযাতিগী লেংগা ওইনি, শাবানস্থু কুচুস্থু মহারাজগা মান্নে।

দেবযানী—ঋষি অহুদি মমিং করি কৌই ? কদায়দা লৈ হায় ?

শর্ম্মিষ্ঠা—ঋষি অহুগী তেজবির্য্যদি মৈগুমই, মশক মতৌস্থু কামদেবগুমই, মশক উবদা ইমুন মুল্লি। মহাক্কী তেজনা ইশা পুন্নমকসি ইশুম শুমহৎলি, ইপঙ পঙথৈ। মমিং-মথাকা হংগদবা ইকাউ কাউথোকই। ঙাইহাক ফাওবা পন্থদনা মহাক্কী লম্বীদা অহুম চৎখি।

দেবযানী—লাইনা তম্বা হায়বহুনি, নরাইবক ফৈ শর্ম্মিষ্ঠা। অহুগা নোংমা মুমিদাং অমা মহারাজনা গপ্পা ঙাওরহুনা নংগী খাংপোক মনাক অসিদা রান্থহুনা তুবদা নংনা সেবা তৌহ্না জ্ঞান তারকই হায়না ধাত্রীনা হায়রিবা অহ্ অচুম্বরা ?

শর্ম্মিষ্ঠা—কদাইদগী ইবেম্মা, মহুদি থাঙ্গেশেংনা মীনম্বা রানি। মহুম তৌরগবু শর্ম্মিষ্ঠা ঐনা খুদক্তা ইবেম্মদা তাক্লোইদ্রাও ? শর্ম্মিষ্ঠা ঐবু তোল্লবীনী, ঐগীনি হায়নিঙাই কনাস্থু লৈত্রবীনি হায়বা খঙহুনা মখোয়না পঙহায় হায়জিনবিরিবনি। ইবেম্মা মহারানীতনবু ঐবু ননাইনি হায়হুনা খরা চানবিরিবনি, অতৈ কনানদি ঐবু মুংশিবিগনি ?

দেবযানী—হোয়নে চুম্মীনে, শর্ম্মিষ্ঠা। ধাত্রী হায়বিদো মুমিৎচুপ্পা হুৎ-ফেৎতা তৌহুনা লৈরিবনি। নংনা ঋষিগী রা হায়রিবসিবু অচুম্বা ওইরবদি ফৈ ফৈ ইবেম্মা, নচানিপা অমতা নত্তুনা অহুমহুম পোকচৌ। ( অঙাং লৌখত্তুনা ) হীই

অঙাংসিদি ইচানিপা অতোম্বা মানখ্রেদা! ( অঙাং চুপ্পা অমস্থুং চোংহ্না শান্নবা )

চাওরো চাওরো শাংলো শাংলো।

মুমিংনা কারিঙৈ কাহৌরো।

থাবানা রাংলিঙৈ রাংহৌরো।

নপা মচুম তারো নপু মচুম তারো।

তিং তিং তিং।

সখী অমা—মহারানীগীহ্ন তাদিংনা হামন্দুনা অঙাংহ্ন শেগ্রাক চেংঙরনিকো!

দেবযানী—মুংশিখ্রেদা ইচাসিদি, লৈহৌরো লৈহৌরো। ( শর্ম্মিষ্ঠাদা অঙাং পীহ্ননা ) ঐখোয় চৎলগেনে।

শর্ম্মিষ্ঠা—য়াম্না ফনি ইবেম্মা, লেংবিরসি। ( স্বর হোন্দোক্লুনা স্বগত ) অঙাং অমা ফাওবা রাথোক ওইরবসিদা অহুমগী বর অমুক পীশিল্লম্লেদো!

## তরুকশুবা দৃশ্য

# কুঞ্জবন

( দেবযানীগা যযাতিগা লৈকোন্দা ফমহ্ননা রারী শানহ্ননা লৈবা )

যযাতি—মহারানী! মতম অসি কয়াদা মুঙাইখ্রবা! য়েংউনে লৈকোল অসিনা কয়াদা ফজরিবা! লৈ-শু কয়া মকা ফন্না শাৎলি, খোইমু কয়ানা লৈহী চুপকদবগী ঙংহ্ননা পাইরি, উচেক কনানা উশাদা চিল্লোক্লহ্ননা খোংলি। শজি মচাশিংনা লৈপাল মরক্তা তুবৎ তুবৎ চেন্দুনা কয়া মুঙাইনা শান্নরিবা! লৈকোল অসিবু থাঙ্গৈশেংবা বন অমগুম্না

খল্লমাল্লে, মখোয়বু ফাহ্নুা পুরকখিবহ্ন কাউগ্রমাল্লে। য়েং-উনে ঙান্নু কাঙশিংনা মচা হাকল্লবদা শঙাই মচাবু চিক্কে তান্নরিবা অসি। মচি অমদা রাহোংনা জগোই শারিবা অসিনা কয়াদা ফজরিবা! মতম কুইনা লৈমিন্নরক্লবা হায়বসি য়েংউ রাইন্নুগা রাহোংগা চাকতামিন্নরে।

দেবযানী—মহারাজ লৈকোল অসিগী ফজবা উরগা মমাংঙৈগী চৈত্ররথ বনগী রা নিংশিংলকই। পুক্লিংসি ইনৌ নৌরে। চৈত্ররথ বন হায়বদো ঐগী অরাবগী পম্মেংফমনি, ঐগী মোংফম্নি অহ্নুগা ঐগী নুঙাইবগীস্নু হৌরকফম্নি। বন অহ্নু ঐবু পোকপী পলেমগা পাংখকনি, ঐগী অরাবা পোত্থাফম অমস্নুং নাওথী শাফমনি মতম হায়বসি হৌখিবা খঙহৌদে। ঐস্নু ইমিত্তা ইচানিপা অনী উরে। শর্ম্মিষ্ঠাস্নু ঋষিগী বরদগী মচানিপা অহুম পোকচপ্রে হায়না তায়। অসিদগী অহল ওইরক্তুনা ঐখোয় পুন্সী লোয়গদবতা ঙাইশিল্লক্লে। মহা-রাজবু ইপোক ইপোক খুদিংগী ইপুরোইবা ওইনা ফংজগেকো।

যযাতি—হৌজিক খল্লিবা রাখল অহু অমূক হোংদ্রবদি করিগী ওই-রোইদগে ?

( শর্ম্মিষ্ঠানা মচা অহুমগা লোয়ননা লৈকোন্দা কোয়থো-রকপা। মচা অহুম্না মাঙ থারগা মানা তুংদা চৎপা। দেবযানীগা যযাতিগা উহ্নুা লৈপাল অমগী মরুমদা লৈ-শিনবা অহ্নুগা মমিৎ খত্তুনা মচাশিং কৌশিনবা। মমানা কৌবা থৌশাদনা মচা অহুম্মক চেম্হোরকপা।

অঙাং অহুম—য়েংঙোই, আদা পাবুং লৈরে, পাবুং লৈরে।

( অহুম্মক যযাতিগী মনাক্তা চেনশিল্লকপা। )

মচানিপা অহল—পাবুং ঐবু পমবিয়ু।

মচানিপা য়াইমা—পাবুং ঐগী লৈ হেকপিয়ু।

মচানিপা অতোম্বা—পাবুং ঐগীদি "ঐগীদি উচেক অমা ফাবিয়ু।

( মঙকশম কোনবা )

( যযাতি মমায় লৈথোক্লুনা তুমিন্না ফমহুনা লৈবা। )

দেবযানী—হ য়মা – হায়মা ! করিনো তৌরিবসিবু ?

( য়াম্না শাউনা ) মহারাজ কনাগী অঙাংনো অহুমসিবো ?

( যযাতি তুমিন্না মরু লুক্লুনা লৈবা। )

দেবযানী – ( নিপামচা অহন্দা ) নিপামচা ! নমিং করি কৌই ?

নিপামচা অহল—দ্রহ্যু।

দেবযানী—( য়াইমদা ) নংদি ?

য়াইমা—অনু।

দেবযানী—( অতোম্বদা ) অঙাং নংগীদি ?

অতোম্বা—ঐগী ইমিং পুরু কৌই।

দেবযানী—নখোয় অহুম্মক পোকমিন্নবা নচিন ননাওরা ?

অঙাং অহুম – ( খোঙ্গেল অমতা ওইনা ) মানি মানি।

দেবযানী—নখোয়গী নমাদি মমিং করি কৌই ?

অঙাং অতোম্বা—শর্ম্মিষ্ঠা কৌই, অদু আসিদা লৈ। ( খুদোম্বী থিন্দুনা তাকপা। )

দেবযানী—নপাদি কনানো ?

অতোম্বা – ( যযাতিদা খুদোম্বী থিন্দুনা ) তু মসিনি।

দেবযানী—( অহন্দা ) চুম্বা ?

অহল—( মকোক নোমহুনা ) উম।

দেবযানী—উম, ঙসিদি হুরানবা ফারেদনা ! হুরানবগী তরানি মপুগী নোংমা। ইস হাই হাই লহানমখৈ তৌরম্নিবা লিলাসিদি ! কৈ থঙগনি ঙসিদি। ( শর্ম্মিষ্ঠা রোমদা চংশিনখিহুনা ) ঋষিগী মতু ইবেম্মা ! খোম্নৌবী, মিং থতুনা নোকপী ! লাও থোরকউ। লৈ মরুমদা লোতু-

নকা হিংবা য়ায়রোই। নিংথৌগী মচান্নুপী হায়বসিদি য়াম্না ওতি হৈবোইরে? ইস নচা অহুম শুরফাওবা ঐবু খঙহন্দনা ওতি তৌহুনা থম্লিবা! ঙকচগ্রেদা! হকপান্নবা ঐমকপু ইচা অনীতা মঙাইরিনে। লাও লাও থোরকউ, ইবেম্মা অশুপ্পী! করি লাইরা তৌহুনা নংনা মহারাজবু ঙাওহল্লি-বনো তাক্লো লাওনহে!

শর্ম্মিষ্ঠা—ইবেম্মা মহারানী! ঐনা হায়জরিবা অসি অমুক্তা তাবিংখো। হন্দক্কী থৌদোক অসি "ঙ্গুংশিবা" হায়বা লাই অহুনা ইনশিনবনি। "ঙ্গুংশিবা" লাই অহুনা ঙাওহন্দুনা ইবেম্মা নহাক্না সমাজগী য়োহ্লিং থদত্তুনা পাক চাওরবা মনিং-মখা তম্বা লৈপাক্তা চেনশিল্লিবা, ব্রাহ্মন ওইবগী নাপল চাউথোকপা পূন্নমক পূমকাউ কাউথোক্তুনা নখা-পোনবা ক্ষত্রিয় মচাগী খুয়াদা চংজহুনা নপুন্সি কখোক্লিবা, অহুগুম্বা 'লাই' অহুনা শুঙ্গাৎতুনা শর্ম্মিষ্ঠা ঐস্নু ইকাই-ইকি হুন্দোক্তুনা ইবেম্ম নংগী নকাদা য়েৎলুরে। ইবেম্মা হান্নস্নু ননাই হৌজিকস্নু ননাই। ননাই ওইবগী ওইবা ঐবু কনবিয়ু ইবেম্মা।

দেবযানী—শিথশিন্নবদি হৈরেদা। অহুবু মহারাজ যযাতি নত্রবদি মুন্নিঙাই অতৈ লৈতব্রা হায়বনি? নুপী থিবা খঙদহুনা পাখং কয়া অমস্নু লৈরি, নুপীশিখিহুনা পাগ্রা ওইহুনা নুপা কয়া অমস্নু লৈরি। রাইশংবা অহাংবা অমা খন্দুনা ফারগা হেক মলৈয়ুদনা। ইস মহারাজতবু কোয়তান হেক মতান্নবা। খুরক্কী ঈনা লাই শাবী। লোক অমদা কৈ অনী কুনবা য়াবরনহায়? লৈশারিঙৈদনা ঐগী ইফি হেক মমুনবা, মৌ ওইরগনা ঐগী নুপা হেক মমুনবা হন্নুরবদি ঐগী ইপা মুল্লরনিহে। অচ্চা হাকমনগ্রেদা! নংগুম্বসি লৈপাক

অমদা অনী অহুম লৈরবদি কনাস্নু মতৈ মনাও পান্নহুনা হিংবা ঙম্নরোই। মতু লৈবা নিপাতা খন্দুনা পান্বসিবু করম্বা জাৎনোনহে? অচ্চা মতিকচানা খন্না ৱারক্তুবদি তুংদা য়াম্না লম হেনগদৌরে মসি। দেবযানী ঐনা ফুগে হায়রবদবু কনানা খাম্বা ঙম্বগে য়েংগে। লৈরম্মু ঋষিগী মতু মায়থার্বী! (খ্বাংজেৎ শেত্তুনা চেনশিল্লকপা।)

(অঙাং অহুম চেনশিল্লক্লুনা শর্ম্মিষ্ঠাগী মনাক্তা ইকোয়-কোয়শিন্দুনা লেপ্পা)

যযাতি—(দেবযানীবু ফাহুনা) মহারানী। শাউখিন্নু শাউখিন্নু! তপথখো তপথখো! ফিংগৎখিন্নু। মেন তানা ৱা ঙাংনখিসি।

দেবযানী—(যযাতিগী মখুৎ কন্থোক্লুনা) মহারাজ ঐবু ফাবিরন্নু। শূদ্রানীগী মরা ওইবা ফনবু পকচৈ। ঐঙোন্দা শোকপি-রক্লন্নু। হৌদোং লম্বোইবগী লিচৎ চৎলি হায়বসিদি ঐদি নহালমখৈ খঙজরমদ্রেদনা। মিত্তি উইরুম উইরুম তৌরদনা মুপী ঙাংনবদি হৈরম্লেদা। ঐনা খন্না পামজনা তৌই হায়হুনা বর্ণ হন্থবদা পোকপা মহারাজনা য়াম্না হাইগৎপিরেদা। মহারাজনা চানবিরিঙৈদদি মহারানী ওইনা পানবগী মুঙাইবহু ফংজরম্মী। হৌজিক্তি ঐবু হেনবা ইনাও ইবেম্মা অচাননী অমা লৈরবনিনা য়াম্না ফরে পানবিহৌরো। ঐ মহারানীগী বৈভব ককা করিমতা পামজদ্রে। নিপা ওক্তবগা য়ুম পান্নহুনা লৈগদবগী শরুকপুদি লুখ্রাবী ওইহুনা হেক লৈজগে! চরা নামতা চারবস্নু পাবুংগী মনাক্তা লৈজরুগে। পাবুংনা মহারাজদা শর্ম্মিষ্ঠাবু য়েংগন্নু হায়না হন্না হন্না তাকথ্রবমক্তদা মহারাজনা তৌরম্লিবা। পুম্নমকসিগু পাবুংদা বিচার তৌহনগনি। ধাত্রীশা! ঐগী ইচা অনীহু পুরকউ। মমা পোক্তবীগী মখুত্তা ইচা থাদোকলম্বা হৌনদে!

হৌজিক্তি ইচাগী মশক্তা য়েংলবস্থ পুন্সী লেনবা ঙম্মনি।

( ধাত্রীশিংনা অঙাং পুরকপা। )

ধাত্রী—( স্বগত ) মতৈ মনাও খৎনবা, হামেং রাইনবা, অয়ুক অঙনবদা হৌরকপা নোং ঋষিগী শোরাৎ খক মমৈ পুংবা হৌনদে। শাউরিঙৈদা মনাই ঐখোয়দা পঙরা মরাবা শাউবা নেমথরক্লগা মতৈ-মনাও হেক মচান্নখিবা, মনাই ঐখোয়না হু হেক মওইহৌবা অসি মঙাইরে।

দেবযানী—( শাউনা শাউনা থুনা চৎপা—স্বগত ) ক্ষত্রি মচা, শূদ্রগী মচাশিং অসে উশিৎ থওইদ্রহ্না বামনগী মগুন খঙদবা শারিয়ে। খঙগনি মখোই মাইহাক্তা মঙাইরে। মখোয় অনীমক উৎ ওইনা তুমহনগে।

( শর্মিষ্ঠানা মচাশিং পুহ্না থুনা চৎখিবা। যযাতিনা কিবনা মশা নিক্তুনা দেবযানীগী মতুং ইনখিবা। )

যযাতি—দেবযানী! ঙাইখোনে! রা অম-নি খন্নখিসি হায়বা! নংনা অহুপ শাউরবদি অফবা অমতা ওইরক্লরোই ( স্বগত ) বর পীরুবতদা অসি য়োথ্রবদি মুপী অনী অহুম লোল্লম্নবদি করি থোক্লমগবা! মপোক মপোক খুদিংদা ঐগী মুপীদগী হেন্না অতোপ্পা মুপী অমতা হন্না য়েংজথ্ররোই। বামন মুপী অসে ক্ষেত্রীনা লৌবনরা করিনো শাউদি শাউগনগ্রেদা, ইশৌনা লাংইবা! ক্ষেত্রী মুপী ওইরম্নবদি ফনা য়াম্না লোল্লবস্থ অসুপ শাথিরম্লোইকো। জাৎ তিন্নদবা অমগা অমগা লৌনবগী ফত্তবা অসি ওইরে। মশা মশাদি মুংশিনথ্রবস্থ জাৎ তোঙান তোঙানবগী তোঙান তোঙানবা রিতি রিরাজ অহুদি খক মুংশিনৌ হায়বা য়াদে। অতুনা মতৈ-মনাও অনীহু ইতত্তত্তনা খংনৈ, ইমুং মহী লাঙই।

## অরেংশুবা দৃশ্য

# শুক্র গুরুগী আশ্রম

( শুক্র গুরুনা বেদ পাঠ তৌদুনা লৈরম্বা। দেবযানী চংলকপা যযাতিনা তুং ইল্লকপা। )

দেবযানী—( মপাবুংগী মনাক্তা মপি তৈথোক্লুনা কপ্পা ) পাবুং ঐ শিবনা ফরে! মহারাজসি মচৎ য়াম্না ফজ্রে। মমাংদৈদা ঐখোয়গী লুহোংবা নুমিত্তা শর্ম্মিষ্ঠাগা অচিকপদা ব্রা ঙাংনগনু হায়না পাবুংনা মহারাজদা কয়ারক হন্না পাউমেনখিবদু থগইদদুনা মানা শর্ম্মিষ্ঠাগা লোন্না চান্নদুনা মচা অহুম পোকথোকখ্রে। পাবুং ঐদি মহারাজগা লৈমিন্নবা ঙম্মরোই। পাবুংগী নাক্তা লৈজরগে। ( মরাইবক্তা খুৎপাক্তা থাদুনা ) ওন্থোকপগী লাইবকনিদা! অসুক মমিৎ য়ামগনি হায়বা খঙলম্নবদি মঙোন্দা য়ুম পাল্লমোইদবনি। হৌজিক্তি ঐ মহারানী গ্রাক ওইজনিংদ্রে, চাক নিদুনা চাবনা হেন্না ফরে।

শুক্র—করি? নহালমখৈদি যযাতি নত্রবদি শিরনি হায়দুনা নংনা শ্রু শ্রু নৈবদগী থাজখিবা নত্রা? হৌজিক্তি শিগে শিয়ু চঙগে চঙঙু, নংনা থোকপা তৌরুরো।

দেবযানী—মতম অদুদদি ঐদি অসুম তৌরকনি হায়বা খঙহৌদ্রে। পাবুং বিচার অমতদি তৌবিয়ু অদুগা ঐ শিরসু শিখিগে।

শুক্র—( যযাতি য়েংদুনা শাউরপ্পা ) হায়রিবা ৱাশিং অসি চুম্বা, মহারাজ?

যযাতি—( মখুৎ লোন্নদুনা মশা নিক্লা নিক্লা ) আ-চু-চুম মাল্লে।

গু গুরুদেব, মঙ-ওই—হাওই ক-কয়া মফম খ খঙ-
জহৌদ্রে।

শুক্র—করি মহারাজ ! ঐগী য়াথংবু ইরায় লায়না হিক্তোকপা ?
ব্রহ্মানা, বিষ্ণুনা, শোরারেন্না ইরায় লায়না হিক্তোকপা
ঙমদবা ঐগী য়াথংনি। নিংথৌরেল অচৌবনি হায়হ্না
নাপল তৌহ্না ঐগী য়াথংবু থোওইদ্রিব্রা ?

যযাতি—(মখুৎ লোন্নহ্নন মশা নিরু নিরু) গুরুদেব, ননাই যযাতিনা
নাপল তৌহ্না গুরুদেবগী য়াথং হিক্তোকপা নংচদে।
শর্ম্মিষ্ঠানা নিজবা মতুং ইন্না মাগী বংশরক্ষা তৌবিবতনি।
শাস্ত্রনা হায়রি—"কনাগুম্বীনা ঋতু স্নানগী মতমদা বংশরক্ষা-
গীদমক নিজরকপা বর অহ্ন পীত্রবদি নিপা অহ্ন শিরগা
নরক তাই অহ্নগা হয়েংমুক্কী মপোক্তা নপুংসক ওইনা
পোকই।" অহ্নগা ননাই ঐনস্ু মীনা হের্ক নিজরবা পোৎ
মখৈ শোয়দনা পীগে হায়না রাশক অমস্ু তৌজখি। মরম
অসিনা ননাই ঐ ধর্ম্ম য়েংঙ্বদা শোয়দোকখ্রে।

শুক্র—মুঙাইদা মহারাজ। শাস্ত্র হৈরেদা ! মুপীদদি ধর্ম্ম লৈরেদা !
লৈ ফজবা অমতং উবদা হেক্রিংদবা, হৈ ফজবা অমতং উবদা
চানিংদবা, মুপী ফজবা অমতং লাকপদা য়েংনিংদবা নিপা
লৈতবনি, য়েংহৈদে হায়বতগী য়েংনদবনি। শাস্ত্রবুতা
মকিবা, ধর্ম্মবুতা লুনা তৌবা, ঐগী য়াথংবুদি খক থওইদবা !
পুরান, শাস্ত্র, ধর্ম্ম কর্ম্ম পুম্নমক শেম্বা ঙম্বা শুক্র ঐনি হায়বা
খঙদ্রা ? নংনা দেবযানীদা অহ্নগা ঐঙোন্দা লঙজবগীদমক
ঐ শাপ তৌরগেকো। মহারাজ নং ঙসিদগী হন্ু-হস্থী
ওইরো।

দেবযানী ইহেহে ! মাঙলে মাঙলে। শাপ তৌবনা হানখ্রেদো।। পা·
বুংস্ু ফিংমনখ্রেদা! হৌজিকপু ঐগী ফিভম করি ওইগদৌরি-

বনো ? ঐদি হৌজিক্তা য়ুম পানখৎলকই। ইচাস্তু পিকপ্রবা অনীতা মঙাইরি। মহারাজনা হন্নুহ্না ইশোন শোন্দুনা লৈথোকপ্রবদি ঐ করম তৌনা য়ুম পানগনি ? ঐদি মাঙলেদনা। দেবযানী ঐতা শিজরগেদা।

(মথবাক্তা খুহ্না শুবা)

শুক্র—তো তো তৌরেদোসে। হায় চীন্থীবী চরোই মানবী, মুংশিং মমাং লশিং কাপ্পী শগোল মমাং পুঞ্জাও পুবী ! মুংশিবা অহুক খঙবী নংদি করিগী ঐঙোন্দা ৱাকৎলরি ? নয়ুমদা অহুম মরৈজনি। চৎথ্রো চৎলো, নশক্কু য়েংনিংদে। (স্বগত) মতৈ মনাও খৎনবদা খক য়াওরুনু হায়বহু চুমথ্রেদা। নিঙোন হায়বসিমক্তি ৱাথোক চাওথ্রেদা ! মখোয়গীদমক্তা মীঙোন্দা নোনজবত মথংবা। নিঙোলনা মপা মমাগী মবুং মৌপ্বাগী মমায় খক য়েংবা হৌনদে। মখোয় অসিনা ঙম্ববু মপা নাবা হংবা লাকপদা মখুৎ ওইনা মপি তৈথোক্লগা মখুং য়েংনা মোন মখাদা মাশিন্দুনা সনা লুপা লৌথোকপা ঙম্মী হায়রিবনি।

দেবযানী—(মপি তৈথোক্লুনা) পাবুং ঐবু য়েংনিংদ্রবসু নশূ পিশক অনীসি অমুক্তা য়েংবিয়ু !

শুক্র—ঐপা ! কয়া লম হেল্লিবা ! মুংশিদবসু য়ারিব্রসে। মানা অৱাবদা তারবদি অহিংগী মুংথিলগী ঐগী নাকোং ৱাইচিনগদৌরিবনি। (প্রকাশ্যে) হায়দোকপ্রবা ৱা অমুক হঞ্জিনবা য়াদে। ঐগী য়াথং অরেম্বদা মাঙবসু য়াদে। অহুমকপু ঐ উপাই অমা তাকপিগে। (যযাতি য়েংহুনা) য়েংঙোই মহারাজ ! অহল-লমন ৱাহৈদা মুপী থিবা লায়বনি খায়নবা লুবনি হায়নৈ। নচা নগু পোক্লরবা হায়বসে শাউনিংই হায়হুনা হেক কায়নবা য়াবা নত্তেদো। নংগী ফনবা ৱা

অমতং তাক্কে। মহারাজ নংগী হন্নুগদবা অবস্থাসি মী অতোপ্পা অমদা শিন্নবা য়াগনি। হন্নুগদৌরিবা মী অহু মতম কুইনা পুন্সীগনি, মপাঙ্গল কনগনি, মমিং চংকনি, অচৌবা নিংথৌ ওইগনি।

দেবযানী—( যযাতিদা ওনশিন্দুনা খুবাক্তা খুত্থুম্না শুত্থুনা ) মহারাজ নচত্তুগা হায়রবদি হন্নু হস্থী ওইত্থুনা লৈবনা কল্লক হেক পেনগদবনি। চংপিথ্রো হৌজিক্তি শূদ্র মুপী অমোম নিংজাওবী অহুগী মনাক্তা।

## মরিশুবা অঙ্ক

### অহানবা দৃশ্য

### কোন্নুং

( হিপফম কা। যযাতিগী অহল ওইবা মওং। )

যযাতি—( স্বগত ) ইস উনশ্বাসি ইখুই খুইরে, তরাক তরাক য়াল্লে। য়াস্থু তেক্লে, য়াপঙ ঙাক্তা ঙাইরে। নাস্থু পঙলে, অমোং-পনা থল্লে। কোকস্থু ঙৌরে, পোক ঙাক্তা ঙাইরে। দেবযানী ঙাইহাক্কুং উনগে হায়ববু লম্বীস্থু উদ্রে, খোং থাংবস্থু থোক্রে। হন্নুরবসিদদি ইনাক্তা কনাস্থু লাক্লিংবা নদ্রে। পাখং ওইরিঙৈ ইশক-ইতৌ ফজরিঙৈ-দদি দেবযানীনা "খুজেং পায়থ্রে নঙোন্দা লৈতবা ঙম্মরোই" হেক মহায়বা, শর্ম্মিষ্ঠানা "বংশরক্ষা তৌবিদবা য়াদে" হেক মহায়বা, অহিং মুংথিল ইনাক্কদা শলৈ তাবগুম হেক মরৈবা! হন্নুরবসিদদি অমতা মশক উগে হায়রবা ফাওবা ফংদ্রেনে। ওস্থোকপনিদা! অসি ওইরেকো মীওইবগী

পুন্নী ! মী খুদিংমক নোংমদি খঙহৌদনা দম্বা অসি তার-গনিকে। । মতম অহূদদি পুক্লিংদা নিংথিবা থবকশিং অহু পাংথোকপদা হকচাংনসু য়াররোই, বুদ্ধিনসু শোঁগৎলরোই।

( প্রকাশ্যে ) দ্বারী ! দেবযানী লাক্লবা হায়রু। দ্বারীনা খুরমহুনা থোকখিবা। ভাইহাক লৈরগা দেবযানী চংলকপা )

দেবযানী—মহারাজ, ঐবু কৌবিবদি করম্বা মা য়াথং তাকপিগদবা লৈবনো ?

যযাতি—য়াথং তাক্লবা লৈত্রবদি অতো নংবু থক কৌবা য়াত্রব্রা ! মহারানী নংবু ইনাক্তা থক ফম্নিংদ্রব্রা ? নত্তে ইনাক খজিক্তা ফাওবা নকনিংদ্রব্রা ? ঐদি হন্নুরেদোসে। নংদি হৌজিক্তা তগপ তগপ হেক তেকথৎলক্লিদো। পেল্লরিনি ! হরাওরো লিংজেল ফবী। উচি কল্লক্তুনা নয়ুম মৈ থাবী ! চংলো হৌজিক্তি বন্দা ননিং থুংনা বিহার তৌরুরো।

দেবযানী—ইনাও, ইবেম্মা অচানবী শর্ম্মিষ্ঠাবু মানাক্তা থোগল তৌহনবিয়ুদনা। মাগী মঙুংলাংগীদমক হন্নুথরিবা নত্রদো ? হৌজিক্তি হন্না য়েংবিররিরোইনে ! চেকশিল্লক্লবদা দেবযানী ঐ নত্তনা কনা লৈ ? দেবযানী ঐদি ঈশিংদা চোংথরে চোংথমিন্ননি, মৈদা চোংশিল্লে চোংশিনমিন্ননি ! হীস শর্ম্মিষ্ঠানা মমিং খরা হেক খংশিন, খেক-খেক-খেক খরা হেক নোকশিন তৌহুনা ইঙাও হেক ঙাওহল্লে। শর্ম্মিষ্ঠা হায়বিদো হিংচাবীগী মচানিনে, যাহুকা হৈথ্রপোৎনি। নুমিৎচুপ্পা হীগাই রাতা শান্নহুনা লৈরিবনিনে ! খল্লু খল্লু-রগা নিংদালসি অসুম পোম্নকই। নংগী অচানবা শর্ম্মি-ষ্ঠাহুগা রা তানজোদা, ঐ চৎলে ঐবু কৌবিরকনু।

যযাতি—( মখা চিকুনা ) আঃ ওস্থোক্লা তোল্লেদা ! ওস্থোক্লা লাক-

চরেদা ! কৌরবা ফাওবদা ইনাক্তা চংবিনিংব্রবা ! হান্নগী পাঙ্গলহু লৈরবদিকো ! ফরে ঐগী অহল ওইবা মতৌসি কনাদনো অয়াবা অমদা পীথোক্লগে। অমুক মুঙাইতবসি কনানবু লৌবিগবনো, কনাম্সু য়াবিরোই। ফরে ঐগী ইচানিপা মঙাদি লৈরিদনা। অন্না অনা তারকপদা চোং-থোক্লরুবগীদমকপু ইচা হায়নরিবনি। ইচাশিংগী মরক্তা অয়াবা অমদা শিন্নরগে। দ্বারী কনা লৈ? ইচা অহল যদু পুশিল্লকউ।

( দ্বারীনা খুরমহুনা থোকখিবা। যদু চংলকপা )

যদু—পাবুং মহারাজ! ঐ লাকচরে। এঃ পাবুংদি থুনা হন্নুরম্লেদা!

যযাতি—হোয়নে ইবুঙো, ইপাদি হন্নুরেনে। আঃ ইপানা নঙোন্দা রা অমতা হায়গে হায়দুনা কৌবনিনে। ইপাবু সংসারগী মুঙাইবা ভোগ অসি খরা চাখিগেনে। ইপানা হন্নুরিবসি নং মতম খরা লৌনে। নংগী যৌবনহু ইপা খরা রাইখি-গেনে! ইপানা হায়বসি য়ারবদি নং পুন্সীগনি, নমিং চৎকনি, অচৌবা নিংথৌ ওইগনি, শুক্র গুরুগী য়াথংনি।

যদু—ঙম্মোই ঙম্মোই পাবুং। ঐ হন্নুবা পামজদে। চেনবম্সু ঙমদবা, চোংবম্সু ঙমদবা, ঐদি করম তৌনা খুজু-খুলাই তমগনি, করম তৌনা শা তানবা চৎকনি? য়াম্সু তেকপা করম্না চাগনি, মিৎসু উদবা করম্না কোয়গনি? হন্নু হন্নুহুনা চহি লিশিং অমা পুন্সীগদবগী শরুকপুদি পাখং ওইহুনা চহি চামদা পুন্সীজগে। ঙম্মোই পাবুং ঐঙোন্দা হায়বিন্নু। ঐ চৎলে। নিংথৌম্সু ওইজনিংদে করিমতা পামজদে।

যযাতি—অচস্কা! কয়া উশিত্রিবা! নংবু ঐনা পোকপা ইচানিকো? তান্নহুনা ফুশিরা? ঐগী চৈশু কদাইদা লৈখ্রে? ( কোয়েং য়েংবা ) ফৈ ফৈ নং, শাপ অমা পীরগে,—নংগী বংশদা

কনাগুম্বা অমতা নিংথৌগী খুভম ফংদবা ওইসন্নু। দ্বারী! ইচা তুর্ব্বসু পুশিল্লকউ।

( দ্বারীনা খুরমহুনা থোকখিবা। তুর্ব্বসু পুশিল্লকপা )

তুর্ব্বসু—( দ্বারীদা অসিবু ঐখোয়গী পাবুং মহারাজরা ?

যযাতি—মানিনে ইপানিনে ইবুঙো।

তুর্ব্বসু—হরে হরে থুনা হন্নুশিনখ্রেদা!

যযাতি—চুম্মীনে ইবুঙো ইপাদি হন্নুরেনে! ইপানা নংবু কৌবদি ইপাগী হন্নুবসি নং অমুক্তা লৌ হায়গে হায়হুনা তৌবনি। নংগী নহা ওইবহু ইপাদা অমুক্তা পীখোনে। ইপাবু মতম খরা সংসারগী ভোগ চাখিগেনে, করি হায়গে ?

তুর্ব্বসু—পাবুং করম তৌহুনা অম্মুক থুনা হন্নরিবনো ?

যযাতি—নং মহু খঙলগা করি কান্নগনি ইবুঙো? নমাতোন শর্ম্মিষ্ঠাগা চান্নরুই হায়হুনা নধৌ শুক্রনা শাপ পীরিবনিনে।

তুর্ব্বসু—অহুদি পাবুং মতিক হেক চায়। ইধৌনা শাপ পীবা য়াম্বু য়ামদে। ঐদি হন্নুবা ঙমজরোই। ঐঙোন্দা হায়বিগনু, ঐ চৎলে পাবুং।

যযাতি—( মখোং থীনহুনা ) অচচ্চা লম হেল্লিদা! হান্নগী পাঙ্গল লৈরবদি হেক তান্নহুনা ফুরগে হায়ববু কদায় য়ৌখ্রে? ( চৈশু লংবা ) তস নখোং তেক্লো।

তুর্ব্বসু—পানসু পান্দে, পানসু পান্দে। ( নোক নোক্তুনা চেনখিবা। )

যযাতি—অচচ্চা! পানবু পান্দেনে। ফৈ নংবুসু শাপ পীরগে। নং ম্লেচ্ছগী লৈপাক্তা নিংথৌ ওইরু। নংগী বংশদা পোকপা নচাশিংহু মুখ ওইসনু। চাহৈদবা অমাংবা পোৎ চাসনু। ( স্বগত ) দেবযানীগী গর্ভদা পোকপা ইচা অনিসিদি অমতসু হায়বা ইন্দ্রে। ব্রাহ্মনগা ক্ষেত্রিগা তিন্নহুনা পোকপা বর্ণশঙ্করগী মচাশিংসি য়াম্না পুকচেল ফংকন্দে।

মরমদি অসিগুম্বা মচাশিংনা মমা মপাগী অফবা গুণবুদি ফত্তবা গুণনা হেন্না লৌগল্লি। ফরে শর্ম্মিষ্ঠাগী মচানিপা অহুমসি করম তৌবগে য়েংগে। দ্বারী। দ্রুহ্যুবু কৌরকউ।

( দ্বারীনা খুরমহুনা থোকখিবা দ্রুহ্যুগা লোয়ননা চংলকপা। )

দ্রুহ্য—পাবুং করিগী ওইরবনো ঐবু কৌবিরিবা ?

যযাতি—ইচা দ্রুহ্যুরা ? নমাদি করি তৌহৌই ? কদায় নশক্তু মুন্না য়েংগে চংশিল্লকউ। মশেন মরাংই মুন্না উদেনে। পমগে লাও চংশিল্লকউ। অমুক্তা চুপকে লাওনে।

দ্রুহ্য—চুপ্পীগন্থু পাবুং তুক্কচ্চে মিংশাং পক্ককনি। স্বর নমথিরমগনি।

যযাতি—অচচ্চা করি রাঙাং-শাঙাংনো ? অদুদি নং ঐনা হায়গদৌরিবা অসি শুকয়া য়াররোইদ্রা ?

দ্রুহ্য—করি রানো হায়রিয়ু পাবুং। তারগা য়ানি য়ারোই হায়জগে।

যযাতি—ইবুঙো নং চহি লিশিং অমতং ঐগী হন্নুবসি লৌনে, নংগী নহা ওইবহু ইপাদা খরা পীখোনে।

দ্রুহ্য—পাবুংবু ঐনা পোত্নুনা পুগদবরা ?

যযাতি—ইহে—নত্তেনে। নং চহি লিশিং অমা হন্নুরো, ঐ চহি লিশিং অমা নহা ওইগে হায়বনি।

দ্রুহ্য—এঃ অস্থুক তুক্কচ্চবা পোৎপু ঐনা ওইবা। হা হা ঙম্মোই ঙম্মোই পাবুং, ঐ চৎলে।

যযাতি—হায় হৌনবা খঙদবা মপা থওইদবা ধর্ম্ম লৈতবা পাপী! ঐ শাপ তৌরগেকো—নং নিংবা থক থুংলমু নং জাৎ মরি খায়দবা লমতুদা পানজরু। ( স্বগত ) কনাসু য়াগে হায়দ্রেদনা। দ্বারী! ইচা অনুবু কৌশিল্লকউ।

( দ্বারীনা অনু পুশিল্লকপা )

অনু—পাবুং ঐ কৌবদি মাখন পীজগেরা ? থুনা পীরো। ঐ

তেলঙ্গা পাইবী শাম্লকনি।

যযাতি—হেয়া! করি তৌহুনা মাখন চানিংলিবনো? ঐদি নহাল থংখিবা শঙ্গোম হৌজিক ফাওবা তুমত্রি।

অনু—পাবুং ঐগী পুক্তি হৌজিক চাবহু হৌজিক হেক্তা তুম্মাল্লে। চানিংহুনতা লৈদে।

যযাতি—হোয়দা মরৈ কোম্না য়েংনসি। নংনা চানিংবতা পীজগে। ইপানা নঙোন্দা রা অমতা হায়নিংহুনা কৌবনিনে। ঐনা হায়গদৌরিবা রাসি য়াদবা য়াদে য়াওকো।

অনু—হান্না হায়বিয়ু অহুগা য়াই য়াদে হায়গে পাবুং।

যযাতি—য়েংঙোই চহি লিশিং অমতং ইপাগী অহল ওইবা মওং অসি নং লৌখোনে। অহুগা নংগী মহা ওইবা মতৌ মহু ইপা লৌখিগেনে, য়াব্রা?

অনু—হরে হরে, অহু ওইরে পাবুং? চারগা তুম্বা নাইদবা হন্নুবহুবু ঐনা ওইবা? ঙম্মোই ঙম্মোই পাবুং। মহু ঐঙোন্দা হায়বিরম্নু। মাখন পীজগদ্র হায়হুনা চংলক্লগা ঐবু হন্নুরো হায়বসিদি পাবুংবু বুদ্ধি চোইরব্রা?

যযাতি—অচঙ্গা! মরুমদগী পোখায়বতা ঙাইরিবা মানস্নু ঐঙোন্দা করেম্নরিনে। চখোকত্ত্রো পাপী। ইনাক্তা লৈবিরম্নু নশকু য়েংনিংদে।

অনু—ঐনা লাক্কে হায়হুনা লাকচবা নত্তে, পাবুংনা কৌবিবনি।

যযাতি—হায় অঙাং চিম্থিবা! নরাহৈ তাবদা ঐ পুক অসি থুক থুক লাউরে। ঐ শাপ তৌরগেকো—নংনা পামদবা চাবা তুমদবা লায়নাহু নপুন্সীচুপ্পা পকচরো! অহুগা নচা চামা পোক্লগা লোয়নমক মথোং কারকপা মতমদা শিসনু দ্বারী! মসি মখুৎ পায়হুনা চিংথোকখো।

অনু—চিংথোকপিদ্রবস্নু ইখোং পাল্লি, ঐ চৎলগে।

যযাতি—ইস অহল ওইবা হায়বসি শাউগনবম্ভু খরা হেনমাল্লে। ইচাশিংদা শাপ পংতৌ তৌথোকখ্রে। হৌজিক ইচা মঙাগী মনুংদা মরিদি ঐনা হায়বা য়াদ্রে। বর্ণশঙ্কর ওইবা মরম্না ঐগী ইচাশিংসি লমহেনবা ঙাক ওইরমাল্লে। ইমান্নবা ক্ষেত্রানীনা পোকপা ইচা ওইরবদি অম্ভুম তৌরমদবা য়াই। হৌজিক্তি ঐগী আশা হায়বতু ইচা অতোম্বা পুরুদা মঙাইরে। মাদি মমাগী ইংজবা, তপচবা, মীন্নুংশি চাওবা স্বার্থ থাদোকপগী পুকচেল অতু খজিক্তম্ভু লৌরম্বা য়াইনা। মাস্থু য়াদ্রবদি ঐগী নিংবা কায়বা তারে। হে শুক্রচার্য্য! ওল্লোকপা শাপ্পু তৌইদকো! মসিগী শরুকপুদি হেক শিখো হায়বনা শরুক চামা হেন্না ফরমগনিদা। ইচা অতোম্বা অসিম্ভু য়াদ্রবদি ঐ লু কোকথোক্তুনা লম্বোইরগা বন্দা চংগ্রগে। অতুমঙাইরে। দ্বারী! ইচা অতোম্বা পুরু কৌরকউ।

(দ্বারীনা পুরুগা লোয়ননা চংলকপা)

পুরু -(খুরমতুনা) পাবুং মহারাজ! ঐবু কৌবিববু করি তাকপিগদবনো?

যযাতি—ইবুঙো পুরু! ইপা পমগে লাও! (পম্বা) ইচাদি ঐনা খ্বাইদগী হেন্না নুংশিনা থম্লিবনি। ইপা রা অমা হায়গে ঙসিদি! ইপা সংসারগী নুঙাইবা ভোগ অসি খরা চাখিগেনে। চহি লিশিং অমতংদি ইপাগী হন্নুবসি নং লৌখো নংগী নহা ওইবতু ইপাদ পীয়ুনেকো।

পুরু—অতুগীদমক করিগী রাবিরুরি পাবুং। পাবুংনা অম্ভুম তৌ হায়বতু তৌজগেত হায়তুনা লৈরিবা নচানি। মপানা হায়বা ইন্দবা মচাতুদি শিরগা নরক তাই হায়। হৌজিক হেক্তা পাবুংগী হন্নুবতু পীবিরা য়াগনি। হন্নুজরগে।

যযাতি—মুংশিদা ইবুঙো। নশল্লা ফজবনে, নতৌনা নিংথিজবনে, নরাহৈনা মুংশিবনে, নংতনি ঐগী ইচা অশেংবা! অতৈ মখোয় মরিসি ঐগী ইচা অমতা নত্তে। ইবুঙো নং পুল্লীমু, য়েক্লববু খুত্থম চল্লু, নংগী বংশনা পৃথিবীদা অফাওবা নিংথৌ শাগৈ ওইসনু নংগী মিংচংনা থল্লসনু। শুক্র গুরুগী য়াথংনি। লাও ইপা চুপকে লাও। (চুপ্পা)

## অনীশুবা দৃশ্য

# শিব মন্দির

(ঘুর্নিকানা লৈ শু কত্তুনা শিব খুরম্বা)

শিব—(মন্দির মনুংদগী লেংথোরক্লুনা) ঘুর্নিকা! মতম অমুক কুইবসি তুমিন্না লৈরুরগা ঙসিতা অমুক লাকপদি করি হায়নিঙাই লৈরবা?

ঘুর্নিকা—শুলপানী ইবুংঙা! লহালমখৈদি ঐগী কান্ননবা থবক লৈরমদে; হৌজিক্তি কান্ননবা থবক লৈরত্তুনা লাকচরিবনি।

শিব—কান্ননবা থবক লৈরগা লাই হেক নিংবা, কান্নরোইদবা মতমদা হেক মতোকপা, অদুদি কদাইদগী ঈশ্বরগী খুয়া ফংগদগে?

ঘুর্নিকা—ইবুঙো নংদি ঐগী ঈশ্বর নত্তে।

শিব—নংগী ঈশ্বরদি কনানো?

ঘুর্নিকা—ঐগী ঈশ্বরদি শিবি মহারাজনি। মানা ঐগী ইরম্নি, অহিং মুংথিনা মিকুপ পুংজা খুদিংদা মাগী খুয়াতবু নিংত্থুনা লৈজরি।

শিব—শিবি মহারাজনা নংগী কান্ননবা খরা তৌবিরব্রা? অদুদি মঙোন্দা হায়রুরোদনা, করিগী অসিদা লাক্লি?

ঘুর্নিকা—মহাদেবনা পীবা বরসি অরেম্বনি চংনদে হায়বা তাক্লমগে

হায়হনা লাক্লিবনি। শিবি মহারাজগী কৃপাদগী ইচানুপী অমা পোকচরে, চাওরক শাংলক্লে। অদুবু হৌজিক ফাওবা মহারানীদি ওইদ্রে। করি তৌরে শুলপানি ইবুঙো?

শিব—(পেল্লহনা) চৎলো অঙাওবী! নংগী নচানুপীদো শোয়দনা মহারানী ওইরগনি। চন্নগী মহারানী নত্তে, পৃথিবীগী মনুংদা অথোইবা রাজবংশগী মহারানী ওইগদবনি। নচানুপীদু মহারানী দেবযানীগী মনাক্তা থমদবা য়াদে (মাঙথিবা।)

ঘুনিকা—মহাদেবসু মাঙথোকখ্রে। কমদোনা ওইগদৌরিবা মহারানীনো। নিংথৌ অমতনসু হায়জরবা লৈতে। যযাতি মহারাজদু হায়নরবদি য়াগনবনি, অদুবু মাসু ইচাগী মশুং মমান্নবা নত্তে, হন্নু হন্থীনি। মাগী মচাশিং হায়রা হৌজিক হোরেল নিংথৌ ওইগদবা নত্তে। পুক্লিংসি ওন্থোক্লা চিংনরেদা। অপিকপনা চাউননবা লাক্লবসি ওন্থোক্লা রাখ্রেদা। হন্দোক হঞ্জিল চথোক চৎশিনগী অরোইবা নাইদ্রে।

## অহুমশুবা দৃশ্য

# যযাতি মহারাজগী শয়ন কক্ষ

(যযাতিগী নহা ওইবা মতৌ)

যযাতি—(স্বগত) এঃ কয়াচা নুঙাইরবা! হকচাংসি ইয়াং হেক য়াংইদা। (মপান্থোম হাইদুনা) হকচাংসি ইতেক হেক তেখৎলে। হনুবা হায়বদু ওন্থোক্লা নুঙাইখিদ্রেদা। হকচাংসি ইরুম-লুম্মী, ইতল তল্লি। চায় তুমদে, কোয়নিংই ঙমদে। মা পুম্নমক লোইনা হনুরক্কদবা ঙাক্তনিকো। নহা ওইরিঙৈদা চানিংবা চাহৌদা, য়েংনিংবা কুম্মে য়েংহৌদা

কোয়নিংবা লম কোয়হৌদা, হয়েং হন্নুরগদি ইমুংদগী মপাল খোকপা ফাওবা ঙম্বা নত্তেদো। (প্রকাশ্য) দ্বারী। মন্ত্রী কনা লৈ লাক্লুবা হায়য়ু।

মন্ত্রী—ননাই ঐ লাকচরে। (খুরুম্বা)

যযাতি—মন্ত্রীবর! ঙসি ঐ নহা ওইথোক্লে, উবিরব্রা? ঐ পুক্নিং য়াম্না নুঙাইরে। মফম মফম খুদিংদা হরাও-কুম্মে য়াম্না তৌহল্লু। লায়রবা অনংবা মীশিংদা ফি রোল সনা-সুপা দান তৌহল্লু, মপুক পেলহল্লু। খোংতেক মিতাং, অশোন অনা, মুপী অঙাং পুম্নমক মনিং থুংনা পীজ পীথকউ। লৈরক খুল্লক খুদিংদা ঈশ্বরগী নাম শোলহল্লু। ব্রাহ্মনবু বেদ পাঠ তৌহল্লু। বামনবু খক শাউহনগন্নু। ঐনা কিজবা হায়বসি বামন্না মলোয়রে। বামন্না মাংহনগে হেক মাংহল্লি, শেং-হনগে হেক শেংহল্লি। বামন্না তৌগে হায়রবদা ঙমদবা করিস্সু লৈখিদ্রে। সমাজগী রুহী বৃত্তি লোয়না শেম্বা অমসুং হোংদোকপা ঙম্মী। বামনগী রাথোক্তগী পাবুং মহারাজগী হাক্তক্তা অরাবা কয়া অমা নংথ্রবা, ইহাকথক্তা কয়া অমা রারবা। অদুনা মন্ত্রী! পুম্নমকপু নুঙাইহন্নবা শীল্লু।

মন্ত্রী—য়াম্না ফনি। তাকপিবদগী হেন্দোক্লা পাংথোক্লুবা হোৎন-জরগে। (খুরুমদুনা থোকখিবা)

যযাতি—ধাত্রী! মহারানী দেবযানী কৌরকউ। হৌজিক্তি হরাও হরাও চংলক্লনি। জগোইশাবী ময়াম কৌশিল্লু, অহিং নুংথিল নাইদনা জগোই শাহল্লু, ঈশৈ শকহল্লু। (স্বগত) শর্ম্মিষ্ঠাগী ননাক্তদি হোরেল নুমিদাং লোম্না চৎলুবা হায়হু মঙাইরে। (দেবযানী চংলকপা) (প্রকাশ্যে) ইবেম্মা দেবযানী! নহাল মথৈদি ইনাক্তা চংলকউ হায়বা য়ারমদে।

হৌজিক্তি হরাও হরাও নোকমি নোকমি খম্ব্রাংচাম খোং-থাংদৌনা থাংহনা লেংবিরক্লেদনা। হন্দক্তি ঐনহুম খরা নহা ওইরমাল্লেনে। ইবেম্মা মহারানীনা খরহুম অহল ওইনা উরে। ঐনা অমূক খরা চাউথোকপা তারে।

দেবযানী—( মিৎচিনা পৈরপ য়েংহনা ) হৌনশানে, মপাল ফরিভৈদা চাওথোকহৌরো। ননাই তোল্লবী দেবযানীনবু করম্বা কান্দা মবুঙোগী সেবা কায়বা লৈখ্রবগে ? নহা ওইরিভৈদস্থু ননাই, অহল ওইরিভৈদস্থু ননাই, হৌজিকস্থু ননাই। ( আসন্দা য়েং-ওই নাইনা ফম্মিন্নবা। )

( জগোইশাবী কাংবু অনীনা য়েংথংবা অমস্থং ওইথংবা থোং অনীদগী ঈশৈগা লোইননা জগোই শাহনা চংলকপা )

## ইশৈ

নুঙাইনা পানখোনে নিংথৌরেল,
পৃথীগী মিংচৎ হেনগৎহন্দুনা।
সমুদ্র ঈরম তরেৎ পম্থিংহনা,
মিংচৎ ময়ুর য়ুংলল্লো।
দ্বীপ তরেৎ খণ্ড মাপল লৈতেমহনা,
লানঙম ফিরাল য়ুংলল্লো।
ময়ুর মতোন্দ দেবযানী,
ফিরাল মথক্তা যযাতি,
য়েংনহৌরসন্নু পৃথীপুম্বনা,
নিংশিংহৌরসন্নু নুমিৎ-থা থোক্লিমখৈ।

## মরিশুবা দৃশ্য

# রাজদরবার

( নিংথৌ, মহারানী, পুরু, মন্ত্রীশিং মাগী মাগী ফমফমদা ফম্লি )

যযাতি—ওঃ চহি লিশিং অমা ফারেকো যযাতি ঐনা নুঙাইবা ভোগ চারিবা ! মিৎনা নুঙাইবা কুম্মৈ কয়া অমা য়েংলে, নাকোং-না নুংশিবা খোঞ্জেল কয়া অমা তারে, নাতোন্না নুংশিবা মনম কয়া অনা নমলে, ফজবা ফিজেৎ লৈতেং কয়া অমা শেৎলে। জগৎকী মনুংদা খজিক্কং চাওরবা, খজিক্কং অথোইবা পোৎ অহু ঐনা উদবা চাদবা, শোকউদবা লৈত্রে। মসিদা ঐগী পুক্নিংদা নুঙাইবা অপেনবা, শান্তি ফংলব্রা ? করিস্নু ফংদে। হেন্নহুম খোয়রাং খোয়শাউনবা, তপথদবা হেনগৎলক্লে। অতনবা অমস্নু পোক্লে। খঙলে অপাম্ববু থুংলগা কদৌনুংদস্নু অপেনবা লৈতে। মৈদা ঘী হৈজিল্লগা মৈনা মৈরি হেন্না রাংনা চাকখৎলকপগুম অপাম্বস্নু থুংলি-মখৈ হেন্না য়ামখৎলকই। লল-থুম অমস্নুং ইন্দ্রিগী অপেনবা তান্নবনা অশেংবা পুরকপ ঙমদে। মখোয় অসিনা লোয়বা নাইদবা কল্লক মিহৌবা অমদি অশাউবতমক পোকহল্লি। ভোগ চাবা হায়বসি য়ু থকপগা অন্নানি। য়ু থক্লগা পঙাওতা মঙাওবা অহুগা বোম তুহুনা জ্ঞান মাঙবা, অহুদগী মশা শোকচিল্লক্কনা মমৈথংদা শিবা। ভোগ চাবস্নু অহু মঙাই অপেনবা ইলৈ লৈতে, মমৈথংদা ময়াইকাবগী সমুদ্রদা ইরাক্লহুনা শিবা। শিরগা মমল য়াওদ্রবা পুন্সী অহু অরেম্বদা মাঙখিবা। শিবা হায়বা অহুদি শোয়দ্রে ! ঐনা

হয়েং শিরগা ঐগী পাক চাওরবা সম্রাজ্য কুবেরগী মতৌ-শুগ্নবা ইরল ইথুম, ইন্দ্রগী মতৌশুগ্নবা ঐশ্বর্য্য বৈভব ময়াম অসি পুত্নুনা চংপা য়াগত্রা ? সম্রাট কয়া শিগ্রে, ইনাকখুনবা কয়া তুমগ্রে, কনাস্মু করিস্মু পুত্নুনা চংখিদে। ঙসি ঐগী সম্রাজ্য হয়েং মী অমগী ওইহৌনি, ঙসি ঐগী ইরল হয়েং মী অমগী ওইহৌনি। অসিনা ওইরে মুনিঋষিশিংনা ভোগ চাবা অরেম্বনি হায়না হন্না হন্না তাক্লিবা। মুঙাইবা হায়বসি তান্দুনা ফংবা পোৎ নত্তে। মসিদি ধর্ম্ম কায়দনা অপাম্বা থুংহনবদা, লন তানবদা অমসুং পুন্সীগী অথোইবা পন্থুং — আত্মাগী অরানবা খুভমবু তান্নবদা মশা মতোমতা লাক-চবনি। অশেংবা মুঙাইবদি সত্যম, শিবম, সুন্দরম হায়রিবা পুন্সীগী অথোইবা লনশিং অসিবু তানবদা মশা মতোমতা থোকচরকপা মহৈনি।

হৌগ্রবা মতমদা ঐদি ওস্থোক্লা পঙলুরেদা! মুক্তি ফংনবা থৌরাং অমতা তৌহোদ্রে। অরানবা খুভম ফংবতনা অথোইবা পন্থুংনি হায়বা খল্লুদ্রে। মুঙাইবনা ময়াই কাহুনা চহি লিশিং অমা চুম্মা তনৌ তনৌরিবা ইচা পুরুবু হমুহন্দূনা থম্লে। ইস ইচাদি ওস্থোক্লা রারম্মনিদা! অহুম ওইনমক লৈপাক্কী মপু ওইহুনা পানগদৌরিবা নিপা অসি অহানবদা খরা রাহনবনা চুম্মী, মরমদি মশানা হকথেংননা অরা অনা খঙলবা মী অহুনা অতোপ্পগী অরা অনাস্মু খঙই। ইনাক-খুনবা মুঙাই য়াইফবতা নত্তনা লাইর-চুদৎনবা, মুঙাইবা হায়বহু মপোকভৈগী খঙজব্রবা মীওই কয়ানা লৈপাক অমগী অপুনবা প্রজা ওইরিবনি। ইনাকখুনবা মুঙাই-য়াইফবশিংগী স্বার্থ ঙাকপগা লোয়ননা লায়রবা অতোল অতাশিংবু শৌগৎপীহুনা মান্নবা থাজ্জা

পুরকপা অসিনা সাসকশিংগী থৌদাং ওইকম থোকই। সমাজদা শোথনা লৈহৌরবা, খুদোংচাবা ফংজত্রবা মীওই-শিংগী মীচংদা লৈপাক্কী মপুনা লেপ্পরবা মতম অহ্নদা লৈপাক্কী য়াইফবা ওইগদবনি। মরম অত্থনা অরা-অনা কয়া খঙহন্নবা ঐনা ইচা পুরুবু চহি লিশিং অমা হন্নুহন্দুনা থমখিবনি। ঙসিদি মাগী যৌবন অসি পীথোক্লগে অত্থগা ঐগী অহল ওইবত্থ লৌশিল্লগে।

ঐগী ইচা পুরু অসি অথোইবা গুণ কয়ানম্ন লৈতেংই। মশাগী মুঙাইবা থাদোক্তুনা মীগী ফনবা তৌই, গুরুজনশিংগী পাউতাক লৌই, নিংথৌগী য়াথং ইল্লি। ঐনা ইচা খুদিংমক অমমম কৌশিন্দুনা ঐগী অহল ওইবগী মওং অত্থ লৌনবা হায়খি. অহুবু কনানম্ন য়াত্রবদা ইচা অতোম্বা পূরুতনা য়াখি।

( দেবযানীদা ) মরম অসিনা মহারানী! ইচা পুরুদা নিংথৌগী খুভম শিন্নরম্লগা ঐথোয় অনী বন্দা চত্তুনা লাই নিংলুরসিনে?

দেবযানী—অচুম্বতা তাকপিরবদা ননাইনা করি অমুক হঙ্গৎনিঙাই লৈরি মহারাজ। ইচা পুরুতনা নিংথৌ ওইবদা মতিক চায়। মঙোন্দা নিংথৌ খুভম শিন্নবিরো। অত্থগা ঐখোয়গী লেমহৌরিবা পুন্সীগী শরুক অসি মহারাজনা তাকপিবগী মতুং ইন্না ভক্তিগী লম্বীদা লেল্লুরসি।

যযাতি—য়াফম অসিদা লৈপাক্কী পাত্র মন্ত্রী, অঙম-অথৌ, সভা-সদশিংগী মত করি লৈরিবা তাকপিয়ু।

সভা ময়াম—( খোঞ্জেল অমতা ওইনা ) মহারাজগী অপাম্বত্থ ঐখোয়গীসু অপাম্বনি। জয়! মহারানী দেবযানীগী জয়! জয় মহারাজ যযাতিগী জয়!

যযাতি—দ্বারী! শর্মিষ্ঠাবু মফম অসিদা কৌরকউ।

( শর্মিষ্ঠা চংলকপা )

দেবযানী—ইতা ইবেম্মা শর্ম্মিষ্ঠা! ইনাও ইবেম্মা শর্মিষ্ঠা! মহারানী শর্মিষ্ঠা! মহারাজ বৃষপর্ব্বগী মচানুপী শর্ম্মিষ্ঠা! ওইগদৌরিবা মহারাজ পুরুগী মমাশিজ শর্ম্মিষ্ঠা! লেং-শিল্লকউ, নফমলাংদা ফংল্লোলাও! নংগী নফমদা ঐদি ওম্থোক্না লাল্লুরেদা। নহা ওইরিবৈগী পুকচেল ঈ খেরিবৈগী রাখলনা ইনশিন্দুনা ঐনা নংবু ইনাইমুবী ওইহন্দুনা কয়া রানা থম্লরুবা। শূদ্রী হায়হ্নুনা কয়া থীনা চৈরুরবা! অওইবমক্তি ইতা ইবেম্মা নংগী থৌজান্দগী মহারাজ যযাতিবু ইপুরোইবা ওইনা ফংজবনিনে। অদুগুম চিত্ররথ বন্দা নংনা ঐবু গুহা মন্নুংদা ইম্থহ্নুনা থম্বীরম্লবদা, যযাতি মহারাজনা ঐবু নিপারা মুপীরা হায়বা ফাওবা খঙদনা ঐগী খুজেং পায়হ্নুনা চিংখংপিখি। থৌদোক অহ্নুদা ঐনা খুদোংচাবা লৌহুনা ঙসি ঐ মহারানী ওইজরিবনি। অহু নংলমত্রবদি কদায়দগী ঐনা মহারাজবু ফংজরমগবনো। ইতা ইবেম্মা! মতম শাংনা মহারাজ যযাতিগা লোয়ন-রকপদগী মুমিং থোক্লগা অমম্বা পুম্নমক মাঙখিবগুম, চহি মত্তাং য়ামশিল্লরুবা অসিদা ঐগী পুক্লিংগী নাপল, চাউ-থোকপা, ঐ মঙাইরে হায়না চৎপা রাখল পুম্নমক লোইনা মাঙথ্রে। ইতা ইবেম্মা। কনানা ব্রাহ্মন কনানা শূদ্র? অমগা অমগা করিস্নু খেন্নরমদ্রে, পুম্নমক চপ মান্নরম্লে। ঈশ্বরগী মচা ঙাক্তনি, মাগী মফমদা অচৌবা মচা থায়দে। অতুনা হৌজিক ব্রাহ্মননি ক্ষেত্রিনি হায়বগী জাৎকী নাপল করিমত্ত লৈনরক্রে। ব্রাহ্মননি হায়হুনা শিদবা য়াব্রা, ক্ষেত্রিনি হায়হুনা হম্নুদবা য়াব্রা? ইতা ইবেম্মা! গঙ্গা অমস্নুং যমুনা তিন্নরগা অথোইবা তীর্থস্থান অমা শেম্বগুম্না নংগী অমস্নুং ঐগী পুক্নীগী ঈচেল অনী তিন্নহুনা যযাতি

মহারাজগী তম্নবা অমসুং পাল্লবা থম্মোই তীর্থদা চেন-শিল্লরি। ইতা! নংদি পুকচেল চাওবী, থৌজাল হৈবী, ধর্ম্ম চেনবী মুপীনি। ঙসিদি নহাক্না জয় ওইরে। নংনা ঐগী ইরাল ঙাকপিন্নবদি ঐদি মুক্তি ফংদবা তারে। ইতা ইবেম্মা! ঙসিদগী হৌনা দাসী হায়বা মিংগৌ তোক্লনা মহারানী হায়না কৌজরবনিকো। লেংগোন্নসি ইতা (লেংগোন্নবা)

শর্ম্মিষ্ঠা—মহারানী! তোল্লবী ননাই মুপী ঐবু অমুপ রাংনা থাং-গৎপিহ্নুনা ইকাইখুম্নরিবা অসিদা শর্ম্মিষ্ঠা ঐদি মুঙাইবগা ইকাইবগা য়ান্নহ্নুনা পূক্নিং অসি থুমহৎখ্রে। ইবেম্মা লাল্লি-বদি ঐনিনে। ঐনা ইবেম্মবু গুহা মমুংদা ইম্নহ্নুনা ঙাকপিফম লৈত্রবা ইরাল অমা লঙজখ্রে। অসিগুম্বা ইরাল অসি ঐগী পুন্সীগী কলঙ্ক ওইনা মতম চুপ্পা লৈরগদবনিনে ইচে ইবেম্মা।

দেবযানী—মহারানী শর্ম্মিষ্ঠা। ঐনা লাল্লুদনবু নহাক্না ঐঙোন্দা লানবা ওইথোক্কে। লান্দববু কনানো? পুম্নমক লানবা ঙাক্কনি। ঙাকপিবা ঙমলিবা মহাক অহ্নু পুন্সনি। থোক-প্রিবা পুম্নমক বিধাতাগী নোংদম্নি, ঈশ্বর মাগী খুজিলনি। ফরে হৌখ্রবা রাশিং অহ্নু হৌজখ্রসমু। হৌজিক্তি লাক্লিবা পুন্সীগী মরমদা থন্নবা মতম ওইরে। ইনাও, নংসি নরাইবক কৈদা! নচানিপা পুরুসে ওস্থোক্লা চংখাল্লিদা। ঙসি মাবু নিংথৌ হাপ্লিবা অসি য়াম্না মতিকচাবা থৌশিলনিকো মানা নিংথৌ ওইদনা কনানা নিংথৌ ওইগনি? মাগী বংশনা পৃথিবীগী মমুংদা অচৌবা রাজবংশ ওইদনা কনানা ওইগনি? ঐগী ইখুৎমরু রাজমুকুট অসি ইবুঙো পুরুদা থোল্লগেকো।

( মহারাজ যযাতিদগী মুকুট লৌরগা পুরুদা চংশিল্লকপা )

পুরু—য়াম্মুং মহারাজ যত্থ অমস্মুং য়াম্মুং অহুম লৈরিবঁদা নচা ঐনা রাজমুকুট ফংবা ইতিক ওইদ্রিনে ইমা।

দেবযানী—মহারানী শর্মিষ্ঠা! ঐনা মতম অমদা মাগী মফমদা প্রেম খরা রাংখিবা অতুনরা নত্রগা মুপী ওইবীনা হাপ্পা রাজমুকুট মগুন হন্থনা খনবনরা, ঐনা হাপ্পা মুকুট লৎন-রেনে। ফরে অহুদি মহারাজদা হাপহল্লসিকো।

পুরু—ইমা নচাগী অহ্নগুম্বা রাখল লৈজদে। ইথক থোংবা লৈনা লৈনা ঐনা রাজমুকুট লৌবা মতিক চাদ্রি হায়জবনি।

শর্মিষ্ঠা—ইবুঙো পুরু! নমা ইবেম্মা দেবযানীগী অপাম্বা থবক্তা লৎনবা তৌগনু। নমাগী য়াথং লৈবাক তাহৈদে।

যযাতি—ইপাগী পুরু! মসি নিংথৌগী য়াথংনি, লৈপাক প্রজাগী অপাম্বনি।

পুরু—পলেম পম্বৌ অমস্মুং অহল-লমনগী য়াথং হিক্তোকচরক্কবা ননাই পুরুনি। ঐনা অমুক য়েংচবা ঙমজদরে। ফরে ইকোক নোম্না য়াজরি—রাজমুকুট হাপ্পীরো ইমা ইবেম্মা।
( দেবযানীনা পুরুদা রাজমুকুট হাপ্পা )

সভা ময়াম—জয়! মহারাজ পুরুগী জয়।

দেবযানী—মহারানী শর্মিষ্ঠা! নহাক্কী নফমদগী বর অনীতদি নিজগে। অহানবদা, পুন্সানা মমি শাম্লক্লবা মতম অসিদা মহারাজ যযাতিগা লোয়ননা ঐ বন্দা লাই নিংজরুরগেনে মহারানী! অনীশুবদা, শিবি মহারাজগী থৌজানদগী ফংজবা ঘুনিক্কাগী মচাম্নুপী অমা লৈরিবা অসিতগা পুরু মহারাজগী পুন্সীগী লোয়নবী ওইহন্দুনা মহারানী হাপ্পীয়ুবা! বন চত্রিবঁদা ই াগা ইমৌগগী মশক পুল্লপ উল্লখিগেনে।

শর্মিষ্ঠা—ইবেম্মা মহারানীনা তাকপিবা অহ্নমক ওইরসনু। মহারাজ

যযাতিবু লোয়নবিখিবা হরাওনা য়াজরি, অদুগা মীনাইশুবী ঐবু রাজমাতা ওইহনবিরবদা ননাইমুপী ঘুর্নিকাগী মচানুপীবু নচা পুরুগী মহারানী হাপ্লদা করি চিংনকম লৈবগে? হৌজিকমক শুভকর্ম্ম অসি পাংথোক্লসি। লুহোংবগা নিংথৌ ফম কাবগা অনী পুনবা অসিদগী হেন্না ফবা অতৈ করি লৈরিবগে?

দেবযানী—য়াম্না ফরে, পুম্নমক অসি লাইগী নোংদমনি। মমাংঙৈদা ঐনা ফাগি ফরাং ওইনা ঘুর্নিকাদা নচানুপীবু মহারানী ওইহল্লু হায়খিবা অদুবু অসুম্না চুম্না থোক্লকনি হায়বা কনানা তম্বা ঙম্বগে? মহারাজ পুরু! করিগীনো তুমিন্না লৈরিবা? বন্দা চত্রিঙৈদা নখোয় অনীগী নশক পুল্লপ উহল্লরোইদ্রা?

পুরু—পাবুং মহারাজগী য়াথং ইন্দুনা ঐ চহি লিশিং অমা অহল ওইহনা শোন্দুনা লৈজরুরে। হৌজিক ইমা ইবেম্মা অনীমক্কী য়াথং ইন্দুনা পৌঠি কুমারীবু ঐগী মহারানী ওইহনবস্নু হরাওনা য়াজরি।

যযাতি—মুঙাইদা ইবুঙো! ইপাগী লৈকোন্দা ফজরবা মনম মুংশিরবা লৈ ময়াম হৌরিবসে নারক্তগী চৌংনুং-মানুংদগী পুরক্তুনা থাখিবা ঙাক্তনি। ইপাগী কোনুংদা লৈতেংলিবা হীরা মণি মুক্তা ময়ামসি চৌংনুং লোকনুংদগী, সমুদ্র ঈরোম্নুংদগী পুরকখিবা ঙাক্তনি। ঘুর্নিকাগী মচানুপীসে চৌংনুংদগী ফংলকপা তম্ফাগা অম্মানি। কুমারী অসিবু নংগী তম্পাক্কী লৈতেং ওইহনবা থোইনা হেন্না মতিক চায়দা ইবুঙো।

দেবযানী—ধাত্রী! পৌঠি কুমারী পুশিল্লকউ।

( ধাত্রীনা পৌঠি কুমারী পুশিল্লকপা )

শর্ম্মিষ্ঠা—ইবুংঙো পুরু ! ইমানা নপাবুং মহারাজদা য়ুম পাল্লকপা মতমদা য়াম্না পেনদবা থৌদোক অমা লৈখি মহুদি ঐবু য়াম্না নোঙ্গহনবনি । মরম অতুনা নিপা ওইবগী পুকচেল অসি চাওথোকমল্লি হায়না ইমানা মুঙাইখিদে । ইচানিপা পোক্লবদি মুপীদা নোনজহনগে হায়না নিংখি । ইবুঙো পৌঠি কুমারিবু নুংশিবা রাহৈনা মপুক্লিং পেলহন্দুনা বরমালা হুকচরো ।

পুরু—ইবেম্মা পৌঠি কুমারী ! ঐগী প্রেমগী লৈপরেং অসিনা ইবে·নদা হুকচতুনা ঐগী থম্মোই লৈকোলগী লাইরেম্বী ওইনা লাৎচরগে হায়ববু করিগুম্বা লৎনবিতুনা ঐবু ইকাইবা ফংগদৌরিব্রা ?

পৌঠি—মতম পুম্নমক্তা ইবুঙো নংগী খুয়াতবু ফংজগে হায়তুনা মহাদেব পূজা তৌজরক্লিবনি । পেনবিহৈবা মহাদেবগী কৃপাদগী ইবুঙো নংগী খুয়াবু ফংজরিবনি ।

( পুরুনা পৌঠি কুমারীদা লৈ হুকপা )

সভা ময়াম—জয় মহারাজ পুরুগী জয় !

( নেপথ্যদা জয় ধ্বনি মোইবুং খোংবা )

ঘুর্নিকা—( মপাল্লোমদগী সভা ময়ায়দা থুনা চংশিল্লকুনা ) জয় ! মহাদেবগী জয় !

যবনিকা



# মিংচৎ

কল্লব লৈকং থুগাইদুনা পাম্বী হৌই।
অচৌবা পাম্বীদু মুংশিংনা ফুকতোকই।
অকনব মুংশিংকী বেগ চীংশাংন থৎলি।
চীংদু থুগাইদুন তুরেল্ল চেল্লকই।
তুরেলগী ইচেলদু সমুদ্রন য়োংশিল্লি।
সমুদ্রন শাউরক্লগ পৃথিবী থিংলি
মুমিংন চাং নাইহল্লি পৃথিবীগী গতি।
মতমগী মনাইনি অহুম্ব মুমিত্তুদি।
মতমগী ঈচেনন অম্পুপ কল্লব,
থৈদুন চৎলি মিংচৎকী চীংদোল অরাংব।
মতম্ম কুইরগ ৱাংখৎলকই মাগী চীংদোল।
মিংচত্তনি মীওইবগী মাংদব লল।

## নল মহারাজন হুন্দোকপিরম্বদ দময়ন্তিন তেংথাব

( বিরহ সঙ্গীত )

১

হন্ন হন্ন য়েংবিয়ু পাঙ্গল শোনবী ঐহাকপু।
শা-কৈন থল্লব শোংলব উমং মনুংদ,

লাইবক থীবী ঐহাকপু হন্দোক্লগে নিংলবর ?
শোল্লব পাম্বোম অনীন নংগী ওকশমদ কোনজববু
লৈ পরেংবু থদংপগুম্ন থদংপিরম্নবোই ?
মিং তাংবগী পান্দমগুম্ন নংগী ফীজীদ য়ানজববু
চরৈ ফীবু শেগাইবগুম্ন শেগাইবিরম্নবোই ।
খুয়াদ তিংখং য়ুরে উচুক্ক খুদি থীরে
নতুং ইনবস্মু গুল্লক্তে ; হায় হায় নোংদম্ব !
অরাবগী মথক্ত অরাব হাপকংপ
নংগী হৌনশা ওইরবোই থাজরেনে পুক্লিংদ ।

২

কয়াদ চিকগ্রবনোনে অহীংগী মতম অসে
মীওইবগী লাওন কপ্প বীণাবাঁশী সেতার সারং
করিগুম্ব খোঞ্জেল অমতবু তাববু লৈখিদরেনে ।
খোইমু ওংলম্ব্র ওংখিদরে চেক্লা খোংলম্বস্মু খোংখিদরে
অত্তুবু করিনো খোঞ্জেল অম তারিবসে,
থরাই খম্নোই থাদোকুন
খোংলুরিবরনে অতিয়াদ পাইত্তুন !
'তাম' 'তাম' হাইন তাই তায়া হাইবত্তুর লংফৈচৎপন
'তাম' 'তাম' খোংবসিদি 'তাও' 'তাও'বু হাইবরনে ;
পাম্মুবগী পাওবু পুরকপরনে তায়া কৌবী ইতা শকপী ।

৩

অথাপ্প চীংজাওদ চাক্লিবা লম্মৈ অসে
মুংচখিগনিকো মথম্নত ;
নোংদোল লিক্লা তারক্লগ,

অহীং তাংলৌ থেংজিল্লগা !
ঐগী লকাম্লুংদ চাক্লিব খাইন মৈচাকসিদি
অহোইন হেনগৎলক্কে মৈচাক কনবা !
নোংদোল লিক্লা ভারক্লগ,
অহীং তাংলৌ থেংজিল্লক্লগা !
ঈশিংদ চোংথরুই মুৎপ নাইদে ।
মুংশিং মবক্ত কমই ঈংব নাইদে
ঢাকপগী তুম্বসু নাইদে কয়ম্ব থম্মোইনো !
হে দয়াময় নংগী পুক্লিং থুংবিরো ।

## অথৌবা নিপা

লৈবাক মাংলবদ য়েক্লবন লানতারক্লুন,
কনব ঙমদে মরৈপাকসু সেনাপতি অমতন
লৈপাক থুমবদ ঈশিং ঈচাওন লাক্লুন,
কনব ঙমদে মরৈবাকপু কনা অমতন
চরা হেন্দুনা মী শিরবদ, চাক তাংহুন,
কনব ঙমদে ইনাকখুনবন চেং পিহুন ।
তেংবানববু তমথীব লাইথোকপন
অকং অফংব মাংহল্লব নহা অহল থাক্তুন ;
খুৎলাই য়াওদন কনানসু মতেং পাংদন
অচীকপদ মথক্ত-তুমিন্ন কমহুন,
লাইথোকপদগী তেংবানববু কনখিব ;
ডাক্তর জেনার অসে নত্র অথৌবা নিপা !

## অহীংগী চেক্লা-তাম্না

ও: চীংন্নুং-মাম্নুংসিদি চীকথ্রেদা ওম্থোক্লা ।
য়েংউ য়েংউবদা লৈঞ্জে তুম্মিন তুমিন্না ।
অমুনবা উহৈ কয়া পাল্লিবা পাম্বীদা
কনানম্মু চাদনা কেঞ্জরে মথন্তা ।
ফজরবা লৈরাং কয়া শাংলিবা লৈপান্দা ।
কনানম্মু চিন্দনা কংজরে মথন্তা ।
মীওইবগী লাউ খোংবা নোকপা-কপ্পা,
মফমসিদা লৈতরেকো কন্নিম্মু তাবা ।
বীণা বাঁশী সেতার সারেঙ্গ পুং করতাল,
মফমসিদা তাদ্রে করিগুম্বা খোঞ্জেল ।
করিগুম্বা শজি শঙাই খোংলকপা,
ঈশিং ঈরাউখোল লোক্তগী চেম্থরকপা,
উচেক রায়াগী খোঞ্জেল উথক্তা তোংবা,
অসিমখৈ মঙাইরেনে তাবা ফংলিবা ।
অম্নুকী মতীক চীক্লবা মফমসিদা,
অমুক হেন্না চীকথ্রে হ্নুমিং তাখিবসিদা ।
চেক্লা খোংলম্বতুম্মু হৌজিক্তি তাখিদরে,
খোইমু ঙংলম্বম্মু হৌজিক্তি ঙংখিদরে ।
জীব অপূম্বা ওম্না তুম্না হীগথ্রবোই,
তাইবঙপানসি মৌনব্রত তৌথ্রবোই ;
অহুবু করিনো খোঞ্জেল অমা তারি'সে,—
অম্নুক চীকথ্রবা লমদমসিদা ! '

 